সম্পাদকশিং

শ্রীশিজগুরুময়ুম নীলবীর শাস্ত্রী
শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাওনা বজার রোড, ইম্ফাল
১৯[illegible]৫

# পরীষদকী খন্নবা ৱারী শৈঙা

# Parishad's Selected Short Stories, 1975

Manipuri Sahitya Parishad
Paona Bazar Road, Imphal.

ফোঙবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বজার রোড
ইম্ফাল, মণিপুর




অহানবা ফোঙবা, মার্চ ১৯৭৫ ইং
কোপী মশীং ১,২০০

মমল লুঃ ৮.০০

পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরীনা
শ্রীগোপাল প্রেস, ইম্ফালদা
নম্বা অমসুং ফোঙবা

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক", "পরিষদকী অনৌবা ৱারেং লাইরিক" অমসুং "পরিষদকী অরিবা মণিপুরী ৱারেং লাইরিক" হায়দুনা ৱারেং অমসুং শৈরেংগী অপুনবা অখন্নবা লেখক কয়াগী লাইরিক কয়ামকম পুথোক্লি। লাইরিকশিং অসি পুথোকপগী পান্দমদি মণিপুরগী লোন্দা লৈরিবা অ.নৌবা অমসুং অনৌবা সাহিত্যগী ফজবা, নৈননিংঙাই ওইরবা পাক্লবা লৌশিংগী মচাল অদুনি। লাইরিকশিং অসিদা মণিপুরদা লৈরিবা শাংখানবা য়াম্লবা পণ্ডিত, লেখক অমসুং কবিশিংগী তোঙান-তোঙানবা মখোয়গী থাজবা অমসুং ৱাখল কয়ামরুমগী মমি তারি।

ৱারীমচাগী দমকুসু, খরা থেঙনা চঙলক্লবসু, মণিপুরদদি অরাৎপা নত্তে। শ্রীরাঃ কুঃ শীতলজিৎ, শ্রীরজনীকান্ত সিংহ, শ্রীমতী মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবী, শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, শ্রীহিজম গুণ সিংহ, শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী, শ্রীবীরেননচিংবা অইবা কয়াগী খুদোল ওসি ঙাওবা ঈচেল লেপ্পনা চেন্থরি। ৱারী মচাগী অপুনবা এনথোলোজি অমা সাহিত্য পরিষদনা পুথোকচরক্লিবা অসি তঙাইফদনা তৌদবা য়াম্রবা মণিপুরী সাহিত্যগী জগত্তা অরাৎপা অমা লৈদুনা মেনশিন্নবা হোৎনজবনি। থাঙ্গেশেংনা মণিপুরী ৱারী মচাগী অপুনবা শক্তম অমা পরিষদনা থমনিংই। তোঙান তোঙানবা লেখকী ফোংদোকপা মফোংদোক

ৱাহৈগী ফজবা, পুন্সিগী পোৎদোক কথাবু মশেল মঙাল ওইনা খৰদং উৎনবা তোংনৱিবসি মচুনা লৈংতংলবা মোজেংনি হায়বা য়াই। য়ামদ্রবদা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারৗ মচাগী অপুনবা শক্তম অমদি শোইদনমক উৱগনি নিংই।

লাইৱিক অসি ফোংনবগীদমক্তা হায়জনবদা ইকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা অংৰশিনা য়াম্না চানবিদু। পোংহনবীবা য়াং-হনবগা লোয়ননা ৱারীমচাশি পাবিবকপগীদমক সাহিত্য পরিষদনা শীঙমদবা লমন তোল্লবনি। লাইৱিক অসি নখ্বদা সম্পাদক ওইবীখিবা শ্রীএস, নীলবীর শন্ম অমসুং শ্রীএন, তোম্বা সিংহনা অৱাবা শরুক লৌবিখিবগীদমক পরিষদনা ভদ্রলোক অনাবুরু থাগচরি অমসুং তৌবীমল উচ্চরি।

এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

ইম্ফাল,

তাং ১৫।৩।৭৫ ইং

# লাইরিক অসিগী মরমদা

মীৎয়েং অমস্তুং মহাও খেংবগী মতু ইন্না সম্পাদকশিংনা পুথোক্লকপা খোমজিনবা লাইরিকশিংগী মশক শোইদনা খেন্ন-গনি। লাইরিক অসিদা ডাঃ কমল, শ্রীনীলজিৎ সিংহ, শ্রীনজনীকান্ত সিংহ, শ্রীকুঞ্জমোহন সিংহ, শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী, শ্রীবীরেন, শ্রীদীনমণি সিংহ লেগবশিং অসিগী লাইরিকনদ্রগা চেফোঙশিংদা ফোঙথ্রবা রারী মচাশিং য়াওরি। মণিপুরী রারী মচাগী মথ মথং চাউখৎলকপা অমস্তুং হৌংলক্লিবা মশক খঙবা ঙম্নবা হায়রগনা মথং মনাউ শেম্বদা হান্না হান্না ফোঙবশিংনা মাঙথানা থম্লি। রাধম অননা, মণিপুরী সাহিত্য রারী মচা ইবা অমা ওইনা মশামক চৎদুনা অঙনবা মণিপুরী রারী মচাগী মশক খঙবদা মতেং পাংগনি খন্দুনা ডাঃ কমলনা ইরম্বা "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" হায়বা রারী মচা অসি লৌখৎুনা হাপচরি।

লেখকশিংদগী রারী মচাশিং খনবা মতমদা মকুওইনা লমজিং ওইগিবা রাকমদি— অরাবা থাক্তা চেম্নুক ওইনা তম্বা য়াবা, রারা মচা কলাগী নিংথিবা খুংগংশেমগী মগি তাবা, লেখকশিংগী নিংথিবা খুংগংশেম অমস্তুং মপুং ওইবা রাখল উৎপা, মণিপুরী সমাজ অমস্তুং পুন্সি মশক তাকপা রারী মচাশিং খনবা অসিনি। থঙ্গৎলিবা অসিগী মগুংদা হৌজিক হৌজিকমক চেফোঙ কয়াদা খুং থারিবা নহারোল লেখকশিংগী রারী মচাদি হাপচদ্রে।

মরমদি শুপ্নী ছাপা তৌদুনা লাইব্রিক ওইনা কোংলবা লেখক-শিংদগী থঙ্গৎপা তাখি। লাইব্রিক অসিগী তরোইবদা লেখক-শিংগী শরুপ্পা পুন্সি য়ারী হাপচরি। মসিনা লেখকশি বু মশক খঙবদা খরমখৈদি তেংবাংগনি নীংঙ্গে। লাইব্রিক অসি সম্পাদন তৌনবা শিন্থা পীবিরিবা পরিষদ অমসুং অন্নান্থা মতমদা তেংবাংবিবা পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীএলাংবম রজনীকান্ত সিংহবু থাগচ্চরি।

এস, নীলবীর শাস্ত্রী

এন, তোম্বী সিংহ

# ৱাহৌদোক

সাহিত্যদা ৱারী মচাগী মফম য়াম্না চাউনা লৈ। হৌজিক্কী খুগংতা পৃথিবী অপুম্বগী সাহিত্যদা ৱারী মচানা য়াম্না মাঙ্গৈ পাক্লা ংানিঙম ফিবাল পায়রদুনা চঙশিল্লক্লি হায়বা ফাও য়াই। ৱারী মচা হায়বসি করম্বা মতমদা পোকখিবগে? হায়বা ৱাহং অসিগী পাউ-খুম পীবা য়াম্না লুনা থোকপা য়াই। ঐখোয়না ঙসি উরিবা ৱারী মচাগী শক্তম অসিগা চপ মান্নবা নৎনবস্তু পৃথিবীগী মফম কয়াদা তোঙান তোঙানবা লোল কয়াদা ৱারী মচা মচাশিং লৈনবা অমসুং তানবা অসিদি মতম কুইনদগী চৎলবক্লি। করিগুম্বা জাতি অমগী লোলদা মবেনবোক অমসুং মপুবোক্লা মশুশিংদা অঙাং-শিংদা ৱারী থরদি শোয়দনা লৌদুনা তাকম্মরকই। ধর্ম অমসুং সমাজগী ওইবা ফজবা পাউতাক কয়া পী, জ্ঞান তাকই অমসুং নোক্লিংবা পোকহন্দুনা পুক্নিং দা নুংঙাইবা পীদুনা লাক্লি। মরম অসিনা ঐখোয়না ৱারী মচাগী হৌফম থিরকপদা যুঙ্গা ৱারীশিং— চাকঙাই ৱারীশিংবু পুমকাউ হেক কাউথোকপদি য়ারোই। হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না উরিবা ৱারী মচাশিং অসি থায়নগী লিরবা ৱারীশিং অদুগী য়াম্না বিকাস ওইরবা মশক্নি হায়না লৌবা য়াই।

ঐখোয়গী ভারতকী লিরবা সংস্কৃত সাহিত্যদা লৈরিবা হিতোপ-দেশ অমসুং পঞ্চতন্ত্রনচিংবদা লিরবা ৱারীমচাশিং অসি য়াম্না

ফজবা, কান্নবা পাউতাক্লা থল্লবা ঙাক্কনি। হায়রিবা সংস্কৃত সাহিত্যদা লৈরিবা ৱারীমচাশিং অসি জন্তু-কথা(Fables)অমসুং লোক-কথা (Folk) ওইনা অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। হায়রিবা জন্তু-কথা (শাগী ৱারী) শিং অসি উপনিষদকী ৱারীশি দা য়াম্না মরাং কায়না লৈ। বৌদ্ধ সাহিত্যদা অসিগুম্বা জন্তু-কথাশিং য়াম্না চাউখৎলবা মওংদা লৈ। পঞ্চতন্ত্র হিতোপদেশনচিংবা সংস্কৃতকী লাইরিকশিং অসি শা শ-গী ফজবা প উত্তাক্লা থল্লবা লাইরিক্নি। লোক-কথা (Folk-tales) গী ওইবা ৱারীশিং বৃহৎ কথা অমসুং বেতালপঞ্চবিংশতিনচিংবা লাইরিকশিংদা য়াওরি। অসুম্না মণিপুরীদসু ফুঙ্গা ৱারী নয়া কয়া লিরবা মতমদগী লীনজুনা লাক্লি।

হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা ৱারা মচাগী মওং অসিদি য়াম্না নৌরিবা মতমগীনি। মসিগী হৌরকফম আমেরিকানি হায়না থগনরি। অসিগুম্বা ৱারী মচাগী পোক্লকপা মতম অসি ঙসিদগী চাউরাক্লা চহী চামরোমগী মমাং ফডুরাইদগীনি হায়না লৌনরি। খাইনা চৎনরম্বা ফুঙ্গা ৱারীগী নোম্নাদগী হৌজিক্কী ৱারী মচাগী মওং পুথোরকপা অইবশি গী মতুংদা আমেরিকাগী ফাউরবা ৱারী ইবা এদগার এলিন পোনি হায়না লৌনরি। মহাক্না ৱারী মচাগী পরিভাষা অসুম্না পীরম্মি —"A short story is a narrative short enough to be read in a single sitting, written to make an impression on the reader. Excluding all that does not forward that impression complete and final in itself." অসুম্না ৱারী মচা হায়বসি পাক চাউববা সাহিত্যগী মতুংদা পীক্লবা শরুক অমনি। পীক্লবসু পীক্লা তেল্লবা

মতমগী মনুংদা ঙাইহাক্তদা পাবিবা মীগী পুক্নিংদা অচৌবা প্রভাব তাহনবা ঙম্মি। ৱারী মচাগী মরীদা হিন্দীগী ফাউরবা উপন্যাসকার অমসু ৱারী মচা ইবা স্বর্গীয় প্রেমচন্দনা অসুম্না হায়, "ৱারী মচাগী খুৎই অসিদা পুন্সিগী করিগুম্বা শকক অমা নত্রগা করিগুম্বা ৱাখল অমা উৎনবা হোৎনবতনা লেখককী উদ্দেশ্য'ন। মসিগী চরিত্র (Character) মসিগী শৈলী (Style), মাগী ৱারী মওং পুম্নমক অসিনা ভাব অতুমত'বু মপুং ফাহল্লি। উপন্যাসকী মতৌগুম্না মসিদা (ৱারীমচাদা) মীওইবা পুন্সিগী পাক চাউরবা শক্তম অমা উৎনবগী থৌরাং তৌদে। মসিদা উপন্যাসতা তৌবগুম্না রস পুম্নমক পূনশিন্নবা হোৎনবা যাদে। মসি চাউরবা ফজরবা লৈকোল অমা নত্ত্রে, মতুদা মথল মথলগী লৈ-সু শেম শাদুনা লৈবা তৌইগুম্বসুং মসি সুপ্না গমলা অমতনি। মতুদা পাম্বী অমতগী থুম্রবা ফজরবা শক্তম অতু উবা ফংবা।"

অওইবনক ৱারী মচাদি পুন্সিগী পিক্লবা থোদোক অমতং য়েক্লবা হোৎনবনি। উপন্যাসকা মতৌগুম্না পাক চাউরবা ঘটনা কয়া হায়বদি থোদোক কয়া পুশিন্দুনা নৈননবগী তাঞ্জা ফংদে। গদ্য সাহিত্যগী মনুংদা উপন্যাস অমসুং ৱারী মচা অনী অসি শাগৈ অমতগীনি। অতুমকপু অনীসিগী মওং মতৌদা শেন্নবসু য়াম্না লৈ। মরম অসিনা উপন্যাসপু পীক্লগা ৱারী মচা কৌবা য়াদে। অতুম্না অশাংবা ৱারী মচাবু উপন্যাস কৌবসু য়াদে।

উপন্যাসপু অচৌবা উপালগী মতৌগুম লৌনৈ। মরমদি উপাল অমনা মাগী অচৌবা মশাগী অপীক অপীকপা মশা মচা মচা কয়া লোঙবা য়াই। অতুম্না মীওইবা পুন্সি লমচৎ মথল মওং কয়া

অমসুং খোঁদোক কয়া কয়া উপন্যাস অমদা য়েকপা য়াই। য়ারী মচাদি অপিকপা লৈরাংগী থোং নৌরবা উরীগুম্বনি। য়ারী মচাদা পুন্সিগী পিক্লবা অমসুং য়াম্মদি মরু ওইবা খোঁদোক অমত্তমক য়েক্লবা হোংলৈ। মঙোন্দা পাক চাউরবা মীওইবগী পুন্সি অমসুং তোঙান তোঙানবা লমচৎ ময়াম, খোঁদোক ময়াম পুশিন্দুনা নৈননবগী মফম লৈতে।

হৌজিক্কী যুগতা য়ারী মচাগী সাহিত্তাবু য়াম্না পাম্নরকপগী খোঁইদোকপা মরম অমদি হৌজিক্কী মীওইবা পুন্সিগী তাঙলবা মতমগী য়াফম্নি। অনৌবা যুগ অসিদা মীওইবগী পুন্সিদা থবক্কী পোৎলুম অসি অসুক্কী মতিক চাউখ্রে। মরম অসিনা অচৌ অচৌবা উপন্যাস অমসুং নাটকশিং মুমিৎ কয়ানি চঙনা পাবগী মতম তাঙনা ফংনরক্লে। মরম অসিনা মিনিট তরা, কুনগী মনুংদা লেখক্লা হায়নিংবা য়া, ফোঙদোক্লিংবা ভাব অদু ফোঙদোকপা ঙম্মি। পাম্নিবা মীনা ঙাইহাক্কী মনুংদা মপুং ফারবা য়াখল অমদি ঈরাই লাইনা লৌশিনবা ঙম্মি। মরম অসিনা হৌজিক্কী মতম তাংলবা যুগ অসিদা উপন্যাসকী মহুৎতা য়ারী মচা অমসুং অচৌবা নাটকক্কী মহুৎতা একাঙ্কী নাটক (অঙ্ক অমগী লীলা) পাম্নবা হেনগৎলক্লি।

ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী সাহিত্যদা হৌজিক্কী যুগকী অনৌবা মওংগী য়ারী মচা অসিদি নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী প্রভাবতগী লাকপনি। ভারতনা বৃটিশকী শাসন মখাদা লৈরবা তুংদা মখোয়গা শম্নবদগী ইংরেজী সাহিত্যদগী য়ারী মচাগী ঈহৌ অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তসু লাকখি। অহানবা ওইনা ইংরেজশিংগা নক্লবা শম্নবা

মফমশিংদনা ইংরেজী লোলগী ৱারী মচাগী মখি তারকখি। অহানবা ওইনা ইংরেজশিংগা শম্নখিবা ভারতকী মফম অহুম্ মদুদি কলকত্তা, বোম্বে অমসুং মদ্রাজ। শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগা নরনা শম্নখিবা মফমদি কলকতানি। বোম্বেনা ললোন ইতিকী মরীদা অমসুং মদ্রাজনা নোংচুপকী ধর্মগী মরীদা অকনবা খোঙ-দাফম ওইখি। মহৈ মশিং অমসুং সংস্কৃতিগী মরীদা হেন্না প্রচার কন্না তৌখিবা ম,ম কলকতাদা ইংরেজী সাহিত্যগী প্রভাব হেন্না তাবা মশানা তাবনি। মতম অসিদগী বঙ্গলা সাহিত্যদা অহানবা ওইনা অনৌবা যুগকী খুৎশেম ওইরবা ৱারী মচাগী হেন্না প্রভাব তাখি অমসুং অহানবা বাঙ্গলা লোলদা হৌজিকী যুগকী ৱারী মচাশিং অসি ইবা হৌরকখি। মতু দা মথ, মথং ওইনা ভারতকী মক মরু ওইবা লোল পুম্নমক্তা ৱারী মচাশিং ইবা হৌনরকখি। বাঙ্গলা সাহিত্যগী ফাউরবা লেখক অমসুং কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ৱারী মচাশিংগী প্রভাব ভারতকী সাহিত্যদা ময়েক শেংনা তারি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারী মচাগী ঈচেল অসি য়াম্না থেঙনা যৌরকই। মসিগী থোক্‌ইদোকপা মবম কয়ামকম লৈ। মহৌশা খৎশেম্না চিংখোয়গী মণিপুর অসি ভারতকী লমদম অতৈদগী তোপ তোপ থনখি। চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা অমসুং মতম অদুদা হৌজিক্কী মতৌগুম্না চৎথোক-চৎশিনগী বৈজ্ঞানিক ওইবা পাম্বৈশিং অসি লৈতবনা মপান লমগী লোল অমসুং সাহিত্যগা ভাব অমসুং ৱাখলগী লৌথোক লৌশিন অসি ৱাৎনা লৈখি। ভারততা মকন্থু ইংরেজী সাহিত্যগী প্রভাবনা ৱারী মচাগী সাহিত্য পোকহনখি হায়বসি মথক্তা পনখ্রে।

মণিপুরনা বৃটিশকী শাসন মখাদা লাকপসি ভারত পুম্বনা মীখা পোনগ্রবা মতুং কাইনথ,দনি। ইং ১৮৯১ দা মণিপুরগী

নিংতম ফিরাল হাইথংদুনা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মখা পোনবনি। মীথা পোল্লবা মণিপুরদা লি খৎখিবা নিম্ন প্রাইমারী স্কুলশিংদা বাঙ্গলা লোলনা শিক্ষাগী মাধ্যম ওইনা মতম শাংনা লৈখি। মরম অসিদগী মতম অদুগী লাইরিক খরা খরা হৈবা মীওই পুম্নমক বাঙ্গলা সাহিত্যগা মশক খঙনখি। মীরোলনা শিক্ষাগী মাধ্যম ওইরক্লবা; কলম পায়দুনা ইমালোনগী সেবা তৌনিংলবা; অমদি তৌখিবা মৈতৈ অশৈবশিংদা বাঙ্গলা সাহিত্যগী মমি তাবা মশানা তাবনি। মতৌ অসুম্না মণিপুরী লোলদা ইবা অসিমক মণিপুরদা য়াম্না থেঙনা হৌরকই। মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী লমংয়ানবনি হায়না খঙনরিবা স্বর্গীয় শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা, ডাক্তর কমল, শ্রীহিজম অঙাংহলনচিংবা অসি রারী মচাগী লমদা থোইনা খুৎ থারমদে। ডাক্তর কমলদংদি রারী মচা অমখক্তং ইরম্মি মদুসু মহাকপু কবি অমদি উপন্যাসকার ওইনা খঙনৈ তৌইগুম্বসুং মহাকপু কনানসু রারী মচা ইবনি হায়না লৌনদে।

মণিপুরী সাহিত্যগী জগৎতা রারী মচাগী লময়ানবদি রাজকুমার শ্রীশীতলজিৎ সিংহনি। লেংক অসিগী ইহান হানবা ফোঙবা রারী মচাগী লাইরিক্তি "লৈকোন্নংদা" হায়বসিনি। হায়রিবা লাইরিক অসি ইং ১৯৪৬ তা হায়বদি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদনি। মসিনা লাইরিক ওইনা ফোঙদুনা পূথোকপা মণিপুরী রারী মচাশিংগী মনুংদা ইহান হানবনি। "লৈকোন্নংদা" কৌবা লাইরিক অসিগী মমাঙদা "য়াকাইরোল" অমসুং "ললিতমঞ্জুরী" লচিংবা পত্রিকাশিংদা রারীমচা খরদি ফোঙখি অদুবু অরাবদি লেখকশিং অদু মতুং তানা রারী মচা ইথখিদে অমসুং মশোয় রারী মচা ইবা মী হায়বদু ওইখিদে। খুদম ওইনা হায়রবদা ডাক্তর

কমলগী "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ এম,এ, বিএলগী "লমন" অসিনচিংবনি। মরম অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা রারী মচা চঙশিল্লকপসি চাউরাক্লা ইং ১৯৩০ গী অদুরাইদনি হায়না লৌবা য়াই।

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী খুৎমাবা লেখক অয়াম্বা বাঙ্গলা সাহিত্যগা মশক নিংথিনা খঙনবা অমসুং ইংরেজী সাহিত্যসু নৈনবনা অয়াম্বনি। রাকম অসি মথক্তসু পনগ্রে। মণিপুরী রারী মচাগী খুৎমাবা শ্রীশীতলজিৎ সিংহদা বাঙ্গলা অমসুং আসামী রারী মচাগী মমি তাখি হাযবসি লেখক মশামকী মতনি। লেখগা রারী মচা ইনিংবা পোকখিবসি আসামী মকপ অমনা রারী মচাগী লাইরিক থরা পীরম্বদগী মচু পাকবদগী রারী মচা ইনিংবা পোকখি অমসুং মতম অসি "ললিতমঞ্জুরী" পত্রিকাগী সম্পাদকসু ওইরি হায়না হায়। শ্রীশীতলজিৎকী অনিশুবা রারী মচাগী লাইরিক্তি "লৈমুংশী" নি। হাযরিবা লাইরিক অসি ইং ১৯৪৬তা ফোঙবনি। লেখককা "লৈকোন্নংদা" অমসুং "লৈমুংশী" কৌবা লাইরিক অনীসিগী তুংদা রারী মচাগী ঈচেল অমুক থকখিবগুম তৌই। মপুন্সি তেন্না তেন্না লৈরম্বা পত্রিকাশিংদা মরক মরক্তা তন্দনগুম কুপফেৎ কাফেৎ ঙাল্লম্বা য়াওইদি হাযববু মতম শাংনা কনা অমতনা রারী মচাগী লাইরিক পুথোক্লরকখিদে। শ্রীশীতলজিৎকী লাইরিক অনিসিগী তুংদা চাউরাক্লা চহী তরারোমগী শাংলবা মতম রারী মচা পাম্বা সাহিত্য প্রেমীশিংনা ঙাইদুনা লৈবা তাখি। ইং ১৯৫৫ দা আর, কে, এলাংবম (শ্রীএলাংবম রজনীকান্ত সিংহ) গী "চীংম্না তমম্না" কৌবা রারী মচাগী লাইরিক থোরকই। মথংদা ১৯৫৮ দা লেখক অসিমকী

"যুমগী মৌ" কৌবা অনিশুবা ৱারী লাইরিক অমসু পুথোরকই। অমুকস্তু ৱারী মচাগী ঈচেল অসি চাউরাক্লা চহী তরারোমগী মতম লেপতুনা লৈখি। অদুমকপু মতম অসিদা চাং নাইনা ৱারী মচাশিং ফোংবা সাহিত্যগী পত্রিকাশিং লাকপদগী পত্রিকাশিংদা উবা অমসুং পাবা ফংলকই। ইং ১৯৬৫ দা মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবীগী "নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী" কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিক পুথোরকপদা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারী মচাগী জগৎতা অনৌবা য়াওন অমা লংকখি। অসিগা লোয়ননা মথং মথং ওইনা ৱারী মচাগী ফনা চাউবা ঈহৌ অমা লাকখি। ঈহৌ অসিদা লাকখি শ্রীপ্রকাশ সিংহগী "ইচেগী শম" শ্রীকুঞ্জমোহন সিংহগী "চেনখিদ্রবা ঈচেল" শ্রীনীলবীর শাস্ত্রীগী "বাসন্তী-চরোং" শ্রীবীরেন সিংহগী "লৈচিল্লকী থাজ" শ্রীগুন সিংহগী "ফিজং মকমদা" শ্রীদীনমনি সিংহগী "থক্রবী" অসিনচিংবা ৱারী মচাগী লাইরিক কয়ামুক মথং মথং ওইনা থোক্লকখি। অসিদা নত্তনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা চহী শরসিদা ৱারী মচাগী লাইরিক ফনা য়াম্না থোক্লক্লি। লাইরিকশিং অদু মকম অসিদা লোয়না মশিং থাবা অমসুং মমিং পনবা ওইথোক্কে।

লাইরিক অসিদা ছাপা তৌদুনা ফোংলবা ৱারী মচাগী লাইরিকশিংদগী ৱারী মচা খর খর খঙৎতুনা মনিপুরী ৱারী মচাগী অপুনবা মশক অমা শাগৎনবা হোৎনরি। লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা মতম কুইনা ৱাৎতুনা লৈরবা মচাক অমদি মেনখৎপা ঙম্লগনি হায়না আশা তৌই।

নীলবীর শাস্ত্রী

# য়াউফম

বাহৌদোক

# ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা

ডাঃ কমল সিংহ

ব্রজেন্দ্রবাবু কলিকাতা মেডিকেল কলেজদগী এম. বি পরীক্ষা পাস তৌরদুনা মযুমদা থোক্লরে। হেক থোক্লকপগা মাগী লুহোংবগী থৌবাং পুম্নমক লোইরে হায়না হংবে। শ্রীপঞ্চমী অমিক্তা লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রে। ব্রজেন্দগী ওকপদা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। হৌখিক কালগী পাগ শিংনদি হায়বা য়াই—করি ওকফম লৈবগে? কোইগুন্দস্তা ব্রজেন্দ্রবাবু য়াম্না তপ্পা মীনি, অফিংবা মী নত্তে। মান্না খরাকই, "শুভস্য শীঘ্রম" হায়রবসি চমই। অচুবু মফম থাসিদা কপা শিজিন্নানি দে। মুনিং থা হুইনা চাবা নত্তে। লুহোংবা হায়বা থবক অসিস ইনাম লৌবা থবক নত্তে। ঐগী পুনসিগী অরাবা মুংঙাইবা পুম্নমক্কী শরুক পুরগদৌরিবী লৈকোন্দগী লৈ চাক্ল যুক্লরুনা। শমাং মজোন্দা থারগনি। মমা মপাগী যুম্নাক শাগৈ হুনো কুনা। ঐগী যুম্নাক শাগৈ লেংবগদৌরিবী, লৈখোক অমদা শাৎমিন্নবা লৈ চরোং অমগী লৈবাং অমতং থদৎশঙুম পুন্নপ পানমিন্নবা হৈ চরোং অমগী হৈ অমতং হেকতোকপগুম, মচিন মনাউ, শাগৈ-নাতৈ পুমনমক হুন্দোক্লমদুনা এঙোন্দা চংজবক্কদৌরিবী, তোঙান তোঙানবা লৈ-জাৎ পুনশিন্দুনা লৈনাচোম শেমলগা কেন্না মনম মুংশিবগুম্না মাগা ঐগা পুকচেল খোইজেল তিন্ননা লৈমিন্নদুনা। যুম পানবগী মিংচৎ হেনগৎনবা লারগদৌরিবী, ব্রহ্মপুত্র

অমস্তুং গঙ্গা অনীমকী ঈচেল তিন্নবুনা সঙ্গম স্থল অমা শেম্বগুমনা মাগী অমস্তুং ঐগী তোঙান তোঙানবা পুনসিগী ঈচেম্মা তিন্নবুনা সঙ্গম স্থল অমা ওইহন্দুনা মাদুদা পুন্য তীর্থ অমা শেমগদৌবিবী, উমংদা শঙ্খ, শঙ্খ, পাইরিবা তেনরা ময়াম মরক্তগী অমা ফাবক্তুনা পোন মনুংদা থমজিনবগুম মনিং মথা তৌনা মরূপমপিজা ময়াম শাম্নরম্বা থাদোক্তুনা যুম অমগী মবেম্মা ওইগদৌবিবী হদুগুম্বী নুপা মচা অদুগী মশক অমুক্তা উদনা, মরমচৎ খঙদনা করম্না লুগৌযাল ফমগদৌরিবনো? মানা করিগুম্বা মমাদা হংলবস্তু মমানা খুমই, "ইমৌগী মশক য়াম্না য়েংনি লে, ইমৌনা থোংবা চাক চানি লে। অসুক ফজবা, অস্যুক মবম ওকপা নুপা মচা অসিবু পামদ্রবদি নঙদি অঙাওবা পাখং হায়বদু ওইরেদনা! ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হায়বা থাজদ্রবদি ঐনা পোকপগী অরেম্বনিদনা। ঐখোইদি লুহো-ড্রিবৈঙেনা নো মতম্ভ নুপাগী মশক উরক্তে। থিরে ফজরে ইরাইবক্তা তন্বনি হায়গুনা হেক্তা মরাকই। হৌজিক ফাউবা নোংমতম্ভ খংনদে।" অদুদগী ভারত রামায়ণগী রা, পুরান ১৮গী রারী মথং মথং লিথরকলে। থ্‌দোমবীনা হায়গুমদুনা ঙা লক্লে। চৈতেক অমা পায়দুনা খোরী খোৎপনা মাঙ্গল অদু হঙ্গাম হুনবা ময়গদৌরে। লৈকাইগী চাউমমা, নাতেকমমা, ইমা ইবেন মরি মঙাস্তু হিদাকফু অমমম পায়দুনা ভাবোক ওইবা ফুজিল্লকলে। বেজেন্দ্রনা খঙলে— লীলাগী মীথিৎ শুরে, স্ত্রী-পবর হৌবতারে, ঙসিদি নুমিৎ তাথিবা মকম খঙহৌররোই। অসি খল্লদুনা মমাবু মানসিবনা খুরমদুনা মশানোইরবী চাউমচাগী মরুমদা লোম্না চেপ্তোক্লক্লে। ব্রজেন্দ্রগী মমানা মীথিৎ শুজিল্লরবা অদুদা মথোই কারদুনা ফম্নম্বদগী

হৌগৎলক্রে, চোংফন্দুনা, খুদোমবীনা কোৎতুনা মাইয়োক্নব্রিবী মুপী অতুবু হাৎ-শুগদবগুম অভিনয তৌহৌবসু ব্রজেন্দ্রনা অমুক্তং য়েংলম্লগা চখোকখ্রে ৷

ব্রজেন্দ্রনা খল্লকই, "ওন্থোকইদা! খোঙ্গুলতানা ৱা অমত্তা ভাংনবা য়াবা নত্ত্রেনে। মশক থজবা খরাইগীনি, মরম ওকপা কৈরোই লৈকাইগীনি, মু শিবা ইশা ইথস্তগীনি। মাসি ইমানা খঙবিদ্রে। ফবে,—মখোইনা থিবিগদৌরিবা মুপাসি ঐ মশক ফাউবা শুকযেং কেক য়েংলোই।" অসি হায়দুনা মুরুম মুকম শোন্দুনা চৎখ্রে।

থিঙেল তাইনবা ভমদ্রগা নাসিখোং তাইনৈ হায়বত্ত অসিনি। মমাগী মফমদদি মপ্পারিংগী ৱা পুম্নমক ফোঙদোকপা ভমদ্রগা মরাল কবি অমত্তা লৈনবা, সংসারগী অবা অনা কল্লক য়েংথিবগী মৈশা লাংদ্রিবা, পূকচেল তি লবী মুপা মচা অদুগী মথক্তা ব্রজেন্দ্রগী অশাউবা পুমনমক হৈথখ্রে। হা ঈশ্বর! সংসাবদা অরানবা মী ভাক্তনসু দণ্ড ফংদে, ইরাল লান্দবা মীনসু দণ্ড ফংই।

লুহোংবা লোইখ্রে। মাল ভীনা য়াও শংদা মপুরোইবগী হিদাক হান্দুনা থমই। ভাগ্গক্তা হিদাক মথস্তা কাজরে। অমুক্তা থরদবা হিদাকফুড় ৎমিৎ খুদিংগী মহী হো লি। ব্রজেন্দ্রদি তুমলমদাইদা বিড়ি অমা থক্তূনা ফক্লাংদা মুমাই ওনশিন্দুনা হেক মতুমখি। শেম্পাক্তা পান খুদপ মথস্ত কংদুনা লৈজরে। মোন ময়াদা লৈ নাচোম মথস্তা কংজরে। চয়োল অমা, অনী, অহুম, মরী হায়রকলে ব্রজেন্দ্রগী মৌনব্রত কায়খিদ্রে।

মালতীনা থল্লকই, "ঐগী করি হরাগ্নো? ঐগী ইশক থিবনরা, ইহৈ কৈতবনবা? নহাল অমুক্কী মপোক্তা তৌবা পাপ-নবা?" মীওইবনা হেন্ডিক হৌজিকী অবাবগী মরম থীরা খঙ-লক্লবদা নহালমুকী মপোক চিংশিনলবই। মালতীনা হায়রবই, "করে ধন্ম লৈরি, ঐগী লাংডরেই। ঐনা লানদবদি লোংমা ধন্মনা ঐগী ইবল ঐনী শরাঙ্গা চিংশিনবিরক্কনি।"

বৈবোই লৈকাইগী মপু দা যুমথংগা মৌ ওইডুনা লৌনা লাকপসিন্ত ইবাম লাযনা থরকলে। লৈকাইগা মচে লৈরি মনন্দা লৈরি, মনে মন্দোন লৈরি। হৌনিৎ থুদিগা মখোইনা পান চাবা কোয়থোবকই। মনোনা হায়বই, "যাখে ইগী বজেন্দ্রজুরু যুমদা অমুক্তা লৈবা উদে। মীগা মচ অমদু লোইবগা অকমনা চোপ-হনবসি করি মচৎলো? মানা লোইবনন্দোদি নহান্না চিপা অমদা মযুম পানজবমন্দবনি।" মনংনা মনিৎ থনা থংনা লৌথেনা, শর্মাজি নান্না থালওনা থয়রবই, "যাখোহাদ চিপানা থজিক্তং লাবচবদা হিদাক চান্তনা অনা থানাপন শরা মীনালে। শাক্তা বগী মতং নোং কোনবদা, নিপনা যাহৌরে কই হাযনকপদা নঙগুম্না নিপাদা লৈবা কৌনদে হাযডুনা থকং লৌ মনা যুমদা থেক্কা লাকই-বসিনি।" মদোন্না হায়বকই, "থরা নুমিদ বাঙবন বজেন্দ্রজুরু মৌ-নহা অমগা রারী শাদনা চৎখি। লৌনকাডুনা, যুমগী নুপী খাযনবিখো অডুনা তপনা লাকচগা হাযরিবা অগে ই। অসিনচিংবা মথল মখা অযাম্না পুরনি শিকপা রাহৈনা মালতীবু শাউগংহল্লি। ভাগীরথী গঙ্গাদা কলিকাতাগী অমাং অশোই রৈথবগুম মালতীনী তক থকরা পুকচেল অদুদা মাইকৈ নবীমক্কী ফত্তবা পুকচেল, রাথল, হিংসা,

কল্লকপা পুম্নমক্কী মমি তাহনবা লাক্লরি ।/ কৈরোইগী মচে মনেম-শি দুগী মপুক্লিংদা মখোই নৈন লৈনমক, মালতীনা ইকাইখীবী, ন্নাবীশাবা কৈতবী অপংবী নুপী মচা অমা ওইনা লৈবসি য়াম্না খোইবাংখ্রে। মালতীবু মখোইগী মখুৎ চানা, মখোইগী পুংলোল মতুং ইন্না জগোই শাহল্লগা মখোইনা তমজকবা বিদ্যা অদু মহৈ য়ানগদৌবিবনি। মালতীনা মখোইনা ভাংবা মযামদু তুমিন্না মক লুকথতনা তাদূনা লৈ। ভাব ইতা তাদনা নোংমদি ময়াম চংদুনা মশুম খোমগৎপাব্রে।

ব্রজেন্দ্রদি কবম তৌরি? লৈকাইগী মচে মনেম্না হায়বা অদুগুম্না ওক্তবা অমস্লং অমকপা পূকচেল চেনবা মী নত্তে। মী-ওইবগী স্বভাব মতুং ইন্না মমা মপাগী মথক্তা ব্রাবৌজবা অদু মালতীগী মথক্ত হৈথবতনি। মবমচৎ যাম্না যজবা নিপা অমনি। মানা শাউজবা অদুস্ত্র অঙাং মচানা চাক ওইনবগুম্বতনি। চাক্তা মুনা মুনা য়ে লগা কপশিন্নবগুম্বতনি। মবৈবাক্কী নুপাশিংগা মন্নাইবক থীবা অব্রা অনং পুম্নমক মহাক মুন্না খঙই।

নোংমা গুমিৎ অমা, থাবল ফববা অহিংদা বজেন্দ্রনা মৈতৈ লোনগী বাসক ফাংনবা তাংগ হাযনা চৎথোকলকই। থাবল ফবা অহিংদা পাখং.লৈশাবী মোনহাশিংগী পুক্লিং লংংতব্রবসি হৌনবীনি। শংবান্নবা অতিয়াদা থবানমিচাক্কা লোযননা থা থোক্লিবা, উ-ব্রা হৈপাল লৈপাল তুমিন তুমিন্না লেপ্তুনা লৈব্রিবা থাবলগী পাব্রবা লমথাং থোল্লদুনা হমা পৃথিবীনা মবু ঙোবু খুরমজব্রিবা, অসি পুম্নমক উকতুনা ব্রজেন্দ্রগী পুব্রিংদস্ত লাংতব্রবা অমা পোক্লে। অদুদগী মাঙব মমুংদা চংখ্রে। "বৃন্দাবনগী অমুবা থাডু অমুক হন্না থোক্লকখিনি।"

অসিনচিংবা থাইন-মৈচাক্কী থমথেংনা অরাবা মতাং পূক্লিং হুনা শরুম্লি।

মথং মথং ব্রজেন্দ্রগী পূক্লিং পেশ্বরক্লে। ময়ুমদা লৈহৌবী মালতীবু মরাল ইলৈ লৈত্তনা শাউরুরে হায়বস্তু থল্লক্লে। অস্তুম খন্না খন্না নুপী নহা ময়াম ফল্লিবা মাইকৈ অদোমদা হাইক্কেৎ য়েংশিল্লকই। নোংঙাল্লগা শাংকদবস্তু থাবল ফমনগ্রদুনা অহিংদা পোমশাৎনগ্রবী লৈহাও লৈরেনগুম্বী নুপী মচা অমা, য়াম্না চোক-শিন্না. হুরান হুরান্দুনা ব্রজেন্দ্রদা য়েংলমই। ব্রজেন্দ্রনা হেক য়েংথোকখিবা অদুদা পৈনা পৈনা য়েংলম্বা মিৎ-থম্বাল অনীদু খুৎনা শোক্রবা ইকাইথিবী মনাগুম্না হেক ঊমশিনখ্রে। মিৎফমদি চংশিনখ্রে মপান থোকখ্রিবা রাশ্বল অদুদি চিংশিনবদা মনুং য়োবা ঙমহৌদ্রবোই চাইরুং অনীদা যৈশিন্দুনা কোইরপ কোইরপ হৈয়াই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশং ঙাংখ্রে। ইকাই-খাং ওইনা মমাংদা তাক্লিবা পান তাঙ্গা অদু শিংগুপ শানা শেগাইবিরে। মরাইবক থীরবা তাঙ্গদু মরাল লৈত্তনা দঞি ফংবদা চেৎ চেৎ হায়না মপুক্লিংগী অরাবা ফোং দোকখি।

অস্তুম তৌনা হুরান্দুনা য়েংথোকলুরগা য়েংশিল্লদবা শাদুনা মিৎফম হঞ্জিনখ্রিবী ঙাংশং ঙাংলবা চাইরুং অনীনদি হুরান্দুনা য়ে লুরে হায়না তাক্লিবা শকফম অদু উরুবা অদুদা ব্রজেন্দ্র অদু খঙহৌদনা মপাল্লোমদগী তেংপাক লৈতুম অমা হুজিল্লকপগুম্না মাগী থম্মোই থক লাউনা পাল্লরে। মিতুল ফ্রং ফ্রং চোংখ্রে, ময়াই ফজনা থায়দুনা হাৎলিবা, মুরবা শমজোই অনীগী মরক্তা হুমাং অনপ্পা কাখ্রে। ব্রজেন্দ্রনা মাগী লেংবান্দগী থদর ইনফী লৌথোক্তুনা

হুমাই হুমখ্রে। ডাইহাক লৈরগা ব্রজেন্দ্রনা বুদ্ধি তারক্নুনা ঐঙোন্দরা মীঙোন্দরা য়েংখিব্রসি হায়দুনা ফম্মিন্নবশিং অদু কোয়েং য়েংবদা খরাইত্ত মক লুকথদুনা পূক্লিং চংনা ঈশৈ তারমই।

মনম মুংশিরবা লৈ অদু মপুনসি তেল্লবনি মরমদি মপুনসি ককথৎতুনা মনমদা হাপচিনখ্রবা মাল্লে। রা ঙাংথোকপদা ইকাই-থিববী মুপামচা অদু মমিত্তা মবোল লোনবনি। মরমদি মচিনগী লোন অদু মমিংগা হাপখ্রমাল্লে। অদুনবু বিধাতা হাযরিবনি। মুপী-মচা অদুগী মিৎচিগী মরোন্দগী ব্রজেন্দ্রনা মাগী পূক্লিংগী লাংতক্নবা ভাব অদু খব ফংখি।

শাবা শানৌশিংগী মু শিনবা হায়বসি থাক অহুমশুবা মাল্লে। অহানবা থাক্তা মু শিনবা হেক হৌরকপদা শক্কা শক্কা উনবদা শরাই হেক পাখৎলৈ। অদুদগী অনীশুবা থাক্তা ইকাই মু শি যাদ্রে। অদুদগী অহুম শুবা থাক্তা ঙাওনরকই। ব্রজেন্দ্রনা মুংশিবগী অহানবা থাক্তা মুপা মচা অদুবু উবদা পাখৎলরে। খল্লকই,— "ওস্তোরা ফজেদা! ইপা ইমানা লুহোংবিরমদ্রবদি ইশানা খঙদুনা অসিগুম্বী মুপা মচা অমত্ত লৈবমবদি কয়াদা পূক্লিং হরাওনা ঐগী পুনশি লেল্লমগবা! ঐগী য়ুমদা লৈহৌবিবী মুপা অদুদি মশকম্মু মুন্না য়েংদ্রি, অস্নক ফজবগুণনি হায়বস্নু থাজদে। মরমদি শকফজবা হায়বসি অকাংবা পোৎনি, পুঙনা থোকপা নত্তে।"

অসিংখন্দুনা অমুক হন্না হুরান্দনা মূনা মূনা যেংলক্লে। আহ ! হন্দমুক্তি হুরানবা হুবানবী অনীগী হুরানবা মিৎ মরীদু খম হেক থেংনখ্রে। মিকুপ অহুমগী মন্নুংদা মী খঙহৌদনা মাণ্ডব মম্নু দুদা নোংথাং কুপখ্রে। অদুদগী মুংশিবগী অনীশুবা থাক য়োরক্নুনা

ব্ৰজেন্দ্ৰগী মপ্ৰুক্লিংদা ইকাইবা পোক্লক্লে। থল্লকই,—"মীয়াম মমাংদা অস্তুম তোনা নুপী মচা অমগা য়েংনবসি হজবা থবক নত্তে। ধৰ্ম্ম কায়বা থবক্নি। ইযুমদা লুহোংডুনা নুপী মচা অমা লৈনমক ঐগী পুৰিংদা অমরুপা ৱাখল চঙলক্লে।" অসি খন্দুনা থাক অতুম শুরক্ৰিগী মমাংদা ব্ৰজেন্দ্ৰনা মফম অসিদা লৈবা য়াদ্ৰে যুমদা হল্লগে হায়দুনা মপাল থোরক্লে। লম্না চৎনা চৎনা খল্লকই, 'ঙসিগা ঐগী ইবেম্মা অসি মশক য়ে লবগে, নুংশিবগা বাহৈনা ভবাম ভৱাম কৌরুরগে। ইমাম্নবশিংনা মাগী মাগী চান্নথোক্নবা নিপা দগা নুংশিনা লৈমিন্নদুনা কয়াদা নুংঙাইজবিরবা।" খন্না খন্না মযুম য়েৌশিল্লক্লে। থোংজিল হেক কাল্লুনা মাগী নুপা চৌবগে হায়দুনা নোকান নোকমি তৌদুনা মচিনবান কাখৎলুনা য়েৌশিনকপদা ইকে। অসাইগী মাঙ্গব মনুংগা নুপী মচা অদুনা চিনাক হাংদুনা ব্ৰজেন্দ্ৰ লাকপা ঙাইদুনা লৈবম্লে। ব্ৰজেন্দ্ৰ ওৱানবা ফাবগুম্না, মমাংদ কৈযাই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশিংদুনা হনা মরিক মরিক শোখ্ৰে। করি হায়না কৌশিবা মফম হঙদ্ৰে। মানিবু কনানো? অসাইগী নুপা মচা অদুনা লৌনগে হায়দুনা তৌশিল্লবা? নত্ৰগা ঐগী নুপাগী চান্নবা মরুপ ওইদুনা ঐগী পত্ৰিং চোইবা মতৌ অদু দগা নুপাদা ওনশিনগে হায়দুনা লাক্লিবরা। অসি পুন্নমক খন্দুনা যুম্বী য়ুংবগুম্না চপ যুদুনা লৈখ্রে। মালতীনা —'ইবুংঙো লাইবক থীবীবু নুংশিবিরবো নুশি নপাউ তাজদবা কুহরে" হায়দুনা ব্ৰজেন্দ্ৰগী মখোংদা তুররে। ব্ৰজেন্দ্ৰনা খুদক অদুমক্তদা মরৈ লোমশিল্লক্তুনা "ন-ন-নঙতনি, আ-ঐ-ঐগী ন-ন নঙতনি" হায়বকই। মালতীনা হায়রকই, "ঙসি ঐনা বাসক য়েংবা চৎচরমদ্রবদি ঐদি ইপোক অসিমা অস্তুম মাঙজরম্মবা হায়বদুনি।"

ব্রজেন্দ্রনা নু শিবগী অন্তমশুবা থাক্তা য়োরদুনা হায়রকই,—'ইপা ইমানা য়াবা নুপাস্ন নঙনি। লাইনা তম্বা নুপাস্ন নঙনি। ইপুরিংনা পামজবা নুপাস্ন নঙনি। ঐগী থম্মোইগী লাইদি নঙতনি-নঙতনি-নঙতনি।"

ললিতমঞ্জরী পত্রিকা (অহানবা চহী, ১নবেম্বর) ১৯৩৩ ইং

# নক্লবদগী

শ্রীরাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহ

"কনাবুনো ? নথন্তবু য়েংজরিবরা ?"

কোন্সীরৈনা মিংশেল অমা মাংদা থারগা শমজেৎ হাৎনা হাৎনা মথক্কী রাহৈশিং অসি মথন্তদা হংজরম্মী। মনাক্তা কনামত্তা লৈরমদে। চাউরবা কা-মঙা শাংবা যুমগী পাক্লবা মাংগোল অদুদা মাগা হৌদোং অরাংবী অমগা মখোয় অনীতমক লৈরম্মী।

কোন্সীরৈনা পাউখুম খুন্সিনিঙাই লৈতবা রাহং অসি হ জরিঙৈদা হৌদোং অদুনা কোন্সীরৈবু কনামত্তা লৈজদ্রবী রা পাবিনিঙাই ফংদ্রবী রারবীনি থনবরা করিনো খঙদে "ঙিয়াও,ঙিয়াও" হায়না মাংগোল ঙাল্লবী ন্থপামচা অদুদা তুকথনা য়েংদুনা খোংলম্মী।

মদু তাবদা কোন্দীরৈ অদু নাকল ওইরপ ত্তৌনা লৈবা হৌদোংদা য়েংলগা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী। জগৎ অসিদা মশাক্কী পূন্সিদা মাগীদমক নুংশাস্বর মপা মচামত্তা ওইরবস্থ হোনবিনিঙাই লৈরিবোইরে হায়না মপূক্লিংদা নুংঙাইবা পোক্লম্মী।

অদুদগী শমজেৎ হাৎপা লোইরগা হৌদোংদু কোন্নদুনা মতম্বাঙ্গা থনম্মী। মুম্মা য়েংলগা চেৎনা কোনশিল্লগা হায়রকই,—

"অরাংবী, তাইবং মীগা নঙগা করি খেন্নবগে ?"

হৌদোংনা করিস্থ খুমদে, অদুম 'ঙিয়াও ঙিয়াও' হায়দুনা লৈরম্মী।

অদুদগী কোম্বীরৈনা অমুক্ হংলক্‌ই.—"থেম্নবা খঙব্রবরা ? খঙইদা। হায়বা থোক্কবা নত্রদো ? নখোয়া নবুক্লিং লোইনা তাকলিনে অরাংবী।"

অসুম তৌনা হৌদোংগা রারী শারিঙৈদা কোম্বীরৈদু হৌদোং-দমক মূয়া য়েংদুনা লৈবনা মাংগোলদা করি থোক্লম্মী হায়বা কবিমতা খঙলমদে। মানা শুমহৎতুনা লৈবদুদা লাক্লিবা মী অদুস্ন রা পাক হায়বা ঙম্নমদে। মহাকপু অদুম য়ে দুনা ঙাইহাক লৈবদুনা চুম্বমাল্লে থনবদগী ৎমিন্না লৈবম্মী।

কোম্বীরৈস্ন হৌদো দা রা হংলম্মী, "নঙনা ঐবু অস্নক মুংশি-বিবা কন্গীনো, অবাংবী ? ঐদি নঙবু মতিকচানা লুনা তৌদেনা।"

"নঙদনা খঙদবনি, মাদি খঙই কোম্বীরৈ।" রাসি তাবদা, কনানো হায়না য়েংখিবদা তোইনা উনখিদবা মরক-মবক্কী থেংনবা পাখংমচা অমা ঙইরম্বদু উবদা ইকাইরদুনা কোম্বীবৈদু মমাই ঙাংলপ তোরম্মী ৯দুগা হৌদোংদা য়েংদুনা অমুক লৈরম্মী।

অদুদগা পাখংমচাদুনা হংলকই' "কোম্বী, নঙগী থম্মোই মমিদু হৌদো গী মমিত্তা তাবা উববা ?"

মোমোন নোর্রদুনা কোম্বীরৈনা শম্নপ্পা—"হোই, উই।"

"করিগীনো খঙবরা ?"

"খঙদে।"

"খঙদে ?"

"উম।"

"নরুবদগীনি !"

অত্নদগী কোন্সীরৈনা "উম" হায়না শাংনা মুংশাস্নর অমা হোল্লদুনা হৌদোংদা হায়রকই, "অরাংবী, চৎলো শান্নরুখো, হোরেন থবক ইনথাং লোইরগা রারি শাসি।"

মচু হায়বা তাবদা পাথং-মচাদুনা হায়রকই, "কোন্সীরৈ নঙদি রাম্না থুনা থাদোকপা হৈনা!"

"থাদোকনিংদে হায়রগবু থাদোক্কবা য়াবরা তাদা সুবল ?"

সুবল রা খুমদে। "উম" অশাংবা অমগা মমাই পৈরপ তৌনা কোন্সীরৈদা য়েংদুনা লৈরম্মী। কোন্সীরৈনা হৌগৎলগা মোরা অমা সুবলদা ফম্নবা পীরম্মী। সুবলনা ফমথরে অদুগা কোন্সীরৈসু মনাক্তা লৈপাক মথক্তা ফমলে। অদুদগী সুবলনা হায়রকই— "কোন্সীরৈ, ঐ কদোবা লাম্রিবনো খঙবরা?"

"খঙদে—অসি হায়না হায়না মমিংগী পী মতুম মতুম শিন্থরম্মী। মশা পুম্নমক রাখল অমনা ইচোক চোবথরমলে, মখুৎ অমতং তপ্পা পুথৎলকতুনা মপিদদা তৈথোক্কে নিংলমদে। পিগী ইরানা ঙাংঙানবা চিংমাইদা চেনথরকপা ময়াংকংবী তুরেলগুম অতৈপা লৈতনা চেনথরম্মী।

সুবলনা মচু উনা উনা অদুম রা হংলম্মী—"করি করম্না যুগতা ঐবু নঙনা খঙবা ঙমগনি কোন্সীরৈ ?"

"মপোক অসিদদি ওইররোই তাদা।"

"ঐ চৎলগে অদুদি।" অসি হায়দুনা সুবলনা হৌগৎতুনা চৎখি। কোন্সীরৈনা য়েং য়েংদুনা লৈহৌই।

নোংঙাল্লগা সুবলগী মমা থবোনা হেক্তাং শেমনা শেমনা মপুরোইবা চাউভলদা রা হায়রম্মী। চাউভলনা হিদাক থকতুনা

ফক অয়োনবা অমগী মথক্তা উপ্রাকনা হিপত্লনা লৈরম্মী। খয়োনা হায়রকই, "তারবরা, নচানুপাসি কোঙ্গীরৈ নত্তনা তাইবং অসিদা করিমত্তা উদ্রে হায়রিবসি। কয়া তাকই. কয়া হায়, খঙবা ইলৈ লৈতে। নোংমা মফম মরাং খঙদ্রবদি নঙস্ত ঐশু চপ মান্নরা রামিন্নগনিদো।"

চাউভলনা করিস্ত খুমদে, তাদমক তারম্মী অড়গা হিদাক অত্থু বুদ্ধি শৌনা থক্লম্মী। হিদাকফু অড়না অচৌবা অমনিনা মখোল লাউনা থোক্লম্মী। থবোনা, মানা অস্তম ঙাংবড়দা চাউভলনা শুকত্তা তাদ্রেবদা মপুবোইববুদা শাউবা নত্তনা হিদাকফু মখোলত্ত- বুনা হেন্না শাউনিংলম্মী। শিগদোবমথৈ কন্না নাড়ুনা লৈরবা মী অমনা ইঙ্গিন থোবগী মখোলদু তানিংদবমুক—চাউভলগী হিদাকফু মখোলদু থবোনা তানিংলমদ্রে। অড়দগী শাউনিংবা হেনজল্লকল- ড়ুনা খ লাউ লাউনা হায়রকই—"তারিবরা, নিপা নঙবু?"

খঙপ্রেক খঙলড়ুনা চাউভলদু ফন চোংখৎলি। অড়ুদগী নেম- থরগা হায়বকই, "তারি।"

"অড়দি কদৌনা খুমদ্রিবা?"

"খুম্মুড়ুনা কবি কান্নগনি।"

"নুপীমচাড়ু পুবকপবদি করম তৌনি?"

"ঐগী ইচানি সুবল অসি। নঙনা শেরান্না খনবা য়ারোই।"

"হোই, পামানবা মচানি খঙইনে। অড়ুবু—?"

"কান্নবোই, থবো। সুবলদু লৈবরা কৌবকউ।"

মমানা কৌড়ুনা সুবল অদু মপাগী মনাক্তা মত্থ ইপোন পোন্না লেপত্লনা লৈররে। চাউভলনা সুবলদা য়েংলড়ুনা হায়রকই—

"সুবল কোম্নীরৈ অদু য়ারবরা ?"

ৱাহং অদু সুবলনা ইকাইরদুনা মমাই উং উং লাউনা লৈরম্মী। করিমত্তা খুমলমদে। চাউভলনা অমুক হায়রকই—"য়ারবদি পুরকউ। মপা-মমানা য়াদ্রগা ইপা চৎতুনা হায়রুগে।"

সুবল তুমিন্না লৈরম্মী, থরোনা মথবাক্তা খুদুমনা শুরদুনা হায়রকই—"মাঙলে, মাঙলে। নপা নচা লৈজহৌরো। অপাম্বা নমৌ থিজহৌরো।"

চাউভলনা থরোদা শংত্রিক শংনা য়েংলগা হায়রম্মী, "নঙদি ?"

"অদুগুম্বা জাৎ-নাইদবী নুপী অমা পুরক্তুনা ইমৌনি হায়-গদৌগী শরুকপুদি"

"নপামদা চৎকে ?"

"চত্তদি।"

"নৱানা হায়বদি ইল্লোই হায়রিবরা ? নঙগুম্বী হায়বা ইন্দবীগী মচাবুদি কদাইদগী হায়বা ইনগদগেদে ?"

থরো শাউনিংবনে ইকাইবনে খুমফম খঙদরে, অদুম তুমিন্না লৈরম্মী। সুবলসু চৎখ্রে। চাউভলনা ঙিদাক থকতুনা তুমিন্না লৈখ্রে। ৬৮

অদুদগী ডাইহাক লৈরগা চাউভলনা হায়রকই—"থরো, ত্তারিবরা ? সুবল অসি পোকতুনা নিংথাদা লৈরিঙৈদা ঐনা হায়দ্রা, ইচানা পাম্বা নুপীদা লৌগনি, নঙ য়েংলকপা য়াদে। নঙবু ঐনা পামদুনা লৌবা নত্তে। লুহোংবা নুমিত্তা নশক উবা ফংখি। ঐনা পামজবা কয়া অহল লমন্না য়াদে হায়দুনা লৌহৌদ্রে। মথোইনা

ঙাংবদু তানিংদবমক্কনা থোকপা তৌহনবদগী নঙবু লৌবনি । ঐনা অপাম্বা মীশিং অদু ফংদবগী অরাবদি হৌজিককাউবা মুৎত্রি। অদুনা নঙ রা ঙাঙবা য়াদে। ঐ চৎতুনা কোম্বীরৈখোইগী মপা মমা উন্নরুনি ।"

থা অমা ফারে কোম্বীরৈনা থরোগী মমৌ ওইদুনা লৈবা। জাৎ অতোনবানি, লাইরবী মচানি, হৌনবা খঙলোই লাইগুরুগী সেবা তৌবদা মতিক চারোই হায়না থরোনা খল্লম্মী। শক-ফজবী কোম্বীরৈনা ফজবা মাইথো তুদনা মনেম্বোকপু পেলহনবা য়ারোই হায়বা মযুমদা লৈঙৈদগী খঙজরম্মী।

কোম্বীরৈনা মপোকসিমগী থাপ্পা লৈজগ্রগে খল্লম্বদু য়াম্না নক্কা লৈনদবা য়াদ্রে।

নোংমা থরোনা মমৌ নুপীবু কৌশিল্লগা হংলকই—"কোম্বী, নয়ুমদা লৈরিঙৈদগা হৌনা ঐ অসি নঙগী পি তাবগী মরম ওইরকপা নত্রা ?"

কোম্বীরৈনা খুমদে। অদুম তুমিন্না উখোংগুম লেপ্পুনা লৈরম্মা। মহাক্না হঙ্গোইবদু উবতুদা থরোনা হায়রকই,—"হঙ্গোইগনু। হঙ্গোইবনা মীনম্বা ঙাংবা তোগনু। হায়ু, নত্রনে ?"

"মানি ।"

"সুবলসি মপোকসিদদি থানবা তারে হায়না নঙনা হায়খিবরা ?"

"হায়খি ।"

"হৌজিক্কি করমদোরে ?"

"হৌজিক্তি লাল্লে।"

"কনানা লালহল্লিবনো ?"

"খঙদে।"

"নকুবোক্না। ঐনা তক্সুনা য়েৎপনি। সুবলনা তৌফম খঙদবনি। অদুবু কোম্বী, হৌজিক্তি ইনেমগী পুরিং অসি পুমণ্ডন ওনগ্রে। মসি নঙনা শুলহনবনি। নতৌনা ইনেমগী থম্মোই অসি পেৎলে, ভাব অমা তারে।"

কোম্বীরৈনা মহাক মনেমবোকপু পেলহনবা ঙমলে হায়বা খঙজরে। মথরাইদা নুঙাইবা পোক্লদুনা হোরেল সুবলদা তমগে নিংলম্মী। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা চৎপা য়ারগদরা হায়না হংলম্মী।

থরোনা 'ঙাইখো ৱা লৈরি' হায়না খাল্লম্মী। অদুদগী হায়রকই—

"হবেম্মা, নুপী ঐখোইসি পঙবনি। ইমুং মন্নুংদা শুংজন্দুনা লৈবনা করিমত্তা খঙদ্রবনি। অদুনা জগৎ অসিদা ঐখোইদনা শিংবোই নিঙবনি অদুগা নিপানা হায়বা ৱা পৃম্নমক করেম্নবনি অঙাওবনি হায়দুনা ঐখোইনা লৌবনি। ৱাখল অৱানবা অসি ঙসিদি নঙনা চুমথোকলে। অদুনা নপুরোইবনা হায়বদা নথরাইনা পামদে খন্দুনা য়েৎপা তৌগনু। নঙনা থাঙ্গৈশেংনা ফত্তবা ৱানি খঙলগদি কৈ।"

অদুদগী চৎলো হায়দুনা কোম্বীরৈদু থবক অমা অমা তৌবা চৎখ্রে।

চাউভলনা হনজল্লকলগা থরোদা হায়রম্মী, "থরো, জাৎ

অতোনবী, লাযবাী নামৈথুবু নঙগী সেবা নিং-থুংনা তৌত্রবরা ?”

“নি বা থংবদগী হেনগ্রে।’

“থঙ চদো ম্না, খঙদনা খঙবা শাবনী, হৈতনা হৈবা শাবণী। নখোইনা নি লম্বদ, নচাত্তু নখে ইদনা নুংশি, ঐখোই মপাদি খক নুংশিদে। অসি ন েদা ?’

“যো নিপা। ঐ হোজিন লোইনা খঙলে।”

মখোই ন ী বা ঙা নবিঙেদা সুবল লাকত্তুনা হংলম্মী— “বরিণীনো ইমাগা পাডি া ল উং বিরিবো ?”

হেনা হবু চা, নমানা এ ইমৌত্রনবু মাগীস্ ওইগা হায-বর্মী হে। ঐ মত মগ্না বাবা, নঙদগী নঙোন্দা হাযবিরম্বা।”

থবোনা— মদন তাবগীবোহবে ঙকলেদা।”

‘উম ঙকানি। নখোই গ া হাযবাসিদি অত্তুম চেন তুনা পুন্সি তসি পে ইপাবনি। যোঙথাং খুদিংদা নখোইদি অচৌবপদা থে নংদবনি।

অংদণী থবোনা মংমানংগ পোবত্তুনা হ লবই—“ইবেম্মা নঙবু নকুবোঙণ মনী ওইদৌবিবনা, গৌদি ওইবোইদবা ?”

বোম্বীনা ইচা চনা তাবন্নী নবিস্থ খুমদে। চাঙতলনা হাযবাই—“ইবেম্মা, মাদি থিবা পাউ দ। ঐদনা নঙবু ইমৌ ওইনা পুজবকপ’ন। মাগী মমৌবা ওইকন্ন।”

থবোনা সমুক হাযনাই, “বোম্বাবে, নঙ ঐবু নংশিদ্রা ; নযুমদগী চৌবরপা অশাঙবত্তু তৌজিক যাউবা মুৎথিরোহদবা ?”

মনেম্বোক্সা অত্তুম্না হংলকপত্তুদা বোম্বীবুনা থবোগা মখোংদা খুকমত্তুনা হাযবকই, “এ ইকুবোকবী মমৌনি, ইনেম্বোক্সা ঐগী খ্বাইদগী নুংশিবা ইমানি।”

কোম্বীরৈনা মচু হায়বা ত্তারগা স্তবলনা কোম্বীরৈদা হংলম্মী
"কোম্বী, ইমানা হায়বিবসি করিদগীনো খঙলবরা ?"
"নরুবদগীনি।" ।

লৈকোনমুংদা, ১৯৪৬ ইং

# ইন্থোকপা

শ্রীরাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহ

শ্যামসুন্দরগা নবকিশোরগা মচিন-মনাউনি। মৈতৈগী জাৎ ফংবা অমদা পোকপনি। থবক খুদিংমক্তা অচৌ-অশাং শাগৈ-নাতৈগী রা যে নরকপদা ঐখোই লৈবি হায়দুনা চোংথোকপা য়াবা মীনি মখোই অনীসি। ময়াম্বা শ্যামসুম্বরদি চোংসু চোংথোক্লম্মী।

দববার মেম্বব অমা ওইরম্মী শ্যামসুন্দর অদু। শেল চারুই হায়বদগী থবক তোল্লম্মী। অসুম তৌদুনা ইকাইবা ফংলবসু মাবু মীনা ইকাইখুম্নবা মী অমা ওইনা লৌরি হায়না মথন্তা খনজবা ঙম্বা নিপা অমনি।

রাসু চাউনা-চাউনা ঙাংলম্মী। মানা ঙাংবা পুম্নমক চুম্বা নত্তে শঙনা শঙনা অঙম্বা অমনা ঙাঙলিববু হায়দুনা কনামতা য়েংপিবমদবা মরম্না মশাবু য়াম্না হৈ শি বা অমনি হায়না লৌজরম্মী। হৌজিক অঙম্বা অমা ওইবা তোল্লবা ফাউবা অদুম মশাবু অহৈ-অশিং অমনি হায়না খনবা তোল্লমদে।

মচা মনাউগী নুপী নহা থিবা মতমদা রা য়াম্না য়ামগনবা নিপা হায়বদু শ্যামসুন্দরসু অমা ওইরম্মী। মৈতৈগী বামোন ক্ষেত্রি লৌনবা য়াদবা অমদি য়েক-শলাই তিন্নবা মীগী মরক্তা চাবৌ-মৌবৌ থিংবা অসিগী লুচিংবা ফিরান পায়বা অমসু শ্যামসুন্দরনা ওইজরম্মী।

বামোনমক ওইরবস্থু কোন্নুংদা গোবিন্দগী সেবা কাদবা ওইরবদি গোবিন্দ পূজারিগা শাগে মান্নবা বামোনগী মখুৎ চাদে অদুগা ডুকোন কাবা শাগৈদা পোকপা মীনা ডুহোন কাকদ্রবদি শ্যামসুন্দরগী ঈশৈ শোকপা যাবমদে। মৈতৈগী গৌডিয়া হায়বহু য়াম্না কন্না ডাক্লা চৎলম্মী। শিং অফোবদু চাম্নগা কবিগুম্না মৈথাবা যারবদি মদু ফাউবা ঙৌহন্নিংবনি। ইরুজবা কারকপদা লম্সেল ঈশৈ চাই-চাইদুনা বারকপা মীনি।

অদুবু ইকজবা মতমদা পুখ্রিদা গচিন কে থোকপা ঈশৈ অদু য়ান্নুংদগী ওথোকতুনা বামশিনবদি হৈনবা জাৎনি। মুংদা তুম্না ফমু দা নুংথিল শেংলে খল্লিবা মশাবু অদুম তিপতুনা পোৎথাবগা মাংদে হায়না খন্নোকপস্থু ডনায়া। শামতুনিদবু হায়রবদি অঙাংগী অমাংমা হৈরবস্থু অদম শে ই হাযনা লোনা মানি।

এদি হৈরুবনি কৃষ্ণগী নাম শোনবতনা ইথৌনি হায়বগা কনম তৌনা মীনম্না ডাংদ্রবনি হৌন গঙবা বাবহাব হায়বহু থাদোকপা য়াই হায়বা অমস্থ শদুক শোনা নবস্থু য়াম্না কন্না ওইজবা মীনি। ঐ নত্তনা মী অতৈ পূম্নমক অংডানবনি হাযনা খনবা বৈষ্ণব মগল অদুগী মকোকমক ওইবা ঙমদ্রবস্থু মরক্তা য়াউজবিন শ্যামসুন্দরনি।

রূপমন্দির অমা লি থৎপা পায়ড়না মানা চাজবিবা ভলবতুনা ওকনহনা শেল চাবা হোংহলম্নি। অদুম তৌদুনা মন্দির শাবা ডম্লে। অদুবু মন্দির লোইরবা ফাউবদা মন্দিরগাদমক কৌখিবা শেল-চাবা হায়বা ধম্মদ্র থাদোকপা ঙমদতুনা অদুম চাখিবদগী কোনথংদা উইহৈদবা খঙহৈদবা মীনা উরকতুনা থবক তোবখিবনি।

নিতিগী মালা চৎপা তোক্তে, মী অতোপ্পবু লাইনিংদে পাপকী থবকতা তৌই হায়দুনা নুপী নহা অদুগা মঙোন্দা য়েৎপিদবা মমাই

থৱরা ঙাকপিবা মীদা ঙাংবস্থ লেপ্লমদে।

হৌজিক্কি তংবস্থ লাক্তে, শেল চাফমস্থ লৈদে, মালা চৎপনা মতম চিনখিদুনা থবক অতৈ অতৈ তৌবা ঙম্লমদে। অদুনা দোকান্দগী পোৎ শোৎপনা মরূপ-মপাংদগা শেল পুবনা মাগী তি নবা উপায় ওইবস্মী।

তৌজিকস্থ মীনা মাবু মেঙ্গব কৌবা তোকখি। ঐগ্যা তাই-বু ঙোনচি বা অঙহৃগী মিংগৌ অমতা মাঙদরি। থবককা ফলব-কদনি মাঙখিবা।

মাগী মনাউনিপা নবকিশোরদি মতম মতুং ইল্লা নত্তা ওইবনে অহল-লমনবুস্থ কীদবনে মনিং তম্না চৎচনিংবা নিপা অমা ওইরম্মী।

নবকিশোর অদু লাইবিকস্থ ফনা তমশল্লবে। অফ ফওস্থ ফনা শঙজকবে। মাগী মশাদা চাউথোকপনা করিনো হস্তবনা করিনো অমং থঙলমদে। নিংতম্না পানজক হায়না লাইনা থারকপনি। বনানা কবি পৌজবনি হায়বা ৱাথল থম্মোইদা কন্না য়েকতুনা লাল্লবা নঙানি।

মহাক সরকারগী থবকস্থ তৌবমদে। থবক তৌনিংদবরা হায়বস্থ নত্তে, লানজা চাদবা হায়বদনি।

লাইবিক তমবা লোইবগা ময়াম্বগা মতৈমগা নুপী কোইথি থিরম্মী, অমতা ফংলমদে। মৈতৈ লৈবাকসি নুপীনা নিপাদগী মশিং হেনবনি, শ্যামসুন্দরগা মাগী নুপী সনাহনবীগনা। থিবস্থ কন্না থিরম্মী অদুবু নবকিশোরগী নুপীদদি ময়াম্বগা মতৈমগনা থিবদা ফংবা য়াবদি অমতা পোল্লমদে।

মতৈমা সনাহনবীনা ফী রোল নাম্না শেৎভুনা হেক চৎপা উবদা মানা ক লম্মী—"কদায়দনো ইতৈমা, মুপী থিবরা ?"

"মানিনে। নঙগী মুপীসে পোকত্রেনে ইবুঙো।"

"কদায়দগী পোককনি ইতৈমা। নখোইনা পাম্বদি শাগৈ জাৎস্ত ফবা, ইনাকস্ত খুনবা, মখুৎ মশাস্ত শেল থোকপা ঙম্নবা লেং-খোৎপা, মশকস্ত সরস্বতীনা ইকাইবা য়াবী অদু-গুম্নীদি ইতৈমাবু ওইবা ঙমবরা ?"

মাগী ৱাসি তারগা মচোমপাক নাইদে হায়না শাউরম্মী সনাহনবীদু। অদুদগী নবকিশোরনা হায়রম্মী,—"ইতৈমা, মুপাদি নিপা মশানা থিত্রবদি ফংদবনি।"

"অদুগা নঙ থরা থিরকউদনা।"

"অদুদা হায়যু হায়রিবনি। নখোইনা ঐগী ইথৌবু হেক মুনবিবা শারদুনা ঐবুস্ত কয়া ৱাহল্লে।"

"ফরেনে অদুগা নঙ থিজরকলোনে।"

"তাইবুঙোবুস্ত য়াহনগনিদনা।"

"থিবা শুকখং থঙত্রবসিবু করিগী য়াদগবনো।"

"ৱা অমা হায়গে, ইতৈমা ?"

"হায়য়ু।"

"শাগৈ অফবা ঐখোয়গা মান্নবা নত্রবস্ত ঐখোইদগী অহেনবা ওইরবস্ত য়াইদনা।"

"জাৎকী মচা হায়সিদি, মুংঙাইনে নৱাহৈ তাবদা।"

"অদুগা শক থরা ফজবদি অদুগী মথক্তা— য়ারোইদরা ?" মত্রদি য়ান্না ফরিবা পোৎনিনা ইবুঙো।"

"লৈশাবীনিকো ইতৈমা ।"

"মানি।"

ঙাইহাক শংত্রিক শংনা য়েংলগা নবকিশোরনা অমুক হায়রকই,—

"নুপীদি ঐ থিজরক্লগে। অদুগা ঐদি নখোইগী লুহোং-
লাকহোংবা হায়বদুদি ঙম্লোইবো ।"

সনাহনবীনা ফী-ফী কাম্লদুনা হায়রম্মী,—"করি ৱাগোনে নঙনা হায়রিসিবো ইবুঙো? হয়েং নচা-নশু পোক্লগা লুহোংফাল ফমদবীগী মচানি হায়দুনা মতু-মচা থিবা ফংলোইনে ।"

"করিদোগে অদুবু—ফমদবীগী মচাগা ফমদবীগী মচাগা
লৌনজগনি। ঐগুম্বা মীসু মশিং য়াম্না লৈরি ।"

"মদুগাদি তৌনুসি ইবুঙো, নঙগী তাইবুঙোনসু য়ারোই ।"

"অদুগা নুপী থিরকপদদি ঐনা থিবা তারেদো।"

"নঙনা অপাম্বা অদু হায়রো, ঐখোইনা চৎতুনা হায়রুনি,
কুঠিনচিংবা য়েংনগনি, অদুগা চানরগা মরুপ-মপাং ময়াম
বার্ত্তন তৌদুনা চৌংলেম্না লুহোংথোককনিদনা, ইনাউগীবু করি
ৱাৎপগে?"

"কুঠি য়েংবা হায়বা; মদুমা ইতৈমা ঐ য়ারোই, মদু ওইরবদি
নখোই থিজরুরো ঐদি ঙমলোই ।"

"হয়েং শিবা নাবা থোক্লবদি করম তৌগনি ?"

"অদুবু ইতৈমা মী পূম্নমক শিগদবনি। পাজিনা মীবু অমর
ওইহনবা ঙমলোই ।"

অদুবু মতম চাদনা শিবা হায়বা অমা লৈদনা।"

"শিববু তারবদি ঙনতা শিবনা হেন্না ফৈ।"

মতৌ অসুম তৌদুনা মখোই মশেল খন্ন খন্নদুনা নবকিশোর অসি লুপ্তোংবা মতম লিৎখিরমদৌরে।

অদুবু পাখংনা মথোন কারক্লবদা কনাগী মতিক লৈবগে লৈবাং লম্বেল থিংনবা ? অদুনা নবকিশোরনা মাগী মতমগী সেবা তৌবা হৈবা, খুজিন্না শোইদনবা কন্না লোৎতুনা লৈবী, লৈরাং অমা থোক্লম্মী।

তরানিগী তুংদা।

নোংমা অযুক নোং ফুং ঙাল্লকপা কালদা শ্যামসুন্দরনা মীকপ থোকতুনা য়াঙগদ্রিঙৈদা মনাউনিপা নবকিশোরগী মরূপ অমা লাকলে। মানা হৌদোকপদুদা মখোই অনী হোগৎতুনা কবিগীনো হংলম্মী। পাখং অদুনা চিঠি অমা পীরম্মী। চিঠিদু শ্যামসুন্দরনা লৌবগা পারম্মী।

চিঠিদি অসিনি :—

ইতৈমা,

ইতৈমাগা ঐগা ঙাংনবা অদু কাউরিরোই হায়না নিংই। তাইবুঙো য়ানবা দায়ীদি ইতৈমানা ঙইগদবনি। ঐহাক মুপা অমা পুবকলে। ঙরাং অহিং। শাগৈ জাৎনি ঐনা নহাল হায়রম্বদুনি, ঐখোয়দগী হেন্না ফৈ। গুরুঅরিবমনি। মুপী অসি মমা-মপা অমতা লৈত্রে, মাগী হায়ববু ঐ মঙাইরে। মশকস্তু ফনা ফজে ইতৈমনা হায়বদমক থোক্লনি নিংই। মাগী মশাদা রাংপা হাযববু লাইরবীনি. অহল-লমন লৈত্রবীনি, অসিসু ঐনা মাবু পুন্সিসিগী থাদোকত্রগা লোইরে। হোরেল ঐখোয়গী য়ুমদা পুশন্নবা খরা

হোৎনবিয়ু। ঙসি অয়ুক শিজিন্নবা লুপা খবগা পিরকউ। মাগী মফৌ ময়োলস্ত খরা লৈদবা য়াদে, লিকস্ত অমতং লৈগে, অদুনা শেলদু য়ারবদি খরা য়াম্না পিরকউ।

সেবক—নবকিশোর

চিঠি অসি হেক পাবা হৌবদগী থগৎখিবদুনা বামোন নিঙোন্নি হায়দুনা হায়বদুদা শ্যামসুন্দরগী পাখৎপনা থম থেংলম্মী। শেলচাবা অধম্ম নত্তে হায়না খনবা চুম্মী, মীগী ফত্তবা ব্রা ঙাংবা অধম্ম নত্তে হায়বা ঙম্মী, মী শিশনু হায়না ওঝা মাইবা কৌদুনা মন্ত্র-যন্ত্র পোৎশেমহনববু পুন্যগী মনুং চলহনবা ঙম্মী, অদুগা বামোনবু মৈতৈনা লোবা য়াই হায়বসিদি চুম্না চিগ্না পনবদি লায়রদুনা মবুক্তা অমুক্তং খল্লুবদা প্রায়শ্চিত্ত চামগা নিপান্নক তৌনিংব। মীনি শ্যামসুন্দরদি।

মসিগুম্বা নত্তবা কম্ম অসি মপা-মপু হাকতক্তা অমুক্তা থোকখিদ্রি। মহাকথক্তা থোকপসিদা ইকাই-মুংশি য়াম্নবা যাম্না শাউনিংলম্মী। মীগী মচানা তৌরগা নোক্লগে হায়না ময়া কাথোক্লন্না শ্যামসুন্দরদু মযুমদা থোকলবদুদা ময়া কাবদু উমশিনবস্তু ঙমদা হেন্না কাথোকপস্তু ঙমদা ঙাইহাক্তং মুংগী মূর্ত্তিগুম তাদুনা লৈরম্মী।

অদুদগী পাখং অদুদা হায়রকই,—

“মঙোন্দা হায়য়ু যাদব, মহাক ঐগী ইনাউ নত্তে অসিদা মহাক চংলকপা য়াদে। ঐনা মাগী মরমদা মহাক শিরে হায়না খনবদগী অতৈ অমা থন্দ্রবনি।

য়াম্না ফনি হায়না যাদবনা হায়রম্মী। অদুদগী সনাহনবীনা হায়রম্মী—"ঙাইথো, মুপীমচাদুবু ময়ুমদা থিনবিরুরগা লোইরেদনা।"

মদুদা যাদবনা খুম্লম্মী,—

"ইতৈমা মদু য়াররোই, নবকিশোরনা—হায়ববু ইতৈমখোইগী থারা মরি .... .... .... .... ...."

"খঙলে, যাদব ইবুঙো। অদু ওইরবস্থ মাইবা মাইবী .... ...."

"মদুদি নবকিশোরগা তান্নবিয়ু।"

মখোইনা ঙাংনবদু তারগা থরা নেমথরদুনা হায়রম্মী,—

"চুম্মী, উপায় অমদি লৈরি। যাদব হৌজিকমক নহাক নবকিশোরবু পুদুনা ঙাইহাক্কা লাকউ। ঐখোই শাউহৌই হায়বা তাককনু, চুম্না লাকউদমক হায়রকউ।"

"য়াম্না ফনি।"

শ্যামসুন্দরগা সনাহনবীগস্থ মখোং মখুৎ শেংদোকপা চৎখ্রে, অদুগা ঙাইহাক লৈবগা যাদবনা নবকিশোরগা লোয়ননা ল্যাক্লম্মী। শ্যামসুন্দরনা চিঙ-লেম্না হায়রম্মী,—

"নবকিশোর, নঙনা হন্দক তৌবসি চুমদে, ইয়াম্বগী মাই মচেৎ অমফাউবা য়েংদে। অদুবু নহা ওইবগী ঙাউরুবনি। ইয়াম্বা অদু পূম্নমক খঙই। সমাজনা য়াদবা থবক তৌবা চুমদে। অদুনা নঙগী থারা অদু মাঙনবা থৌরাং অমা তৌবনা চুম্মি।"

সনাহনবীস্থ হায়রম্মী,—"ইবুঙো, নঙগী তাইবুঙোনা হায়রিবসি য়ামনা চুম্মি। মাইবী য়াম্না লৈ, ইতৈমা থিরুগে। মুপীমচাদু ময়ুমদা থম্মুচো।"

ঙসাইমখৈদি ময়াম্বদা রা ঙাংবা হঙ্গোইদুনা ঙাংলমদে। মতৈমনা ঙাংলকপদুদি মাস্থ খুম্বা ঙম্লকলে। অদুনা অস্থম্বা

নবকিশোরনা হায়রম্মী,—

"ইতৈমা ঐ মী হাৎপা ঙম্মোই। ঐ চুরান থাবা নত্তে। মচুগুম্বা মুংশিহৈতবগী দমক ঐ মী ওইনা পোক্লকপা নত্তে।"

"অদুবু করম্না নঙবু ঐখোইনা তিন্নরা লৈবা য়াগনি। মীনা ঐখোইবু তিন্নবিরোই। করিনি হায়গনি?"

"মুপী চেনবা ইথন্তনা হোদোকপা নত্তে। মী পুম্নমক তৌন-রিবনি। অদুদা বামোন-নিংঙোল অমা পুরকপগীদমক মীনা ঐখোইবু তিন্নবিরোইদোরিবনি। মীগীদমক লৈবসে ঐখোইগী অরাবনি। ঐনা বামোন লৌকরগা মখোইগী করি কায়গনি? মখোইনা পামদ্রগা মখোই তৌদসনু। মখোইবু কীবগীদমক ইচাবু হাৎতোকপা ধম্ম নত্তে। বর্ণাশ্রমদি মীগী খুৎশেমনি। মপাঙ্গল কনবগী অঙম্বগী শেম্বা নিয়ম্নি। অশোনবনা কীডনা ইনবনি। মীনা শেম্বদি ঐস্থ মীনি ঐনা থুগাইবা করিগী য়ারোই—থুস্থ থুগাইরিবসিনি।"

মাগী রাসি তাবদা শ্যামসুন্দর অদু শাউনিংবনা মশা-মউ পুম্নমক থক-থক নিক্লম্মী। অদুদগী হায়রকই,—

"খঙলে, তোক্লো, পাপী। নঙ ঐগী কনাস্থ নত্তে। জাৎ তাক্লো। নঙনা থোকপা অমা তৌখ্রো। ঐ নঙবু শিরে হায়না লৌরবনি। ইনাউনি হায়দুনা কনবা য়াবরা য়েংবিগে তৌরম্বনি।"

অদুদগী ময়াম্বগী অশাউবা •য়াথং কোকথক্তা পুরদুনা নবকিশোরনা তপ্না তপ্না যাদবকী তুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী।

নবকিশোব অদু মাগী মুপী কিশোরীবু পুরদুনা লৌরাই মচি অমদা চৎখ্রে। মাগী মরা-মপাউ অমতা ময়াম্বদা পিরকপা লৈতে।

মতৈমনা অডুক থিডুনা হুমডুনা মখোই কদাইদা লৈ হায়বা খঙবড়ু মঙাই। মপুরোইবদদি মহাকস্তু তন্নমদে।

থা তরেৎকী মতুংদা যাদবনা নোংমা লাকতুনা সনাহনবীদা হায়রম্মী,—

"ইতৈমা, কিশোরী অডু মচা নিপা অমা পোল্লে। অডুবু ইতৈমা, চানিঙাই লৈতডুনা য়াম্না রারে। শেল খরদংদি পিবিবনা ফৎত্রা।"

"নবকিশোরনা পিরকউ হায়ববা ?"

"মানদি হায়রকপা ঙম্মোই। ঐনা মখোইগী মতৌ য়েংবা ঙমদডুনা হায়বনি।"

"অডুবু ইবুঙো, ঐদি শেলদি পায়দে, ময়াম্বনি হায়ডুনা তৌরিসিনা গুল্লেং লেংখিদবসিদা। ঐনা নহাক্লদো হায়রবনি, শেলথুম পিবনা চুম্মী। অডুবু করিমতা য়াদে। ঐডুম নপামদা চৎলো হায়। ঐস্তু তৌফম খঙদরে।"

"চুমদি চুমদে। নবকিশোরগীস্তু সম্পত্তি ফংফম থোকপনি। অডুবু মানা হায়দে হায়ডুনা তুম্মিন্না ........ ............"

"মডুমক ফংনা হায়রবনি ইবুঙো ইতৈমনা। হায়করগা— নুপী নখোইগী বা লৌবা য়াবা নত্তে অস্নম্না হায়। অডুমকপু ইতৈমা অমুক্ত মী পোং থাজন্দুনা য়েংগে।"

যাদবস্তু হনখিরম্মী।

নবকিশোরগীদমক সনাহনবীনা য়াম্না রারম্মী। মানা ঙমদবনা তৌবনি, নত্রবদি বামোননুবী ওইরবস্তু ময়ুমদা পুশন্দুনা থমগদবনি। অডুবু মানা ঙাংবদি নুপীমরা তাবিদবা ইমুং অমনিনা মহাক

লায়েংনবা তৌ হায়বা নত্তে। শেল-থুম মাইবা-মাইবী থাদুনা মথরাইদদি কনবা য়াবরা হোৎনবনা চুম্মি। মাগী হায়ববু কনা লৈরি নঙ নত্তনা।"

"ঐদি মাগী মরমদা রায় পিগ্রে, তাদা! অহানবা রায় কক্লুনা অনৌবা অমা তাবা চুমদে।"

মতুদা মচন-মুপী শ্যামাস্থ রা তাবা য়াউরম্মী। মবুংগী রাদু তাবদা মপী শিন্থরদুনা মবুংদা হায়রম্মী,—

"তাদা, তায়াইমগী রায়দি হোংবা ঙমদবা। নশানা মেম্বর অমা ওইরিঙৈদা মীগী হাকথক্তা রায় হোংনবগী শেল চারুদুনা থবক তোকলকপা নত্রা।"

শ্যামসুন্দর শাউবনে ইকাইবনে অনী তিন্নদুনা মচন-মুপীবু ফুগে হায়দুনা হৌগৎলম্মী। শ্যামানা হৌদুনা চেনখিদুনা অমুক হনজন্না ফম্লম্মী।

তোলেনসিংনা অদুদগী হায়রম্মী,— "শ্যাম, কান্নদে। অশাউবা থাদোকউ। থম্মৌ। থীনবা য়াদে। য়াম্না লুনা নারবা পোৎনি।"

অসি হায়রগা তোলেনস্থ চৎখ্রে। শ্যামসুন্দরগী থম্মোইদি অদুম নুং ওইদুনা ইলেঙ লেঙদনা লৈরম্মী। মাবু নোমদুনা লেঙহন্নবা শক্তি কনামতগী লৈরমদে।

অস্থম তৌদুনা. মতম হৌখ্রে। হিদাক-লাংথক অমত্তা তৌদবনা মাইবা-মাইবী অমত্তা কৌদবনা অনাবা থুনা হেনজল্লক্লুনা নবকিশোর তাইবং থাদোকতুনা নোংমা চৎখ্রে।

পাউ লাক্লে। পাউ তাবদা সনাহনবী অদু মপী অয়েবমথৈ শিন্থদুনা কপ্লম্মী, অদুবু শ্যামসুন্দরবু কিবদগী মথোল হৌনা

কাপ্লমদে। শ্যামাস্থ লাক্লুনা কপ্পা য়াউরম্মী। মখোয় অনীমক শ্যামসুন্দরবু ৱারৌড়ুনা লৈরম্মী। ৱা করিমতা হায়রমদে। মখোয় অনীমক অমনা অমদা য়েংন-য়েংনড়ুনা কপ্পদগী হেন্না কনা-মতধু থেমজিন্নবা হোৎনরমদে।

. শিবগী পাউ লাকপা মতুং হুম্নি শুরে। উজাউ পান্বী নোম্বা হৌরে। নোংচুপ্পা মুমিৎ থোক্লবরা নিংলক্লে। শ্যামসুন্দরনা সনাহনবীবু কৌরড়ুনা হায়রম্মী,—

“সনাহনবী, নঙ থঙবরা, নবকিশোরড়ুনা লৈরম্বা লম অদু ?”

“লমদি থঙই। মযুমদি খঙদে। অদুবু যাদবতা হংলগা খঙগনি। করিগীনো ?”

“লক্ষা হায়ড়ুনস্থ মাগী মচাড় ঐখোয়গী ধারানি। মহাক লৈত্রবদি অঙাং অদু মফম-মরা° খঙদনা লৈরগনি। মমা-মচা ঐখোয়গী অসিদা থম্নবা কৌরুগে ”

“করম্না থমগনি লৈকাইনা য়াগদরা ?”

“য়াদসমু। ইংখোল মমু’দা য়ুম অমা তোঙাম্না শারগা হাউ-পাঙগলবুদি থম্বা য়ারগা মখোয়বু অদুম্না থম্বা য়াদরা—সনাহনবী।”

“য়াই, অদুবু ঐদি ঙমজরোই, মাবু অসিদা থম্বা, করিগী। শিদ্রিবৈদা ইনাউ অদুবু উবা ফংহৌদ্রে। হৌজিকপু নুমিৎ-চুপ্পা মমা মচাবু উরগা নবকিশোরগীদমক মৈ চাকলিবসি শিং য়াংড়ুনা লৈবা—করম্বা মুপীগী থম্মোইনা থাঙবা ঙমগদগে ? পুবিরক্লমু. য়েংবা ঙমজরোই।”

“অদুবু য়াবরনে সনাহনবী, করম্না মপা লৈত্রবদা অঙাং অদুবু মীগী মখোঙদা চংহললুগনি। ঐখোয়গী ইমাই থূবনি। মুপী

নখোয়না করিস্থ খঙবা পোৎ নত্তে ।"

সনাহনবীগী মরা ত্তাবিরমদরে। যাদব কৌরগা শ্যামসুন্দর অদু মনাউন্নুপী কিশোরীগী মনাক তান্না চৎলম্মী। মখোয়না অহানবা চৎখিবদা ময়ুম শো লোল্লম্মী। মখোয়গী অদুবাইদা লৈবা মীদা হংবদা কিশোরীদি লম্বেল থোনবা য়াউবা চৎখি, পুং মঙা তারগম্থ হল্লকই, করিগুম্বা মতমদনা শুকহনস্থ হল্লক্তে— হায়না হায়রম্মী।

শ্যামসুন্দরনা যাদবতা ঙাইহাক্তং ফমদবা য়াদরেদনা হায়দুনা মখোয়নিমক ফীদা য়াউদনা কিশোরীগী খাংপোকশংগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্মী।

মখোয়না ফমথবা পুংখাই অমরোম লৈরগা কিশোরীদু থুংলরে। যাদবনা তাকতুনা মতৈনি হায়বা খঙদুনা কিশোরীনা মনাক্তা চংলকতুনা খুকল্লম্মী।

শ্যামসুন্দরনা হায়রকই,—

"কদাই নচাদি ইবেম্মা।"

"ঙরাং লোইখ্রে ; মপা-মচা নামিন্নবনি। মপাগী তুং অদুম ইংখ্রে।"

"নমা-নচা লৌগে লাকপনি। নঙ চৎসিদনা।"

"ঐহাক খুরুমজরি। ঐ চৎচররোই।"

"করিগীনো ?"

"ঐ য়ুম অদুদা করি থোক্লদুনা চঙগনি।"

"করিনো নঙনা হায়রিসিবু। নপুরোইবগী য়ুমদা চঙববু করি থোকনদুনা হায়বদি ?"

"ইপুরোইবা য়াউনা চঙবা য়ারমথ্রবা য়ুমথুদা মাস্থ য়াউথ্রগা ঐনা করি করম্না চংফম থোকপগে।"

"তথুবু নঙদি ইবেম্মা, মাগী মুপীনি, মাগী মযুমদা................"

"ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐ কনাবুস্থ শাউজদে, য়ারোবস্থ তৌজদে। মসি ঐগী হৈনজদবা হায়থুনি। অদুনা ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ চৎচবা ঙমজরোই।"

অসি হায়দুনা কিশোরীনা খুকয়ম্মী।

শ্যামস্থন্দরনা মথয়াই শোয়া হায়রম্মী.—মাবু ঐনা ইন্থোকপা, নঙনা ঐবু ইন্থোকপা। যাদব য়াদ্রে। করম তৌনি? চৎসি।"

চহীনা লুমথরবা সনাখোংনাং অদু লেংঙম শাঙমদনা যাদবকী মরেংবান পায়দুনা হৌগৎলগা, চৎলগে 'থুদি হায়রয়গা চৎখিরম্মী।

লৈম্নুংশি, ১৯৪৬ ইং

# থাজগী অইংবা মায়থোং

আর, কে, এলাংবম

"যমুনা কমদেরি ? নওগী পরীক্ষানা কয়াম য়াংলিবা ?" অসি হায়বল্লগা "নওস্ত নিংঙোলনিকো ইবেম্মা" অসি হায়দুনা যমুনাগী মনেনা নুংশা মপা হোন্না ফমথখিরম্মী। যমুনা মনেবু হাইফেত্তুং যেংলল্লগা য়াত্তোন মত্তোন্দা লিথংলকইবা মপুং ফারবা থা অদু য়েংলম্মী। মনাক্তা লাইবিক অমা অনি চাইবি, ফাক্তোকপা লাইবিক অমস্ত মতঙ্গাক্তা লৈবি। থাল্লিবা লেমটন অদুস্তু ইরুং লংনা ঙাল্লি। অদুবু যমুনাগা থম্মোইদা মনেনা হোনখিবা নুংশা মপা অদু ভত্তনা হোন্নি। করিগীনো ? খঙদে। থাদি মিংথুপ পুজা খুদিংগী থরা থরা লিংথংলকই। অস্তম্না ঙহাক্তং চিক্না লৈকরগা ভয়া করা যমুনানা কায়বকই, "ইনে। ইনেনা ঐবু নিংঙোলনি হায়বগা ভুমিন্না লৈরিবত্তু বরি তৌরবগে ?" মনেনা যমুনাদা হাইগেত্তুং য়েংলম্মগা কি শেমদুনা ইল্লম্মী। যমুনানা লাংঙরনা মনেগী পাউখুম ঙাইবম্মী। থাজগী অই বা মায়থোং অসিনস্তু যৌবনগী মপুং ফারবী যমুনাবু থোইদোক্না পুরিং নুংঙ ঙলহল্লি।

অহিংগী লিল্লানা থাবলগী মবক্তা পোপ পোপ তারি। যমুনাদি মনেবু নুংশিবা অদুবু ফোংদোকপগী মতুওা মমায় মায়থোং মকশিন্না "ইনে ! নহাল মামনা ঐবু চাক্কৌনি হায়রগা ভুমিন লৈখ্রবদি কৈদোরে ? ঐদি মামনা চাক্কৌগে হায়বতুদি কাংদ্রে।"

মনেনা হায়রকই, "যমুনা! নঙবু নিঙোলনি হায়বদি নঙ লাইরিক হৈবীনি। নিঙোলবু করি ঙইরকপা হৌনবগে?" যমুনা মনেগী পাউখুম অদু পাক পীরমদে, ঙহাক্তং ৱাখল থল্লরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ইনে! পূর্ণিমাগী থাবল অসি ইংদ্রা? ঐদি থাবলগী অইংবা অসিদুম থোইনদুম নুংশি।"

মনেনা হায়রকই, "যমুনা! ঐ চৎলগে, নঙগী লুহোংগদোবা খিন্তা ঙাইরে, মদুগীদমক্তা নঙবু চাক্কোবা লাক্লিবনি। নঙ ঐগোয়দা কংচিৎ চাকচাবা লাকউকো। নঙস্ত নিঙোলনিনা য়ুমসিদা অমুক উবরোইদো ইনে চৎলগে।" মসি হায়রম্লগা চৎখিরম্মী।

যমুনানা অঙকপা অমস্তুং চিংনবা অমস্ত পোক্লে। মনেগী অহানবা ৱাহৈদা নিঙোলনি হায়না ৱাহৌই, অরোইবদস্ত নিঙোলনি হায়না চৎখিরম্মী। মনেগী "নিঙোলনি" হায়বা ৱাহৈ অসিত্তনা যমুনাগী ৱাখল অদু চুশিল্লম্মী। অমগা নিঙোল ওইবীগী য়ুম্বানবা যমুনাগী পুন্সিদা ইকুই কুইদনা থোক্লগদৌরি। থাজগী অইংবা মায়থোং অসিনা যমুনাগী ৱাখলগী চেনা অসি মথং মথং হাংদোকপগুম তৌরি।

মণিপুরগী চৎনবী, লুহোংবগী মতুংদা নিঙোলশিংগী খোঙথাং অসি থোইদোক্লা ৱাখল খল্লিংঙাই ওইরি। মিকুপ পুংজা খুদিংগী শেন্নদুনত্তা লৈরবী খোঙকাপ অমত্তং কাপ্লোকখিবদা মিহুন শুদনা তুং ইল্লবী মমানা মচানুপী অসিবু লুহোংগ্রবা মতুংদদি মিকুপ পুংজা অমত্তং মমাগী মনাক্তা লাকহল্লিংদ্রে। করিগীনো? কয়াদা শেন্নগ্রবা? খেন্নবস্তু নত্তে, কয়াদা নুংশিগ্রবা। সংসার অসি মমানা

মচাবু নুংশিদবা অতাওবনি। অদুবু লুহোংগ্রবী মচানুপী অসিবু অহিং অমা লেকমিন্নদুনা ৱারী শানবা মতম লৈখিদ্রে। চাক চারা অমা চামিন্নবা ফাওবা মঙক থাঙ্গৎতুনা থেঙলে হায়না তাল্লক্লে। নিঙোল ওইবীশিংনা মপামদা য়োৎরকত্রিঙৈদা মমানা খিনগদৌব-গীদমক হোৎনবসিবু করিগীনো? অসিগুম্বা ৱাখল অসি যমুনানা থম্মোয় শোরা খল্লক্লে। মহাক্না ময়ুম পাল্লক্লবা মতুং অসিদদি নুংশিরবী মমাগী পুক্নিংগী ৱা ফোংদোকপা ঙমখিদে। করি অমুক হায়রুগদগে, মপামদগী ঈশিং খুজোক অমা থকপা ফাওবা হঙ্গোই-রক্লে। যমুনাগী অনৌ অনৌবা পুন্সিগী খোঙথাং অসি মাগী ৱাখলগী চেনাদা নুমিৎ খুদিংগী মগ্নেক লানা ঈশিল্লি।

ঙসি যমুনানা মপামদা লাকপা নুমিৎ অসিদি মমিত্তা মপী তানা তেংথাবা ঙমিৎনি। মচানুপী যমুনাবু তুমিৎ খুদিংগী নুমিৎ, থা য়েংবগুম লৈরম্নিবা, মনাক নক্না শেন্নদুনা ৱারী শাদুনা হরাওরম্বা মবুং শরৎ অসি যমুনাবু “যমুনা” হায়না হরাউ হরাউ কৌখিদ্রে। থবা লাপথোক্না কোইথোক্না চথোকখ্রে; মতুদি যমুনাবু উরগা হঙ্গোয়বা ইকাইবা উৎলক্লে। মতম কুইনা শাংনা যমুনানা মবুংগী ফি স্তবিরম্বনি, অদুবু যমুনাগী অসিগুম্বা থবক অসি মাগী মনম্মা, শরৎকী নুপীনা মুনখ্রে। যমুনাদা ঈশিং সনাবুল অমা শোকউ ফাউবা হায়খিদ্রে। ইমুংগী চাক থোংবা, ৱাই তৈবং, কোন ফেংবা থবক পূম্নমক অসি যমুনাগী মখুৎতগী মনম্মনা মুনখ্রে। চুম্নদা মুনবা নত্তে, যমুনাবু ঙ্কিদা থাদুনা ফমহল্লবনি। অদুগা মবুংনা যমুনা উদনবা হোৎনখ্রে। অদুবু যমুনানদি মবুং মৌপ্বা মেজ অমতা পুল্না লাইরিক পামিন্নবদো উরি। হৌখিদা মতম অসিনা অসুম

মথং মথং চংশিল্লক্লনা হৌজিক্কী মতম অসিদা তেংথারমলে। মমানা কমদোরি? যমুনাবু মপুবোইবগী মযুমদা থিনগদোবগীদা মফি শেৎখি যমুনাবু মপামদা মিকুপ অমা ফাউবা পন্থুনা লৈমিন্ননিংলমদে। যমুনাস্থ মপামদা নো 'ফাদোক লাকদোবসিস্থ হঙ্গোইরে। অদুগা অমুক ইকাইবা হায়বা অসিনা বিদায় ওইদুনা মপামগী লমদম অদু খাঙ্গিনখ্রে।

মুপানা মপুরোইববু মুংশিজবনা মযুমপানবা ঙমলিবনি যমুনাদি মপুবোইববু মুংশিববোইদবা। মাগা মপুবোইবদি কেথোক মোথোকপা ইম্ দা পোকপনিনা মুপা অমস্থ পুবরে। হৌজিক্তি মাগী মপুবোইবা অসি মুপা অনিগা মপু ওইবা তাবক্লে।

মযুম পানবী মুপা অমগী মফমদাদ মপুবোইবা অদুবু কন গস্থী অমনা মিৎচিনা খজিঙ যেংবা যাওবদা অনুতাপবী মশাব ওইবিবনি। যমুনাদি অনুতাপকী মৈচাক অসি ফংলোইদ্রা? অদুগা মপুবোইববু মুংশিদনা কবগা মযুম পানগদগে? অসিগুম্না ৱ খল অসিনা নোনা লুহোংলক্লবী যমুনাগী থম্মোয় অসিবু হাঙ্গন হঙ্গিন থুগাইবি। অমনা যমুনা মপুবোইবদবু মুংশিজবা, মপুবোইবনদি অতোনবীগী মিৎলৈদা লেপ্লবা। কয়াদা খেৎবা ৱাখল্লো? মহাক্কী পুক্সীদা থোকইবা অনৌ তনৌবা গোঙথাং অদিনা পুক্সিগী ইতিহাস ওইরবস্থ মাগী পুক্সী নদি কপলি। মপামদস্থ মিকুপ অমত্তং পোথাফম লৈতে। মপামগী মনম্মা, মবুং অনৌ অনৌবা ফিভম হোংলকইবা অদু উৱগা মপামদা মায় ওনগে হায়বসি থনখিদ্রে। অদুগা সোমদস্থ মপুং ফানা মপুরোইবগী সেবা ফংলকত্রে। অতোনবীগী থুজিন্দগী নিপানা কাওথোক্লবী মুপী অমা ওইবক্লে।

যমুনানা মাগা থোইদোক হেন্দোক্লা চাগ্নরবী, ক্লাস অমতদা লাইব্রিক তম্মিন্নরম্বী ললিতাগা ফমদুনা ৱারী শারম্মী। যমুনাগী অনৌবা পুন্সিগী গোঙচৎ অসি মথং মথং লিথরম্লগা খঙহৌদনা চপ লেপথোকখ্রে। মপি ঈরা চেল্লহ্নবা হায়রকই, "ইতা ললিতা! নঙগা ঐগা লাইব্রিক নাকল য়েপ তুনা লাইব্রিক তম্বা চৎলিঙৈগী মতম অদু নুংশিত্রা? মতম অদুদা ইবানিনা ঐখোয়গী অথুবা থোঙজিন অদুদা মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ৱারী শাদুনা নোকখিবদো, মতম অদু অমুক হন্না লাক্রবোই। অদুগা ললিতা। ঐগী তুংগী শম্বুন্দা কুন্দো পরেং থেৎপদা খোঙথাঙ খুদিংগী কুন্দো অমমম নিঙ্খায়র ক্লুনা লৈপাক্লা তাখিবদা ঐনা ইতা! ঐগী পুন্সিদি কুন্দোগুম নিঙ্খায়রক্লবনি হায়খিবদা নঙনা "অঙাওবীসিদি" হায়না নোকমিন্নখিবদু অচুম্বা ওইরক্লেদো। মতাং অসিদা ললিতানা "নঙনা অপাম্বা লম্বী অমা য়েংলোদনা।"

যমুনা মকশিনবা মাইথোং অদুদগী খজিক্কং নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ঐ মাবু নুংশি। মাবু থাদোক্লুনা মফম কদায়দবু চৎকদগে? ময়ুম পাল্লবী নুপীনা করম্নসু মপামদা লৈরুগদগে?"

"নঙবু নুংশিবীবগী খুদম উত্রবদি নঙগী খুদোংচাবা লম্বী য়েংউ হায়বনি।" অসি হায়রগা চৎকে তৌরম্মী। যমুনানা "ইতা! নঙবু অঙাং ওইরিঙৈগী লাইব্রিক তম্মিন্নরিঙৈগী মরুপনি। মতম কুইনগী মতুং অসিদা নঙগা ঐগা ৱারী মতেক অমত্তং ফাওবা শাননবা মতম শংদ্রব্রা?

"ইতাগা ঐগা লম্বী অমমম্নি। হায়বদি পরীক্ষা খুজিক্কং ঙায়শিল্লক্লে।" অসি হায়রম্লগা থুনা য়াংনা চৎখিরম্মী। যমুনানা মপি

ঈরা চেন্না লুনা তিঙ্গরম্বদগী লাপথোক্সরবা মতা অদুবু য়েংহৌই।

মুপানা হন্না য়েংবীদ্রবী, মানা পায়বা পোৎ, মানা নোমজবা থবক শীংথাবীদ্রবদা করম্না মুপা হৌদুনা ময়ুম পানবা ঙমগদগে? মুপা মুপাগী থম্মোয়গী অচিকপা লংলা অদুনা মুংশিবগী য়াকায়বুং ওইহৌরিবনি। অসিগুম্বা লংলা অসিনা হুৎলবদা মিকুপ অমতং ইমুং অদুদা শান্তি লৈরোই। অদুবু যমুনানা করম্না মপুরোইবগী মনাক্তা পুন্সী লেল্লিবা? অতোনবী অদুগী মীৎয়েং, ব্বাখলগী মতুং ইন্না মুপাগী মনাক্তা থজিক্তং চংফম ফংজরি। মপাম লমদমগী মুংশিবা ব্বাখল অদুদি নী শিংনবা নক্না যমুনাগী মফমদা অমুক ইনৌ নৌনা লাকখিদ্রে। অদুবু যমুনাগী অব্বাবা মশা মথন্তা থাংজবা নত্তুনা কনাগী মফমদম্ভ ফো দোকখিদ্রে। যো দোকপদা নওনা মপাম ফাওবদা মাগী মুংঙাইহৌবা পুন্সীগা খোঙচৎ অসি হৌদনবা পাউমেঞ্জরি। যুম্পানংগী মুংঙাইহৌবা শকক ফংবা অসিদগী মপামগী ব্বাখলনা শরক চামা হেন্না চিন্তাগী ব্বাখল ওইখ্রে।

অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং, নাচোম লৈ, কেজ মৌজবা, মুপাগী মনাক্তা ওইনবহৌনা অতোনবীগী পুন্সীনি। চৌক্ল থাবল ফববা অকি দা করম্না থাবলগী লৈরাংবু শাৎলোইদগে? শংবানরবা অকিয়া অসিবু ওইনচাউবী শাবী শানৌশিংগী মগমদা করম্না হাংহনগদগে? আশাগী মুহৌনা মাইকৈ পুম্নমক্তা লেপলরবস্ত মুহৌদা মুহৌ উবক্লগদবনি। নোংমা যমুনাগা লোম্নরিবী অতোনবী অদুনা ফিজেৎ লৈতেং নাম্না, সনাফিগে, সনাগী লিক কোল শিরদুনা ইমুংদগী থোরকই। যমুনানা ঙক্লা অতোনবীদুবু মুম্না যে লম্মী, অসুম্না য়েংউরগা মোমোন নোক্লা হায়রকই, "ইনাউদি লাইবক ফৈদকো।

ঐনা অস্থক কুইনা লৈবকপদি ইন্নফি অমা ফাউবা থোনবিদে” অদুবু মাগী ব্রা অসি হন্না ফাউবা ত্থাবিবমদনা চৎখিরম্মী। যমুনাগী পুন্সী অসি মওল মওল খল্লক্লে। মহাক্কী মপুরোইববু য়েংজদুনা পুন্সী লেঞ্জনিংলবস্থু মহাক্কী নুংঙাইবা আশাদা খুৎ থিংজিনবগুম থোক্কদৌবি। অমবোমদা মযুম পালবী মহাক্কী মপামদস্থ পুন্সী লেল্লিংদে। অসিগুম্না ব্রাখল কয়ামকুম অসিদগী যমুনাগী অরোইবা পুন্সীগী অনৌবা লম্বী য়েংলক্লে। নোংমা মহাক্লা মমাদা “ইমা। ঐবু নোংমৎা চাক্কৌবা।” হায়গি। মমানা “হন্দক লাকইবা নিংথৌকাবা অসিদা বৌগে” খুংখি। যমুনানা “ইমা। নঙগী নিংথৌকাবদো কদোইডে ওইবক্কদগে?” হায়খি। নুমিৎ অসিনা যমুনাগী আশাদি মমাগী উন্নরা অবে ইব নুমিৎনি খনম্মী।

নুমিৎ তাবমদাই মতমনি। তারমদাই নুমিৎকী মশেক অসিনা সনা মচু মাল্লি। গঙ্গাগী ঈথক ইপোম অসি তাবমদাই নুমিৎকী থোৎনা নৌরবা মচুনা সনাগী ঈথককুম থনথ্রে। মেংনা থোৎলবা ঈথক অসিনা যমুনাবু খুৎলাম তোয়না কৌবগুম তৌরি। যমুনাস্থ অপনবা তৌদনা গঙ্গাগা ঈচেল অসিদা মথং মথং কুমথবকই। ঙসিগী নুমিৎ অসি ফনা নি থিনা ইংনা চিকথ্রে। অচৌকপা অসিবু অমুক হেনগৎনবগীদমক তামলবা তোববান চা জৌ ব্রাংমদা গঙ্গাগী ঈথক ইপোম্না নোমহৌ নোমহৌ পুববা কনাগুম্বা হিহোম্বা নিপা অমগী থম্মোই শোক্লা নাওইবা ঈশৈ অমা মংশক মডাল যমুনাগী নাকোং দা তারমই। যমুনানা ঈশৈ অহু তাবদা থোইদোক্লা মমিঙ্গী পি শিন্থরমই। গঙ্গাগী ঈথক ইপোম্নদি অংৎপা লৈতনা মাগী মখাদা বোম বোম ধুরি। ঈশিংগী মরাক্লা মাগী মমায় চোৎলম্মী।

অদুবু যমুনাগী থম্মোয় মৈচাক অদুদি মুৎখিদ্রে। তোর্ব্বান্দা হৌরিবা উপালগী মমিনা থেক্কোই থেক্কোই লাইরেলগী মতৌগুম্না মাবু য়োৎকে তাম্নরি। ঈশিংদা মঙক য়ৌনা কুমথরক্লবদা যমুনানা অমুক্কং হন্না য়েংলম্মী। তারমদাই নুমিৎনা গঙ্গাগী ঈথক ইপোমদা লুপশিল্লক্লে। মমিত্তা মপি তানা গঙ্গাগী নুমিৎ তারমদাইগী দৃশ্য অদুবু য়েংউরগা মাগী লুহোংবা নুমিৎকী অহিংদা থম্মোয়দা তাখিবা মতমগী দৃশ্য খরা নীংশিংলম্মী। অস্তুম নীংশিংউরগা খঙহৌদনা “ইবুঙো” হায়না হন্না অমুক্কং য়েংলম্মী অদুগা “ননাউগী পুন্সীদি লোইরেদকো” হায়রকই।

ঙসিদি যমুনাগী মমা অসি মচাগী মিৎকী পি অসি উবদা নুংঙাইত্রমাল্লে “যমুনা! যমুনা! চাক লোইবে। করিগী কপ্লিবনো? হায়বম্মী। যমুনানা ইফিং ফিংনা তুম্মুবদগী হৌগৎলম্মী, অদুবু গঙ্গাগী ঈথক ঈপোম্না মাগী মমিৎ ঙদু থনখ্রে। মমাগী মশক উখিদ্রে। থানা চপ যুংনা ইরং লংনা থোক্লবস্থু যমুনাগী পুন্সীগী থাবল অদু অমুক থোকখিগদবা খল্লম্মী। অস্তুম্না ঙহাক্কুং ঙক্লা রাখল খল্লুরগা মমাদা হায়রম্মী, “ইমা ঐস্থু নিঙোলনিকো!”

চীংয়া তময়া, ইং ১৯৫৫

লাকউরবদি ঐগীসিদা চংবীরক্লগনু। নচা মুংশিবগী নাক্তা লৈজক্রো।

চাউবী—চৎলবনু চৎচখিগে, লৈয়ু হায়রগা লৈজগে মাই পাবুংগী নাক্তা লৈজরকপসে কনদি কুইরেদনা মাই পাবুংনা কৈ হায়বদু তৌবীয়ু। কনাননু অমাং অশেং অন্নক খায়বা ইমুংদা, নচা নগু কাউবা অমাং অশেং খায়জিল্লক্রে। বামোনগী অজ্ঞা থৌরানীশিং অসি মৈত্তে নিঙোল ঙাক্তা লৌবা য়াউরিসে। মথোয়গী মচাশিংসে বামোন অহুম মওইরি। অসুন্না মুকম মুরুম শোল্লদুনা মপাল থোকখি।

মতম খর লৈরগা চাউবীদো উথুল য়োম্রে। মহাক্ন খল্লস্বা, মোৎলবা হঙোয়রবা সংসার অদু মফম অদুদা করি অমত্তা উবা ফংখিদ্রে। মফম অদুগী প্রকৃতিগী ফজবা, ইশং শংবা চৌংগী লমদম, মমৌ মুপীগী ফজবা মায়থোং উরুবদা লুরবা শংবানবা অভিয়াদা মপুং ফারবা থানা ইরং লংনা থোরকপগুম উরমই। হেক য়োৌবগা মগু অদুবু পমলদুনা মোমোন নোক্না মুন্না য়েংজরমই। "ইগু'সিদি মুংশিদ্রেদা ইবোহলবু মাল্লিনে।" অসি হায়রদুনা অঙাং মফি মরোল হায়দোক্লদুনা মশা পুন্নমক নাল্লদুনা য়েংজরম্মী। অদুগা অমুক মমৌ মুপীদা "নঙদি কমদৌরি? না য়েক্কেদনা? ইমাদি নহালনা লাক্লগদবনি, হকচাং খরা ঙম্মুদরে। করি অমত্তা চিংনগনু নঙগীদমক ঐ লৈরি অসি হায়রদুনা মগু মমৌবু মুংঙাইহনখি।

উথুলগী মমৌ অদুগী মপা মমা, মচিন মনাউময়াম লাক্লুনা ঙাই-শেন উনবা লাক্লমই। মথোয়না চৌংগী পান্নাও শিংনাও, উহৈ রাহৈ লকোইনচিংবা কন্না পুরক্লুনা তম্পাক্তী মঙাই মুপী অদুগী

খুদোলপোৎ তম্লমই। মমৌ কুপী অদুগী মমিংসু শান্তি কৌরমই। শান্তিগী মপা অদুনা মঙাই অদুদা হায়রকই "ইবেম্মা। ঐখোয়দি চৗংমীনিদো। নখোয়না ইচা'সিবু লৌশিনবীনি হায়ববু থাজদেদা ইচনহোইনা সুংশিবীগদবদা মঙাইরে।"

চাউবী—"করিগী থাদোক্লগদগে। ইশু অস্তক সুংশিবা অমা ফংলবদবু। ইশুবু মীরাইগদবা মী লৈতে।' অসি হায়-রম্লগা "সুংশিব্রনে ইশুসিবু"। অসি হায়রদুনা অঙাং অদু ময়ামদা য়েংহল্লমই। মহোয় ময়ামসু হয়াও হয়াও ফম্মি-রদুনা বারী কয়া শান্নখি।

তাংখুল চসু শান্তি মশক ফজবী সুপীনি। তোঙ্গানবী শাওংনি মশক মতৌনা ঙৌরদুনা রাশি লৈ। মহাক মেট্রিক পাস তৌরবী অমনি। মনেম্মা য়েংজ য়েংজরদুনা "শান্তি! নঙবু কোইগম্নে। ইনেম্নু নমাগুম্না থঙউনে। নহাক্ল ইংবা তপ্পা অসিদা য়ুম পানবা ঙমগনি হায়ববু থাজরক্তে।" শান্তিনা ইতপ তপ্লদুনা মোমোন নোকচে "ইমা! ঐদি ইমাহোয়গী চৎনবীসে কয়া খঙব্রিনে। ইকু ইবুংঙোদো য়াম্না লাই নিংই হায়না তায়।"

চাউবীনা নোক্লদুনা" নকু ইবুংঙোন থিল্লিবা চন্দোলগা উরবদি নহাক্তি পুমঙকপু ঙক্কনি। নকুকোয়দি ধর্ম্মনি হায়দুননে মওং অমনি।"

শান্তি—ইমাহোয় পাবুংহোয়না য়ানবা খরা তাকপীয়ু। তম্পাক্তসু ইমানা অমুক্ত পুবিয়ু।

চাউবী—"ইমৌনা চৎসি হায়বা মতমদা চৎকদবনি। করি অমত্তা সুংশা থিগনু।" অসুম্না মনি মমৌ বারী কয়া শাখি।

গোপাল অদু মথন্ত লৈরকপা মতম কুইরক্লে। মযুম অসি কিমনগ্রত্নুনা হল্লা য়েংবদা মমিদা মঙাইরে। লাইনিংবা মীগী-দমক্তদি অচিকপা মফম থিনরিবনি। অছু্বু অসিগুম্বা অচিকপা অসি মঙোন্দদি ওলাং ওনশাওনবগুম থোকপ্রে। মালাগী লিক অদু করিগুম্বা মতমদা থুনা চৎলি, করিগুম্বা মতমদা তপ্না চৎলি। করিগুম্বা মতমদা লিক অদু পুনশিনখিত্নুনা চৎপা য়াত্রত্নুনা তোক-পস্থ য়াওই। ঙহাক ফমত্নুনা তুমিল্লা লৈবস্থ ঙমদে, কোইচৎ চৎলি। ঙহাক ফল্লবস্থ ফুক হোৎগলি। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি 'চাউবী-'সিনা তৌ শারিসে। করি থোকয়েনা।" শাওনা চাউবীবু চৈ। চাউবীবু চৈবা ঙাংবা অসিনা মহাক্কী লাইশোন অমুক ওইরক্লে।

থা অমরোম কায়নরক্লবা অসিদা গোপালসে নোংমদি চৈগু অমা পায়রত্নুনা উগ্র্‌লগী গাড়ী থাফমদা লাক্লমই। মপুক্লিংনা খল্লি "হেক উবদা খঙলি। চৈ অসিনা ফুগে।"

গোপালনা উগ্র্‌ল য়ৌরকপা মতমদা চাউবীনা হরাওরত্নুনা "হাইমা, মাই পাবুংস্থ য়ৌরক্লেদনা।" হায়রমই। গোপালনা "মাই পাবুংগা হায় শারত্নুনা নঙ ঙসি খঙনি।" চাউবীনা থোইদোক্লা থৌশাদে, মমৌ নুপী শান্তিদা "ইবেম্মা! নঙ পাবুং খুরুম্মু লাও মাইপাবুংস্থ লেঙলক্লে।"

শান্তিদো মরাইবক্তা চন্দোল নিংথিনা থিল্লত্নুনা নিংথিরবা লাইবক অদুদা সিন্দুর পিক্ল নল্লত্নুনা হঙ্গাম মপালগী ফিত্নুপ অমনা মকোক খুম্লত্নুনা থোরকই, অদুগা গোপালবু খুরুম্মী। শান্তিগী নিংথিবা মায়থোং অদু উবদা গোপাল পুমঙক ঙকপ্রে। মপুক্লিংদা খল্লি, অস্থক নিংথিবা ইমৌ নুপী'সিবু ঐনা মীরাইরগত্রা? শাত্রনা

হায়রি :-ক্ষজবা পূম্নমক থর্ম্মনি, অথুৱা উহৈ অমৃতনি। অস্থুম্বা ঙাইহাক খল্লগা হংলকই "কনানো'সিদি ?" চাউবীনা "নমৌ শাম্ভিনি।" গোপালগী মথুত্তগী চৈ তাথিবা খঙহৌদে। "ইবো-হলদি কদাই চৎখ্রে।" "মাই পাবুং লাকই তাবদা লোৎখ্রে।" করিগী লোৎখ্রিবা ? (শাম্ভিদা য়েংলগা) ইবেম্মা নঙগী নীপাসে মথোং চাদবা মীনিকো। নহাক্না ৱায়কচগদবনি। "নঙদি না-য়েক তৌদেদনা।" মতাং অসিদা চাউবীদো ৱা য়ানশিল্লক্লে "শাম্ভিসে, মাই পাবুং। মেত্রিকনি, ওৱাসু ওইজরিয়ে। অঙাং অসি য়েংউ সুংশিত্রা ?" গোপালনা অঙাং অদু মুন্না য়েংজৈ "নপা অঙাওবগী মচাসি নোকপু নোকইনে।" অসি হায়রহ্না অঙাং অদু পম্নমই।

সাহিত্য (১০ শুবা মশীং) ইং১৯৬৮

# করিন্নুংগীনো

রজনীকান্ত সিংহ

মখোয় মচিন মনাউ অহুম্না চেক্লোবক্লুনা "ইমা লাক্লে, ইমা লাক্লে।" কৌবকই। অহল ওইবা মচা নীপা চাউবনা মমাগী নাক্তা লেপ্লদুনা "ইমা! খোঙনা লাকপবা? মণিসিদি রাবগ্না তারে।" অসি হায়দুনা মমাগা লোয়নরকইবা নাপামচা অদুবু "লাউ, ইয়াম্নগী নঙন্দা।" হায়দুনা নীপামচা অদুবু পোথংলি।

মচানীপা অহুম অদুনা মমাগী মনাক্তা ইকোয় কোয়না লেপ্ল-দুনা "ইমা লাক্কনি হায়দুনা এখোয় কবি অমতা চৎখোক্লবনি।" অমনা "এখোয ইচিন ইনাউ অহুম্না শঙাবুং অসিদা ইমাবু ঙাইদুনা লৈবকপনি। ঙসাই অযুক্কগীনি" অমনা অমুক "ইমা! নঙ হন্দক্তি চৎপ্রগনু, সিদা স্নুম লৈরো। এখোযস্নু চাউরক্লেদনা।"

অমনা "ইমা। এহাক হন্দক লৌ শুবদা পৈশা খরা ফংলে। ইমাগী যুম অমা তোঙান্না শাগে। মণিগা পুন্না এখোয় মঙা লৈমিন্নসি।"

অতোপ্পা অমনা "মীগীদি মমা লৈবনা অরাৎ অপা লৈতবোই নিংইদে। এখোযগীদি ইমা লৈরবস্নু লৈতবগা চপ মান্নে। ইমা-নদি এখোয়বু নচানি হায়বা নিশিংবীরেদো।" মচা মযামগী রাঙাং অসি তাবদা মমা ওইবী থম্বালনা মমিত্তগী মপি ওরো ওরো শিন্থে। করিস্নু খুমদে। মমৈথংদা হায়রকই "নখোয়বু নমাতোন্না লুনা

তৌবিদ্রো ?" মচা অমনা "লুনা তৌবিদুনস্থ অপোকপ'দি নত্‌বনা, ঐখোয়স্থ শাউনিংবা, ইকাইবস্থ লাকই। মুঙাইতেদা ইমা ……… । মীনস্থ পনথন থব্রে। ঐখোয় ইচিন ইনাউসে কাংবু অমনা ফৈ হায়বী, কাংবু অমনা ফত্তেস্থ হায়। মসি পূম্নমক অসি ইমানা সিদা লৈরম্লবদি করি থোকউদগে ?"

থম্বালনা "মীনা ঙাংবা তারুনু। অথাপ্পদা লৈগ্রবা ঐহাক্তি নমা ওইদুনস্থ নমা নৎত্রেদো। লৈমিন্নবা অসিনা ফরবস্থ ফৎত্রবস্থ নমানি হায়না নীউ।"

মচা অহলনা অদুদি, অদুদি—, ইমাদি করিস্থ থোরদ্রবা ? মরী মতা ওইরব্রা ?"

মমানা হায় "মরী মতা হায়বদু তাবেদনা ঐনা যুমসিদা লাকুনা করম্না নখোযবু কোল্লুগদগে ?" অস্তুম্না য়াগী শাদুনা লাকপনা থোঙ্গাল চঙলক্লে।

থোঙ্গাল হেক চঙলকপদা থম্বালগী মপুরোইবা ওইরম্বা বকুলনা পুক্রি মপান্দগী কৌরকই "নহাক লাকইব্রা ?" থোঙ্গেল থোক্লা থম্বালনা খূমথিদে। বকুলনা মচা নীপা অহল চাউবদা হংলকই "অঙাং অদু মণিরা ? কৈদোরে, মশা ঙমদ্রব্রা ?" হংবী। 'সিদা পুরকউ।" অঙাং অদু য়েংলগা মসিদি তোম্বীগা মশক মান্নেদা।" অস্তুম্না অঙাং পম্বীরমই। করম্বা রাথলগী ঈহৌনো, করম্বা থিংঙমদ্রবা ঈচেলনা নমথায়খিদুনা মপা ওইবগী থম্মোয়না অঙাং অদু পমখিবনো থঙখিদে। অঙাং অদুবু কোল্লি, চুপলি। তারমদাই স্তুমিৎকী মঙালবু অহিংগী থাজনা তান্নবগুম ওইবা ম্যারয়োইদোবা পুন্সি লৈপুনগী লৈরাংদা করম্বা অঙাওবা আশা

লাকইবনো ? অমুকস্থ অঙাং অদুদা হংলকই "নঙগী নপাগা নমাগা কন না হেন্না নুংশি ?"

অঙাংনা খুমই "ইমানা।"

অসিগুম্বা দৃশ্য অসি মনিংথোংদগী মাগী মুপী অতোনবী সখিনা উখি মথস্ত শোনখি মিহৌবগা লোযননা "নারেদা মিৎসে।"

ইমুংদা থম্বাল চংলকই "ইনাও লৈবা ?" থম্বালগী খোঞ্জেল তাবদা সখিনা হরাও হবাও কৌরকই "ইচে লাক্লবা ? ঐ, ইচে লাকদ্রা লাকওইদ্রা হায়দুনা চাক থোংদনা ঙাইরম্মীবনি। ইচে লাকপা নুঙাইরেদা।" অসুম্না ইবাং লাংই। থম্বালনা পুরকপা পোৎচৈ অদু উবদা সখিনা "কৈদোনা'স্নক য়াম্না পুরকইবনো ?" থম্বালনা "অঙা'শিং পিজৌ কবোকসে, ঐদি করিস্ত পুরক্তেদা।"

"ইচে ! হিদাক হাল্লখিগে, থকসি।" মখোয় অনি চিনবান-থোংদদি য়াম্না মুংশিননা পোকমিন্নবা মচিন মনাউদোনা মুংশি-চান্নবা রাবী শাই। মখোয অনিগী থম্মোয়দা মরোল লোল্লরোইদবা রাফম কয়াস্ত লৈবম্বা য়াই। থম্বালনা য়েংই। চাউরবা যুমজাউ কা তরেৎ অদু। যুমজাও অদু শাবদা মাগী হুমাংমল য়াওখ্রবনি। অদুগা নঙনা যুম অদুগী মবেম্মা ওইদুনা চহি তরা হেন্না লৈবল্লবনি। মনেম মক্ৎগা হায়বা ইনবী অমা ওইজবদুনা। অদুবু মতম অদু মঙলা তাইবঙলা ? মফম শঙগিদে। চহি তরাগী মতুংদা ঙসিনা যুম অসিদা চঙলকপা অহানবা মুমিৎনি। মচাশিংবু উন্নবা। মচানিপা অহল চাউবগী লুহোংবগীদমক্ত লাকপনি। মমা ওইবীগী থম্মোয়না মচাবু কাউঙমদবা হাযবা অসি লৈরমদ্রবদি মহাক মফম অসিদা লাকখিগদ্রা ? লাকলমলোইদবনি। লৈমল চল্লবী লৈরাংনা অযুক্কী

মালংদা লিংখায়রবী থম্বালগী থম্মোয়নি, মক্কম অসিদদি ঙহাক পুঙ্গোয় নিংশিংই। মুংশি চান্নবা লৈমিন্নরম্বা মাগী অঙানবা মপু-রোইবা, থারিবা ফমুং পরেং, উপু, মাইখল, ফিয়াননচিংবা পুম্নমক। অমুকস্ত মপুক্কিংদা ইকাই মুংশি য়ান্নবনা যুম অদুদা ঙহাক্কা লৈবা ঙম্নমদে। মতম অমদা মহাক্কা ফমলিবা কা অদুমক্তদা মহাক্কা বিদায়গী ৱাঙাংনা হায়খিবা "ঐহাক অসে, নিপানা পাম্বীত্রবা মুপী হায়বদু ওইরবনি। চৎচরগে।" বকুলনা খুমখি "নহাকপু কাযনগে থ'ন্দ্র, চৎখিবা য়াদে।"

নহাক্কা পামজবা মুপী অদু কৌশিন্দুনা থম্বীয়ু। ঐদি অনি লোনবা পামজদে।" "চৎখিবা য়াদে, চৎখিবা য়াদে" হায়না কন্না লাউরকই। ঙসিস্ত অকনবা খোঞ্জেল অসি মাগী নাকোংদা বক্রনা তাবগুম তারি। মহাক্কী ৱাখলগী মঙলান অসি লোইরকপদা খোঞ্জেল অমস্ত তার'ক্ল, বকুলনা "মণি, নমা আদা লৈরে ইমুংদা চংউ।" মখুৎ থিল্লদুনা অঙাং অদুদা হায়রকই। খঙহৌদনা থম্বালস্ত বকুলদা অগাবা মিৎয়েংনা য়েংথোকউই। মহাক্কী শাথিবা মিৎয়েং অসি বকুলনা করি খল্লমগদবনো হায়বদি খঙদে। অদুবু থম্বালগী ইকাই মুংশি য়ান্নবা ৱারৌচাউবা মায়থোং অদু নিপা ওইবনা খঙক্কম থোকই। মহাক যুম অসিদা শাগৈগী মৌ ওইদুনা লৈরম্বনি।

ওইরৱোইদবা পুন্সিদা ময়াই কারবা ঈরাং অমা লাকইবসে ওম্মোকপনি। অতোনবী ওইরিবা সখিদো ঙসিদি চৎপদা খু, খু কামই। শহুম চেম্না চৎলি। ফি-ফি কাম্বগুম তৌই। মচানিপা অহলগী লুহোংবা লাকপনি। লিশিং অমা হায়জদুনস্ত হম্না কাওবা মায় ওল্লক্লরোইদবা থম্বালনি। অদুবু লোম্নবী মুপীগী তমথিবা

ৱাখলসে কদায়দগী লাকইবনো ? মপুন্নিংগী ৱাসে সখিনা খোঞ্জেল থোক্ত প্রমাণ ওইনা ৱা ঙাংলোরকে, "চাঙি লোইবে, চাগে চাসনু, চ রোই তোকসনু। মীগী সেবাগী তৌঙবা হৈজ.দ।" ৱাহৈ অসি থম্বালনা তাথোকখ্রে। মতাক খুদঙ্গা মকি হোৎহুনা চৎলসিবা খনখ্রে। অদুবু মপুন্নিংদা খল্লি "ইচাশিংনা য়াম্না নুঙাইত্রবোইদ্রা ?

মথিল মুমিদা.ৱাইৱম অদু থম্বাল মফি মবোল শেৎপা লোইবে। মহাব বকুলনা কবিগুম্বা ৱা অমত্তা হায়বমদনা চৎপদি মজদবা খল্লি। অদুবু বাকম অমা হোদে থনবা মচাক নৈত্রি। মাঙৌনদা ফংলিবা থংনবু য়েংলগা থম্বালনা মচানিপা মণিদা ইনশিনি "বাবা! চৎকগে হায়ালনা।" তংং তহুনা মমাগী ৱাহৈ অদুসু হাবীদ্রে। থম্বালনা তমুঙ্গ কৌগে কমবতুদি কৌবেদনা মপুন্নিংদা খঙ্গে। সখিনা শিন্নবমই 'হনাও' চৎলগে।" "ইচে চৎলগেবা ?" থম্বালনা শিন্নখি, "নচাশিংসে ৱাবকউকো" ৱাহৈসি হ য়ৱমলগা থোরক্লে।

মচাশিংনা থম্বালবু থিন্দোকই, থম্বা বকুলসু থিন্দোকপা উই। থম্বালদি মচাশিংনু ন্যাশিজনসু ঈংলবা ঈপাঙা নি থিনা শাংপা ঙমখিদ্রে। লাইনা নংত্রবা খংহৌত্রবা ৱাখল অমনা তচৌবা ঈথক ঈপোম ওইবহুনা অমুক অমুক ঘুজিনকই। মপুন্নিংদা থল্লকই করিনু গী চৎনুবিবনো ?

# সুর

এম, কে, বিনোদিনী

অযুক্কী পুং মাপল তরা তাবা মতম।

"অবোক ইবেম্মা হৌজিক ফাউবা চাইথদ্রিববা?" অসি কায়দনা কোম্থোংলোমদগী মৌ চঈ নিঙ্ মবি মঙা শুরবী অমনা তকিং তকিং চঙলকই—। মায়থোংদি—পূন্সিদা কুইনা অবা কোকথোং পুন্নকপিনী। চোকথববা মাযথোংদো মাম্নহীং খবা খবা কাবা মরম্না অমুক হেন্না মকশিনখি। মাঙ্গোলদা অহল ওইববী চঈ হুম্ফ,তরামঙা রোম শুববী অমা ফমদুনা করিনো অমা ভৌরম্মী—মহাকপুনি সুপী অসিনা অবোক ইবেম্মা হায়রিবদো।

তক তক, নুঙায় য়াইফবগী যুমগী মাঙ্গোলনি। হেক চঙলকপদা কোম্থোংদগী হৌরদুনা মশক উবদা হিঙ্গোলগী লাইবেম্বী অমনা তরাম তবাম কৌশিনবগুম মী পূম্নমক চঙনিংবা পোকহল্লী। মদো কনানসু নত্তে—মাঙ্গোলদা যম্লিবী অদুনা অদুগী উযম্নি—মী পূম্নমক লোয়না থঙনৈ। থোন ভাবদা হম্না য়েংখংলকই মমৌ অহলদো। মায়থোঙদো মতম অমদা য়াম্না যজবম্বী সুপী অমা ওইবম্বগী খুদম হৌজিকসু উবা ফংলি। পোক হৌবদি নত্তে, হৌই, অদুবু চঈ মতাংগা হায়কবদি হৌদবগা মাম্নে। শেংনা ভৌরবা কুচুদা অমবপা মযম অমতা য়াউবা উদে। পূম্নমক উকরগা মশাবু হৌজিবসু সুংশিনা লীদুনা থমজরি হায়বা থঙবা ঙমই। মমৌ

অহল অসে ঙস্তানা করিগুম্বা থবক অমগী চৎথোকলুরগা হল্লকপা ওইরমাল্লে।

অহল অসিবু কনানো? খঙনিংবা অমা পোকলকই।

মতম অদুদা মণিপুর স্নালৈবাক শীনথুংনা থম্মোইনা খোম্থাং ঙৈবা মাগী খোঞ্জেলতনা ফাউরম্বী চোংথাম নিংঙোল তম্ফাইবেম্মনি। মীনা হায়নৈ মাগী ঈশৈনা মীবু নাওশুমদা হিপ্নগুম মুংঙাইহল্লি, করিগুম্বা মতমদা হরাও মথোই কাহল্লি। অসিমস্ত হায়নৈ, নোংঙাল্লমদায়গী থাবলনা রাপল্লোমদা লৈথখিবকান, মানা মাঙ্গোলদা ফমদুনা ঈশৈ শকপদি মুংশিৎ ফাওবা লেপ্তুনা তারিবোই নিংহল্লি............।

নরসিংহ শাগৈগী চাউরবা স্নাইবেম্মা অমনা পোকপী তম্ফাইবেম্মা—নোংদম্বনা স্বর-তা নৎতনা শকী খুদোলস্ত হাপ্পীরম্মী। শকহেনবী তম্ফাইবেম্মনি— মাগী স্বরবু মীনা মুংশিনৈ— মাগী শকপু মীনা পামনৈ। শিলপীগীদি মগুন অমস্তং মীনা মুংশিবনা অথোইবা মরলনি। অনিমক মাগী রাৎখিদে— মাবু তানিংই; মাবু উনিংই; অতৈ করি রাৎলি?

পিল্লিঙৈদগী হোৎরদুনা কোম্মুংগী শনশেনবা, রাস অমত্তা চিথদনা য়াওরকই। অদুদস্ত পেন্দ্রদুনা মমাসিজনা মচাগী রাস কয়া গৌরলীলানচিংবা মযুমদা লিংখৎপি। মপুঙ ফারক্লে, স্বর খোম্থাং' তারকই। মাইকৈ মরিদগী জাৎফবা ইনাক খুনবা কয়ানা মমৌ ওইগে তমশিন্নে অদুবু রাখল চাওবী মমাশিজনা মপাবুংদা তান্নজৈঈশৈ শকপা থিংলোয়দবা ইমুঙ য়েংদুনা থাজনি............।

পুকচেল তপ্পা মপাবুংনা য়াম্না কম্না য়েৎচবদি ঙমজদে অদুবু নিংশিঙলকই— তম্ফাইবেম্মনা চহী অহুমতা ঙায়রিঙৈদা য়াম্না কম্না

নাক্লই। ফরকলে ; অদু ফাউবা মখোঙনা চৎপা ঙমদে—য়াম্না শোল্লী। অয়াম্বা মতমদা য়োকচবীগী মনঙগন্দা লৈ। মতম অসিদা নোংমা য়ুমলোন্নবা ইমুং অমদা বানক হেক ফানরকলে। য়োকচবী নুপীনা ভম্ফাইবেম্মা পোত্তুনা য়েনখাদা লেপ্লুনা ওাজৈ। ঈশৈ হেক থৌরকপগা ভম্ফাইবেম্মা, মমিৎ পাংগোকই—য়োকচবীবু ইন্দনা ইন্দুনা ঈশৈ শকফম ভান্না পুই—ঈশৈ হেক লোয়্ড্রিবা ফাউবা হনশি য়াদে। অসিগী ভুংদা অনাবস্ত য়াম্না থুনা ফখি। অসিতস্ত নত্তুনা মানা পুংকক চাউরবা মতমদা থম্বাল লৈরিক কোন্নবা থমচেৎনা পালা ওইরগা মানা ময়াইদা যমত্তুনা ঈশৈ হন্দুনা শান্নবস্ত নিংশিংলুই।

.... ....ভান্নত্তুনা ঈশৈ তৌবা ফংগদৌবা ইমুংদা কম্ফাইবেম্মবু থাজবি। ভম্ফাইবেম্মা! মণিপুর শিংগুনা ভম্ফাইবেম্মা। মনা শাবদা, স্তত্র শকপদা, রাসদা, জলকেলিদা পুন্নমক্লা ভম্ফাইবেম্মা। অঙকপদি ইমুংগী থবক, মচাগী মপুরোইবগী সেবা কান্নবা লৈতে-অহাংবা মতমদা ঈশৈনা মাগী পোশাবনি।

.... .... .... .... .... ....

নুমিৎ ওারকলে—মনগদোবা কুইদ্রে। অসিফাউবদা কুম অমগী কাংমতমদা জয়দেব য়াউনা, নাম পালা শকপদা ভত্তুনা য়াওজৈ। মচাশিংনস্ত থাদোকই—ঐখোয় ইমাদি ঈশৈ শক্তুবদি থুংনা শোন্থগদৌরিবপোৎনি। অদুবু মাগী খ্বায়দগী অৱাবদি—মমৌ অঙৌম্নি, মশু নুপা নুপী পুল্লগা ১১ নি অসিগী মঙুংদা কনামৎতনা ঈশৈ পামদে—করি অমুক শায়গনি ইরুজবা মতমদা ঈশৈ ঙংবা ওারক্লি। কনাদস্তু হায়দোক্লে ; থম্মোয়গী অৱাবা থম্মোয়দা ফুম-ত্তুনা থমজৈ।

নোংমা ফাদোক মশুশিংদা হায়জরুবস্ত ময়াওই, ইশুশা নখোয় জগোই য়াউনিংদ্রা—ঈশৈ য় উগেরা ?" হৌজিক্তি মশু-শিংনস্থ চৈহৎপী "অবোক নগোয়গী চাউখৎত্রিবৈগী থবক অদো ঐখোয়দি পামজদে—মতুদি পঙলিবৈগী থবক্তি…………মতুদা শেন ফিংগদৌবগী শরুক্তি সিনেমাডুম য়েংজগে।"

মখা তাজদে। নুংশামগী হোন্দুনা নীংশিঙলকই—পঙলিবৈগী অবংবা মতম অদো। আঙ্গিক মতমদা মাগী ইন্টদেববু ভরেৎলক হন্না কোয়বা মতমদা তপ্না তপ্না ঙংজে।

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ
জয় বৃন্দাবন………

ময়াম অসিগী মরক্তা মাগী মমৌনুগী অহলতনদি মাগী শিল্পীগী থম্মোয় অসি মশক খঙবগুম মতম লৈবখিবিক্তা তেঙবাংলকপিনী। শায়নোম য়েপ্পা থু ত্রিবৈদগা হৌরদুনা মনেম্না ঈশৈ য়াউবা খুদিংগী করি শেৎকনি, করি ইনগনি, করি শেৎলগা ফজগনি হোৎনবদা মশম ফাউবা হাৎপা শংজদে। মনেমনস্থ মাবুত্তা তান্নজৈ।

"নুপীমচা ইনফি অসিবু কদায়না পক্কনি ?"

"অবোকইবেম্মা অহুমমক শৃদুনা থমজরে। ননাই ঐনা নীঙ-বদি মপান অমুবনা দারী পীক্লা চেন্না অসিনা হিগোক লংহোগদি পক্কদরা হায়না নিংই। শমজিলৈদি থোক্লোয়দ্রা ? হয়েং অয়ুক্তি হিয়াংথাংদা ঈশৈ থোনগদবা ওইরিনি।"

"ঐদি অয়ুক্কদি নাপু চন্নবু ফগদ্রা নিংইদা। অদুগা শমজি-লৈদি নুংদাংদা থৌগল তৌবদা থেৎকে—অয়ুক্কদি ইকাইদা।"

"শমজিলৈ অনি শেমজগে অমনা অয়ুক থোল্লু, অমনা নু দাং থোল্লু —।"

"মাইদা মুপীমচা নঙনা ঐবু তৌবিরিবা অসে অঙাং নত্রবা মতম অসিদা শমজিলৈও করিও........" হায়রগা নোকচৈ। মপুক-নিংদদি—ঐগী ইমৌ অসি মশক্তবু থী হায়বনি মণিনিকো অমুম্না খল্লী।

রাখঙবী মমৌনা খুম্মকই "অবোক ইবেম্মা, হৌজিকপু থোল-হৌদ্রবদি করম্বা মতমদা থোনগনি। অবোক ইবেম্মনা তৌথো-রকপদি পংফদা ফজৈ মীনস্থ য়াম্না হায়নৈ সত্য............"

"চরোদা—অদুবো কনানা করি হায়রিবা ?"

"খঙদে পঙহায়দা হায়নৈ। চোংথাম লৈম অসে হমুবা হৈত্র-মাল্লেকাস্থ হায়............।"

"হে হে কল্লক্তুন। তৌরিবনি" হায়রগা মখোল থোক্লা নোকচৈ—পুরিংদদি মমৌবু অমুক হেন্না মুংশিজরকই।

............তম্ফাইবেম্মা চঙী য়াম্মৈ তাল্লকপা মতমনি। হয়েংদগী ঝুলোন হৌরনী। তম্ফাইবেম্মস্থ কোনুংদা মচেমশি ইবেম্মগী পালাদা ডুহার চৎলী—ঈশৈ মুমিৎ মঙানি লৈ। মুপীমচানা লাংজ-বনা মহানি—নোংমতা মান্নদনা খ্বাংজেৎ থোলহলনিংই—। মনি মমৌ লৈজবা ফনেক মখৈ পুথোক্তুনা য়েংনৈ। মুপীমচানা হায়, "অবোক ইবেম্মা ঈশৈ হৌবা মুমিৎ অসিদি গুলাপমচু হায়ফেৎ থোনশিদো।"

"চরোদা নঙসিমা মীনা করি হায়গনি ?"

"ননাই ঐগী গুলাপমচু হায়ফেৎ অসি অমুক্তনি শেৎলুবা য়াম্নম্ভ ঙাঙদে থোনশিবা।"

তম্ফাইবেম্মা নোকফেৎ তৌজৈ,—মপালথোংদদি পামদবগী মতৌ উৎলী হায়রকই "কদায় অদুক য়েংশিদনা...... — —পংঙাং

ঙাংবদি নংত্তেদনা·······সুপীমচা মীনা নোক্লয়োয়কো বয়স মতা অসিদা ··········।"

"নোক্লয়োই নোক্লয়োই অজ্জা। ঐখোয়বুদি অবোকইবেম্মনা হেন্না নহা ওইরি—।"

করিগুম্বা মতমদা ওঝা অফাউবা কৌদুনা অনৌবা ঈশৈ তম্বা মতমদা সুপীমচা কৌদুনা—

"অতো, ঈশৈ ময়েক অসি অদুক শিলহৌরোলাও। হয়েং কাউথ্রগা নীঙশিংননবা।" মপুক্লিংদা লাইরিক হৈবী মমৌ লৈবগী চাউথোকচৈ—পুথোক্লুনা উৎচনিংই।

চহী কুমজা কয়া হৌখরে। অরংবা মতম তপ্না তপ্না মকশিল্লী। অহল মতম ওইবনা—মশু মচা লৌদুনা মতম লেল্লকই—ঈশৈগী পুন্সি তুংওইনৈ অদুবু হৌগ্রবা পুন্সিগী মঙালগী মতম তক্লনা ঙান্দুনা মরৈরি। রাবী শানিংই নীঙশিং নীঙশিংহনা, অদুবু তাবিনবদি কদায়? মশুশিংনা পিং পোং তুর্নামেণ্ট, একাগাডী লমজেল—অমসুং হোকিগী রাবী শায়। মালংদা য়েংদুনা তায়, নাকোংদা চঙদে, থম্মোয়দা সুরগী ইপোম হৌরকই।

হায় হায় কি হইল, এ সুভ রজনী············

হন্দক্তি মবেনশিজ থারাকনা লৈতবা অসিগী শ্রাদ্ধদা জলকেলী ওইনা পালা অনি শকপা তারে মৌগী অমা নিঙোলগী অমা। অহল লমন পুন্নমক পাও চেল্লী অমতা চিংথদনা। চোংথাম লৈমনা খোংবাংবা মতোম ফমগনি ঈশৈ পুবদি মহাক্লনি।

মমৌ উবদা হংলকই "নঙনা চৎলুরিবদি কদাইদনো অতো?"

"মী থরা উম্নবা চৎলুবনি। অবোকইবেম্মা মৌশিং ঈশৈ ফাদবা য়াম্না য়াওই তম্বা লাক্লনি হায়রকই।"

তম্ফাইবেম্মা শাউরপ তৌই—মথৌ লৈতবমখৈ মৌগী মীখোম্বা চৎপীরুরিবোইরে ..........। খুমলকই—শংদে শংদে ঐ থবক য়াম্না লৈ।"

"ননাই ঐনা চৎলুরিবা অসি নিংঙোলগী মী ৱাৎলদুনা নেকপা চৎলুরীবনি। ঈশৈ খরা য়াবমথৈ হায়রুরিবনি।"

"হা করি হায়বা? মাইস্নাম ঙংবী নঙগী সনখ্যাগোয় লাক্কনি হায়হৌবরা? ' মুমিৎতি খিৎতা মঙায়শল্লক্লে ঈশৈবু য়াম্না ঙিংলিদা অঙো।"

"লাক্কনি হায়হৌই। অবোকইবেম্মবু ঙসিদি তম্বা খরা ঙম্না লেংবীরকউ হায়হৌই। ইবোচাউবগী জীপগাঙী অদো ঐনা হায়রম্লে—অবোকইবেম্মবু হোরেল থীম্নবা—

"হায় কৈদোনা হাম্নরুবী ইরায়না চৎচনি।"

"হায়দবা য়াবরা ঐঙ্গা। লমনগা লাঞ্চনে হোরেন তুরু লাকলুরবদি কমদোনি।"

"অতুদি ঐ চাক থোংবীকরগে নঙনা তৌগদবা তৌরুরো নঙগী নচানুপী লাইরিক হৈবাশিংসে ইনেমদি ঘেংনিংখিদ্রেমা—করিনো —নুপী ওইবগী শাজংপু অমতা য়াওদেনে ..........নুপীমচা।"

"করি হায়গে ঐজ্ঞা।"

"ঐগী মগুম্লা অতু ফেংদ্রবস্থ য়ারদ্রা?"

"য়ানিনা ঐজ্ঞা তম্বদদি।"

"হায় মোৎমল্লবস্থ পায়নিংদেদা।"

"ফেংজগে ফেংজগে।"

হায়নবা লৈতনা চহী হুম্ফুতরামঙা শুরবী তম্ফাইবেম্মা ইমুংগী থবক লোয়শিল্লী—থম্মোয়দদি চহী কুনমঙাগী নহাগুম

কনখৎলবই। মচানুপা অহুম্মক লোয়না তোঙান্না চাথরে। ময়েককীদি অতোম্বগা চাগদবনি অদুবু মমৌ অহলবু সুংশিবদগী হৌজিক ফাউবা মচানুপা অহল মধুমঙ্গলগা চামিন্নৈ। মীদি থরা য়ামই মমৌ অহল অসি মচা থরা য়ামদ্রনা। স্কুল, কলেজ ছুটিনি অদুবু মশু মচা অমত্তা যুনগী থবক য়াউদে। করিগীনো ময়ামসি সামরী হায়ববা—অমমুক লাক অমমুক চৎখী—মহা ওইনা ইমুং অদো ঙসি নিনি ছমনি অসে পুংলাংনি। মধুমঙ্গল হল্লক্লগা মাগী মুপী কৌদ্রুনা হায়।

"তারিবরা।"

"ক'র ওইরবনো।"

"ইঙাওখোয়গী লুহোংবা অসে নঙনা চৎপা তারে। ঐদি কোওপরেটিভ মিটিং অকুবা অমা লৈ। কনামত্তা চৎত্রবদি য়াম্না রারৌবগনি নঙনা চৎপা তায়।"

"হায়মা অদুদি কমদৌনি? অবোকইবেম্মদি জলকেলীগী ঈশৈ তিন্নবা লেঙগনি হায়রি............। অঙা-শি-স্ত শান্নবগী কনামত্তা য়ুমদা লৈরোই—।"

"হে মদুনা চৎনপোৎ নত্তে। ইমা ঙসি তম্বা চৎলম্মু হায়য়ু, লুহোংবা চত্তবা য়াদে।

"ইস লুখ্রেদা" মুপীমচা শোন্দুনা চংখি। মচাশিং কৌদ্রুনা হায় "ইবেম্মখোয় নখোয়গী শান্নবা অসিবু অমত্তং চত্তবা য়াবরোইদ্রা? ইমাস্থ লুহোংবা অমা চত্তবা য়াদে নবোকইবেম্মস্ত ঈশৈ তিন্নবা লেঙগনি য়ুমদা মী কনা অমত্তা লৈত্তবা তারে কমদৌশিগে ইচাশা?"

অতোনবীদুনা হায়রকই "তবোক চৎলম্মু হায়য়ুদনা।"

অমনা খুমলকই, “ইমাইপেম্মা মাঙলেদনা। ঐখোয় অবোক্তি ঙসাইনা চ'ংহৌকা লুদুনা, মুরাকা নন্দুনা চহী তরামঙাগী লৈশাবী ওনগ্রে। হৌজিকপু চৎলমু হায়রুরবদি ফেণ্ট (faint) ওইবা শো য়ত্রে।”

“অদুদি কমদৌনি? মায় ঐ ঙমলরোই হৌজিকপু লেঙলহুকা হায়রুবা কনাবু হায়হনগনিসিদে।” মুপীমচানা থৱাই ৱানা শোনজৈ।

“পানুংবু হায়কল্ল।

“ইমা।”

“কৈনো?”

“জলকেলী কৈদৌঙৈনি হায়বা?”

“ঙসি মরিনিদা ঙাইরেনে মোগীদি মী অফবা য়াম্না য়াওবৰ-নিনা কৈদো। নিংঙোলগীদি নোপকদৌরিবা। নঙগী নমাইবেম্মা সুবদনীমু ঐনা হল্লি হায়বা অদুমঙাই মখাং ফাওবা কোল্লেদো, য়াওবা ঙমনি ঙমলোই থঙদে কমদৌদনো খঙদে থৱাই য়াম্না রাগ্রে। হকুথংদা পংচোপ চোপ্পুনা তোৱ্রগদৱা খঙদে............।”

“ইমাদি করি শারিবা?”

“ঐবো, খোংবাংবনিদনা। নবেমশি তোম্বীনা ঈশৈ থৌগন-গদৌরিবনি। ঐদি য়াউবু য়াউনি ত্রবনি শকওইনগা জুগোৎ চাদ-বনে অদুনা ঈশৈসি য়াম্না নোপ্পা তারে হায়দুনা ময়াম্না য়াম্নদরে।”

“অদুবু ইমা ইমাদি ঈশৈ অসি লোয়না ফারবা নত্তরা?”

“ঈশৈ পুবা মীদি ইরৈবু লৈত্রবনিদা অতো ঐখোয় অমা অনি অসি নত্রবদি হৌজিককানগী অঙাংশিং অসিদি কনাসু থৱ'য় য়াউবা য়াউদ্রেদা।”

"ইমা।"

"করিনো"

"ইতাও কেশোগী লুহোংবা অসে ঐবু চৎপা ঙমলোই-দৌরিনে। মিটিং অরুবা অমা লৈ অফিসতা।"

"এ য়াদে য়াদে ঙহাক যৌরচো ইচা কেশো। মপূক্লিং মুংশি-হনবা য়াদে। ঐনচুম চত্তুনা ইশুগী লুহোংবা লাঙ্গদবনি, অদুবু সোমগী ঈশৈ অসি থাদোকপা য়াদ্রবুনা তৌবনি। নঙ ঙহাক য়ৌরু চৎলু ইবুঙো অফিস কোন্না চৎলু।"

"ইমা ঐ য়াওদবা য়াক্তবুনা তৌবনিনে। ঙসিগী মিটিং অসে লালনি। অদুবু ঐনা হায়বদি অঙাংসিংস্তু লোইনা চৎথোক্কদৌবে-মমাবু ঙহাক চৎকল্লরগে হায়রিবা............।"

"অদুদি যুমদি কনানা শঙবা? অদুগী শরুকপুদি নঙনা ঙহাক য়ৌরুবনা ফগনি।"

"ঐ য়াউদবা য়াদ্রবুনা তৌবনি........... ঐনা হায়বদি অসিনি ইমাদি হৈদুনস্তু লৈরবনি হয়েং ঙন্তানা চৎপিরো ঙসি অসি পোথাবা ওইনা যুমদা লৈবিযু হায়নিংলিবা............।"

হায়নবিবা মতম অসে ঙম্মাইবেম্মদি ফজরবা অঙৌবা ফি মত্তেক অমদা মাগী মন্দিলা, কা অসোইবা, হিদাক মনানচি বা য়োমশিনবা হোৎনরি। মখুৎ লেপ্তুনা ঙহাক ভুমিন্না লৈ। মচাদা য়েংদনা তপ্না তপ্না হায়রকই—

"কৈ কৈদৌগে। ঐদি নখোয়না তৌ হায়বতা তৌদুনা লৈবিবনি ববম্বা মতমদা ঐনা খুশী তৌবা য়াউখরে? নখোয়গী অপাম্বতা তৌ কৈদৌগে। ঐবুদি অশিবনি হায়না লৌরবস্তু য়ারে।

হৌজিকস্তু চাও ফৈ চান্নু ফৈ। এঃ ইমা নঙ য়ুম অসিদা লৈবা য়াই লৈজনি, য়াদ্রে হৌজিকমক চৎখ্রো ভালো, ঐনা থোকপা অমা হেক্তা তৌগিনি............ ঐ করিস্তু হায়বা লৈতে।"

হৌগত্তুনা ইমুংদা চংখি। মধুমঙ্গলনা ঙল্লদুনা য়েংহৌই।

........নুপীমচানা মনেমগী ফমমাংদা চংদুনা। ঙপ্পা কৌরকই "অবোকইবেম্মা।"

"ঙু" কাওখল মম্‌দগী খুমলকই।

"ননাই ঐদি ঙসি লুহোংবা চৎপা ঙমলোইদৌরি— হকচাং অসে য়াম্না ঙমখিদরে। মখোয় পাবুংনা চৎলুরসনু, অবোকইবেম্মবু ঙহাক্তুং লেংবিকরো ইবোচাওবগী জীপ অদুস্তু ঐনা হায়শিল্লরে। ননাই ঐ য়ুম শংজহৌরগে............।"

"ফৈ নখোয়না ফগদবা য়েংদুনা ত্তো ঐদি কৈস্তু কায়দে।"

**মদাময়জা চন্দ্রমুখী, ১৯৬৫ ইং**

# ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু

এম, কে, বিনোদিনী

ম্নাচঙবনি। থা'ৗম চুখৎপা হৌনরক্লে। ইস্ফালগী কাচিল অমদা লৈবা শরক অমনি। নিংথমথা ওইবনা য় চংবদা মী ত্তিনবা থর থর পাথবক্লে। শরক ময়াদা ফস্না পোৎফম ফম্বী অমা অনিগী শেগায়বা যুম উরগা লৈকায় অদুগী ফিভম লাকপা ঙম্মী। থোয়না অনংবা উদে মফম অদো। পোৎফমশিং অদুস্ত মৈ চুখৎনরক্লে। মুপী অক্তমতং তরক তরক পোৎ যোল্লী। যেস্থাং য়োনবা পোৎ-ফমদুদদি মী থরা মনিল্লি। অমদি— পোম্ফ্রিনা যোম্না লাইফদি-বীগুম ত্তুমিন্না ফমদুনা লৈ কবিবু যোল্লিবা শারিবনো অহল্লদো।

"ইমাখোয, রা অমত্তা হায়জগেবা।"

"হা করিনো ইবেম্মা, করি লৈগেগে?"

লৈশাবী অনি লেপলৈ। মতৌ উবদা মথৌ চিনবী মাল্লী। মহৈ হৈবী ওইনস্ত উই। খুমলকই—"ইমা, ঐখোয় পোৎ লৈজ-রোই। ইমাখোয়না উপায় অমত্তা তৌবিযুবা।

"হাইমা পোৎযোনবী ঐখোয়না করি উপায় তৌগনি নখোয়গী। করিনো হায়যু তাসিদনা?"

"ইমা, চীননা হায়বদি থাগীনা ঐখোয়গী লৈপাক্কী সিমানাদা লান্দারক্লে। ঐখোয়গী সিফাইশিংনা ঈংলবা চাঙলৈবাক্তা য়েক্লববু য়াম্না কন্না মায়োক্লরি। ইমা, মফম অদো য়াম্না ঈংই— উন্না ইঞ্চি

অনি কুপ্পী হায়। মখোয়গীদমক ইমাখোয়না ফুরিৎ অমমম্তং লোনবিয়ু। হৈত্রগা নচা নমৌশিংবু লোনহনবিয়ু। হয়েংগী নুমিত্তা ফুরিৎ লিশিং অমা শুদবা য়াদে। লং থর থমজরমগে।"

"ইবেম্মা, ইমাখোয়দি হৈতেনে। অদুগা ইমৌদি লৈ হায়ববু মচা চেনবনে চাকঙন থোংবনে শংলোইবো। শংগদবা মী য়েংদুনা থনম্মু— ঐখোয়দি গতি লৈতে।"

"ইমাদি ?" অমদুদা ওনশিন্দুনা হংই।

"ইবেম্মা ঐগীদি মী লৈজদেবো। ইচান্নুপী অমা লৈবা অদুসু পোৎ য়োল্লী— ভূ আদগীসি মাগী দুকান্নি। শংলোইবো।"

"ইমা, নো মতনি নখোয়না মতম মাঙগদৌবা— লৈপাক্কীনি। করি নত্তবদা কুম্মৈ য়েংথোকপসু য়াউই। নোংমতং মাঙববু কৈদৌগে। ইমা, থন্দুনা য়েংউ। লাম্নীশিং অদো ঐখোয়গী ইবুং ইপুরাগুম্বনি— ইমাখোয়গী নচাগুম্বনি। মখোয়দি ঐখোয়গীদমক থৱায় কৎলি— ঐখোয়দি নোংমতংগী মতম কৎপা ঙমলোয়দরা ? য়েরুবনা থোংজিন্দা লেপলী— 'অপুনবা পাঙ্গল নত্তনা ঐখোয়না করম্না মখোয়বু ভান্থোক্কনি। কৈদৌগে ইমা ঙসিতদি পোৎ য়োনব লেপ্পীয়ু।"

"এঃ ইবেম্মা করি চাগনি পোৎ য়োন্দ্রবদি— অতৈদা হায়রুরো।"

নিংবা কায়রদুনা লৈশাবী অনিদুনা থোরকই, খঙহৌদনা পোমফ্রীনা য়োম্বা অহল অদুনা কৌরকই। খোম্থোক অদো চহী য়াল্লবা অমগী খোম্থোক্রি। হায়রকই— "হা নুপীমচাশা করি হায়বা ?"

লৈশাবী অনিদো তন্না হজিনলকই অহল অদুনা মাগী খুইববা মখুৎ অনি অদু তিংথোক্লুনা "ফম্মু ফম্মু" হায়—।

লৈশাবী অনিদুনা হায়রকই "ইবেলগী যুমদা কনা অমত্তা লৈতরা ? ফুরিৎ অমতা লোন্দুনা লান্মীশিংগী মতেং পাংবিযুবা "

"লান্মীগী ? ফুবিৎ ? অদুবু ইবেলদি কনামত্তা লৈতে ইতোমতনি। শিংজু য়োল্লগা চারিবনী। কনানা থোল্লিবনো মখোয়গী ফু'রৎ অসিদে ?"

"ইবেল ভারত সরকারনা।"

"নখোয়দি কনানো ?" হন্নুবী অদুনা হংলকই।

"ঐখোযদি সোসিয়েল ওয়েলফিয়ারগী মীনি। ঐখোয়না ইশা য়াংবনিনা ময়ামদা লং য়েনবা চৎলিবনি।"

"করিনো সো সে রেলফা হাযবদে ?"

"সোস্যিয়েল ওয়েলফিয়ার হায়বনি ইবেন। মসি লৈবাক্কী অমস্তং সমাজগী সেবা তৌবা কাংবু অমনি। মসিদা পুকচেল চাউবা মী ওাক্তুনা শিনলা,ই।"

"থওজদেদা অদুক য়াম্বা অদো। অদুগা অতো, সিফাইশিং অদুদি নখোয়না থোনবা ফুবিৎ অসি শোয়দনা ফংগদরা ?—"

"ইবেন মখোয়গীদমক্তনি। করিগী ফংদনি। অসিতস্থ নত্তে। মখোয়গীদমক ভারত সরকারনা পাম্মুবা লৈতে। তঙায়ফত্তবদি ঐখোয় সিফাইশিংগীদমক চা-থকপা ভোকপা তাব............হিংনবা চাবা নত্তনা অতৈ পুম্নমক মগোয়গীদমক লীতুনা থমগদৌবনি।"

"অদুগা মযুমদি কনানা য়েংবী ? মতু মচাদি কনানা থাকপী।"

"অদুস্থ ভারত সরকারনা।"

"হুম" হনুবী অদুনা য়াখল তৌই। হায়রকই—"ইবেননা হৈবগুম্বা ওইরবদি করিগী য়ারুগনি। অদুবু ইবেম্মা, হনুবী ঐগুম্বনা তৌবা য়াবা করিদি লৈ ?"

"করি লৈতনি ইবেন। লৈকায়গী মী অয়াম্বা লোয়না ফুরিৎ অমমম্গী লং থনমলবনি। ইবেননা হয়েং ঙন্তা চত্তুনা অরোইব-শিংদো খোমলগা ইবেনগী পোৎকমদা থমবিরম্মু—ঐখোয় লৌবা লাকচগে।

অসি হায়রগা মথৌ চিনবী লৈশাবী অনিদো থুনা য়াংনা চৎখি।

চঙ্গী হুম্ফুতয়া গুরবী অহল অদো ঙহাক ফম্মী তুমিন্না। অদুগী তুংদা পোৎ লোইশিনবা হৌরে। অনি অদুনা হংলকই—"কৈদৌরে ইন্দ্রান পোৎ লোইশিন্না হৌরবদি অস্তক ঙম্না ?"

"কৈগু তৌদে।" তপ্না অহল অদুনা খুমলকই।

"হৌজিক্কা ফুরিৎ খোয়্রগেরা ?" অসি হায়রগা করেম্নদুনা নোৱকই।

"হায় মচোমপাক নায়দবা শারদনা।" অসি হায়রগা তপ্না তপ্না মযুম পাংলক্লে।

অমনা কৌদুনা হায়রকই, "ইন্দ্রান, লৈরক ঙাউবা শম্মুরা উগদরা ?"

খুমদে অহল অদো খোঙথাং— কন্না লাউনা চংখি।

পিক্রবা মাগী য়ুমদা চংলকই। থাংমৈ চুখৎচৈ। ঙহাক ইমুংগী থবক ইংথাং লোয়রবা তুংদা হিদাক ঙানথক অমা থক্লুনা ফুঙ্গাদা কমলৈ.............।

............ইংশোক ১৯১৪ দগী ১৯১৮ গী মনুংদা থোকখিবা অুমিৎ অমগী থৌদোক ! মতম অদো মশম হায়গৎচবদা ঙাইজরি। নৌনা য়ুম্বান— ভাইবঙদা খোংদাবা ওইবনা থবক পুম্নমক অনৌবা আশাগা লোয়ননা তৌজে— নোম্বগী রাবা লৈতে। অদুবু নোংমা মপুরোইবনা থেঙনা কোম্নুংদগী হল্লক্লগা হায়রকই—

"তম্পাক, ঐ লান চৎপা তারে।"

"কদায়দা ? করিগী লান।"

"নঙ লান তৌরি হায়বা তাদরা ?"

"তায়, ঐখোয়গী অসিদা তৌবস্থু নত্তনা নঙদি করিগী ? সাহেবকা জর্ম্মনগা শোক্লবনি হায়বদায়নে। কদায় ঐখোয়গীদদি কৈশুস্থ তৌদনা।"

"নঙনা খঙবা পোৎ নত্তেদা — ঐখোয়দি মীনায়নিনে। ভারতত্তি সাহেবকী মীনায়নে—মণিপুরস্থু মীনায়নি। মীনায়দি মপুনা কৌবা মতমদা চৎকদবনি।"

"হল্লো—ঐখোয়গী নিংথৌবু সাহেবকী মনায়য়নে ?"

"মানি, ঐখোয়গী মহারাজনা মণিপুরদগী সিফাই দবল কম্পানী অমা থাগদৌরি ঐখোয় মী চনী হুন্ফুতরামঙানি। হৌজিক চৎলিবা মী চনী হুন্ফুতরামঙা অসে মশিং হেক রাৎলক-পদা অমুক মী থোমজিনগদৌবনী, মী চনী হুন্ফুতরামঙা অসিগী মশিং শুননবা। ঙসি ঐগী মিং পীখৎপদা য়াউখরে। করিগীনো, কনাগীদমক চৎলিবনো ঐ খঙদে। ইনিংথৌনা হায়বী, অদুগী চৎকদৌরিবনি।"

"ঐদি ?"

"নঙদি অবোকখোয়গীদা লৈরম্মু।"

............সুমিৎ অদো ঙসিগুম নিংথম থাগী মতম্নি। য়াম্না লৈচিন থাবা নিংথমথাগী অয়ুক্কি। ঙসিনি মণিপুরগী লাম্মীশিংনা 'লেনসডাউন' তাম্না চৎকনি হায়রদো। চহী অমা মকম অদুদা লান তম্নগা মখোয়না থানিংবা মফমদা থাগনি হায়নসু হায়। তম্পাক্না মমলিদৈদগী হৌগৎচৈ, চাকঙন খোংজরে; ঙসিনা অরোইবা চামিন্নবা সুমিৎনি। মসিগী তুংদা কৈদৌঙৈ উনবা কনানা খঙগনি। সনামহি মপাদা বায় তৈথোকচৈ, থাউমৈ থাল্লগা থুরুমজৈ—"লাইনিংথৌ ইবুঙো! ইপুরোইববু অমুক মতু নামা তেক্তুনা হঞ্জিনহনবিরকউকো নহাক্না।"

কপ্পা খাঙই—ইস, কপ্পা য়াদেকো। কপ্লবদি চৎলমদাইদা ক্ষৎতে হায়কো। পি উইহেদেসু হায়নৈ। ঐবু মখোয়না হোরেন চৎপা অড্র য়েংলুশিরা?

শ্রীগোবিন্দগী সাইগোননি। মৈতৈ সিফাইনা পরেং পরেং লেংহুনা লৈরম্মী। শ্রীযুৎ মহারাজ লেংখোরক্লে। কোয়না কোয়না লেঙদুনা মনাইশিংদা পাউমেজ্জে। পুক্নিং থৌগৎপী। মরাইবক্তা লানঙম সিন্দুর নম্বিরী—মথুক্তা শ্রীমদ্ভাগবত গীতা অমমম্ পীনবী, তাকপীরকই—"শ্রীগোবিন্দগী চরন কাউগনু ইচাশা।"

তম্পাক্না লাপ্পা ফিরুক ফিরাং খুমদুনা মন্নামগী মরক্তা লেপ্তুনা য়েংজৈ। কনাবুসু উরক্তে মপুরোইবগী মশকসু পীমা থল্লবা মমিত্তা মসেন মরাং উরকই। সুংশাশ্বর ফুয়না ফুয়না হোল্লকই। কপ্পা কপ্পা খাঙই।

খঙহৌদনা মাইকৈ মরিমক নিনহলদুনা বখায় খোংলকই—

তাইবং পানবগী মপু, শ্রীগোবিন্দগী খুয়াদা মৈতৈ নিংথৌ ঐনা খুরুমজে।

তম্পাক খাঙবা য়ারক্কে। বঝায়গী খোল্লাউগা লোয়ননা থম্মোই কায়না হিক হিক কপ্লকই।

চহী কুনলোম অমা লানথরে—মাগী পাউদি তাবা লৈখিদে। কদায়দা লৈরিবা, কদোমদা চৎপ্রবা। নোংচুপ মাইকৈ পাংনা মালংদা য়েংডুনা লৈজে। মীত্তা হায়ঙমদবা অরাবগী পি শিম্থরকই। নোংমদি কমান্দেন্ট সাহেবকী মুপী মিসিজঃ ব্রাকৈগা উমরুগে নিঙলকলে। কমান্দেন্ট সাহেবকী মুপীদি মৈতৈ চহুনি। তম্পাকী মমাগা খঙনৈ।

তরাম তরাম কৌশিনবীরকই—"চঙলকউ চঙলকউ করিগীনো নঙনা লাকপদি ?"

"মেম সাহেব চুম্না লাকপনি।"

"ফম্মু ফম্মু।"

"মেম সাহেব লানগী করি করি পাউ তাবি ? ঐখোয়গী লাম্মীশিং কদায়দা লৈ। কমান্দেন্ট সাহেবকী পাউনা করি তাবি ?"

"কন্দক মরক্তি তাদে। থা থরগী মমাংদদি মেসোপোটোমিয়াদা লৈ হায়না পাউ পিরকই। হৌজিক্তি ঐসু খঙদরে—সাহেবনসু ইরক্কে।"

"অদুবু ননাইশিংদা চিঠিকা পীবদি য়াবোইদ্রা ?"

"করিগী য়াদনি, অদুবু য়ৌবু য়ৌগদরনে ?"

"খঙদে মেম সাহেব, পৈশা থরসু হায়নিংই অদুগা হৈতুপ লালুসু থরা থানিংই। মাদি য়াম্না পাম্মী।"

"এ—মতুদি য়ারোই, পৈশাদি করিগিনো ?"

"চৎলমদাইদা মহারাজনা লুপা হুম্ফুতরাদং পীনবি। অদুগা সরকারনদি করিমতা পীদে। থরা ফংবা অতুসু খাজনা চহী অহুম মরী তোল্লমদুনা থীবনে করিনে হৌজিক্তি ঐ রাম্না রারে মেম সাহেব।"

"হায়মা খাজনা কোকই হায়বদায়নে।"

"ননাই ঐগীদি কোকপা কোক্তবা অমতনি। ইমিংদা করি-মতা লৈতবনিনা।"

"অদুদি কনাগী খাজনা থীরুরিবা ?"

"খুরাতোন খোয়গীনি। মখোয়না থাক্লুনা লৈবনিনা ইকাই-দুনা শেন হাপখিবনি মেম সাহেব।............মেম সাহেব............।"

"করিনো ?"

"ননাইশিংবু কৈদৌঙৈ থোরক্কদগে ?"

"খঙদেদা। লান চঙথ্রববু কনানা খঙগনি। রারুনু মরাইনা লাকচনিদা।"

"ঐদি চহী ফাহৌদ্রেদো—মাগা লৈমিন্নবা............।" অসি হায়রগা হিক হিক কপলকই।

১৯৪২ গী মে থাগী নোংমাইজিং নুমিৎ অসি মণিপুরগী লাইবক চাংয়েংবা নুমিৎনি। বম ৰেক তাবদগী মানা মানা থোকপা চেন্নখি। তম্পাকসু লান চেল্লী, মপুরোইবসু চহী মরী মঙা শুরে নোঙ্গা-খিবা। মচানুপা অমতং লৈজবসু গৌহাটিদা ললোনবা চৎখিবদগী হল্লকপা নংহৌদরে।

অশুকসু লান ? অমুকসু মচা কায়নবা ? অদু ফাউবা মচাগী পাউ তাদে—থা তরুক শুরক্লে। থা তরুক অসি মৈথক্তা য়াতাখি।

অদুবু মীনা হায়নৈ তোংজৈ মরিন্দগী জিবি লাম্মী (কাছার রোড) খরা কাখ্রে হায়। মাগা লাকমিন্নবা মীনা পাউ তম্মী।

অসি ওইরে লান নঙদি! ওম্মোকপনি বরাম চাউরবা তাইবংপাল।

অদুবু অমুক হন্না জাপানগী খুত্তগী মচা হল্লক্তে।

হিদাক থরা থরা মাগী খুইরবা খজাইদা মপি চদুম চদুম তাবকই। মপি তৈথোক্লুনা ফুক হৌগৎলি। মশাদা খঙহৌদনা মপাঙ্গল অমা পিরকপগুম তৌবকই। পুন্নমক মাঙখ্রে। অমত্তা ঙাযজববা মচা মুনগ্রবা কৈ অমোমগুম মাইকৈ মরীদা য়েংলকই— লমনগী মৈরা চরকই থম্মোযদা। অহল ওইববী তম্পাকতো খোঙ-থাং কন্না ইমুং মাঙ্গোল হঙ্গৎ হন্দা চৎলকই।

..............অঙনবা অযুক্নি। য়াহৌঙনবী, মথৌ চিনবী মুপীদি তৌগৎখবে।— ইমু অমগী শুমাঙদা লেপ্লুনা অহল ওইরবী তম্পাকী খোম্থাং য়ৈরকই।

"—হো ইবেতোন। ফুবিৎ লোযরববা ?"

মৌনহা অদুনা খুম্নকই "অবোক কবিগীনো অস্তুক ঙম্না ? ফমবিযু ফিদা থাজগে।"

"ঐ ফম্বা লাকপা নত্তে ইবেম্মা। কদায়, নঙগী ফুরিৎ লোয়রববা ?"

"অবোক লোযদ্রিনে। ফম্ববু ইঙম ঙমদেদা। মুংদাংস্তু চাক থোংইদো। অঙাংগা করিগা। তৌজিকস্তু থবক লোয়দ্রি।"

"চাকঙন থোংগদবা ?"

"থোংলোই অবোক। ঙসিদি নোংমাইজিংনি। অদুদা কোলন্লিক রায়রম তৌদ্রি।"

"করি করি কোম্নো। কদায় অবোক তৌবিগে থবক পায়-খৎলু। ঐ তৌবিগে নঙগী থবক অদো।"

"ইস অবোক্না করিগী তৌরুনি। ঐ তৌজগে ঙহাক্তনি।"

"হুং ঐ তৌগে ঐ তৌগে।" অসি হায়রগা মৌনহা অতুগী কোল মুন্দুনা পুখ্রিদা কুমথ্রে।

কোল ফেংনা ফেংনা মোমোন তৌরকই। মানা নোকলিবা অদো করম্বা নুঙায়বগী মীনোক্নো হায়বা মাতনা খঙই।

নুদ্রায়লক্তা চন্দ্রমুখী, ১৯৬৫ ইং

# নুঙ্গায়লক্তা চন্দ্রমুখী

এম, কে, বিনোদিনী

থবক লোয়শিল্লকপদা মঙায়রি। মতম অদো পুং তরা-মাথোই ত্তাররিদ্রা? মতম কুইনা নারুবদগী হৌগৎলকপদা মঙাংরি; ঙসিদি থব কুইনা নিংথিজনা ইরুজগে থল্লদুনা ইকজফম চঙবা ঙম্ভাক্তি ওইররিদ্রা; কোক ভুম্বা লোইশিল্লরে। মতম অদুমক্তদা ঐনা য়াম্না কুইনা তোয়না তারক্লবা খোঞ্জেল অমনা মপান্দা লাউবকপা তাখি— "হো, ইতৈমা ইবেম্মা, ঐখোযগী ইতৈমা 'বেম্মবু লৈব্রা?" ঐনা খল্লি পাপীদু ওইরমগনিসে! মাগী হৌনবা মীনা ইরুজরমদাই, চাক চাবমদাইদা লাক্কদবনি। মাবু ঐনা খঙলকপা অসে ওন্থোক্লা কুইরে; ইরৈকাই মচানি। হৌজিক ফাউবা ইযুম ইকৈ পাল্লবা ফাউবা অসিদা মানা ঐবু চেন্নবা অসি লেপ্পা লৈরকত্রি। অয়াম্বা মতমতদা নোংথাংগুম লাক্লগা ঙম্ভাক খাক লাউরম্নগা নোংথাংগুম মাঙখিবা মাগী মহৌশানি। ঙসিস্থ করিনো নেশা অমা পুদুনা লাকপরা খল্লবদা নুংশাবু থীরুবে।

ঐগীদা লৈবা মুপী অদুনা খুম্বা ঐস্ত মমুংদগী তস্তুম তায়। ইবেম্মদি চাইথরিনে ইবুঙো অসিনচিংবা...........। তাথোক তাশিনগী বা অমত্তা ইতা তাদনা মানা লাউনা লাউনা— কযা কুইগদবনো, ঐ অথুবনি; খরা থুনা লোইবিযু হায়যু.........

অসিনচিংবা তফিং তফিং অনীদুনা ঙাঙনবা ঐনা অস্তুম তাখি।

ঐনা ইতোমতা অস্তম খল্লগা নোক্লিঙলম্মী। ওস্থোকপা মতৌ হায়বা অঙুনি। মী অমনা মী অমদা তৌবা দাবী অসিবু কনানা কনাদা তৌবনা মীওইবা ঐখোয়গী অচুম্বা চৎনবী ওইগনি থঙবা ঙমদে। অসিমস্ত খগ্রি; মীনা হায়নৈ, শামান লেংমান্নবা, য়াখল তিন্নবা মী অমগা মী অমগা তিন্নবা য়াই। অদুবু মাগা ঐগা লৈনরিবা মরী অসি করিনা ওইরিবনো? মানা কদাযদা লৈহৌবা, ঐনা কদায়দা লৈরিবা, কয়াদা খেন্নখ্রবা! মানা ঐঙোন্দা হেক হেক নৈররিবা অসিবু করম্বা থম্মোয়গী নিংঙাইনো খঙবা ঙমদে। ঐনা মাবু ইপুবাগুম পিক্লিদৈঙদগী খল্লকই— মতম অদুদদি ইচে হায়নস্থ কৌরম্বনি; করম্বা শরক্তা ইতৈমা ইবেম্মা ওনগিবসিস্থ অঙকপনি। হৌখ্রবা য়ারীনি। পুন্সি খোঙচৎকী কবঙ্গা চিথহৌবা লামায়দা মাগী য়ারীনা য়াউহৌবা ঐনা নিংশিংবা থোক্তরে। কুইরবগী ভুংদা নোংমা শঙ্গায়সেনগী মতৌগুম লাক্লগা ঐগী পুন্সিদা দাবী পুন্নমক পুডুনা লেপ্লরি।

ঐনা থোরকপা মতমদা মকোক মরু ইচাউ চাউরদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মমিৎ অনী অদু ঈখেংমুক ঙাঙখরে। কপ্পদগীরা তুমদবগীরা খঙবা ঙমদে। ঐগী ইখুৎ অনী অসি তাপ পায়রগা মানা হায়রকই "ইতৈমা ইবেম্মা, ঐগী ইচা য়াম্না কন্না নারে হায়— ইতৈমা ইবেম্মগী তাইবুংঙোদি ডাক্তরনি। অমুক্তা চৎহনবীযু— ঐগী উপায় অমত্তা তৌবিযু।" অসিগুম্বা থম্মোয় শোকপা য়াহৈ অসি মঙোন্দগী থোরক্নি হায়বা মাবু কুইনা তিন্নবদগী থাজবা ঙম্মুদে। ওস্থোকপনি! নুঙ্গায়লক্তস্থ চন্দ্রমুখী মশাৎলি।

ঐনা হায় "ঙাইখো কৈদৌগে নঙবো— মরাইনা ময়েংজনি। নঙগী নচা লৈ হায়বদি ঐখোয়দি খঙদেনা, কয়া চাউরবা জাৎনো?"

"মতুগী ব্বারী কোম্না শাজগে। ঐগা অমুক্তা হান্না উনহনবিয়ু।"

"ণঙনা খঙলিবত্তু মঙায়, মহাক্তি মতম অসিদা যুমদা লৈতে। হোরেন হল্লক্লগা চৎপস্থ মঙায়দনা।"

"ইশ, কয়া কুইরগা লাকনি?"

"পুং অনীরোম লৈরগা লাকনি। ঐ হায়ররমগে, নঙস্থ অমুক লাকখো।"

"অদুদি চৎচরগে" অসি হায়রগা হন্না কাউবা য়েংলমদনা থুনা য়াংনা চৎখরে।

মানা হল্লক্লবা মতমদা ঐনা পাউ অসি তম্মী। মাস্থ অত্তুম মহায় "মাগী মচাদি কদায়দগী? মাবু মচা লৈবনে?"

"ঐস্থ খঙদে, অঙাউবা অদুনা হায়ববু কনানা খঙগেনে।"

............ চাক-ঈশিং চাত্তুনা ঙহাক পোত্থাবদা মঙায়রি। মাস্ত্র চপ চানা হায়নবা মতমদা থুংলরে। অপনবা লৈতনা ভৃষ্ণম কাদা চঙলক্লুনা হায়— "তাইবুংঙো লেঙলশি।"

"করিনো নঙনা হায়রিবা অসিবো? ব্বা ঙাংনখিসি ঙায়খো। কয়া কুইনা নারবনো করি ওইনা তৌবনো, অমুক্তদি হায়খোদনা। মফম মরাং খঙদনা হেক্তা চৎসি হায়বা অসিবো।"

"তাইবুংঙো ঐস্থ খঙদে, মীনা তস্ননি। ইচা অদু য়াম্না কন্না নাত্তুনা শিগদোরে হায়; নিপাল মাপলনিরোম শুরমাল্লে। ঐগস্থ লৈমিন্নদে মমাগা সেকমাইদা লৈবনি।"

"অদুদি ফবু ফরস্মনিনে।"

"নত্তে, নত্তে, তাইবুংঙো য়াম্না কন্না নাবা ওইরমাল্লে—চৎপী-দবা য়াদে।"

"নঙনা হেন্না ঙকথরে। লৈমিন্নদেসু হায়, য়াম্না কন্না নারেসু হেক উবদৌনা মহায়। হোয় চৎশি, অদুবু পুথ্রায়মুক্তদি ঙায়-খোদনা।"

শোম্বাংননা "ঙাইজগে তাইবুংঙো।" অসি হায়রগা য়াম্না নিঙবা কায়না কমথখরে। খুদক অদুদা করি খল্লকপদগীনো "অদুদি ঐ অসুৱাইদা অমুক্তা চৎচরুখিগে" অসি হায়রম্লগা সাইকল তোংদুনা থোকখরে। ঐনদুম শোলহৌই ৱারৌরবরা করিনো। ঐগী মুপানা "কদায়দগী শাউরমগবনো" অসি হায়রগা য়াম্না কম্না মমিৎ উইশিন্নবা লাক্লরি! অদুবু ইকুই কুইদনা হায়রকই "মহাকপু ৱারৌথরবরনে? সে হৌদ হৌগৎচরগে, ঐগী পোৎ-চৈ গাড়ীদা হাপচল্ল......অদুবু মাবু হন্দি হল্লকনিকো.......।"

অসুম হায়নরগা ঐখোয় অনীমক মাবু য়াম্না লাঙতক্লনা ঙায়দুনা লৈখি। ঙস্তোকপা হায়বা অদুনি মানা শাউখিবদো ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা শাউখিবগুম মিপাইখি।

অসুম্না ঙহাক ঙাইরবা তুংদা মহাক গাড়ী থৌজিন্দুনা চঙ-লকপা উই। ঐনদুম হায়—"ঐদি নঙ শাউদুনা চৎগ্রবোই নিঙ-লুরে।"

"শাউদেদা, লেঙলশি।" অসি হায়রগা মাগী নাকন্দা য়েপ-লকপা ময়োম অদুদগী কোমলা অনীখক লৌথোক্লুনা "সে চাবীয়ু" হায়দুনা পীরকই।

চৎলমদাই থোরক্লবা মতমদা মানা ঐঙোন্দা হায়জবা মীৎ-য়েংনা য়েংদুনা হায়রকই "ইতৈমা ইবেম্মসু লেঙলুসিবা।"

"হাইমা, ঐদি করিগী?"

"লেঙবিফমদি থোক্তে অতুবু লেঙবিনিংত্রবস্থ নপুন্নানি খন্দুনা মচৎপীবস্থ ময়াই।"

"ঐদি কনাগম্ন খঙনদে, চৎশিরনে ?"

"ঐগা খঙনবিদনা। ঙসি তাইবুংঙোগা ইতৈম ইবেম্মগনা লুনা তৌবীরিবা অসিস্থ ঐবুনি, কনাগা খঙনবদগীনো ? তৌববুদি লেঙগে খুসী, লেঙলোই খুসী—।"

মাগী বা অসিগী মতুংদা ঐগী থোয়না রা ঙাংফম খঙলুদ্রে— করিবু হায়না খুমশিবা, চৎশি কদায়, চৎমুশি কদায়। মতাং অসিদা ঐগী মুপানা তেনশিন্দুনা হায়রকই— "সে নঙস্থ লাক্লোসে, কোয়বোইনা ঙহাক চৎলুসি।"

লমশাং অতুক শাংবা অদো ঐথোয় অহুম্মক বা অমতা ঙাঙনদে। মথোয়দি কবি খন্দুনা চৎলিবনো খঙদে। ঐগী থম্মোয়দি মরোল মরী থোক্তবা রাখলনা থল্লম্মী। অয়াম্বদি মাগী রাথলনি। গাডী তোংদুনা চৎপগী য়াম্না মুংঙায়বা অমা লৈ, রাখলস্থ যাম্না য়াঙনা চৎলি। খনখি, করস্বা মতমদা মাগী মচা অসি লৈহৌবা নোংমতা রাবী শাখিদ্রি। মাগী লিশাং থারবা পুন্সিদা করমনা করি ওইখিবা ঐনা খঙবা ঙমদে।

মফম অদু যৌরবা তুংদা মহৈ মহৈ কুমথনরে। ঐনা হায়, "ঐদি অসিদা অস্তম লৈবমগে।" মানা খুমলকই "এ করিগী ? কুম্বিরোইদবা লৈরবদি -করিগী লাকপিরি ?"

মানা য়ামন্দ্রদুনা ঐস্থ মতুংদা তুমিন্না ইনবা নত্তনা অতৈ তৌফম লৈরমদে। শাংলবা লৈরক অমগী থমথেংবা মফম অমদা যেংদোনা পুমকুপ কুপশিনবা মঙাল য়াম্না রাংপা ইংখোল অমদা

য়ুম মচা অমা লৈরম্বা উখি। ইমুং অদো য়ুম্বান কয়া জুগোৎ চাদমাল্লে ; লাইথন তাবা য়ুম মচা অদুদগী হেল্লদুনা শঙ্গোয়-লুকোয় থোইনা উবা ফংদে। ম্নেনথারোমদগী মুপী অহল অমা শুমাংলোমদা থোরকই। মীখোল তাবদা য়েংবা থোরকপা ওইরমাল্লে। অহল অঙ্গুগী ফীজি পায়দুনা য়ামনা ময়াং কংবী মুপী মচা অমস্থু তঙক তঙক য়েংদুনা লেপলম্মী। অঙাং অদো চহী ৬/৭ লোম শুর-রিদ্রা? ঐখোয়বু তরাম তরাম তৌবগী মহুত্তা ঐখোয়বু হেক উবদগী অহল অদো ইমুংলোমদা ফৎ চঙখ্রে! শাউবু শাউব্রা করিনো। মুপীমচা অদুদি তঙক তঙক য়েংদুনা লেপতুনা লৈহৌই। ওহাক মপা মচা য়েংনরবা তুংদা মানা "ইবেম্মা" হায়দুনা কৌরগা পমথৎলগা হন্না হন্না চুপখি। অঙাং অদুস্থ কুইনা উনখিদ্রবা মপাগী অচৌবা মথবাক্তা মমায় লোৎতুনা লৈখরে। ওহাক লৈরগা মানা ইকায়দুনা হায়রকই "মাদি ফরম্নেদনা। ৱারৌবিমুকো তাইবুংঙো।"

মতম অসিদা ঐদি য়াম্না কন্না পি খাওদুনা লৈরম্মী।

খুমলকই, "ঐনা হায়দ্রা করিস্থ কন্না নারম্লোই। নারবদবু নঙোন্দা তাক্রবা হৌনবরা?"

ঐখোয়স্থ অমুম লেপ্লদি য়াদবনিনা ফক শেগায়বা অমা লৌদুনা ফমজরে। মহাক্তি ঐখোয় য়াউরি হায়বা অসি কাউবগী মতৌগুম মাগী ময়োমদগী ফিগী খোংউপ মচা অদু লৌথোক্লগা য়াম্না কন্না মচাদা উপ্লীবা লাক্লরি। ফিবোং মচা অমা য়াউরকপদু কিশি কিদুনা ইনবীরবা তুংদা পেল্লদুনা হায়রকই— "বস চারেদনা। ঐগী ইচাগী নাপপু ঐনা খঙদবা হৌনব্রা? চহী চামা উনব্রবস্থ

অদু মঙায় ।" অসি হায়বগা ঐখোয়দা য়েঙদুনা নোক্লম্মী। অদুগী ভুংদা বিস্কুট টিন হাংদুনা পিজরা হৌরে। কয়'দা নুঙায়খ্রবা মপা মচাগী কুম্মোনো। ঐখোয়স্সু কুম্মে অদুগী ময়ায়না মহাক্কী তাইবং-পান্দা ঙাইহাক য়াউকরে। কয়া শাংনা মতম অদু লেনখিবা নিঙ-শিংবা থোক্কে অদুবু থস্নোয়দদি মমা ঙকইবগী ন্নুংশি ইপোম হৌরম্মী। অসং অথম লৈতনা মপা মচানা রারী শারি। মপা মচাগী হরাউ মিনোক্লা মাঙ্গোল অদু পুম্নিন নিনখরে। মতাং অসিদা ইমুংলোমদগী মৌনহা চহী ২৪/২৫ শুবী অমনা থোরক্কুনা অঙাং অদুগী মখং শাপ পায়দনা চিংশিনবা হৌরক্লে। মানা ইকাইবোই করিবোই ঐখোয়দা হাইবেৎ য়েংদুনা হায়রকই— "মসি ঙাউমান্নেনহে, ডাক্তর লাক্লিবসি উদ্রা অঙাং য়েঙহন্নবা তৌবনি................।"

মৌনহা অদুনা হায়রকই "নঙবু কনানা লাকপিযু হায়বগে, পংঙাং ঙাঙজনু ডাক্তর মমাংদা চোপচনি।"

অসি হায়রগা অঙাং অদু চিংশিন্দুনা ইমুংদা পুশিনখরে। মতম্মাক্তগী বিস্কুট ইচায় চায়না তাহৌই। মানা নোক্তুনা ঐখোয়দা য়েংলগা হায়রকই— "শাউরিবনিকা হায়দনা তৌরিবসি উবিরবরা তাইবুংঙো? ঙসিস্সু ময়াম য়াউরমদ্রবদি মথরায়দা খাকপমখৈ ফুগদবনি............।" অসি হায়রগা লৈপাক্কগী বিস্কুট অদু খুন্দুনা ফিশাফাল মথক্তা থনম্লগা মাঙ থাদুনা থোকখরে। ঐখোয়স্সু অদুম থোরক্লে। মসিগী মতুংদা বরিনা রাক্ষৌদোক ওইদুনা রারী শাগনি। অদুগা খঙনিংলম্বা পূম্নমক পূমঙাল ঙালনা



পরিষদকী থঙ্গৎলবা য়ারী মচা

উরকই— অতুগা হৌজিক্কী য়াটয়নুগী লানফমদা কনান। লানঙম
যিয়াল পায়খিবা ঐঙদি ভশেংনা খঙলকই।

মুঙ্গায়লক্তা চন্দ্রমুখী, ১৯৬৫ ইং

# পুখ্রী মচা

## খুমন্থেম প্রকাশ

খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদগী য়েংথোরকপদা উরিবা চেক্কী থোং নম্থোনবী অসি লাম্থোক্লগা নোংচুপ পাংনা ইরাউ রাউনা লেংঙম শানঙমদনা হায়থখ্রিবা লমজাউ অসিদা খরা চৎলগা খোংনাং পাম্বী অচোবা অনীগী মরক্তা থুপত্তুনা মীনা উখিনি মতাংগুম খংথেক থেবচিন্দুনা মথা পাংনা হাইজিনখ্রিবা লম্বী মচা অসিদা চঙলগা অহাঙবা ইশ্খোল মচেৎ অমদা পুখ্রী মচা অমথক লৈ।

মীনা শিজিন্নবিদ্রবা ওইবনা পুখ্রী অদু ফুম্না কুপশিনখিন্নুনা অহিঙদদি লৈংেম মান্নরবা লমপাক মচা অমগুম উই। অথেঙবা অহিঙদা অঙাং কল্লগী মখোল হেক তায় হায়দুনা মফম অসিরাইগী মীশিংনা বিনৈ। কনাগুম্বনা অহিঙ থেঙনা হল্লকপদা হুপ মনাশিং অদু যেরে যেরে হায়রকই, অস্তুম অস্তুম রাংখৎলকই হায়। কনাগুম্বী কৈথেল কুম্বীনা নাইতোম তাহৌবা তাল্লক্তা "মপা অসিদা যিজিদা য়াল্লকই, পাখৎতুনা লাউবদা মাঙথোকখ্রে।" অস্তুম্না পুখ্রী মচা অসিবু লাই তমনৈ হায়নৈ। মনাক্তা মী চঙ-নদে। থামম্বা অহিঙদা, নোংথী নোংমংবা মতমদা থোইদোরা বিনৈ। লৈকায় অসিগী বোল লিক পেংৎ চৈ মপান্দা চিৎথহৌবা খিবিক তদু নোংঙাল্লকপদা লৈরমদ্রবদি পুখ্রী মচাগী লাইনা চেনখ্র-বনি হায়না ঙাংনৈ, খক থিনরুদে। তশেংনমক অহিংদা মী

থোকই হায়দুনা পুথ্রী অসিবু কন্না ঙাংনৈ।

লাইফম কল্লী হায়রিবা পুথ্রী মচা অসে ঙসিদি পাখং মচা ময়াম্না কোইশিনগ্রে। মখোয়গী মতৌ অসিবু তম্নলাই কিদ্রবরা? তম্নলাই শীংনবিবা হাযবদুরা? নম্রগা মপোৎ মচৈ চেনখি হায-বদুদা শাউরদুনা ময়াম চঙদুনা লমন খুন্নসি হায়নব্রা? অদুবু মখোয় ময়ামগী মবক্তা অশাউবগী শকফম পুবা, লমন খগনিংবনা লাংতক্পবা মাইথোং অমতম্ভ উদে। মখোয় ঙন্নমক হরাউ তযাম্না উরি। নৈবাক নিঙতমলে হায়দুনা মখোয়স্তু মনিঙ তৌরিব্রা? মখোয়গীসি অতৈ নহ্রে পুথ্রী শেংলিবনি। ঙসি জাতিগী লু হেনবা সুমিৎনি। ও! অন্ধবিশ্বাশকি থাববা কুয়োম ঙন্না কেনখ্রবোইদো। কদায পুথ্রী মচাগী লাইদি, নৈবায়গী পোৎ চেনশিনবা ঙমল-বোইদো মকোক থুগাইবিরবনা, অমম অথেঙদা তম্নবা য়াররোইদে। ইরুং লংনা কোক্লবনিনা। মযাম্না হঙ্গোইবিরমলবা, ত্তাথিনা কিবিরমলবা তোঙান্না খন্দোক্তনা শম্নবীরমদ্রবা হে পুথ্রীমচা নহাক্কীস্তু মতম শুররোইদো।

চশী কয়ামকুমগী মমাংগী রানি।

পুথ্রী মচা অসিগী মনাক্তা মল্লবা শঙ অমদা লুথ্রাবী মমা মচা নৈরম্মী। মচা নুপা অসি পুংকক চাউবে, মমান্নবা ময়ামগী মবক্তা চেন চোংদুনা শান্নজরে। মমা অসিনা নৈকায়দা ফৌশু লঙবা কোয়না চৎচরুরগা পুশিনজরকপা খরা অদুনা মচাগী মপুক থন্নবা রানা হোংনজৈ। মচানা কাঙদোং ফারগা অরাবা শকক কোক-লগনি হায়বা রাখল অসিতনা মমা অসে চন্না হেল্লবা ফাউবদা চোকথবা খঙলমদে।

নোংমদি অঙাং ময়াম অদুনা ফিবুল হাবি শান্নবদা লুখ্রাবী মচা অসিবু মপাঙ্গল শোল্লী, শগোল শাবা ঙমদে হায়দুনা য়াউহনবীদ্রে। মমান্নবা ময়াম্না শান্নবদু যেংলগা অঙাং অসে মথৎরাই মুংঙায়রক্রে। "নখোয়দি কৈদৌনা কল্লীবা ?" হায়দুনা হংলুই। অদুদা অমনা "ঐখোদি ইনাক খুল্লী, ইমানা মুংতিজাইগী শঙ্গোম যাম্না পীথকই অদুনা কল্লীনে, নখোয়গীদি ইনাকসু খুন্দে, নফিকাসু য়াম্না লৈতে নমানা শঙ্গোমসু পীথক্তে, নঙদি শোনমল্লি শগোল শাবসু ঙমদে।" "অদুওইদি ঐসু শঙ্গোম থকউনি" হায়দুনা অঙাং অসে মযুমদা চেনখ্রে। মযুম অদুদা মমা হল্লকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। সন্ধ্যা ওইরকপা মতম অদুদা লুখ্রাবী অসে লৈকায়গী ফৌশু লঙঙ বে হায়রগা চদোল হায়দোরকপা খরদো যিজিদা যোমহদুনা মযুমদা প্রপ প্রপ হনজিঙবকই। মমা হেক উবগা হোৎচিনখিদুনা "ইমা শঙ্গোম পীযু" হাযদুনা হেক য়াম্নে অদুগা মমান্নবশিংনা হায়বকপা অমত্তা চিৎথদনা হেক তম্মী, লোইবগা "ইমা ঐখোয়গীবু ইনাক খুন্দ্রনে ?" "কনানা খুন্দে হায়রিবগোনে ইচাবু, মখোয়না খঙদদুনা তৌবিবনি ইচাগীসু ইমানা য়াম্না থম্মীবি, মখোয়গীদি পীকলিঙৈদা শেৎতোক্লবনিনা হয়েং চাউরগা শেৎনবা লৈবরোই, নঙগীদি হয়েং চাউবগা শেৎনবা ইমানা অচৌ অচৌবা য়াম্না থমজিনবীরি।" অসি হেক ঙাবদা অঙাং অসিনা, "ঐ অমুক্তা য়েংগে অমুক্তা য়েংগে" হায়রদুনা ফ্রং ফ্রং চোংলে। ঙম্মোকপনিদা ফগদ্রা হায়দুনা হায়কুববু রা পুৎথবা ওইনা থোকখ্রে। লায়ররবীনি, করিসু লৈত্রবীনি হায়দুনসু মমা ওইবিগী থম্মোয় অদুদি মচাগী মফমদদি রাৎপা নত্তবনিনা মচাদুবু কপ্তুনবা থেম্না লাররৈজে। য়ারক্লবদা

অতৈ উপায় লৈত্রদুনা হায়রকই "নঙগী নফি নরোলদো নঙনা চাউত্রিবৈঙদনে হুরানবনা হুখিবা ঙমদনবা ইমানা ঐখোয়গী পুখ্রীসে অসিগীনে অ। মনুঙদা পোরোল চেৎনা লোনশিন্দুনা থম্লিবনে মীঙোন্দা তাকথোকউনু. ইমানা হৌজিক নঙগী শঙ্গোম লোথোক-পীকরগে কপ্লনু, ঐখোয়নি চাকস্থ থোংলসি।" অসি হায়রদুনা মৈ হৌগৎলম্লগা চেনজামুক্তা ঙসাইগী চদোল খর অহু হাপ্লদুনা নূং তেঙ্গোৎ-তুমগা পুখ্রীদা কুমখ্রে।

ঙসাইদি ইহাঙ হাঙনা পুখিবা নূং তেঙ্গোৎতো পুখ্রীদগী কারকপদদি শঙ্গোম্মা পিক থম্মা য়াউরকপদু উবদা অঙাং অদু হরাউবনা খম থেংখ্রে। হোৎচিন্দুনা শঙ্গোম থক্লিবনি হায়দুনা হাউনা থকই। মদু য়েংলগা মমাগী মীৎলুদগী পি মতুম অনিদং থাম্বা নংহৌদনা মচাগী লোরাইদা তপ তপ তাখি। "ঐস্থ হয়েংদি শগোল শাবা ঙমংকো ইমা" হায়রদুনা ফল ফল চোংই, মমাদা হেক কোল্লি। "ইমা ঐ কদোইঙে চাউনি, ঐগী ফিরিৎতু য়াম্না শাংবরা" মমাগী মনমদা কোল্লদুনা ব্রেং ব্রেং ঙাংই। ঙসি অঙাং অসিনা হরাউরিবা মতৌ অসিগুম্না করিগুম্বা নুমিৎ অমত্তদস্থ মমা লুখ্রাবী অসিনা উজবা ফংখিদ্রি।

চাক চায়রদুনা মমা মচা তুম্মিংখ্রে। নোং ঙাল্লক্লে ; উচেক্লা চিবোন চিবোন ঙাংনরক্লে। লুখ্রাবীসিনা মীকপ থোল্লকপদদি মচাস্থ হৌগৎখিরমলে। "অস্থপ ঙক্লা কনাদা শায়রুগদৌরিবনো চরা রানথোককেদি হায়প্রদুনা" হায়রদুনা কোয়কৌ কৌরে, তাদ্রে। চৎতুনা লৈকায় য়ুমথোং রৈনা খিররে, ফংদ্রে। অঙাং মাঙখরে হায়দুনা লৌকায় চঙদুনা ংরে। লাইনা চেনখ্রবনি হায়দুনা পুং

মাংগং থৈদুনা, মোইবুং খোংদুনা পুমনিল নিল্লে। লুথ্রাবী মচা থোয়রকপা কৌবতা মরৈখিদ্রে।

মমানা অগ্গম রাখল তৌরকপদা ওয়াং মহাক্না পুথ্রী মখাদা মচাগী মপোৎ-মচৈ থম্বীগি হায়খিবদো নিঙশিংলক্লে। লুথ্রাবী লুতোন শাৎপ্লে। "ইচাদি মাঙলেদনা ইমাগী ইথুংওো" লাউরদুনা ছোৎখৎখিবদদি অঙাংদো থোংগ্রা মখাদা তাউদুনা লৈরমলে।

ইচেপ্পী শম, ১৯৬৫ ইং

# ৱাকৎ

**খুমন্থেম প্রকাশ**

মখোইগী ইমুং অসিদা হেক লাকপদগী ঐ অসি মখোং মরম অমত্তা খঙলক্ত্রবনি, ৱাবতনা ইপুম থিৎলবনি। লাইমসু তৌবি-মল খঙদবা ইমুং হায়বদো হেক থোকইদা। ঐনা লাকপা মতমদা মখোইগী য়ুম অসে মশক মচু থোকলম্বপোৎ নত্তে। ঢুকান্দা ময়ামগী মরক্তা মুংঙাইনা খিন্দুনা লৈজরম্বদগী মখোই শুমাং হেক য়োরকপগা ঙাইঙমদেনে মখোইনা তৌখিবদো ইন্মাইপেন্মা ইপুক অসি মথক মথা থোক ওনবা মথৈ নৈদুনা ইশাগী য়াউজবকপা মথৈ শিৎ শিৎনা তেংদুনা মখোইগী মযুমসি লংনবা হোৎনখ্রিবনি। ফরে কৈদৌকরগবনো ইরোয় ইরাং তাক্লক্লবনিনা কাচিন অমদা নমশিনবিরবসু ফনদুম ফবনি চিক্লা ইংনা পোথাজরগে থল্লুবনি। অসুম্না খন্থবফাউ লোইদ্রিঙৈদা "হা সনাইবেন্মা অঙাং উম্নরে" হায়দুন। ৱা ৱা কোয়রাং লাংঙি। নত্তে, মখোইনা হৱাউনরিবদো শাউরুবগী ৱা নত্তেয়ে। অমাং অশোয় ফৎত হাউদি শেংদোকলম-দাইদা হেক মথিরকপা। ফরে মতুসু ইরাইবক্তৌনি অমাং অশোযদু লোয়না পেকশিন্দুনা আ থাপ্না হৈদোক্লরে। মসিদা ঐনা ঙক্লিবদি ঐবু করিগী তাথিফম থোকপগে— হায়বদি অমাং অশোয়দু ঐ নত্তনা কনা অমত্তা চোংথোকপিরক্ত্রদুনা ঐনা হোন্দোকপিদ্রে অদুগা মখোইনা শিজিন্নবা লোইরবা মতমদনা ঐবুদি অমাংবনিসু

হায়বিরে ইমুংদস্থ লৈহনবিদ্রে আ য়েনখা মচি অমদা কিৎ নমশিন-বিরে। ফরে তৌববুদি লাইরবগী ফমেন্দা ফস্থবুদি ইনাকখুনবগী য়েনখাদা কুনবনা হেল্লি। মীনা ইকাই খুম্নবিবা পায়ুবগী ৱা নত্তেয়ে কাইদাবু হায়জবনি। মখোয় মমল লৈবা মখৈদি মাংলবস্থ তুলসি মনাম্না ঈশিং খিক্তোক্লগা শেংঙে হেক মহায়বা ঐখোয়বুনা মমল লায়বনি হায়তুনা ইম্ভোকপা। নত্তে মমল লৈবা মখৈ অশেংবনি মমল লায়বা মখৈনা অমাংবনি হুসিরনে মখোয়না খঙবা শারিববো? হা হায়ো নোক্লুম নোকচনিংঙি, শিজিন্নিংবা মওংদা শিজিন্নবা য়ারিবা ঐখোইনা মমল হোঙবা অংগা থবক অমত্তুস্থ চন্নদ্রবা শুপ্নগী লৈত্তেং শাত্তুনা খিল্লিবশিং অসিনা মমল য়ামহল্লিবা! কনানোনে মমল লেপ্পীরিবা ইবুংঙোসিবো? পৃথীবিদা হৌজিক অঙকপা ফংনা হোংলকলবা অসিদা ইবুংঙোসিগী খল মওল অসিবু ইহোংমক মহোংলরোইদ্রনে? ঐখোয়গুম্বী চীন পান্দ্রবী ময়াম অসিগী থম্মুংদা ওমলিবা পেনদবগী মৈচাক অসি মপান খোরকপা ঙাইরিবা জাৎলা? করিগুম্বা মৈরি অসিনা মকা ফোংনা চাকখৎলক্লবদি পুম্নমক পুমতুম তুমথ্রগনি হায়বসি খঙলবস্থ খঙলরোইসিরনে? হোয়দা ঐনা তুক মুংঙাইতবগী পংথন খঞ্জরুবা হায়বত্তুনি কৈ কান্নরুগদবনো ইথৌত্তুম শিৎনবনি। লাকএ লাকএ অৱাংদগী ঙৌদাই চমফুৎ অসে, কেজবগা ৱাউজবগা ৱাউজবনা হেল্লত্তুতা মুংশিদেদা লাইমস্থ, মীগী মৱা লৈরিবা মুপী অসিদা হেঙো হেঙো হেক তৌরদনা, কৈদৌজবা শারিবনো য়েংজনিংদবনা মিৎ অসে নারে। হন্দক মরকসে সনা ইবেম্মসি মীৎয়েং ন'য়েং মত্তা অমা তৌইকো। ঐদ্রি নোক্রচনিংঙিয়ে। অস্থক চীং লেম্বা

নোংমত্তসু হৈ হা লাউদবা অসিমতং পাম্মী হায়রকবদা পীবিরিশ 'মবুঙো অসিদা সেগ মাইগ হায়গেদি হায়রদুনা কদায়দগীনো ঙৌদাই চমফুৎ রাচেৎতা মীহুল হাপ্পা, অা উচেক ঙারুবা চরুনা শাবা মী মানবা অসিদা হাইনোককা তৌরিয়ে, মথোয় ইমুংসে কাংখোং চাইরনি খুরক্কী ঈনা লাই শারে।`

করমনো ঙসিদি নোং মুংশিৎ তৌদৌরিমাগ্রে। য়েনখাদগা নৈশিল্লে ঐনা তৌদোবসি ফনা লুই। মতাং অসিদনি ইনাক খুনবগা সঙ্গ তৌবা রায় হায়রিবসি। তাইবংমীথোইদি মীশক মী-মায় শঙনা চৎপা জীবনিনা ফৈদো, জ্ঞান তাইদো, ইনাক খুনবগী ইংখোনদা তৌবা নাপী ফাউবা নেৎলু লাকউনি হায়দুনা থৈদো। নোং মুংশিৎখোইসিনদি মচু শঙবিবপোৎ নত্তে, ঐবু কোরেল রাখোং তাম্না হুমহোকপিদুনা রারক্না য়ৈশিল্লবদি ইশাসি পূমকোপ কোপকনিসে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা লাইরবগী ইমু দা থোকলবদি ঐ মুংঙাইনা চাকথুমদা খিন্দুনা লৈজগদবনিকো। হোয়দা থোক্লবা হায়দুনি, ঐনা নিঙববু হেক হেক মথুংনরবদি কৈদগী পানবা য়াগদগে। ঙম্নমক খাইদগী হেন্না মুংঙাইবচু ওইনিংবদগী জগৎ অসিদা কনা অমত্তসু লৈররোই, খাইদগী হেনবা হায়বা অদুমত্তং মরৈরগনি। কনানো অমম্বসিদা মা মাদুনা লাকলিবসিনা? হুরানবরা কুরিনো অসুপ ঙম্না? ঐ লৈরিবসি উরমমোইসে। ঐঙোন্দা দোং লাউনা হেক থেংজিনবদা মা পাখৎপা শোয়রোই, নমদুনা ফাহল্লগে। হৈমা! হুরানবা নত্তেনে সিদে, স্নাইবেম্মগী মরুম্বীনিনে! ইমাইপেম্মা ঐঙোন্দা থেংবিরক্কু বদি ফনিদকো। দোং হেক থেংজিল্লক্কুনা গ্রোং গ্রোং লাউনা তুমিন্নরবদি

ফ'নতুনা ৱাথোক ওইৱনি। ঐদি ওস্থোক্লা হৈনত্ৰেদকো তৌৱিবসে। মীনা খঙগি উখিনি হায়তুনা অমোৎপা লৌশিন্নবা হোৎনবদা কুবাংপান্দা ঙাম্নৱবা মখোয়গী সমাজ অসিদা ইম্মুংসিগী ইবুঙো-ঙাংসু পুমলবনি, মপান্দা মনম ফুংশিবা থৈশিন্দুনা পানজবিবা অসিদবু তৌজিক স্নাইবেম্মগী মকুম্বী ফারে হাযদুনা ৱা ৱা লাউৱ-বদি লোইৱেদকো। হায়না হায়না য়ৌশিল্লকলে ইস—কৱম্নো! ইম্মাইপেম্মা।। গ্ৰোং গ্ৰো, ? ? ?

কবিনো সনা গ্ৰোং গ্ৰাং তৌগ্ৰিবদুবো ?

আ—য়েনখাদা অমা, অশোয় তৌনবগী শুম্মু টিন অহাংবদু হৌদোক্না ইস্থু বমাল্লে। চাইথবমদাইদা মসিমতং খোংবান্দা খবা ফন্দোকপিৱম্মু হায়জবা কয়া কুইববনো।

খুন্তু (২৫ শুবা চেযোঙ), ১৯৬৮ ইং

## ৱানোম শরেং

**খুমন্থেম প্রকাশ**

তোম্বী কৈদৌৱবগে অমুক, নোং হেক ঙানবগা কপ্পবনে লাউনবনে য়া য়া কৱিনো ইমুং অসিবু ? "হো ঙারেন চাগে হায়ৱে, মীগী ঙারেন চাবদু উকরগা ঐখোয়গীসু ঙারেন পীযু হায়ৱিয়ে, নচাশিংসে কপ্পবা তানিংঙ্রগা থেমলোবাউ" শৌ শৌ লাউনা খুম্মকই চাউবা কেৱানীগী মুপীনা। করিগীনোনে নঙসু যাউনা অঙাং শারকইবসিবো মীনা তারগা করিনি হায়গদগে, ইকায়বা ককাসি করি অমতা খঙদ্রবরা নঙবো।

"ঐঙোন্দা ওনশিনবীরককন্নুদা মহোয় মপানা মীগীদৌনা নোংমা কাদোকসু" হায়রগা মথা তাখিদে। মাগী মুপীনা শাউবগী মরম চাউবা কেৱানীনা মুন্না খঙদি। মাগা যুমথংনৱিবা কেশোসু কেৱানীনি। মখোয় অনীমক হেদক্লাক ঙাক্লি তোঙান তোঙানবা আফিশকী। থাগী তলবতি চাউবনা থবক খরা হান্না তৌজরকপগী হৌনবী খরদুম হেন্না ফংলিবনি অদুবু কেশোগীদি ফজবা কোবী, অচৌবা ঙা তোয়না মাগী মাংগোন্দা কারকই। অসুন্না অথেনপোৎ য়োৱকপগী ৱা অসি কেশোগী মুপীনা চাউবগী মুপীদা সমর্থন হাপকৎতুনা হেক হেক তম্মী। মসিদা চাউবগী মুপী তোম্বীনা "খঙদেনে ঐখোয়গীদি মহোয় মপানা মরোই মকা অমা ফাউবা মীনা কৎলবা লৌরোই, অমাংবা থবক তৌবা হৌনদে হায়দুনা লৈবসিদা ইবেম্মা"

হায়দুনা কেশোগী মুপীগী নাপলদু য়ৈথেকই। কেশোগী ইমুংদি অমাংবা থবক্না মপুক থন্দুনা লৈরবগী মওংদা মচেল্লা য়ৈ।

তোম্বীনা কেশোগী মুপীগী নাপল যৈথেকই হায়না খঙজ-খ্তনি। [কেশোগী মুপীনদি মখোয়বুতুম অপঙবা মতমগী ইল্লাং খঙদবা হায়না মপুক্লিংদা নোকই, অদুনা মশানা ঙা অচৌবা অমা পৈশা পুথোক্তুনা লৈকবা কাউব্‌া মীনা কৎলবনি হায়দুনা তোম্বীদা ল্লারী শারবা থক তোক্লে।] মাগী ল্লারী তারগা তোম্বীগী পুক্লিংদা মুংঙাইতবা ফাউবদু উরগা কেশোগী মুপীনা নোংমগী থবক পাঙথি।

হেক যুমথংনবা ইমুংনি। মপানথোংদদি য়াম্না চান্নবা উই। চান্নফমসু থোকপনি অদুবু কেশোগী মুপীগী নাপল, তোম্বীনা হেক হেক য়ৈথেকপগী ল্লাঙাং অদুগা কেশোগী মুপীনা চাউবগী মুপীবু কল্লকহনবগী ল্লারী তুমিৎ খুদিংগী চৎথরকপা অসিনা মুপী অনী অসি অমনা অমগী অচেংবা ঙাইনবগী তানজা তাল্লুম্নদুনা লৈনরে। অদুগা মপানথোংদদি করিসু কায়নদে।

হাযরিবা ফিভম অসিদা চাউবগী মচাশিংনা চল্লা ল্লানবদা ঙারেল চাগে হায়দুনা কপ্পসি অঙাং মমা তোম্বীদদি অশোকপদা থুম্ চাইশিনবগুম্মী। ঙা চাক্লা হোংলিঙৈদদি চাউবগী তলবনা নিংথম-থাদা ঙারেল চাবা থোইনা লুবা ল্লাফম নত্তে। অদুবু হৌজিক ঙা অতেকপা কিলোদা লুপা ১৪।১৫ য়ৌপ্রবা অসিদদি চাউবা হেদ ক্লার্কী তলবনা ঙারেল চাবগী ল্লাসি অক্লবা সমস্যা অমা ওইনা থোক্লে।

অমরোমদা কেশো হেদ ক্লার্কীদি মল্লক মল্লক্তা অথেনপোৎ চাউনা চাউনা কারকপা লেপ্তে। অদুনা তলবতদি চাউবদগী কেশোনা তান্নবসু ঙারেলদি কেশোগী ইমুংনা মচারে।

হৌজিক মতম অসিদা অচুম্বা তৌবা মপুক শেংবা কনা অমত্তা লৈতে হায়বসি চাউবস্থু থঙদবা নত্তে থঙঙিবনি। মদু থঙঙি হায়রূলস্থু ময়ুমদা অথেনপোৎ কাররূবা লম্বীচুদি হেক ফংবা নত্তে। মসিগী লম্বী অসিস্থু ইরায় লায়বা নৎলমত্রে হায়বসি চাউবা হেদ ক্লাক থঙলক্লে।

ইফোং ফোংনা অথঙ-অহৈশিংদা কোয়হং হংবা য়াবা লম্বীস্থু নত্তু, হন্দক মরকসি চাউবা মপুক্লিং লৈতাদে। অদুবু চাউবা হেদ ক্লারা তানজাবু লাক্লবদি নিঙবু নিঙলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়বগুম্রদুনা নোংমদি অয়ুক পুং ৮ লোম তারকপা অদুরাইদা মুপা অমনা চাউরবা শরেং অমা পুরদুনা চাউবগী দারীদা লেপ্লরে। চাউবগী মুপীদা "হেদ ক্লাক সাহেবকী শঙগায়বু অসি ওইরবরা" হেক হায়রকপদা তোম্বীনা, "মানী মান্নী শোমদা লেংশিনব য়ু" হায়দুনা মোরা তনথা থাই। মুপা অদুনা "নহাল হেদ ক্লাক সাহেবনা শোনবীরম্বা অদুদা পুজরকপনি। কৈথেলদগীকা নৎচদে, পাৎতগীনি ফারকপদা ঙাইরিবনি" হায়দুনা থগাইমুক শাংলবা শরেং অদু মাঙ্গোলদা হেক থম্মী।

"মাই পাবুং মনিংলোমদা হকচাং শেংদোকপা চঙত্রি, থোরক্লনি" হায়রম্লগা তোম্বীনা শরেং অদু নংহৌরোইদৌবগুম পাক লাক্তুনা ইমুংদা পুশিনখি।

চাউবা হেদ ক্লাক থোরক্তুনা তরাম তরাম কৌই, "করি থবকী ওইরবয়না?"

মুপা অদুনা "হেদ ক্লাক সাহেবপু উনজনিংদুনা মুম লাকচবনি। সাহেব হকচাং শেংদোকখ্রি হায়য়ে, মুম ঙাইজগে য়ানি।" ইক অাক তৌদুনা থুম্মী।

"হেদ ক্লাকতি ঐহাক্নি. হায়নিংবা হেক্তা হায়বীয়ু হঙ্গোয়-বীগনু" হায়দুনা মুপা অদু কোইখিদনবা চাউবনা য়াম্না চান্নবগী মওংদা হায়।

মুপা অদু ইঙক ঙক্লদুনা "হেদ ক্লাক কেশো সাহেবকী ইম্মুং...."

"ও! ও! ইনাউ কেশোবুরা। মানী মানী মাস্থু হেদ ক্লাকনি। মাগী য়ুমদি ঐগা হেক থংনরিবা অরাংগী য়ুম অসিনি, শোমদগী মুম ফাউজিনঙবসু য়াগনি।"

মুপা অদু ফুক হোগৎলি। চপ লেপ্তুনা ইমুংলোমদা য়েংদুনা লৈ। চাউবনা "কেশো লৈরমখিগনি মা অয়ুক পঙনা চৎথোক্কবনি। লেংশিল্লু লেংশিল্লু, শোমদগী মুম ফাউজিনখিবা য়ারনি" হায়দুনা লম্বী তাকই।

মুপা অসি য়াম্না হৈদিংদনা কেশোগী য়ুমদা চঙখি।

ঙাইহাক লৈরগা কেশো কেরানীগী মুপী প্রপ প্রপ লাকই, শুমাং মতোন্দগী "ইচে ইচে" হায়দুনা কৌরকই। চাউবগী মুপী তোম্বীনা য়াম্না চীং লেম্না "কদোবে অদুক ফিংলিবদি।"

"আ অসুম তৌবনিমা— ইচেখোইগীদি মরোই মকা অমা ফাউবা মীনা কৎলবা ওইরবদি মাংই হায়দুনা লৌশিন্দে হায়বদুদা ঙাদু হন্দোকখিবনা হাল্লগদ্রা হায়দুনা................।"

"কৈদৌবগী ঙা হন্দোক্কদোরিবা ঐদি।"

"ইসে রা কোইথোক্কুনা কান্নদে। ঙসাই মীনা ঙা অমা য়ুম ওন্নদুনা ইচেখোয়াদা থমজিল্লম্মে হায়য়ে। ইচেখোয় অদুম চাগে হায়রবসু চাবিয়ু— চাবীরোইদবা লৈরবদি পুজখিগে হায়দুনা তৌবনিদা।"

"করি রানোনে ইবেম্মা, ঐখোয়গীদি মীনা রানোম খোৎনোম্বগী পোৎ লৌশিনজদে অদুগা মীগীবু ঐখোয়না লৌশিল্লমগনি হায়রদুনা লাক্লিবনি হাম্নবসিবু মীনা তাবা য়াবা রারনে !"

"হৈমা হৌজিক্তা শরেং অমা পুরক্লুনা থনম্মী, ইচেনা ইমুংদা পুশিনখি হায়রিবসিবু মঙলনে ? মীদুবু ইচাউ চাউনা ঐখোয় মাঙ্গোলদা কমহৌরি।"

"ইবেম্মখোয়গী মাঙ্গোনদা রানোম খোৎনোম তৌনরগা ঐখোইরোমদা বদনাম তৌশিনবিগে হায়রিববনে।"

"হৈমা রা ঙাংথোরকপদি তুলশি মনামুক শেংঙি অদুগা তৌবদি য়াম্না ঙম্বীরিপোৎ ওইরে।"

"করিনোহৈ নঙগুম্বনস্ত তৌঙম্বী কা হায়রে। নখজাইদুদা খুবাক্লা থাউরা ? রানোম পোৎ খর চাদুনা নোয়ররগা কিগদবোই নিঙব্রা, মচোং মপাক নাইদবা শারদনা।"

"থাউ থাউ নঙনা ঙম্নবদি থাউ, মীগী ঙা লোৎশনবী নঙনস্ত অচুম্বা শারদনা" হায়ররম্লগা চোংশিন্দুনা মশম তাপ তাপ পায়নদুনা শুমাং অদুদা হেক্তা নম্নরে।

ইথঙ খঙহৌদনা ইথা থাজদনা নুপী অনী অদুনা হেক্তা লাম্বা তৌনরকপা অদুদদি লৈকায়দু গুং হুপচিন্দুনা থামদোররে। খৎনবা য়াবা মফম নক্তে হাংদুনা থেমজিল্লখি। অদুবু শরেংগী রা অসিদি কনানা চুম্নিবনো হায়বদু হৌজিক ফাউবা নৈনরি। মানা মানা অঙম্বা লৈথেৎ হাপ্লদুনা রানোম শরেং অসিগী রারী তৌনরি।

মীৎয়েং (৫শুবা মশাং), ১৯৭৩ ইং

# লোখৎপা

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

মুমিৎ তানিং-তামাং ওইগদৌরে। কুইস্রি নোং মুংশিৎ লেপখিবা।

মাঙ্গোন্দা মুরাদা ফমদুনা ইবোচৌ ওসি মুংথিলগী নোং-মুংশিৎতা তৌবম্মিবা মতৌ অদো যেংলগা রাথন তৌদুনা লৈরম্মি। মথুক্তা তোংজৈ অমা পায়রিবদো মরক-মরক্তা চিংওম্মি। ওম্মোক্রমু শাথিনা শিৎলমগ্রে। পংকুইদি কুইবমদে হায়ববু ওাইহাক অদুদা মপাঙ্গল-মকল্থি লৈজবা পুম্নমক ফুদোক্রম্মে। পাঞ্জিনা কুমশি কুমজা অসি নোং-মু শিৎ কনগনি হায়রিবসি চুমদ-চুমগদৌরিমাল্লে। কুমগী অহানবা খোঙলাকমক্তদা ভৌবা য়াবা মথৈ তৌরম্মে। খোঙ্গান্দা অস্থক ফজনা হৌরিবা কা-পান্বী পবেং অসিবু, করি মুংওাইতবা লৈবনদো, তরামুক্তুম থুদেকপিরম্মে। কা-পাম্বীতা নত্তুনা মনীংগী রাপন মচা অসিমম্ভ যুক্তোকপিরম্মে। কুমশিবু য়ুম মখোঙকা থৌশাদদুনা শিল্লমদ্রবদি কবিনো থোক্লমগদৌবা, ফনা ইকাইবমগনি। তোম্বখোয়গী অস্থক ফজনা, অস্থক চওনা শাজবা লোইবত্তা ওায়রিবা শঙ্গোই অসি ফাউবা হুমদোকপিরম্মে। য়ুম-কৈদি লায়রদুনা চহী অস্থক কুইনা পুন্সিরক্লনা লম্বী মপানগী লাই-ওইরবা চাউথ্রবা খোংনাং পাম্বী অসি ফাউবা ইনথুবিরম্মে। অংক-পনি ওসিগী মুংশিৎ অদো। চহী মফু হায়বদো তানশিল্লক্রবনি।

শাংগ্রবা পুন্সি অসিদা নোং-মুংশিৎ মশীং লাকঙমদনা থেংন-ররক্লবনি। অদুবু ঙসিগী অসিগুম্বদি থেংনখিদ্রি। অদুগুম্বা চহী তরা তরানিথোইরোম মমাংদা, চৈরাউবা নোংঙানবা মুমিৎ অদুদরা কৈনো, অমুক শিংখি। মানি, মেরাজাউনা লৈখিদবা কুম অদুদনি। লৈখিদরেকো মেরাজাউ অদো! শিগনি হায়বা খঙনা পাল্লম্মিদা। মেরাজাউদা নত্তে। থানিনজাউ, চাউয়াইমা, থম্মৌতোন, মখোয় পুম্নমক মথং মথং ওইনা চৎনখ্রে। মুংঙাই-রম্মিদা মতম অমদা খুল অসি। ময়াম জং জং লাউনা পাল্লম্বনি। থংনরিবা খুল অতৈনা খী খী লাউনা কিনরম্লবনি। ঙসিদি কদায়, খুল অসিদা কনা লৈরি? মহাক্না ঙায়রে লাইওইদুনা লৈহৌরিবা। হৌমিন্নরকপা মরূপ-মপাং পুম্নমক অম-মম ওইনা নাকেন-থাগী উনা-ৱানাদোনা মথং মথং কেনখ্রে। মহাকস্ত কুইদি কুইর-রোই। মহাক্নীস্থ মতম লাক্লে, চহী কম্প্ অমা নোংলৈ-মুংশিৎ থাঙনা লাক্লবা খোঙনাং পাম্বী অসি ফাউবা ভুগরবদা।

ৱাখলদা মুম্থখিদুনা মখুংতা পায়রিবা তোংজে অদু ফাউবা চিংগনি কাউগ্রবা অদুগুম্বা তাঞ্জা অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা থৌদোক অমনা ইবোচৌগী মীকপ থংথোক থোকহল্লকই।

মখোয়গী থা থংবদা লৈবা বনমালীনা মচানুপা য়াইমা অদু চৈ অমা পায়রদুনা লাউবনে খোংবনে তৌরদুনা কম্না ঙাম্নরকই, "নপা থোয়াইমচা, মসিতা হাৎতোক্লগা লোয়রে। মসি লৈরিবা মথৈদি মীরা তাবা লোইবা নাইদবা তারে।" মহাক্নী মতৌ অদো হাৎপমক হাৎত্রবস্থ ফংবু ফংনরবদি মঙং অমা চাররোই হায়বসি শোয়ত্রবনি।

অঙাং অদুনা কিবনে খংবনে তৌদুনা মথরাই মমী য়াউদনা কপ-লাউদুনা চেল্লিবদো ইবোচৌ উরে। চৈথাংননা হায়রকই, "কল্লিনোনে হাই ? নচাদবু অদুক থীনা তৌবরা ? হন্দকমুক্কী মপোক্কদি নচা কঙলে, হয়েংমুক্কী মপোক্কদি নচা অমত্তা কঙলোইদো।"

খোযুম মপাউ ফাউবা চঙবা ঙমদ্রবা ফী ফী শাউরিবা তাঞ্জা অদুদা তাইবং মীওই অদুগী রাহৈ খরা অদুদি চীংমুংদা মুক্তা চাইথোকপগুম থোকখ্রে। মকনথি হৌনা শাউনা বনমালীনা থুম্লকই, "ফঙদ্রবস্ত ফরে। হন্দকী মপোক অসিদা পুংপেন পেঞ্জরে। মসিত্তা হাৎত-হাৎতোক্লগা লোইরে।"

কল্লি মরমগী মচা অদুবু হাৎকদবগী তাম্নরক্লিবনো হায়বদু ইবোচৌ হংহৌদ্রে। তাম্নরক্লিবা মপা অদো চৎখিবনা হানখ্রে। মপুক্লিংদা মতোমত্তা শোলহৌই, "ওস্তোকপা মপা হায়বদো ওইরে।"

করম্বা কালদা মমশিনখিবনো খঙহৌদে, ফনা শাথিনা মমশিল্লম্মে। মৌ অহন্না লেমতোন চমখৎতুনা পুথোরকপা অদুদত্তা জ্ঞান খঙত্তা তাবকই। লেমতোন অদো থম্লগা ইমুংদা চংগে হেক তৌবদা ইবোচৌনা হায়রকই, "হবোহনবু কদায় চৎকনি হায়রম্বগে ?

মথুৎ য়েৎনা থোঙদা পায়রগা মমায় লৈশিল্লকুনা মৌঅহন্না খুম্মকই, "খঙদেনে রাহেংবমদা ওইরমাল্লে। তোমচৌনা কৌবা লাক্লম্মি।" ঙাইহাক লেপ্তুনা মথং তাথরকপা ঙাইরম্লগা মৌ-অহন ইমুংদা অদুম চঙেখ্রে।

রাহেংবমদা ওইরবদি, ইবোচৌনা থল্লকই, ঙসাইগী অদুগী ওইবা তারে।

চহী তরেৎলোম গুরে মচাম্নুপী ইতোন তোনবী ইবেতোম্বীনা কৈশাম তোলহনগী মচাম্নুপা য়াইমদা চেনখিবা। ইবোচৌগা

তোলহনগা শামান লেংমায়না থংনরিবা খুল অনীদা হৌমিন্নরকপনি। পীক্লিঙৈদগী হৌদুনা য়াম্না লুনা তিন্নরকই। ইবোচৌগী অবস্থা হাম্না য়াম্না ফরম্মি, হৌজিক্তি খরা খরা হাইথরে। অদুগা তোলহনগীনা হায়না থোইনা ফৎলমদ্রবস্থু হৌজিক্তি য়াম্না মুংঙাইরে।

চহী তরামঙারোম মমাংদা মখোয় অনীনা খুল অনীদুগী মকোক ওইদুনা হরাউ-বুম্মৈ তোয়না তৌদুনা য়াম্না মুংঙাইনা লৈরক্লবা মতমদা থোদোক অমা থোকখি। নোংমা কাং মনুংদা খুল অনীমক্তা মুমিদাং বাশোক শকনি হায়দুনা তৌই। নিংথেমখুলগী বাশোক শকপী অমদি মপানা খুল অমগী বার্তোন, মমানা অতোপ্পা খুল অমগী বার্তোন লৌশিল্লদুনা মহা-বেরা অমা থোক্লখি। ঈশৈ শকপা লাত্রগস্থু ফগদোবা। মমা অদুনা, "এবা, ঙাংনরগা য়াগনি, অমদবু শকই হায়, অমদবু শকই হায়, চৎতা চৎসি" হায়দুনা লাকপনা লঙ্গীদা হাম্না ফংনবা শোলহনখোয়গী খুল, তোলেনখুনগী কাঙবুনা থেংনদুনা ইবোচৌখোযগী খুল, মুংকৌ লৈকায়দা চৎহনদরে। পাউ অসি তাবগা মুংকৌ লৈকায়গী পাখংমচাশিং মৈ হৌনা শাউখ্রে। "খঙগনি, বাশোক-শকপী!" হায়দুনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্লখরে।

হায়গুম্মদুনা অহল-লমন্না খাম্বা লাকপকা য়াদদুনা পাখংমচা খরনা নোংঙানবগা মমা মচানা মযুমদা হনবা মতমদা মচান্নুগী অদো কাদুনা পুখ্রে। তে'লেনখুনগী পাখংমচাশিংনা অমুক মৈ হৌখ্রে, কয়া উশিং থোঙইদনা তৌখ্রবা, মখোয়গী খুলগী বদনামনি। অহল লমনস্থ শাউনবা য়াউনরে। নাকন অনীমক

শাউনবা অসুম অসুম হেনগৎনরক্লে, খাম্বা লাকপা তাদ্রে। অদুদগী নোংমদি মুমিদাং নাকপাক নাকপাক শেমনদুনা য়ৈনরে। মকোক মক কায়দুনা ঈহিং নাহিং শাবসু য়াউনরে। থানাদা তাক্লবদি ফৎলরোই হায়বা খন্নদুনা খুল অনীগী অহল-লমন ময়াম তিঃদুনা তাইশিন্নবা লাক্লবদা করিমতা কাঃদ্রে। খুল অনীমক মশা-মশাগী মরাল কুপশিন্নদুনা অতোপ্পবু অরানবা শিননবা লাক্লবদগী খোন কনখৎনরক্তুনা, "অদুদি নখেয়ানা করি তৌবা ঐখোয়না করি তৌবা ঙম্বা য়েংনবা তাবেদনা" হায়না লাউনরে।

ইবোচৌসু মৈ হৌনা শাউবে। ময়ামগী মমাংদা তোলেন-খুনগী কাণ্ডবু তাননবা হায়রকই, "মুংক্ষৌ লৈকাই করি ব্রাৎলি হায়দুনা ইবোচৌ ঐ লৈরি! মকদ্দমাগী অচংবা শেন পুম্নমক ঐনা পুথোক্কনি।"

মচুগী পাউখুম ওইনা তোলহনবা খুমলকই, "তোলেনখুনগী ঐ লৈরি। লৌরী-ইংখোল পুম্নমক য়োনথোকপা তারবসু য়োম্থোক্কনি।"

অদুদগী চহী মঙা চুপ্পা খুল অনী অসি কম্না তৌনখি। মতুংসু নতুনা মকদ্দমাসু কম্না শোক্লখি। কায়নথংদা শেন তিংবা মথৈ তিংনরগা জ্ঞান তানরক্তুনা মখোয মশেন য়ান্নদুনা খুল অনী তাইশিন্নদুনা কেস অদো লোইশিনখি।

খুল অনী তাইশিন্নদুনা মমাংঙৈগী লৈনরম্বা মওং অদুদা হজিন্নরবসু ইবোচৌগা তোলহনগদি হান্নগী ফিভম অদুদা হজিন্নবা ঙম্রদ্রে। খরা খরা মুংশিনরকপগী মতুংদা 'নঙনা কদায়দা, ঐনা কদায়দা' হায়বা ব্রাখলনা অনীমক নোংম-নোংমগী থুক্কাৎখ্রে। লম্বী-লমথাংদা উম্নরবসু মমায় লৈথোক্লদুনা চৎনরে।

মতুগী-চহী অনীরোম মতুংদা ইবোচোগী মচানুপী ইবেতোম্বী অসি তোলহনগী মচানুপা য়াইমদা চেনখিবনি। থাঙ শৎনরিবা মীগী মমৌ ওইখিবতুদা মচানুপীগী মথক্তা ইবোচৌ মৈ হোনা শাউব্রে। মচানুপীবু লৌখৎপা ময়ুমদা চঙহনবদি লায়রবতুনা মচানুপীগী ঝা পল্লুবা য়াখিদ্রে, "শিগ্রবনি, ঐগী ইচানুপীকা লৈতে" হায়দুনা কোইলাউ লাউরে।

তোলহননা ফিংলিঙৈ অতুদদি মচানুপী লৌখৎপপী ঝা অসি কনামতনস্থ থোইনা চৌদোক্লদে, মঙক তুপলবস্থ য়ারক্লরোই হায়বা খঙতুনা। তোলহননা লৈখিত্রবা মতুংদা খুল অনীগী অঙ্গল-লমন্না মচানুপী লৌখৎনবা কোইচেন চেন্নতুনা লাক্লরকই। তৌইগুম্বস্থং হায়জরুবা নোঙ্গরুবা পুন্নমক ইবোচোগী নাকোংদা স্থকচং-চঙখিদ্রে। হাকুমস্থ ইবেতোম্বীগী মমানা মশা কন্না ঙমদবা মতম অতুদা ময়াম অমুক্তা লাক্লরম্মি। মতুস্থ অরেম্বদা তাখি। শিবা মতমদা মমা মচা উন্নবা ফঙখিদে।

মমাগী ফিরোই হয়েং থোক্লি। হিংলিঙৈদস্থ উন্নহনখিদে। হাকুম শোয়াৎতস্থ মমাগীনি হায়দুনা হৈ-অমা লৈ-অমা কৎপস্থ চঙহনখিদে, কুমশিস্থ ফিরোই অসিদা চঙহন্দ্রবদি মমাগীনি হায়না করিমত্তা কৎপা ঙমদবা তারে হায়দুনা ঝাহেংবমগী অহনদা ইবে-তোম্বীনা কপ্পনে-লাউবনে তৌরুবদগী ঙসি অয়ুক ঝাহেংবমগী অহনগা তোলহনগী মনাউনুপা তোয়াইমগা লাক্লুনা ইবোচৌদা খুরম্মে। ঙসিস্থ ইবোচৌ হান্নগী মতৌদগী করিমতা হোংখিদে।

মমৌ-মুপীনা ইমুংদা চঙগ্রবা মতুংদা ইবোচৌনা খল্লকই, মীবুদি চৈক্লরি মচাবু থীনা লাক্লে হায়দুনা। মহাক্না তৌরিবসিদি

করিনো ? ঙসি চহী তরেৎ শুরে। মমানা শিরমদাইদা অমুক্তং য়েংঞ্জখিগে হায়বা ফাউবদা উন্নহনখিদে। অসিদগী কয়া থীনা লাক্লখিগনি মচানুপীবু। মহাক্তীদি পাপ লৈত্রা ? হয়েং শিরগা যমনিংথৌদা করি হায়না খুমলুগনি ? মচা লাক্লবগী যমনিংথৌনা মহাকপু লাক্লরোইদ্রা ? মীবুদি হায়কনি, মহাক্তি হয়েংমুক্কী মপোক্তা মমীগুা মচা উগদোরিব্রা ? রাখল ময়াম অসিনা মাইকৈ মরীদগী জং জং লাউনা ফুজিল্লক্লুনা ইবোচৌ জ্ঞান মেন অগল্লা তাদ্রে। মমৌ মুপীবু কৌদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, হিদাক ঙানথক অমত্তং হাল্লকউসে।" অদুদগী হৌগৎতুনা বৃন্দাদেবী মখোঙদা চঙশিংখ্রে।

মুমিদাং চাক চারিবৈঙদা মচানুপাদা হংঙকই, "নঙবু কবি হায়রিবগে ?"

মচানুপানা খুম্মকই, "ঐ'মুক কবি হায়গনি ? পাবোনা য়াদবনিনা ঐসু— ।"

অহন অদো মথং অমুক শমথদ্রে। মচানুপানা খরা তক্লরকদ্রা খল্লুবনি, য়াম্না লাপ্লখ্রে।

ফমুংদা কাংৎপগা রাখলনা অমুক্তা মাইকৈ মরীদগী ফুজিল্লক্লে। য়ারেদনা লৌগৎপিবা। মপুন্সিচুপ্পা অঙাং অসিগী মমীত্তগা মপি ক হল্লরোইদ্রা ? মহাক্তা মুংঙাইনদবা তোলহনদি লৈত্রেদনা। হৌজিকমুক কনাদা শাউকগনি ? কনাগা অঙম তাল্লদুনা মুক্লখিগনি ? অদুগী মথক্তা তোলহনগী মনাউ মুপা মশামক লাক্লুনা খুরম্মরে। অমরোমদা খন্থরুরবদি তোলহননা মঙোন্দা তুররবা হায়বত্রনি। য়ারে। অদুবু রা অসি কনানা অমুক

হৌদোক্কনি। মহাক মশামন্না হৌজিক অমুক করম হায়না হৌদোক্লুগনি, মীনা ঙসাই লাকপা মতম অদুদদি শাউরিবনি হায়দুনা ক্রং ক্রং কন্দুনা লৈহৌরে। মচানুপাস্থ ইফ ফজথোকপ্রে। কনাদা হায়রুগনি ?/ inner conflict

মরম্বা মতমদা ভুমথখিবগে থঙহৌদে। নোংঙাল্লমদাইগী অদুরাইনা ইবোচৌ মঙ অমা মঙলে। মঙ অদুদা মহাক শিরে হায়দুনা তৌরে। শিবগা অহানবমক্তদ। ইবেতোম্বীগী মমাবু উরে। ইবেতোম্বীগী মমানা মীৎলু অনীদগী ঈরা শিন্থরদুনা তেংথা নাওইনা যমনিংথৌদা রাকৎতুনা লৈরম্মি। "আ লাক্লিবা অসিনি ঐগী ইপুবোইবা, ইচাগা ঐগা উম্নহনখিদবা, ইচাবু থীনা লাক্লখিবা।" মহাক্কী রা অদো হেক তাবগা ইথঙ থঙহৌদনা মাইকৈ মরীদগী যমগী দূত ময়াম পাইশিল্লকুনা মহাক্কী মখোং মখুৎ লোইনা লেঙবা লাকপা ঙমদনবা পুনশিনবিরে। অদুদগী মমীৎ ঙ্রোং ঙ্রোং ওনবা মচী পানবা মুশিন মুবা মুপা অমনা শাংলবা য়োৎশিঙ্গোৎ অমা মৈ ঙকশং-ঙাংনা ঈক্লে হায়রগা মহাক্কী মমীৎ অনী অদুদা নমশিল্লে। খাঙবা ঙমদদুনা ইবোচৌ ও-খোঙলে। অমনমুক অদুগুম্বা মৈ ঈকপা য়োৎশিঙ্গোৎ অমগা পুরকুনা মথবাক্তা থুম্না য়ৈশিল্লরে। মতুনস্থ ময়াম অদো পেল্লকুদুনা মহাকপু থাঙ্গৎতুনা পুরে হায়রগা থাউনা ব্রোং ব্রোং শৌরবা থাংজাউ অমদা মহাকপু থাদবিরে।

তাঙ্গা অসিদা ইবোচৌ মুংশাশ্বর ফুনবোই লাকপোই তৌদুনা মীকপ থংথোক থোক্লকই। মশা পূম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মে, হকচাংস্থ ঈচোক চোকথরম্মে। ফমুংদগী তপ্না তপ্না হৌগৎলগা মপান থোকে হায়দুনা থোঙ হেক হাংদোকপদা মচানুপানা মহাক্কী ফমুংদগী হায়রকই, "পাবোনা তৌরিবদুবু নোং ঙান্দ্রিমাল্লেনে।"

মু,শার্শ্বব মপী অমা শাংনা হোম্বরগা ইবোচৌনা খুম্মকই,
"ঙান্দসম্মু। ইবো, হৌগৎলো। নচন অদো হৌজিকমক লৌরুচো, হৌজিকমক লৌরুদবা য়াদে।"

চেনাখিত্রবা ঈচেল, ১৯৬৫ ইং

# ইলিশা অমগী মহাও

## নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

অতিয়া ঈপাক্তা থরানমিচাকশিংনা বুকেৎ কাফেৎ তৌরি। মরক মরক্তা অম-মম অনী-নি কেনখিবস্থ য়াউরি। বোরাকী ঈচেল-খোম্বাংনা নাকোংদা মৈররি।

মী অতে কনামত্তা কুমথনরক্তি। মপা মচাতনি। মচানা নৌ পায়রি, মপানা ঈন অদো শেমলি। মচারোমদা য়েংথোকখিবদা নৌ পায়না পায়না উইরি উইরি তৌদুনা লৈরম্বদো উরুরে, "হায়মা মণি! মসি উইরিমাল্লে, মুমিৎ থোক্কদোরা ফাউবদা! নমিৎ অদো মোরোক অশাবা হেক নোইশিনববু! ঈশিংদা নমায় অদো শেংনা তাথোকউনে।"

নৌ অদো হিন্নুঙদা থম্লে হায়রগা মণি অদো মপাগী য়াথং মতুং ইন্না মমায় অদো তাথোকই। অদুদগী শেৎলিবা খুদৈ অদুগী কুনজা মচীদা মমায় অদো তৈথোক্লগা নৌ অদো অমুক পায়খৎলি।

মচাগী মতৌ অদো উবদা নুংশিররক্লমাল্লে, শেগাইরবা লৌখাং ফুরিৎ অদুগী য়েৎ থংবা খাউদগী বিড়ি মচে অমগা মৈখেৎ অমগা লৌথোক্লুনা হায়রকই,—"সে সে, বিড়ি মচে'সিমা য়াউরিসে! চম্মু। অমুক অনীরক চিংলগা এঙোন্দা অমুক পীরকউ।"

মণিনা বিড়ি অদো মচীন্না চুপ্লগা মৈগেৎ অদো খেৎকদবগী লাক্লে। মক্ক অনী-হুম খেৎলবা ফাউবদা মৈ হৌদ্রবদা

শাউনিংলমাল্লে ; মুরুম মুরুম শোল্লকই, "মসিদি ! তুরেল ময়াইদা হেক নমশিনববু !"

মপানা— "কদায় ঐ ভোগে। হৌজিক্কালগী মৈখেৎ'সিনবু নাকন নাম্মতদা হিদাক তৈরদুনা, পৈশা লৌগদ্দগী খিকিরতা।" হায়দুনা চঙশিল্লক্লগা মৈখেৎ অদো থেৎলরে।

মগিনা বিড়ি অদো অঁমুক্তুং শাংনা হেক চিংবা লোইবগা আসোম রাংমগী খাটতা লৈবা মকোক জটা তাবা সাধু অদুগী খোল্লাউ নাকোংদা য়ৈরৈ— "বোম ভোলানাথ ! জয় শিবশম্ভু !"

সাধু অসি হৌগৎলবদি নোং ঙাল্লনি কুইররোই। মী অতৈম্ব কুম্মরল্লনি।

লোঙ্গোর-বাবাগী ঈরেনলোমদা মপা-মচা হি হোজিল্লি। মথম অসি মী অয়াম্বনা চঙবদা খরা হঙ্গোইনৈ। অদুকু ঙাদি য়াম্না লৈগল্লি। ঈশিং খরবু চাউরবদি নাশুবীনা শৌ শাই। মরক মরক্তা গোরিয়ানস্থ ফাউগৎলি। হাকুম মফম অসিদা গোরিয়ান অমা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎথি।

ঈনদা কক লাউনা থেংবগুম তৌই হায়দুনা মপানা ঈন অদো শোনগৎলি। অদুবু করিমতা য়াউরক্তে। হিনাক অদুদা মহাকপু করেম্নবা ওইনা নাশুবী অমা ফুং লাউনা ফাউগৎলকই।

ঈরেন অদুদা অমুক অনীরক শোন্দুনা য়েংলম্লগা কান্নদ্রবদুদা মপামচা মখারোমদা হোম্বরক্লে।

শরক অনিদা হি মরী মঙাস্থ তাররক্লে। নোংস্থ ফনা নিংথিনা ঙাম্থোরক্লে।

খরা চৎথরগা নাউরেমগী হিদেন মপা অদুদা লাইবক চুম্মুরে। ঈনদা ঙৌরোক ঙৌনা ফনা নিংথীনা চাউরবা ইলিশা

অমা ফ্রং ফ্রং চোংবা উরে। মপা-মচাগী মায়থোং অনীদো খংঙান ঙাম্মোরকপগুম তৌই।

অঙাং ওইরিবা মণিগী মচীন্দগী খঙহৌদনা থোরকই— "ইস ফজরেদা! হাউরনিদা পাবো।"

"তুমিন লৈযু, তৌহৈদে হায়হৈদে।" মপানা চৈহৎলি। হিদেনদা মী কুম্মকপগুম তৌরি হায়দুনা য়েংথোকখিবদা নাউরেমগী মরেং থোল্লবা অহন অদো মখোয়বু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। কৌরকই— "মণি মপা, ও মণি মপা!"

তানা তানা তাশিন্নদে মণি মপানা। মহাক্না রাশি থোইনা তিন্নদে। ঙা অসি লৈহৌরগে হায়গদবগী কৌরিবনি হায়বসি মহাক খঙদি। অদুবু ময়াম্না পীনবা মমলদি থক পীরোই। ইনাক খুল্লি হায়দুনা মমল থক থক হুল্লোই। আনা-শিকি তৌদুনা চহী চামরি চঙগদৌরি।

অদুবু তত্তুনা কৌশিঙ্কল্লবদুদা খুমদবা য়াত্রদুনা খুম্মকই— "করি ওইরবনো খুড়াবু?"

নাউরেমগী অহন্না হায়রকই, "কয়াম্না ফারবগে? ঐ অমত্তা লৈহৌগে। পাকিস্থানদগী ঙা লাক্কবদগী লোয়রেহে। ইরৈ অসি উদা য়েৎশিন্দুনা খ'ঙডে। ককচাং অসি কংশিল্লক্লে।"

মণি মপানা মতোমতা মুকম মুকম শোল্লি, "সোরোক্তগী ক্লাকথী ফাউবা খুনবা নঙনবুদি করিগী নরৈ অদো উদা য়েৎশিল্লোই। অদুদগীদি তানবা খুম্মকই, "ফাদে, অসিতনিদা।"

"অদুবু ঐ লৈহৌরগে।"

"ঙসিদি তোল্লসি খুড়াবু। অসিমতং ফাবসিদা মওং চাররোই।"

য়াম্নরোইদোৌবা অহু উবদা নাউরেমগী অহল অদো মখা ভারক্তে।

"মসিগী অহন অসি থেংনরবদি দায় য়াররোই।" মপানা মুরুম মুকম শোল্লিবদো তাবদা মচা অতুম্ব হায়রকই, "ঐস্থ ওস্থোক্লা মুংশিখিদ্রে। নহান মখোয়গী তোমালনা ঐঙোন্দা ফুরক্লিবনিনে। ঐস্থ ................ ।"

অঙাং অতুগী ব্রা অদো লোইশিনহোৌদ্রে। রহিমুদ্দিন মপা-মচাগী ঈনদা ঙা অমা লকপদো উবদা মপানা মুরুম মুকম অমুক্কা তৌরকই, "মীগীদি য়েংঙ্দো, লাকপগা হেক্তা ফাবনি।"

রহিমুদ্দিননা ঙা অদো হাপচিল্লগা কৌরকই, "ও তা চাউবা। কয়াম্মা ফারবগে?"

"ফাদেদা, অমখক্তনি।"

"অদু ওইরবস্থ মহুক্তি হঞ্জিল্লেদনা। ঙরাংদি ঐ অহুমথক ফায়। মরী মরীদা য়োনখি।"

"য়োল্লবুদি হোয় পৈশা থরা মফংগনি। অদুবু য়োল্লরোই। ইচানুপী সনারৈ অদো থা য়ামশিল্লক্লে। চাক চরা অমতং পীজগে। হায়দোক্লগদি ইকায়বা জাৎনি, য়োন্নবা লাক্লবদা ইলিশাগী মহাও কাউবু কাউশিল্লক্লে। ঙসিদি চারুরগে।"

.... .... .... .... ....

মপা-মচানা ময়ুমদা কাখৎলকপা মতমদা মুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌরম্মে।

মচানুপী থরা চাউবী ভম্ফানা লোনবা শঙ্গোম য়াউদবা চিনি অঙাংবগী চা অদো মাঙ্গোলদা ফমতুনা থক্লিরৈঙেদা কোনশমগী

কাহ্নাইনা কোম্পোংদগী কৌরকই, "চাউবা, ও চাউবা ! ইলিশা অমা ফারকই হায়ববু চুম্ব্রা ?"

কাহ্নাইগী মখোল হেক তাবদা চাউবা মশা পুম্বা খাই লাউখিবা খঙহৌদে। মঙোন্দা কাহ্নাইগী লুপা অনী-সিকি তোল্লিবদো নীংশিংলকই।

মপানা খুমজিবৈঙদা মচীন থীগৎলকপদা ঙায়রিবা মুক্তানা খুম্মকই, "অং ! অচৌবা অমখক ফারকই।"

অঙাং অতুনা হায়রিবদো কাহ্নাইনা তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা খঙদে। চাউবনা মচাদু চৈহৎলি, "হৈ মচীন থিরেদা অঙাংসিদি ! নঙগী নথৌ করি লৈ ?" অতুদগী খোঙ্গাল্লোমদা খুম্মি, "অমত্তবু ফারক্তেদা তাদা। কনানা হায়রিবনো ?"

"হোয় হোয় ফারক্ত্রবদি কমদৌনি।" হায়রম্লগা কাহ্নাই হনখি।

মুক্তানা মহাক্তা শায়মিম্নরিবা মমান্নবা তোমচৌদা রারী শাই, "ঐখোয়গীদি হোরেন ইলিশা থোংবা চাগনি হায়বা। 'সুক চাউইদো ভুরেলদগী ফারক্লিবা। নখোয়গীদি চাজত্রা ?" মমিৎনে মনানে মপুৎনা তম্মি।

মচে তম্ফানা খোরক্তুনা মপাদা হিদাকফু পীদুনা হায়রৈ, "পাবো হৌজিক থোংনবা চেঙ লৈতে। কমদৌনি ?"

পাউ তাবদা চাউবা মচানুপীরোমদা মুন্না য়েংঙি। হিদাক থক্লিংলম্বকা রাই চাইথিবা খঙহৌদে। তাঙ্গা অতুমক্তদা মশাপুম্বা মতু কেনথ্রবা শরূ শয়াং ঙাক্তা ঙায়রবা অহন ওইরবা হুই লাবা অদো কদোমদগীনো খোরক্তুনা শুমাং ময়ায়দা তুরোই ঙায়োই

হেক চৎলৈ। চেঙ লৈতবগী মময় পুম্নমক মঙোল্দা লোইনা তাইনখিরে। হুই অদুবু হেক উবদা শাউমনগ্রহুনা চাউবা কম্লিবা ফান অদু তাপ হেক পায়দুনা হুই অদু তম্না লংখিবা খঙহৌদে। মরাল লৈজদবনরা হুই অদো পানবদি পালহৌদ্রে। খেং খেং তোদুনা থোঙাল্লোমদা অদুম চেনগ্রে।

চাউবস্ন হিদাকফু অদু পায়রগা শাউনা শাউনা ইমুংদা চঙলক্লে। কুম লায়নানা কমদুনা তাদুনা লৈরিবা তম্ফা-মমানা য়াওল্লকপা তাঙ্গা হেক থোক্লুরে। হৌজিক্তা লাঙ্গাউ অমা থোক-খিবদো তম্ফা মমাদি ভাব তাহৌদ্রমাল্লে, হায়রকই, "অঙাং অসিনা চেঙ লৈতে হায়রিবসিবু তারবরা? কমদৌদোরি?"

মুৎলগে তৌরম্বা মৈ অদু অমুক খংচাক হেক চাকখৎলকই। "উম ঙমজদ্রে ইতোমতা লারবা। শিগে হায়রগা শিজগ্রো মী ওৎতুনা লৈগদগী শরুকপুদি।"

খরগা চোম্বরমগদবনি। অদুবু মপাম্দগী কনানো অমনা কৌরকপা অদুদা য়াখিদ্রে।

কৌরিবদু কনানো হায়দুনা চাউবা মপান থোরকই। থানিন-জাউ ওইরম্বদা চাউবা শকফম হেক হোংজিল্লি। হংঙি, "করি থবক্তীনো?"

"ঐখোয়গী থাবল্লে অদো লাকইয়ে। ঙা অমত্তা থিবা ফংখিদ্রে। ঙা-চাউবনা ইলিশা খরা ফারকই হায়বা তাদুনা লাকইবসিনি।" থানিনজাউনা খুম্মকই।

"অমখক্তনিদা, ইমুংদা চঙলকউ, য়েংঙো লাউসে।" হায়-রদুনা চাউবনা থানিনজাউবু ইমুংদা পুশিন্দুনা ঙা অদো য়েংহল্লি।

"কয়া লৌগদৌরি ?" থানিনজাউনা হংঙি।

"মরী অদো লৌগেদনা। বোরাকী ইলিশাসু মহাউবনিদা।"

"এ-রা অহুম-মথায় পীয়কনি।" হায়রগা থানিনজাউ ঙা অদো পায়থৎলি।

"পৈশাদি হৌজিক পীদবা য়াদেকো। চেঙ রানগদৌরিবনি।"

"হোয়দা হোয়দা। পৈশা ওইনা লৌগে হায়রবসু লৌরো। চেঙ ওইনা লৌগে হায়রবসু লৌরো।" হায়রগগা ঙা অদু পুদুনা থানিনজাউ মপান্দা থোরকই।

মহাক্কা শুমাং হেক য়ৌবগা মুক্তানা উই, মপাদা কৌদুনা হায়রকই, "পাবো পাবো! ঐথোয়গী ঙা পুত্রে।"

"লেম্মা পুরিবা নত্তে হাই! পৈশা পীরক্কদৌরিবনি।" থানিনজাউনা কাগী-কারাং ওইনা হায়রম্মী।

অঙাং অদু রা মথা তারক্কে। পুথিবা ঙা অদু মুম্মা য়েংদুনা লৈহৌই।

ইলিশা অমগী মহাও, ১৯৭৩ ইং

# ওমচাক্রবা

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

থোঙনাউ হেক হাংদোকপগা মেয়রগী থাবলনা পুংলং লংনা মায়কৈ মরী ঈপোম হৌদুনা লৈবম্বদো উরে থাবল্লে। ঙসি তরা-নিথোইনি পানবনি। অতিয়া ঈপাক্তা অমকপা হায়বদো মচেৎ অমা ফাউবা পকখিদ্রে। মকে শেম্বা লোইবতা ঙায়রিবী মশক মতৌ ফজববী মপুং ফারবী শানোগুম য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মাইথোংনি ঙসি মালেম-লৈমগী। নোংজুথাগী লাইজ ইচুমদা চামথোকপদা ঙাযরিবী মহৌশাগী খিংখিং লাউবা মওং মতৌ অদো উবদা থাবল্লেগী হকচাংস্থ তেখৎলকপগুম তৌই। কনানস্থ থোল্লয়িবা মি নো- "থাবল্লে"। ওস্থোক্স নমা থোল্লমগ্রে। থাবলগী ঈথক ঈপোমদা শাৎপী লৈরাংমক নৎত্রবস্থ থাবল উরগা ঝাখলদা খঙহৌদনা ঈহৌ অমা হৌরকই। মশা পুম্বা তু চুংখিবা খঙহৌদে, হরাউ তুজুংগী ঈথক-ঈপোমদা মশাবু কাউথোকখি মিৎকুপ খরদং। কয়া কুইববা মহাক্না থাবলদা থোক্কবা, থোক্কবতা নত্তে, থাবল উদবা ঙসি থা তককলোম হেল্লে। ডাক্কবনা লায়না অসি ফাবা ঙম্বা সুমিত্তগী ঙসি ফাউবা কা অসিদগী সুকথোক থোক্লক্লিবনি। নীংশিংলকই, মহাক্না যুম অসিদা লাকপা সুমিত্তা কয়া ফজবম্বা কা অসি। ফজফজবা অক অনানগী পোৎ-চৈ কয়ানা লৈতেংলম্বা মহাক্কী থম্মোয় হুরম্বা। ইখঙ খঙহৌদনা কা অসিগা মহাক্কা মথোয় অনীগী

মৱক্তা মরী অমা লৈবা হৌখি। মরী অদুনা মহাকপু নোংম-নোংমগী কা অসিগী য়াউদবা য়াত্রবা লৈতেং অমা ওইহল্লকখি। অদুগা লোয়ননা মহাক্কী পুন্সিদা কা অসিস্তু চংদবা য়াত্রবা পোৎচং অমা ওইখৎলকখি। মহাক্কী পুন্সিগী কাউবা য়ায়রোইদবা ইতিহাস কয়া কা অসিনা শাক্ষী ওইদুনা লৈরি। নীংশিংলকই, নোংমা মুমিদাংৱাইরম মহাক্না মকে শেমদুনা লৈরিঙৈদা মপুৱোইবনা তুমিন্না তুংলোমদগী চংলক্কুনা মিংশেন্দা মমি তাহন্দুনা মহাকপু খংহন্নবা তৌবদা মহাক্না মমায় লৈশিল্লগা মোমোন নোক্কুনা মপু-ৱোইবা ওকপদো, মপুৱোইবনা নোকমি নোকমি তৌদুনা মখুৎ অনীনা মহাকপু চিংশিন্দুনা চেজেৎ বোনশিনবদো— মিৎকুপ অদুদা কা অসিস্তু বসন্তগী ঈরাং-ঈপোম ঈহৌরকখিবনি।

অদুবু হৌজিক্কি কদায়, কা অসি মঙোন্দা কৈঙুমশঙ অমদগী হেন্না অতৈ করিমত্তা নৎখিদ্রে। মহাক্না থোক্লোই হায়না থোক্কবা নত্তে, মহাকপু লায়েংলিবা ডাক্তরনা অমদি মহাক্কী মপুৱোইবনা থিংবদগীনি। মহাকস্তু খংঙি লায়না অসি য়াম্না শাথীগ্রবা লায়-নানি। ডাক্তরনা মঙোন্দা তাহন্দ্রবস্তু মপুৱোইবনা মঙোন্দা হায়দোক্রবস্তু শাথীরবা লায়না অসিগী তমথীরবা মখুত্তগী নান-থোকপা ঙম্মোই হায়বা মহাক খঙঙি। কুইররোই নোংমদি ইখঙ খঙ-হৌদনা মহাক্কী পুন্সি ঈচেল অসি ঈখন্নগ্রনি। অদুবু কয়াদা ৱানা মহাক্কীদমক্তা লাকুরিবা মহাক্কী মপুৱোইবনা বান্নররোই হায়বা খঙনা খঙনা। হন্না হন্না কয়ারক মহাক্না হায়রবনি, অরেম্বদা শেল তিংননবনি, অরেম্বদা ৱাননবনি। অদুবু মুবতা তাবা তৌদে মপুৱোইবনা। "কৱিগী যৎলোইদগে, হৌজিক্কী যুক অসিদবু?"

হায়ব্লগা ককোক্তা নানবিদুনা মনাক্তা ফমথৈ। অদুদগী মহাক ফবক্লগা মখোয় অনী কদায় কদায়দা কোয়মিন্নগদবা, করি করি তৌগদবা, মুংঙাইবা রারী কয়াগী মঙলান্দা মহাকপু পুননবা হোৎনরি। অদুবু তমথীরবা তাইবঙগী কল্লবা চৈফুনা মঙলানগী লৈবাক অদো শ্নাই শ্বাই হেক্তা মাঙহনখি।

থাবল্লে উই, মহাক্কী লায়েংনবা লাক্লবদা মহাক্কীদমক ৱাবদা মপুরোইবগী হকচাং অসি নোংম-নোংমগী কংশিল্লক্লে। নত্ত নত্তবা রাখলস্ন মপুক্লিংদা খল্লকই- মপুরোইবস্তু লায়না অসিনা পায়রবরা, মপুরোইবস্ত মহাক্‌ন্না লায়না অসিগী থায়াত্তা তারবদি! য়াম্না লৌনগনবা লায়নানি মহাক্লা নারিবসি। কৈ কৈদোগে! মহাক্লা হয়েং লৈথিত্রবা মতুংদা মপুরোইবনা অঙাউবগুম মথোং মরম থঙদনা মকোক ইফা ফাদুনা কায়না খাঙ্গী মৈচাক্লা ঙৌদুনা লৈকৌ-গদগী শরুকপুদি মডুনডুম থোইনা ফেন্না কৈ।

মিৎকুপ্তা অমুক জ্ঞান থঙত্তা তারকই- নত্তে নত্তে, বিস্নু বিষ্ণু, খলহৈদবা রাবু খল্লিদা। খু খুরাই নানথোকই থাবল্লে। মহাকস্তু লৈত্তা মপুরোইবস্তু লৈত্তা বিমলবু বনানা য়েংবিহোগনি? খলহৈদে খলহৈদে, অদুগুম্বা রা খলহৈদে। হে ঈশ্বর, হে দয়ানিধি, বিমল-মপাগী পুন্সি তোলোইবা পীনবিয়ু। অদুগা মহাকস্তু করিগী ফরোই-দগে! থাবল্লেগী মপুক্লিংদা অমুক থোনা লাকই। ফগৎলকপা য়াইনা। নৎত্রবদি ডাক্তরনা করিগী লাইয়েংলি অস্তুক থরায় য়াউনা, অস্তুক ফজনা। মপুরোইবনা অস্তুক য়াম্না রারিবা, অস্তুক য়াম্না শেল তিংলিবা অসিগী অর্থ লৈত্রবরা? ডাক্তরনা হায়বা মতুং ইন্না চৎলবদি মহাক শোয়দনা ফগৎলকপা য়াইনা।

অদু ওইরবদি করিগী মহাক্না থোঙনাউ অসি হাংদোক্লুরি ? ডাক্তরনা হকচাংদা মুংশিৎ অইংবা য়ৈহনগনু হায়না থিংলিবনি। অদুবু কয়া কুইরবা মহাক্না থোঙনাউ অসি হাংদোক্লুনা মুংশিৎ অইংবা য়ৈহল্লিবা। খিকম থজিক্তুং চনখিবা থোক্লবদি লায়নাগী মপাঙ্গল হাপকৎখিগনি। থাবল্লৈ! মপূম্নিং চপ যুংনা লেপ্পবা লাক্লৈ, খিকম চলহনবা য়াদে, হিংদবা য়াদে।

তপ্না তপ্না থোঙনাউ অদো লোনশিল্লি থাবল্লৈ। মপান্দা মেরাগী থাবলনা অইংবা মুংশিৎ মরক্তা রা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদনা লিক্লাগী পিরাং শিন্থনা তঙক তঙক যেংদুনা লৈহৌই। কনানম্ন থোল্লম্লিবা মিংনো— থাবল্লৈ।

মৌ য়াইমনা চাক পুদুনা চংঙকই, "ইচে, চাক অসি শারিঙৈদা চাথোকহৌরোসে।"

"থম্লম্মু।" হায়রগা অপাবীনা চৎখিবা মায়কৈ অদোমদা চাথোক্কদবগুম মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই। কয়াদা ফজপ্রবা নোযপেনপ্রবা হকচাংনো! মমি গা মশাগা কযা য়াম্না থেন্নপ্রবনো। লাইবিক মযেক অমত্তা খঙদে। অদুবু কয়া নুংঙাইনা লৈপ্রবনো! যুম অসিদা লাকপা মুমিত্তুগী ঙসি ফাউবা নোংমত্তা মকোক ফাউবা চিকপা থঙদ্রি। অসিনিদনা নুংঙাইবা হায়বদো। পুন্সি হায়বদো অসিনিদনা। নীংশিংলকই, লাইরিক তম্লিঙৈদা ইবেচাউবীনা হায়খিবা রা অদো। "লাইরিক্তা লারদুনা নশা অত্তু কেমহল্লগা করি কাম্নবগে? লাইরিকস্তু লাইরিক্লি, হকচাংস্তু য়েংদবা য়াবরা ?"

মহাক্না হায়বিবা রা অদো অপংবীগী রানি হায়দুনা থাবল্লৈনা থোইনা থম্থকদে। পরীক্ষাগী তমথীরবা পন লাম্থোরবা অহিঙ

য়াইরেক্তুনা লাইরিক পাখি। হরাউ কুম্মৈ থাপ্না থমখি। ইবেচাউবীনা মহাকপু জ্ঞান তাহন্নবা ফনা য়াম্না পাউতাক পীখি। "তেল্লবা পুন্সি অসিদা করিগী অনুক রানা খাঙলিবনো? মুংঙাইথোক্লগা লোইরে। পুন্সিগী পান্দমদি মুংঙাইথোকপনি।"

মহাক্কী রা অদো তারগা থাবল্লেনা মপুরিংদা নোক্লখি। অদুবু হৌজিক্কি ভাব তারে। কয়া চুমগ্রবা রানো ইবেচাউবীনা হায়খিবদো। হন্দক্তি করিগুম্বা মহাক্না ফগৎলকপা থোক্লবদি মহাকস্তু শোয়দনা পুন্সি অসি পেন্না চুপকনি। চুম্মি, ইবেচাউবীনা হায়খিবা, পুন্সি অসি মুংঙাইথোক্কদবনি।

মমান্নবীশিংনা হরাউ বুম্মৈ, অকে অমৌ, অপাম মুংশিগী ঈপাক্তা তাউহুনা বসন্তগী লৈকোন্দা মনীং তম্না শান্নখি। মথোৎ কারকপা পুন্সিগী ঈথক-ঈরাং-ঈপোম অদুদা মহাকস্তু য়াউনিংখিদবা নত্তে অদুবু হেন্না শিংবী শাদুনা মহাক্না পুন্নমক অদু কান্নদবনি হায়না লৌখি। অদুবু অর্থ য়াউরমদ্রে। তেনগ্রবা পুন্সিনি নোংদম নাইদ্রবা। করিগী মাঙহনগনি অরেম্বদা। থাবল্লে য়াউবা ভমদে পুন্সিগী মিৎকুপ খুদিংমক পেন্না। পেন্না চুপকদবনি!

মপুবোইবরোমদা অমুক তাথরকই। অদুদি মহাকস্তু পুন্সি অসি মুংঙাইথোক্লবা লম্বী থেংনরবরা? মুমিৎ খুদিংগী কিদাক কাপ্পা লাক্লিবা নর্স অসিগা মপুরোইবগা মমুং মমুংদা মরী লৈনরম্লবদি। নহানি, মশকস্তু ফজদবা নত্তে! খ্বাইদগী শাথীরিবদি মহাক্কী মীৎয়েং অদুনি! মীৎয়েং অদুনা মপুরোইবদা য়েংবা থেংনগ্রবনি মহাক। মঙোন্দদি তুম্নবা তাশোন ওইখি। চিংনদনিংঙাই মরম লৈত্তে, মপুরোইবগী শাজৎ লোনচৎস্তু হন্দক মরকসি হোংলকপগুম তৌরি। মুমিদাং থেঙনা থেঙনা হজ্জিল্লকপা তোয়শিল্লক্লে। ভসিস্তু কদায় হৌজিক ফাউবা হল্লক্লি। হোরেন

হংলুরগা মহাক্না থোকপা অমা হেক্তা খুম্নরনি। অদু ওইরবদি মপুরোইবনা অম্নুক য়াম্না মহাক্কীদমক লাক্লরিবসি অরেম্বরা? অরেম্বা ওইরম্বা য়াই। কনানা খঙগনি মতৌ মাম্ননবা হায়দুনা অদুক তৌশিন্নরম্বসু। ইবেচাউবীনা নোংমা হায়খি— "মপা হায়বসিদি থাজরুম্ম থাজবা য়াদবনি।" ঙাইহাক্কদা কা অদু মৈ হৌরকপগুম খংশা শাগৎলকই, থাবল্লে মুংশাশ্বর ফুনগৎলকই।

খঙহৌদনা ফুক হৌগত্তুনা থোঙনাউ অদো অমুক হাংদোকই।

ঙাইহাক লৈরগা তুম্নমদাই য়োরমাল্লে বিমল মমাগী কা অদুদা চঙলকই। মুমিৎ খুদিংগী অস্নুম হায়না মতম অসিদা অমুক্তুং মমাগী মনাক্তা চঙঙক্লম্মি। অদুবু মমাগী মনাক্তা য়াম্না নকশিল্লমদে। মমানসু কিদুনা কৌশিল্লুদে। করিগুম্বা মচাদসু লায়না অসিনা লামখিবা থোক্লবদি!

মমানা চাক চাদনা লৈরিবদো উবদা হায়রকই,— "ইমা, করি তৌরে হৌজিক ফাউবা চাক চাদ্রিবসিদি?"

"চাবগে চাঁরগে। নঙ তুম্ন্রো।"

"নঙ ফরোকো, ইমা।" হায়রম্মগা বিমল তপ্না তপ্না থোকখি।

খঙহৌদে থাবল্লেগী মিৎলু অনীদা পিরাং লাইজ ঈহৌরকই। অঙাং অসিদি খঙলিরোই, মমাগী পুন্সি লোইশিল্লক্লে হায়বসি। নত্তে নত্তে, য়াদে মহাক শিবা য়াদে। মহাক শিগ্রবদি অঙাং অসি কনানা কোনবীহৌগনি!

তপ্না তপ্না থোঙনাউ অদো অমুক লোনশিল্লি থাবল্লে।

ইলিশা অমগী মহাও, ১৯৭৩ ইং

# তোম্বা

নীলবীর শাস্ত্রী

"হায় তোম্বা ! কদায়দা চৎগ্রে । গ্লাস অমত্তা লৈত্রবনিনেসে, হুকান্দগী পোৎ অমত্তং লৈরু থাখি হেক্তা হল্লক্কে, গ্লাস চামগনি থোকখি শোরোক্তা চৎপা মী য়েংত্তুনা হেক্তা লৈরম্মি । করম্মো তৌগদবসি অঙাং লাক্লবনা থোইনা রাগ্রে । তোম্বা ! হো তোম্বা !" হোটেলগী আজ্ঞানা লৈরং ময়াদগী শাউনা কৌরকপা অসি তাররুনা পীকথ্রবা মখুৎ মচা অনীনা গ্লাস অহুম মরী, অহুম মরী পায়রুনা চহী তরেৎ লোমগী অঙাং অমা তিবিৎ তিবিৎ চেনশিল্লকই । মহাক তোম্বনি । "গ্লাস মরী মঙাদং চাম্বদা করিগী অদুক কুইরিবনো, হায় গধা ?" অসি হায়রুনা আজ্ঞানা খুপাক্লা অমুক অনীরক থারে । তোম্বা কপ্লরুনা থেঙেজিন ময়াদা অহুম লেপ্তুনা লৈগ্রে । থা অনী অহুমদা মঙায়রি তোম্বনা হোটেল অসিদা থবক তৌবা লাকপা । পীকথ্রবা লরাই কোচিন অমদা লৈবা অঙাংনি । হরা, রিক্সো, মোটর গাড়ীনচিংবা পঙনা উবা ফংবা লমদা নত্তে । ইম্ফালগী তৌরিবা ইরাং ময়াম অসি তোম্বদদি কুম্মৈদা ওইগ্রে । শোরোক ময়াদা ফম্লরুনা গ্লাস চাম্লি অদুবু মমিত্তি সিটিবসবোমদা য়েংত্তুনা লৈবি । করিগুম্বা সীনেমা দ্রামাগী প্রোপেগণ্ডা লাকপা, পামপ্লেট চাইবা উরবদি তোটেলগী থবক পুম্নমক থাদোক্তুনা মমাম্নবা ময়ামগা লোয়ননা চে থূনবা চেল্লি । অসোমদনা আজ্ঞানা চা

শেমগদবগী গ্লাস ঙাইরি। লৈরং মখোঙদা ফমলিবা আজ্ঞাগী থাউ মৈ হৌগদৌরে। বেশন লৌবা চৎখিবা তোম্বদি দুকান্দারগা ৱারী শুরি। আজ্ঞা অসি য়াম্না ফিংবা শাউগনবা মী অমনি, কুচু মুই, ৱাং চাউই, কোই শাংলপ খাকই ; শিখা চাউনা পুল্লি। থাউগী মরেক্কা চুরবা অমসুং মুরবা খুদৈ অরাংবা চাউরাং অসিগী মথক্তা হেক লৈরকপদগী শুদ্রিবা মোজা ফুরিৎ ফনা নিংথিবা আজ্ঞাগী ফিজোন্নি। অওইবমক আজ্ঞাগী শকফম অসি অঙাংশিংনা য়াম্না কিনিংঙাইনি। থবক ঙাইহাক লৈতবা, আজ্ঞানা পাখোন শিহৌ-দবগা তোম্বা হেক্তা মাঙখি। মমান্নবশিংগী মরক্তা থ্রী কাপ্পী, য়ুমশাবীনচিংবা শান্নদুনা হেক্তা লৈরম্মি। তোম্বা লাক্লবসি আজ্ঞাগী অৱাবা অমা ওইখ্রে। সহরগী মতাই ওইরপ তৌবা মফমদা লুপা ৩৫না শেল্লেপ ওইরগা ফম্বা আজ্ঞাগী হোটেল অসিদা কদায়দগী জ্ঞান তাবা অঙাং থম্বা ঙমগদগে। খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী হোটেল অয়াম্বদা লৈরিবা অঙাংশিং আজ্ঞা চাউনুনা মাগী হোটেলদা ত্রেনিং পীখিবা ফনা য়াম্না য়াউরি। মরক মরক্তা আজ্ঞাসু মশাবু থাগৎ-লদুনা ৱারী তৌরিবনি— "নুপা ঐখোয়না শেমখিবা অঙাংদি মণিপুরগী হোটেল পুম্নমক্না পাম্নরিবনি। রাণী হোটেলগী অমুবা ঐনা পীশক পীক্লা পুবকপনি। মিস্টান ভান্দারগী থোইবা ঐনা মেত্তুনা শেমখিবনিদো। করি হায়য়ে মখোয়গী বিহারী হোটেলদো অদুদা য়াউবা তোম্বা অদুগা অৱাং দুকানগী হোটেলদা লৈরিবা লৈরিজাউ পুম্নমক অসি ঐনা ৱানা লরাই থরাইদা চত্তুনা থীজ-রুপ্রবা খরা হেক চাউরকপগা অমদা হেক্তা চৎখি।" অওইবমক হোটেলগী অঙাং লৌবগী ইন্টরভিয়ুদা আজ্ঞা চাউনুগী হোটেলদা

থবক তৌরকইবু হায়রবদি ওম্থোক্লা পাম্না লৌই। হোটেলগী সংসারদদি ঐজ্ঞা চাউম্নুগী সার্টিফিকেট মমল য়াম্না য়াম্মি। কনা-ঙুম্বা চা থকপা লাকপনা হংই "অদুবু অঙাংশিং অসিনা ঐজ্ঞাবু থাদোক থাদোক্লুনা চেনখ্রিবসিবু করিনো?"

"চেনখিবগী মরম হায়বু অস্তে লৈতে। ইয়াম্বনদি তলব অসি থাদা লুপা মরি-মঙাদমক পীদো অদুদদি থরা লৈরম্লগা মমিৎ মনা থরা শিংলক্লবা কান্দা হোটেল অচৌবা অমদা হেক চৎখিবনিদনা।"

ঐজ্ঞা চাউম্নুগী চৈফু থাঙবা ঙমত্রদুনা তোম্বা নোংমদি ময়ুমদা চেম্নবা থৌরাং তৌরে। অরাবনি ময়ুমদা চরা নামতা চাবা, মমা লুখ্রাবীনা লৈকাইদা শীল্লংলগা মনাউ অমস্তুং মচন পীশক থাকপা অদু পুম্নমক নীংশিংলক্লে। নোংজু পাম্থাদা নোং য়ুখিবনা হিল্লা য়াত্রদুনা মমা-মচা মখোয় মথৈ পুল্লপ অশিন্দুনা নোং য়ুদবা মফম য়েংলগা ফক্লাং নত্রগা উথোঙদা ঙাদুনা ফম্মি। নীংথম থাদা পোম্ফ্রী শেগাইবা অমস্তুং বোরা শেগাইবা মরক্তা হীদান অপাকপা অমদা মনাউ অমস্তুং মচন লোয়ননা মমা-মচা মরী পুল্লপ হীপ্লি। ময়ুমদা মোজাফুরিৎ শেগাইবা অমা ফাওবা লীৎপা ফংদে অদুবু মফম অসিদদি ঐজ্ঞাগী মচাশিংনা শেৎপা ফীরোলগী অমল অকায় থরস্থু মফংই। ঐজ্ঞাগী চৈফু অমস্তুং য়ুমদস্থু লৈত লাইরগী অরাবা অনী অসি খল্লুবদা তোম্বা নুং অনীগী মরক্তা হা ওইরে। থঙহৌদনা মমীৎতগী পি শিম্থরক্লে।

"মেম্মা নঙগী লাইরিক তম্বা অদু ঐস্থু থক্তিক্তা য়াউগেবা" হায়না হোটেলগী ঐজ্ঞাগী মচাম্নুপীদা তোম্বনা হায়। "হায়!

পৈশা পীরগা পাইবেৎ তম্মিনি ঐদি কৈস্সু। নঙগীবু পৈশা লৈজব্রাউ ?"

তোম্বা তুমিন লৈত্রে। মাগী গ্লাস চাম্বগী লুপা মরী-মঙা অদুদি থা খুদিংগী মমানা লাক্কুনা লৌরে। ঙাইহাক লৈরগা মথৱাই সুংঙাইতনা খুন্নকই "মেম্মা ঐগীদি পৈশা পীনিঙাংদি লৈতেবু।"

"অদুদি তাতোম্বা ওঝানা য়ারোইবু।" "এঃ! মেম্মা রা অমা লৈ র। ঐ অসুম তুমিন্না তাগে ওঝাদা হংস্সু হংলোই। ঐনা থঙহৌদবা অদু নঙ ওঝা চৎপ্রগা থরা তাকপীয়ুদনা।" "ফরে তাতোম্বা অদুম হায়না তৌরসি হোরেন্দগী হৌরসি।" মেম্মা অসি পীক্তি পীকই হায়ববু য়াম্না মমিৎ মনা শিংই। মুন্না থম্বরগা অমুক হায়রকই— "তাতোম্বা য়াদ্রে য়াদ্রে।" "কৈদৌরে, ওঝানা ফুগদ্রাও তাবফাও য়াদজাৎলনে ? য়াদ য়াদ্রগা হয়েং ঐথোইমা লাকপদা পৈশা থরা হেক্তা লৌহৌরগে।"

"অদুগী নত্তেনে হোরেল নঙনা লাইব্রিক তম্বা য়াওরিবৈঙদা হোটেলগী গিলাসতি কনানা চাম্বিগনি ?" ৱাফম অসিমদি তোম্বা ঙসাইমথৈ থল্লুদে। পাম্বৈ লৈত্রে, মহাক চিন্তা ভৌদুনা তুমিন্না লৈত্রে। হোটেলদা চা থকপা লাকপা মীশিংনা লাইরিক লাইশু তম্বগী মরিদা ৱারী ৱাতাই কয়া শাবা তোম্বনা তাখি। কনাগুম্বা মীদি তোম্বগী মপা-মমাবু ফাওবা শাউরম্মি। তোম্বা লুপ্রাবী মচানি হায়বা মখোয় থঙদে। তোম্বগী ইমুংদা করি ওইরিবা হায়বা ভাব ইতা তাদনা পৈশা পামদুনা লাইব্রিক তমগদবা অঙাংবু গ্লাস চামহল্লি ৱাথল অসিতা মখোয়না খল্লি। তোম্বগী মতৌ উবদা মেম্মা মথৱাই সুংঙাইত্রে হায়রকই— "তাতোম্বা পাবুংদা হায়দুনা

য়েংসি। নঙনা কিরবস্ থ্রৈ হেক্তা হায়বিগে।" মেম্মগী রাসি তাবদা তোম্বা থরা হয়াওরে। হোটেলগী তাঙ্গা য়েংদুনা মেম্মগী বোরোই খুনবা চেল্লুরে। মেম্মা অমসুং তোম্বগী কুম্মৈস্ অঙকপনি। মখোয় অনী ঙাইহাক্তা থানবা লৈতে। স্কুলদগী হেক হল্লকপগা মেম্মনা তোম্বা থিরৈ। মমানা কৈথেল্দগী লৈরকপা কবোক মেম্মনা তোম্বগী শরুক থুংদনা থক চাদে। মেম্মনা পীবা কবোক অদু য়াম্মী য়ামদে, নঙনা শরুক হেন্না লৌখ্রে অসিনচিংবা কায়দুনা তোম্বনা নিংঙাই তৌই। অঙাং ওইবগী লূরবা থম্মোয়-থীজং কয়াদা নী থিবা, ঐনা কনানো, মানা করিনো, রাখল অসি লৈতে। অঙাংগী সংসারদা মথল মথেল কয়াগী শান্নবা, হরাও মথোই কাবা, নীংবা থু লক্রগা ঙাইহাক পুঙ্গোই ওইনবা অসিনা লোইরে মখোয়গী হায়ববু। অদুবু মীওইবগী চৎনবী অমসুং সমাজগী তুরীনা অঙাং ওইবগী অঙৌবা ফিজংদা মচু শঙলক্কনি নঙনা অদুনি, মহাক্না অসিনি। মতৌ অসুম্না মমৈথংদদি মী অমগা অমগগী মরক্তা অচৌবা পল অমা ওইরক্কনি।

ঙসি মেম্মা লাইরিক তম্বদা পুক্লিং ইচঙ চঙদে। মখুৎনা অমদা নম্মি, মমিৎনা অমদা য়েংই, মচিন্না অমা হায়। লাইরিক তম্বদি কৌরে অদুবু তোম্বদি লাক্রে, খনবদা পুক্লিং তপথবা য়াদ্রে। পুক্লিং চংদবা অসিদা ওঝাগী চৈশু চারে। অসোমদা মেম্মগী লাংরিক তম্বা মতম য়ৌরে থন্দুনা তোম্বনা হোটেলদগী ঙাইহাক নাম্মোক্রবা তাঙ্গা য়েংলি। নোংমা ফাদোকস্ অসুৈঙ কান্দা মী য়াম্না লৎপা তাঙ্গাস্ ময়াউই। অদুবু ঙসিদি মীনা অতৎ অথম লৈথিদ্রে। চা পীয়ু, বোরা পীয়ু, খেচরী পীয়ু। গ্লাস অমা চাম্মি

অনী চাম্মি, প্লেট কেংই ঙসিদি তাঞ্জা অসিদা চাম্বা কেংবগী লোইবা নাইখিত্রে। ঐজ্ঞানা লম্বীদা চৎলিবা মী খুদিংমক চা গ্লাস অমমমতা ওইরবসু থকহন্নিংই। তোম্বনা মী অমত্ত চঙবীরক্তুবদি মুংঙাইনি খল্লি। মাখলদা লুপখিবনা ইখঙ থঙহৌদনা মখুত্রগী গ্লাস নাম্বদুনা তাগ্রে। ঐজ্ঞাগী খুৎপাক অচৌবা অমা চারে।

ঙসিদি তাঞ্জা ফংলদুনা তোম্বনা মেম্মগী লাইরিক ফাক্তো-ক্লদুনা পারি—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| আ | া | ক | া | কি |
| ই | ি | ক | ি | কো |

লান্না পারে হায়দুনা মেম্মনা তোম্বদা খুবাক্না থারে। মেম্মনা তাক্লি—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| আ | া | ক | া | কা |
| ই | ি | ক | ি | কি |

তাঞ্জা অসিমক্তদা ঐজ্ঞানা কৌরকপা খোক্সেল তারদুনা তোম্বা হৌগত্তুনা চেনগ্রে। ঐজ্ঞা চাউন্নুগী য়ুমগা হোটেলগা থোইনা লাপন্দে কৌবদা তাব লমনি। তোম্বনা হোটেল য়োৌখিং-বদদি ঐজ্ঞা শাউবনা মৈ হৌদুনা লৈরম্লে। য়োৌবগা ঐজ্ঞানা হংই— "কদায়দা চৎলুই ?" তোম্বা পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। মপি' ইরা চেল্লে। চা থকপা লাকপা অহল অমনা হায়রকই, "ঐজ্ঞা অঙাং হায়বসিদি শান্নদুনা হেক লৈথোকপনিদনা। ফনবু ফরি অসিদা থবক তৌদুনা লৈয়ু য়ারিবসি ঐথোয়গী ইচা-ইগুশিংদি থবক হায়য়ে চাবগা তুম্বগা ফাওবা হোৎনবা ঙমজদে।" ঐজ্ঞাসু অহল অসিগী মমাঙদা ফুবা চৈবা তোগদবা ইকাইদুনা তুমিন্না

তোকখ্রে। ঙসি তারিখ অমনি। কবোক খরা পুদুনা তোম্বগী মমা লৈরিকমচা লাক্লে। মেম্মগা তোম্বগা কবোক য়েন্নরি। মেম্মনা হায়— "তাতোম্বা নঙনা কবোক য়াম্না লোরে।" তোম্বনা খুম্মি— "মুংঙাইরে হায় চপ মান্নবা য়েল্লিসিবো।" কবোক চাবা লোইরবদা তোম্বনা মমাদা হায়— "ইমা ঐগী মখায় অমা পীরম্মু।"

"মখায় অমদি নঙদি করি তৌগদৌরিবা ?" তোম্বনা খুম্না ঙমদ্রিবৈদা মেম্মনা হায়রকই— "অদুবুরাও য়েংঙোই মাগী অহানবগা ধারপাৎকা লৈননবা।" মমানা য়াম্না ঙক্না হংলকই—"মতুদি নঙদি করি তৌগদৌবিবা ?" "লাইবিকপু করি তৌনবা হৌনবগে ? ওম্নবা হায়বদুনিদনা" অস্তম্না তোম্বনা খুম্মি। মেম্মনা অমুক হায়রকই— "মাদিনে য়েংঙোই ঐনা ৎবা খরা তাকপীদুনা উচি ফারি কিসি কিরি য়ৌরবনি।" রাশিং অসি তাবদা তোম্বগী মমা য়াম্না ঙকখ্রে অমসুং মুংঙাইবম্ন পোক্লে। মানা খল্লি ঐজ্ঞা চাউম্নসিদি মাগী থবকস্ন কাঃবা অদুগা লোয়ননা ঐগী ইচাস্ন শেম্বীবা ওইনা লাইরিক লাইশু তমহল্লিমালে। হংলকই— "মেম্মা ইস্নকুনককা কাদুনা তম্মিবরনে ?" তোম্বনা খুম্মি— "হেরা ইস্নকুন ককা কাবজাৎ নত্তেদা মেম্মনা খরা খরা তাকপীবনিদা ঐগী থবক শংবা কান্দা।" "অদুবু ঐজ্ঞাখোয় খঙলবজাৎলনে মেম্মা ?" "ঐখোই পাবুংখোই ইমাখোই খঙপোৎ নত্তেদা ইবানিনা হেক্তা লোম্না তম্বজাৎনে।" ৱা অসি তাবদা তোম্বগী মমা মমিত্তা ইরা চেনখ্রে, অরা মুংশি য়াম্নরবা থম্মোয় অদু পুবা ঙমখিদ্রে, অদুনা শাউশিম্নরদুনা হায়রকই— "তোম্বা নঙবু থবক্তীদমক অসিদা থম্নগা করিগী লাইরিক তম্লিবনো অহৈ অপা শাবিরে হায়। লাইরিক ককা

তমলু লাকলুম্নু থশক্রুম নি'থিনা তৌ।" অসুম্না রা অমা অনী হায়রম্নগা তোম্বগী মমা চৎখ্রে। ঐজ্ঞাদগী লৌবা তোম্বগী তলব লুপা মরী অদুদগী পৈশা মঙাত ফাউবা মচাগীদমক পীরমদ্রে। পৈশা পিকরগা লাইরিক লৈরুগনি তমলুগনি, মদুগী মহে ওইনা ঐজ্ঞানা থবক তোকহল্লক্কনি। মসি পুম্না থল্লবদা অরাবা অমা ওইখ্রে। লৈত-লাইরবনা ওল্ল-তৈনবা রাখল থলহল্লে। মমা কনানা পীক্লবা মচাবু লাইরিক তমহন্নিংদবা য়াউবগে। তোম্বগী মমা লৈরিকমচাসু তোম্ববু লাইরিক তমহনবা ঙমদবা অসিদা ম্নুমিৎ থুদিংগী কপ্লিবনি, অদুবু ঙসি মচানা লোম্না লাইরিক থর শরদং তমই হায়বা ঙাবদা মচাবু চৈহত্তুনা থম্বিরগ্নিবা মসি থল্লবদা লৈরিকমচা রাবনী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। মফম অমসুং মওমগী মথা পোল্লবা মীওইবনা করি তৌদবা লৈবগে? মমা চৎখ্রবদা মেম্মনা হায়রকই "তাতোম্বা নথোই নমাসি য়াম্না ফত্তে নয়া পৈশা তবাদসু পিরম্মুদনা।" তোম্বা রা অমত ঙাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে। মানা লোম্না লাইরিক থরদং তমজবদা কন্নিগী মমানা চৈহৎলম্লিবা মদু অঙাং ওইবগী রাখলনা লাম্বা ফংখিদ্রে। মমানা মযুম য়ৌখিবদা মী কয়া ঙাইদুনা লৈরমগদগে হায়বসু মহাক থঙবা ঙমখিদে। ঙসি তোম্বনা লাইরিক অহনবা অমা ফাক্তোক্তুনা পাবা ঐজ্ঞা চাউম্নুনা উরুরে। ঐজ্ঞানা হংই— "কদায়দগী লাইরিকনো?" তোম্বনা য়াম্না কিনা খুম্মি— "দুকান্দগী লৈকবা লাইরিক্কি।" "কদায়দগী পৈশানা লৈরুই?" হংবদদি তোম্বা তুমিন লৈখ্রে। পৈশা অসি মেম্মনা মপাগী উপুদগী লৌরগা তোম্বদা পীবনি। অদু তোম্বনা ঙাকথোকত্রে। তোম্বা কদৌঙৈদসু মীনম্বা ঙাংদে।

মরম অসিনা মমানা পীরম্মিনচিংবা ওইদবা রাস্থ হায়জিন্দ্রে, অওইবা হায়দোক্লবস্থ মপানা মেম্মবু ফুবিগদৌরি। ভুমিন্না লৈবা নত্তুনা তোম্বগী পাম্বে অমত্ত লৈরমদে। মাগী ভুমিন্না লৈবা অসি ঐজ্ঞা চাউন্নুগী চিংনবা য়াম্না হেল্লে। তোম্ববু থোইনা তাথিবমক নৎত্রবস্থ মতাং চারিউেদা খরদং রারকপীহোবা ফৈ খল্লহুনা ঐজ্ঞানা ধমকা তৌবা হৌরক্লে— চৈ অমা পায়রহুনা “হুরানবা, অদুক পীক্লিউেনা নখুৎ-শাংবা তম্লবা” অসি হায়হুনা তোম্বা তন্না চংশিল্লক্লে। তোম্বস্থ কিবনা থক থক নিক্লুনা ভুং হন্না হন্না শোরোকলোমদা তপ্না তপ্না লাক্লে।

ইখঙ খঙহোদনা কন্না থোরকপা গাড়ী অমনা তোম্ববু থেঙ্গাইগ্রে। হোসপিটালগী ফমুং অমদা তোম্বা মমিৎ উইশিন্দুনা ভুম্লি। মর্নাক্তা মমানা অঙাং অমা পোরহুনা তোম্ববু নানবিরি। মতম অসি তোম্বদি মঙ মঙলি। মপা শিখিবা চহী অমা মথায়-রোম ফারে। অদুবু মাগী মঙ অসিদা পৈশা য়াম্না পুরহুনা লংফৈদগী থুংলরে হায়না তৌই। মপানা তোম্বগীদমক লাইরিক, শিলেট, কাঙগ্, থোঙগ্রাও য়াম্না লৈবিরকই। মফী শেৎপা লোইদুনা মপানা তোম্ববু স্কুলদা থিন্নবা ঙাইরি। তোম্বনা চোইরোল ওইনা হায়রকই— “ইমা! ইমা! পাজী ঙাইহুনা লৈ:র লাইরিক পীরকও ইস্কুন কারগে।” রাহৈ খরা অসিনা তোম্বগী পুন্সিগী অরোইবা থোনফম্লি।

মেম্মনা তোম্ববু থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা ঙাইরি অদুবু তোম্বদি অমুক হলকপা লৈখিদ্রে। চহী কয়াগী ভুংদা ঐজ্ঞা চাউন্নুগী হোটেলস্থ মতম কুইনগী ওইনা থোং লোনখ্রে।

বাসন্তী-চরোং, ১৯৬৭ ইং

# লৌখৎপা

নীলবীর শাস্ত্রী

ঙরাং সন্ধ্যাবাইদা সুমতি চেনখিবনি, অদুবু ঙসি ফাওবা কনা অমত হায়দোকপা লাক্তি। মাইকৈ পুম্নমক্তা মী থাদুনা খিনরে অউপ্পা উনা লোংনা হায়দোক্তুনা য়েংবা হায়বতু যোবে। মায়কৈ পুম্নমক রা রা লাউনরে। কৈরোল লৈকাইগী মুপী-অভাং, পাখঙ-লৈশাবী পুম্নমক তিন্নত্তুনা হংনবা অমসুং খন্নবদা কনা অমতনসু অসিগুম্বা মীতাদা চেল্লম্বা য়াই হাযবা কনাসু হায়বা ঙমদ্রে। লৈকাইগী পাখং লৈশাবী অমতনা সুমতি অসিগুম্বা পাখঙ অমগা মুংশিনৈ হায়বসু লৈতে। হায়ফমসু থোক্তে। মরমদি মীনা ইকাইখুম্নবা ইমুং ওইবগা অদুগীসু মথক্তা ইমুংগী অহল্লমন্না য়াম্না চেকশিম্না থম্মী। তোতিদা ঈশিং শোকপা থোকহন্দে, তুরেন্দা ঈরুজবা কুম্বহন্দে। মশানসু মবম ওকপী, লৌশিং লৈবী ওইবনা সুমতিনা পাখঙ অমদি লৈকাই মচেম মনেম কনানা মঙোন্দা রা অমতং হায়নবগী তাঙ্গা খক পীরমদে। অসুক মরম ওকপী লমচৎ ফজবী মুপীদি পঙনা উবা ফংলোই হায়না খ্বাইনা হায়রমৈ। মহাক চেনগ্রে হায়বা অসিমক লৈকাই পুম্বগী ঙক্ন ফম ওইগ্রে।

সুমতিগী মখুরা দিনমণিদি রাবগী পন্দোন লোমগ্রে। সুমতিগী মপা মমা কনা লৈত্রে। মাগী হায়ববু মখুরা অসিতনি। সুমতি মতম চাদনা নোংদোন লাইরৈবাক পাংগ্রবা মপা অমসুং মমাগী

ভাইবঙদা অনী শুদনা থমজরম্নবা লৈরাং চান্নি। দিনমণিনা অপোকপা মচাদগী হেম্না লুনা তৌজবনি অদুবু ঙসি সুমতিনা মতৌ করম্না কদাইদা চংখিবা। মসি খনবদা জ্ঞান মাঙলরে। পাউ অমত ফংগ্রবদা পুলিসন্তা রিপোর্ট তৌরুরে। করিগুম্বা নিংবা কায়বা অমদগী আত্ম হত্যা তৌগ্রবরা হায়না চিংনদুনা ঈশিংদা কুমদুনা থিনরে, উতোন রাতোন্দা য়ে নরে। মমৈথংদা উচিন নাচিম্না পাউ হায়দোকপা লাক্লে। সুমতি চেনখিবা শোয়ররমদ্রে। পাউ তারগা লৈকায়না অমুকস্থ হেন্না ঙকখ্রে। মানা মুপা অসিদা চেনগদবগী মরম অমত লৈতে। মরমদি মুপা অসিগা মাগা মরি লৈনবস্থ নত্তে। অদুগী মথক্তা অহল্লমম্না থাজদুনা রা লোইনদুনা লৈবা মীনি। অদুবু মানা করিগী অস্থক ঙাইঙমদনা চেনগ্রিবা? লৈবাক মমাংদা লেম্না লুহোংদুনা শামু-থক্তা তোংদুনা লেম্নবগুম্না বর্মাই বেঙ্গুন মাং থাদুনা থিনবা মহাক করিগী পামদ্রিবা মসি কনানস্থ খঙবা ঙমখিদ্রে। মাগী মতৌ অসিদা মখুরা অমস্থং মন্দোলনা শাউবনা মৈ হোরে। মচাদগী হেন্না লুনা তৌজবা মিৎনফাও কন্না য়েংজদবনি। ইবেম্মা মুপীমচা হায়বদগী হেন্না মমিং ফাও কন্না কৌদে। মপা মমা লৈতবী মরাইবক থিরবী ছুপীমচা অসিনা কদায়দা মুংঙাইখিরোইদগে খন্দুনা ঙমথৈ লৈতনা লুনা তৌজে। তাইবঙ ইপাক রাংমা লানগ্রবা ময়াম্বু নিশিংনবগী অমতা ঙাইরবা থুদম অসিবু উরগা মমিংতা পি তানা কপচৈ। হান্নস্থ থাজদুনা লৈবনা লৈকাইনা মুস্থক মুস্থক ঙাংনবা হৌনরক্লে। কনানা হায়, "মখুরাগা মন্দোলগা তানদুনা লুহোংবদা পৈশা চঙহল্লিংদদুনা শেমদুনা থাদোকখিবনি।" কনানা হায়— "মন্দোলনা

মুপা অসিদগী লুপা কোকথোং অমা লোহোরে।" কনানা হায়—"লৈপুংনা ষণ শাববু মো থোংবা হৌনব্রা? অপোকপা মপা মমামক নত্তবনিনা শেমদুনা থাদোক্লিবনি।" হায়া থাজদুনা লৈবা ওইবনা থৎন চৈনবগী রাকমদি থোইনা লৈতে। দিনমণি শাউবনা মৈ হৌদুনা মচানুপী সুমতি শিগ্রে হায়দুনা চফু-উয়াল ফাউবা থুগাইগ্রে। লুহোংবদি লায়রদুনা মাগী মমিং ফাউবা পনবা য়াথিগ্রে। মহাক মপান থোকখিগ্রে, মীরক তিনথিগ্রে। সুমতিগী রা হেক নিংশিংবদা মথয়তা শাউবনা মৈ হৌই, নুংশা শোর মপী হোল্লি। অদুক মরম ওকপী, অদুক হায়বা ইনবী, অদুক লুনা ভৌজবী, অদুক মশক মতৌ ফজবী অমসুং থোং নৌরবী সুমতিনা করিগী 'মথুরাবু ইকাইবা পীরম্লিবা। মথুরানা মঙোন্দা করি অরানবা তৌখিদুনা মসি কনানসু খঙবা ঙমদে। খল্লকই সুমতি অসি ঙাওরব্রা? নৎত্রগা কনাগুম্বা ঐবু য়েংথিবা মীশিংগী থোইনশিন্না ভৌরিব্রা?

থোদোক অসিগী মরমদা মী পুম্নমক দিনমণিগা মাগী মুপীগবু থিনা ঙাংনৈ। অদুবু অওইবা রাদি কনানসু খঙবা ঙমদে। অদুগা মচা অপোকপা নত্তবনিনা শোয়দনা মীরাইনা ভৌরমগনি হায়বসি মী পুম্নমক্না থম্নৈ। অদুমকপু কনা অমতনসু মসিগী খুদম অমত্তং পীবদি ঙমাথদে। দিনমণিগী মচা পাখঙ অমা লৈ। মমিং নবীনচন্দ্র কৌই, বী, এস্‌সী. পাস তৌরে। এম, এস্‌সী, তম্বা চৎকনি হায়দুনা মপা মমাদা নিংঙাই তৌই। মপানা পৈশা লৈতে লাইরিক তম্বা ভোক্লো হায়না থিংই। সুমতি চেনখিবা থরা লৈরগা মপানা কলকত্তাদা থাদুনা মখা তমথহনগ্রে। সুমতিগী মরিক মকোন

মাগীনি তম্নম্বা অউনপোৎনচিংবা লোইনা য়োম্বোক্লুনা এম, এসসী, পাস তৌগ্রে। মরক অসিদা সুমতিদি অরাবা খুদোং থিবত মাগী মশরুক ওইগ্রে। মনেম-মকু অনীমক শিগ্রে। মাগী মপুরোইবা দেবেনদি এম, ই, স্কুল অমগী ওঝানি। মপা মমাগী শোরাৎতা অমসুং লায়েংবদা মীগী মরলনা খ্বাং কোইগ্রে। নোং ঙানবগা শেল থৌবা লাকপা মীনা সুমাং মাঙোল থনগ্রে। য়ুম ঈংখোল য়োন্দুনা মীগী মরল শিংনরে। অদুনসু কোয়দে। হৌজিক লৈকাইগী মরুপ মপাং অমগী মমাং শঙোইদা লৈদুনা য়াম্না রানা মতম লেল্লি।

নোংমা দেবেননা হায়— "সুমো ঐখোয় লাইবক য়াম্না থীরে, মীগী মরলনা খ্বাং কোয়রে, লৌরি ইংখোল অমত লৈত্রে। নখোয়গী খুরাদা লোখৎপীরো অমুক্তং হায়রসি। নঙগী নরিক নকোৎনচিংবা অউনপোং থরদি শোয়দনা তম্লক্লনি। মদুনা ঐখোয়গী অরা অনাদ মতেং থরদসু ওইনগনি।"

সুমতিনা ঙায়হাক মক লুকথনা থল্লগা হায়রকই— "লিক কোন্দগী রা নত্তে ঐগী ইংখোল লৌ-শিং শরুক য়াম্না লৈ। খুরা-খোইনা লৈরিবা য়ুম অসিমকসু ঐখোয়গী পাবুংনা শারম্বনি। ঐখোয়গী করিস্থ রাৎলোই মতম চাত্রি হায়রুনা তৌবনি।"

"তো তৌরেদো নঙগীদি হেক হায়রগা মতম চাত্রি হায়বসি মঙাই, কয়া কুইরগা চাগদোবা মতমনো? নখোয়গী খুরাগা নন্দোলগা শাউদুনা করি তৌনি হায়বগে লোরী ইংখোল পীয়ু য়াত্রগা কেশ হেক্তা তৌসি।"

"কেশ তৌগ্রবস্ু মরাইনা পীজরককনি। ঐনা তামো লাইরিক তম্বা লোইবা ক্ষাওবদং ঙাইবনি। ঐখোয়গী পাবুঙচাগা ইন্দোন-চাগনা ঐবু লুনা তৌগ্রপোৎনি। অদুগনে ঐখোয়গী তামোখোয়দি ঐগী তু নামন্তং তৎপদা মথৱাই থাগে হায়রিপোৎনি। নখোয়না চৈরিসে তামো তারবদি য়ারোইদপোৎনি।"

"সুংঙাইদা নখোয়গী তামোদি এম, এসসী, পাস তৌদুনা অফিসারদুম ওইগ্রে। নহান্দা খবরদা য়াওখিবনি তলব ককা য়াম্না চাউগ্রপোৎনি।"

"অদুদি নহানমথৈ ঐঙোন্দা করিগী হায়দ্রিবা ?"

"কনানা খঙগনি ঐদি নঙস্ু থঙমদবোই নিংই।"

"অদুদি য়ারে তামোদা চিঠী ইরসি, ঐবু লৌখৎপীরো হায়রসি। ঐদি খুৎ য়াম্না থী, নঙ ইয়ু ঐ হায়রক্কে। ঐখোয়গী অৱাবা মতম লোইরে।"

"নঙগী পৈরী পৈরীবা ময়েক অদুনা ইয়ু। বনানস্ু থর থর লাল্লদুনা মদুনা থোইনা নখোয়গী তামোনা সুংশিনি।"

"হুম ইকাইজে নঙ ইয়ু ঐ শোই তৌগে।" অমুম্না মখোয় চিঠী ইবা হৌগ্রে। নোংমা নবীনচন্দ্রনা সুমিদাংৱাই কোইখো-ক্কদবগী মফি হোংলিঙৈদা চিঠী অমা থুংলরে। চিঠিদা অমুম্না ইরি:-

ঐগী সুংশিজরবা তামো।

ঐনা করিগীদমক্তা লোম্না চেনখিবা অমস্তুং পাবুংচাগা ইন্দোনচাগবু করিগী ইকাইবা পীখিবা ঙসি কাউবা কনাদস্ু হায়-দোক্লক্কে। ঙসিদি নতম চারে থল্লদুনা তামোদা থঙহজ্বরিবা অসিনি। নোংম সুমিদাং ফুঙ্গামপান্দা পাবুংচাগা ইন্দোনচাগা ৱারী শাবা

তাই মতম অদু ঐ ফমুংদদি হিপ্লে হায়ববু অস্থুম থোকউ হায়বহুনা তুম্বদি থক য়ারমদে। ব্রারীদি তামোগী লাইরিক মথা তমথনবা অমস্থুং ঐগী লুহোংর্বগী মরমদনি। মতম অসি তামোনা এম, এসসী, তম্বা চৎকনি হায়না নিংঙাই তৌই। পাবুঙচানা পৈশা লৈতে হায়। তামোনা মথা তমহন্দ্রবদি লোম্না চেনগ্রনি এরোপ্লেন থৌবা ওইগ্রনি হায়। তামো নব্রিংজেল য়াম্না থায়, তৌগনি হায়গ্রবা অদুদি শোয়দনা তৌই। নঙ পাইলোট ওইথিগদ্রা হায়না পাবুঙ-চাস্থ ইন্দোমচাস্থ ঐস্থ য়াম্না ব্রারম্মী। অথেংবা অহিং অদুদা পাবুঙ-চানা হায়— "করম তৌসি হায়বগে ? মুপামচানা লাইরিক তম্বা চৎকনি হায়রিবসি পৈশাদি অমত লৈতে। তারবদা লুপা লিশিং মরীদা শোয়দনা চঙগনি।"

"ঐস্থ মদুগীদমক থনবদা জ্ঞান মাঙলে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা এরোপ্লেনগী পাইলোট ওইগনি হায়দুনা লাকই। হৌজিকস্থ মাবু এম, এসসী, তমহন্দ্রবদি লোম্না চেল্লনি এরোপ্লেন থৌনি হায়জিল্লক্লে।"

"লুপা লিশিং অম অনীদং লৈরিবা অসিদি মচনগী লুহোংবা ফাওবা ওক্লোইদৌরি, নিঙোলবু চাউনা থম্ববু য়াবা নত্তে। মীনা করি হায়থিনি। অপোকপমক ওইরবদি লুহোংবসি চহী অনীদং পম্থরগা মবুঙ লাইরিক তম্বা লোইরগা হোংবস্থ য়াইদো। মহু হেক তৌবদা মীনা কানা কানি হেক ঙাংনগদবনি।"

"য়াম্না লুগদৌরি তৌরিবসি ঐস্থ থনফম থোক্তে। ইচা মথস্ত পোকপদা করিগুম্বা পাইলোট ওইদ ওইথিবা তারবদি.... ।"

অমুম্না পাবুংচাগা ইন্দোনচাগা অৱাবা ৱাখল্দা লুপ্পৱম্মী। মতুংদা ঐনা য়ুম পানখিরোই নিংঙাই তৌই, অদুগুম মখোয়না য়াদে। তামো নঙনসু লাইৱিক তম্বা চৎকনি নিংঙাই তৌই। মমৈথংদা ঐনা পাম্বে অমনা লোন্না চেন্দুনা পাবুঙখোয়বু শাউহন্দুনা ঐগী লুহোংবদা চংগদবা পৈশানা তামো লাইৱিক তমলুৱিবত্নি। তামো নঙ নত্তনা ঐগী কনা লৈ। পাবুঙচাগা ইন্দোনচাগা শাউদনবা নঙনা হায়বীয়ু। তামো ঐ ৱাম্না ৱারে। য়ুম ইংখোল লৈত্রে। তামো নঙগীদি তলোপ য়াম্না চাউরে, ফম চাউনা নাইরে হায়, অদুবু নোংমতসু ঐবু নিংশিংখিদ্রে। তামো ঐনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু। তামো ঐবু লৌখৎপীরো। য়েংঙোই লৌখৎপদা লিক-কোল অমতা তম্বীনু। মীগী মযুমদা তাংতুনা লৈবসি য়াম্না ইকাইরে। য়ুম ইংখোল অসিদদি শৱ হন্দোকপীয়ু। পাবুঙচাগা ইন্দোনচাগদা ঐনা খুৱমজৱকই তম্বীয়ু। ইতি

নঙগী নচল

সুমো

চিঠি অসি পারগা নবীনচন্দ্র মমাদা—"ইমা সুমোগী চিঠি" হায়রম্লগা কপ্পুদা ইমুংদা চঙখ্রে। চিঠি অসি মমাগা মপাগসু পারে। দিনমণিদি নোংখোংবগুম কপলক্লে। নোঙ্গাখ্রবা ময়াম্ববু কৌতুনা কপ্পা হৌরক্লে।

ময়াম্বনা মখুৎ পায়তুনা শিৱমদাইগী মতমদা মচাবু শিন্নৱম্বা, ময়াম্বনা চৱা নামত চাতুনা ফি শেগাইবা শেৎতুনা মাবু মহৈ তমহল্লকপা মী ওইহল্লকপা পুন্নমক মথং মথং ওইনা নিংশিংলক্লে।

ইথঙ থঙহৌদনা হায়রকই— "সুমোদি মপাগী মচানি, কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে। সুমো সুমো ইপাগী ইবেম্মা সুমতি....।"

বাসন্তী-চরোং, ১৯৬৭ ইং

# তংখ্রবা পুন্সি লৈপুল

**নীলবীর শাস্ত্রী**

মেরা রাফুকপা নুমিৎনি। পূর্ণিমাগী নিংথিবা থাজনা অতিয়া মকোয়দা মোমোন নোক্লি। থরোনচিংবা অহিং শাৎপী লৈরাং কয়ানা হরাও মথোই কাজরি। ফজবা ঋতুগী মতম ওইবনা হৈপাল লৈপাল ফাউবনা হরাও মোমোন নোক্লি। তাইবঙ মীওইবগী পুক্নিংদি করি অমুক হায়রুখিগনি। শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডপ শীনা চোন্না তিল্লে। রাসকী নুপা পালা হৌগ্রে। মতম অসি ফাউবদা রাস খুরুম্বা লাকপা মীশিংনা ঈহৌরকপগুম্না অতৎ-অথম লৈতনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তম্মরক্লি।

মতম অসিদা মৈত্রবাক্কী মপুং চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী সনা সঙ্গাইগী সিরিদা ফম্লদুনা কনাগুম্বী লৈশাবী মচা অমদি অরাবা ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈরি। নুপা পালা হৌখিবা ফনা কুইরে ঙাইহাক লৈরবদি মজাইবেম্মা রাস খুরুম্বা লেঙথোক্কে তাকপী-রক্লগনি। মহাকম্ম মজাইবেম্মা থাদোই সনাগী থৌগল ওইনা থোক্কদবনি। অরাবদি মজাইবেম্মনা মনাই নুপীগীনি হায়না থোনবিবা ফনেক্কি নহাল মমা লাক্লম্বদা মচেগী শেৎনিঙাই ফনেক অমত্তা লৈতে হায়দুনা পীথোকখ্রে। ঙসি অয়ুক নোংঙানবদগীনি কবোকলৈনা ফনেক অমতং কোম্মুং মম্মুংদা থৌগল তৌদুনা লৈরিবী মমাম্মবীশিংদগী রায়গে হায়না হোৎনবা অহুবু নুমিৎ অসিদদি

মখোয়স্থ মজাইবেম্মশিং, মমাশিঙ্গশিংগী থৌগল তৌবা খোক্নদবনি। থৌগলনাইমক গুইরবস্থ মখোয়গীস্থ সংসার অমনি। আশা কয়াগা লোয়ননা মখোয়গী পুন্সি ঈচেলস্থ চেম্থরি। মাগী মাগী লৈজবা লিক-কোল শিরদুনা ঐনা মহেক্লি মতাগুম থোক্ল-গদৌরিবনি।

খোঙচৎ য়াঙবা মতমগী ঈচেল মতিক চাউবা কনানা মিৎকুপ অমতং পলহলবা ঙম্বা য়াউবগে। কায়না হায়না সুপা-পালা লোইখ্রে। মহাক ঙসাইনা মজাইবেম্মাগী নাক্তা চঙদুনা শম-না হাৎপা ফি-রোল লাম্থোকপা মতম য়ৌরবনি, অদুবু মাদি মজা-ইবেম্মানা রাস খুরুম্বা চৎলসি তাকপীরকপদা করি খুমশিগে খনবদা রাখল-লংজা পুন্দুনা লৈরি। অতৎপা লৈতনা কাখৎলক্লিবা পূর্ণিমাগী থাজনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈখ্রে। মমৈথংদা খঙহৌদনা মিৎলু নাপোম অনীদগী শিম্বরকপা পিরাংনা নিংথিরবা চাঈরুং অনীমক চোৎখ্রে। মহাক খঙহৌদনা মরু লুকথখ্রে, রায় রায় লাউনা তারক্লিবা শাইনোম্না রাহুনা উমশিল্লরুবা থাজগুম নিংথিরবা মাইথোঙ অদু কুপশিনখ্রে।

তাঙ্গা অসিদা নৌরবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই — "কবোকলৈ"! কবোকলৈ কদাইদা চৎগ্রবগেনহায়।"

অরাবা ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈরম্বী লৈশাবী অদুনা ইকিং ফিংনা খুম্মি— "ঐজ্ঞা ননাই ঐহাক লাকচরে।" অসি হায়না থুনা য়াঙনা মজাইবেম্মাগী নাক্ত চঙশিনখ্রে।

"হায় অঙাওবী! খুমিৎ অসি কয়া থেঙজিনখ্রে।' সুপা পালা লোইখ্রে হৌজিক ফাওবা ঐগী ফিরোল লাম্থোক্ত্রি।

হায়মা! মশম-নদা ককা অমত হাৎত্রিবা। কৈদৌরবগে নঙবু? ঙসি য়াসনি ককা হায়বা কাউরম্রাও?"

· কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচ্চে "ঐজ্ঞা ননাই ঐ হকচাং য়াম্না ঙমদ্রে। ঙসিদদি থৌগলসি ................।"

মজাইবেম্মনা শমজেৎ হাৎনা হাৎনা হায়রকই— "অঙাউ-বীসিদি অরাপ্পদা চৎকদৌবস্তু নত্তবা মাগুপ ফাওবদং থোকপদা নঙ শিরনিহায়। কুইরক্‌মসি ঙাইহাক্তং রাস খুরুম্নম্মগা হল্লকসি। ঙসিগী জগোইদি ঈনেমশি য়াইমনা মকোক চিংলিবনি। ঙাইহা-ক্তংদা ওইরবস্তু থোক্লব্রবদি ঈচেমশিনা রারৌখিরোইদ্রাও। সে শমজিরৈসিত্থম অমুক্তা থেৎলুসে।" শেৎকদবা ইনগদবা পুন্নমক লোইরদুনা মজাইবেম্মা মোরাদা লেঙশিনখ্রে। মনাই য়েংলদুনা ত্তাকপীরকই— "চৎলো চৎলো নঙ য়াওদ্রবদি ঐস্থ ইথস্ত চৎপসি মুংঙাইত্তে। ঙাইহাক্তং য়ৌরুরগা তম্না হেক হল্লকসি নক্তি শেৎচরুরো।"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচ্চে— "ঐজ্ঞা ননাই ঐবু........।"

"কন্নি অমুক তৌরবগে?"

"ননাই ঐহাক্কী শেৎনবা ইক্তি ফনেক অসি কয়া জুৎ চাদ্রে। নহান্দা ঐজ্ঞানা লৈবিবা অদুস্থ ঙরাং ইমা লাক্লম্বা অদুদা ইচেগী শেৎনিংঙাই লৈত্রে হায়দুনা পুবিগ্রে।" অসি হায়রগা মমিৎত্তা মপি তরং তরং শিল্পবা হৌরক্লে।

"থিদা অঙাউবীসিদি অদুগীদমক্তবু কপ্পা হৌনব্রা হায়না হায়বদি করি ত্তৌই, নচিন পাঙ্গ্রাও। সে শো অসি লৌ,— উপু

হাংদোক্লগা নহাল লোৗহৌবা ফনেক অহনবদো নওগীদুগা লৌমিন্ন-হৌবদো মদু পুখো। খুৱকউ— সে" অসি হায়না শো অদু লাক্লনা লংশিল্লকই।

কবোকলৈনা য়াম্না নোল্লুক্না হঙ্গচৈ— "ঐজ্জা ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঞ্জগে, অহনবা অসিদি তাকপীগনু।"

"ইহে! ঐনা হায়রিঙৈমক্তদা মানা অহৈ অপা অমুক শাব শাই।" অসি হায়না মজাইবেম্মগী সনাখুৎনা উপুদগী লৌথোক্লনা ফনেক অহনবা অমা পীবীরে। মনাই মুপী অদু মপুন্সিদা শেৎপা ফংজদ্রিবা, মজাইবেম্মনা থোম্নবা থম্বা ফনেক অহনবা অমা ফং-লবদা হরাও হরাওনা চৎগ্রে। কবোকলৈ কেজবনা লোইরে। খল্লকই— ওসিদি মজাইবেম্মনা পীবিবা ফনেক অসি মমান্নবী পুন্নমক্তী মিৎ থম্ফম ওইরগনি। মশম-মনা হাৎপা লোইরক্লনা মিংশেল য়েংনা য়েংনা নাচোম অমা নাপদা থেৎনা থেৎনা নোকফেৎ তৌবা শাই। মপুক্লিংদা খল্লকই— নহান রায়ুংবগী জগোইদা ঐঙোন্দা মুনা মুনা য়েংবা মপাইবুংঙোগী থৌগম্লাই পাথও অত্তুবু ওসিবু রাস খুকম্বা থোক্লক্লদ্রসে। ওরাংসু ঐনা চেংহি লুজরিঙৈদা চেংহিত্নুম নিরবশাই।

কবোকলৈনা কেবা মথৈ কেরগা হরাও মথোই কানা তফিং তফিং লাকপদদি মজাইবেম্মদি ফি রোল হোংদোক্লনা ফমুং খুদাদা হিগুনা লৈরম্লে। কবোকলৈ চঙলকপা মজাইবেম্মা ভাব তাদবগুম তৌই। মিৎতা পি তত্তনা শিম্বুরি। মুংশা মপী ফুইনা হোল্লি, কন্নিগুম্বা অরাবা বাথল অমদা লুপ্লগুম তৌই। কবোকলৈনা ওসাই হায়রম্বা "ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঞ্জগে" বাহৈ

থরা অসি মজাইবেম্মগী নাকোংদা তত্তুনা নিন্দুনা লৈরি। পামেল উপালদা য়েৎচত্তুনা হাই-হুম্না লৈরবী উরীনা মালং ঈপোম লাংবদা মালেম লৈওম্নবগুম হৌজিক্তা হৱাও মথোই কানা পুক্লিং মকালায়া লৈহৌবী মজাইবেম্মনা অৱা মৈশা লাংনা লৈরম্বা উবদা কবোকলৈ ৱাখল লংজা পুনগ্রে। ঙাইহাক্তি রা অমতা ঙাওদনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরে। মহাক্না থল্লি—মাবু ঙাইনবদা ৱারৌরবী মজাইবেম্মা ৱাস খুকম্বা লেংথোক্লরোই থল্লমাল্লে। ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না কিনা হঙ্গচ্চে, "ঐজ্ঞা ননাই ঐহাকপু হন্দকী অসিদদি ঙাকপীয়ু। মতুংদদি থৌগলদা অপনবা থক থোকহনজরোই। ননাই ইমা লাইরবীনা ঐগী ফনেক পুখিবদগী সনা পুক্লিং মুঙাইতবা অসি থোকহল্লে। মতম অসি ফাওবদা মজাইবেম্মা রা অমতা ঙাঙবা লৈতনা করিগুম্বা অৱা চৈনাথোল অমা থাঙবগুম উরি। মনাই মুপীনা চঙশিন-খিদুনা থোঙ পায়না নোইবা হৌরকই। মজাইবেম্মনা য়াম্না তপ্না তাকপীরকই, "কবোকলৈ ঈশিং থৱা পুরকউ—ঐগী লৱাই অসি মৈহৌবগুম শারে। ওঃ ওম্থোকপনি, নঙনা ঙসি ঐবু ওম্থোক্লা ৱাহল্লে। মতুং মনাউদি নঙ ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল থক নিগন্নুকো।"

ৱাহৈ অসি তাবদা কবোকলৈ লৱাইদা বজ্র তাবগুম থোকখ্রে। হৌজিক্তা মহাক্কী নিংথিরবা ফনেক অতুগী মপান্না পুক্সমকী মিৎ-থমকম ওইরগনি থন্না হৱাউজরম্বা ফি অতু হৌজিক্তি মতুনা মশাদা থোংবদা মৈরীগুম শাবা ফাওরে। ইকাই-খুংশি য়াম্নরবা থম্মোইনা থল্লকই— ফনেক অসি শেগাইদুনা লংথোবগ্রসিরা। য়াম্না কিনা

মমিংতা ঈয়া চেয়া হঙ্গচ্চবা শাই— "ননাই ঐদি অঙাংনিনা মপুনা থোনবা চরৈ ফিমন মনাইনা খুনবা হৌনদে হায়বদি খঙজরুদে। মতুং অমুক হন্না তৌজরোই, ঙসিদংদি মজাইবেম্মনা ননাইনি খন্না ঙাকপীয়ু।"

মজাইবেম্মনা মথা অমুক তাথরকই— "ঙসি জগোই মুমিৎ অসিমক্তদা নঙনা চরৈ ফিমন নিবকো।"

কবোকলৈনা অঙাং ওইবগী অপঙবা বুদ্ধিদা খঙ্গবা শাই— জগোই মুমিত্তা মনাইনা মপুগী চরৈ ফিমন নিনদবোইরে। কপ্না কপ্না হঙ্গচৈ— "ঐজ্ঞা ননাইবু অঙাংনি খন্না ঙাকপীয়ু।"

কবোকলৈ মজাইবেম্মনা য়াম্না লুনা তৌজবী মনাইনি। মাগী মতৌ অদু উবদা ওম্মোক্লা মুংশিবা পোক্লে। মহৌশানা থৌজাল হৈবা থম্মোয়দি শৌদোকনবা ঘী-মাখনগুম অৱা-মৈশা থক্তিক্তং ফংবগা থুনা মহী চেল্লি। তাকপীরকই— "অঙাওবীসিদে নঙনবু করি অরানবা তৌগ্রবগে? কবোকলৈনা তপ্না হঙ্গৎলকই— "ননাই ঐনা থৌগল্লোন খঙদবনা ওম্মোক্লা লঙজগ্রে।"

মজাইবেম্মনা তাকপীরকই— "হায় অঙাওবী! কনানা মপুনা শেৎপা চরৈ ফিমন মনাইদা পীবা য়াদে হায়গে? অদুগা য়েংঙোই নঙনা ঙসিগী মুমিৎ অসিদা ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমন নিবসে মসিনা ঐঙোন্দা ওম্মোক্লা অৱাবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লে। থৌদোক অদু অকাউবগী ফিজ্জংনা মতম কুইনগী ওইনা কুপশিন্দুনা থম্বা পামগ্রবনি, অদুবু নঙনা ঙসিদি অকাউ ফিজ্জং শেগায়দুনা নিংশিং-মৈয়ীনা থম্মোয় কায়না চাকহল্লে। থৌদোক অসিবু নিংশিংলবদি ঐগী হকচাংদা থোংলিবা ফিশিং অসি থাম্বী মৈগুম মৈশা লাংলকই।

বা অসি তাবদা কবোকলৈ ঙকপনা লোইখ্রে। মাম্না নোল্লুক্না ছঙ্গৎলকই, "ঐঙ্গা থৌদোক অদু মনাই ঐঙোন্দসু অমুক্ত লীবিয়ু। মচা মনাই ওইবনিনা পুক্নিং লৌশিং ওইহোগে।"

মনাই মুপীগী নোল্লুকপা থম্মোয়গী মথা পোল্লবী মজাইবেম্মনা ম্বারী লীবা হৌরকই— "মতম অদু ঐ নোংমাইথেমদা লৈরি। মুমিৎ অদু অসিগুম্না জগোই মুমিৎ থোক্লম্মী। ময়ুম পাল্লবী মুপীশিংনা মপাম চৎনিংবা মহৌশানি। জগোই থোকপা খুদিংদা ঐহাক হেক হেক খুকম্বা লাক্লম্মি। সনা কোম্মুং হায়বসি ঈপামগা ওইবনিনা ঈনিং তৌনা চা-থক্কুনা খরা থেঙবা ক্ষাওবমু মরৈথোকই। মুমিৎ অদু জগোই য়েংলগা হল্লকপদা খরা থেংদোকখ্রে।"

য়ুম পানবী চৎনরোল মপুরোইবগী অচেৎপা বাবক, মনেম-মকুগী ইকাইখুম্নবা পুম্নমক অসিগী জ্ঞান লৈত্রিবী কবোকলৈনা ঈপঙ পঙনা খুমজবা শ্যাই— "অদুবু থেঙদোকখ্রগা সনা কোম্মুংদা তুংঙাইনা হেক লৈথোকপা য়াবদুবু। মজাইবেম্মদবু কনানা করি হায়জরনি হায়বগে।"

মতম অসিদা জগোই রাসকী মোইবুঙ থোঙ্গেম্না শ্রীগো-বিন্দগী মাঙপতা নঙনা সনা কোম্মুং পুম্নমক থোম্থাং য়ৈনা পুম্নিন হেক মিল্লকই। মহু তাবদা মজাইবেম্মা খুৎলোম্নিনা লু লুকথনা অমুক্তং খুকয়গা মথা তাথরকই— "করি হায়বা চরোদা অঙাও-বীসিদি, ময়ুম পাল্লবা মীনবু নিংথৌ মচানি হায়দুনবু মপামদা হেক লেকথোক্কুনা লৈবা য়াত্রনে। নঙসি হয়েং নয়ুম নকৈ পাল্লগা লম ইহেল হেক হেল্লদুনা ঐখোয় য়াউনা চোঙ্গক্করবনি।"

কবোকলৈদি মথা তানিংবনা খাঙবা ঙমত্রে— "ঐগী মথা করি তৌগ্রবগে?" মজাইবেম্মনা মাইথোং লাংশিন্না শকফম হল্লিন্না রারী মথা লৌথরকই— "ঐবু লৌবা মঙ্গাক ইবুঙোনা ঐনা থেঙনা হল্লকপগী মরীদা পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা রা কন্না হায়খি। ঐস্থু শাউবনা রাহৈ কয়ানা পাউখুম পীখি। মমৈথংদদি খুৎ থোক্লক্লে।"

"ইঃ! মজাইবেম্মদবু মখুৎ থোক্লা হেক ফুগ্রবা।" অস্থুন্না মরক থৎনা কবোকলৈনা হঙ্গৎলি।

"মাগী উশিত্তবা মতৌ অদু উবদা ঐ শাউবনা মৈ হৌরকখি। খোঙনা নেৎগ্রবা লীল অমোমগী মতৌগুম ঐহাক শাউবনা ফি ফি কান্নস্মি। ইমুং ঙানবগা কোমুং তান্না লাক্লুনা পাবুঙ থাদা হঙ্গৎলস্মি। রাফম অসি লৈবাক শরা শনগ্রে। খুল্লক ইরক্তা থৌদোক কয়া কয়া থোকই মদু অয়াম্বনা লৈবাক রা ওইদে। অচৌ-অশাংগী ইমুংদা করিগুম্বা অমতং থোকপদা মদু লৈবাক রা হেক্তা ওইখি। লৈবাক রা রা লাউনরকই— "মঙ্গাক ইবুংঙো নোংমাইথেম্বনা মজাইবেম্মা থাদোইসনাবু খোঙপাক্লা কাওরে।"

কবোকলৈনা ইঙক ঙক্লা হায়রকই— "ইস মজাইবেম্মদবু খোঙপাক্লা হেক কাওগ্রবা।" "থীন্দনা পাবুঙথাগী সনা য়াথং পাউ লাক্লুনা মঙ্গাক ইবুংঙো কৌখৎগ্রে। ঐনা খল্লস্মি— মহাকপু খরা চৈ শাউদুনা রারক রাতেম্বীগনি। অদুবু................।"

"অদুবু করি তৌগ্রবা................?"

মজাইবেম্মা মিৎতা ম্বরা চেল্লক্লে। হায়রকই— "ওম্বোকপনি মহাকপু গান্নোটতা পুখোক্লুনা য়াম্না থীনা য়ৈরস্মি। পাউ অসি

খঙহৌদনা লৈবাক শরা শনখি। ইনেম-ইকু অনীমক্না কপ্পতুনা হায়রম্মি— ইমৌ ইবেম্মা মহাক্কী মথৱায়দদি কল্লু। ঐখোয়না ওম্বোক্না লঙজগ্রে, ঐখোয়বু অমুক্তং ঙাকপীয়ু। করি অমুক হায়গনি কবোকলৈ, মহাকপু কৌথৎখিবা মুমিৎতু ঙসিস্থু ঐনা শংশংনা উরি। কৌবা লাকপা সিকাইগা তুংখা মাংখা চৎখি। মহাক মাইথোং লাংশিনগ্রে, মরু লুকথদুনা মরাল লৈরবা মীগুম ইকাইবা, অৱাবা, নিংঙমদবা পুন্নমক্না তাহৎতুনা থরাই থোঙ্গাল ৱাংমা লানখি।

ঙাইহাক্তি মপু-মনাই অনীমক অৱাবগী ঈপাক্তা লুপখিদুনা তুমিন তুমিন লৈনগ্রে। কা অদু ঙাইহাক্কীদমক উন-ৱাইমুক চীকগ্রে। রাসকী বাঁশী থোজেন্না মুংশিবা স্থৱদা অহিংগী অচীকপা থুগাইরকই। কবোকলৈনা য়াম্না কিনা অমসুং শোম্থাং-ননা হায়রকই— "ইস পাবুঙখানা মঙ্কাক ইবুংঙোবু য়ৈয়ু হায়না য়াথং হেক তাকপীশিবকো— ।"

মজাইবেম্মনা মখা তাথরকই— "হায় অঙাওবী নিংথৌগী মজাইবেম্মদা লংজরুবগী দণ্ডিবু মদুনা লোই হায়রা ?"

"ইস মদুনস্থু লোইদ্রিবা, ঐজ্জা! মখা করি অমুক........ ।"

"মখাদি য়োহিলং চন্দুনা শুগ্রদা লোই থাবা। পাবুঙখাগী ৱারক চৈফু অমমমনা ঐঙোন্দা বজ্র তাবগুম থোক্লম্মি।"

কবোকলৈনা নিংবা কায়না হায়রকই— "ঐজ্জাইবেম্মনা মঙ্কাক ইবুংঙোবু কন্নবা করিমতা হোৎনখিদ্রবকো ?"

"করিদি তৌগনি কবোকলৈ। মশানা থাকচবা লাংদা মথন্নতা থুজরবা মীনা কনাদনো মানা অমুক কনবীয়ু হায়জরুগদবা।

ইশাগী নাপললনা ইশাগী য়েক্লবা ওইরবদা। অসিগীসু মথক্তা ঐগী ইচেমশিজশিংনা মতাং চারিডৈ অসিদা খরা খঙহল্লোত্রবদি তুংদা ঐখোয় নিংথৌ মচাশিংবু কনানসু উশিৎপিররোই খল্লম্মি। মখোয় কনা অমত্তনা ঐগী রা তারমদে! মমৈথংদা ঐগী ইতৌ য়েংবা ঙমদবদগী ইচেমশিজশিংনা মক্কাক ইবুংঙোগী খরাইদদি কনবীয়ু হায়না পাবুঙখাদা হঙ্গৎলম্মি।

কবোকলৈনা মুংঙাইবা রাহৈ খরা তাগদৌরি লায়বগী আশাদা ঙাইঙমদনা হঙ্গৎলকই— "ঐজ্জা! পাবুঙখানা মক্কাক ইবুংঙোবু কনবীরে অসি নত্রদো?"

য়াম্না নিঙবা কায়না মজাইবেম্মনা খুম্লকই— "পাবুঙখাগী সনায়াথং অত্তুবু ইচিল অসিনা করম হায়না তম্লসিগে কবোক্লে........ করিগুম্বা মক্কাক ইবুংঙো নোংমাইথেম্বনা এনা শেৎপা খ্বাংজেৎ চরৈ ফিমন নমদা থোংউ য়ারবদি................।" অসুম্না হায়রগা মখাদি অতৎপা লৈতনা চেম্থরক্লিবা মিৎকী পিনা খোল্লেল খোক্লবা রাহৈনা পাউ তম্মি। তাঞ্জা অসিমক্তদা গোপীশিংনা প্রার্থনা শক্লকই— হা গোবিন্দ প্রাণনাথ........। ঙাইহাক তুমিম্না লৈরগা অমুক হায়রকই— "পাউ থাদুনা মক্কাক ইবুংঙোবু লৈশাং-থোংদা খামহনখ্রি। পাবুঙখাগী মনাইশিং লাক্লুনা ঐগী খ্বাংজেৎ চরৈ ফিমন পুশি। ঐবুনা কোম্নু দা কৌখৎলৈ। কবোকলৈ নঙ মখা করি তমুক তানিংলিবগে? বিধিনা শেম্বা পুন্সি লৈপুল মুমিৎ অত্তুদা তৎথ্রবনি!"

# নাম্বোকখি

শ্রীবীরেন

পুন্সিগী ৱারীমচা অমা তাগেরা ? পুন্সিগী ৱারী। মানি, ঐগী পুন্সিগীনি। থম্মোয়বু ওৎখিবা। আত্মাবু মচেৎ মচেৎ তাহনখিবা ঐগী আত্মাগী লৈফম থিবদা ফংৱরবা। মদুগী ৱারী।

পুন্সিবু করেম্নরুৱব্রা ? অমুক্তসু করেম্নরুদ্রি। পুন্সিবু থোৌশারুব্রবা ? পুন্সিবো ! থোৌশাদবা অমুক্তা য়াওরক্লি। হৌজিক্কী মীনবু পুন্সিবু সিরিয়স ওইগদ্রা ? অং, অচৌবা ৱাহংনি।

মতম অদু গান্ধী মেমোরিয়েল হোল চাউনা চী লেম্মা নোংম নোংমগী মচেৎ মচেৎ শাগৎলক্লমই। ঐগী পুন্সিসু। ও, খঙহোদে। নোংমা ফোং লাউনা হৌনা পোকখাইখি নমথিৱবা অপুম্বা মবুক্তো। নীংখায়র্খি। মচেৎ মচেৎ তাখি। চ্যেকতেকশিং মতেক মতেক। আ, চ্যেকতেকশিং। ঐগী মতোই মতোইরবা থৱাই। পুন্সি। পুনশিনবা ঙমদ্রবা।

নোংমত ঐহাক পোথাফম খঙদে। নঙবু খন্ন ইংলিব্রা ? শান্তি ? পুনশিনবা ঙমলিব্রা ? ঙমদ্রে। ফরে। ঐহাকসু নোংমা। নোংমথক চৎলমই তুরেনগী তোর্ব্বান অমদা। মুংশিৎনা য়াক্লা শিৎলি। মীশিংনা হিংনিংদনা তপ্পা তপ্পা চৎলি। কন্নি তৌরুই ? ফমদুনা ৱাখল থল্লুই। তুরেন্দা তারম্লিবা নুংঙ্রেং মচা মচাশিং অদু পুনশিন্দুনা মওং তানা লিংশল্লগা ঐগী ওক্সিজেন য়াউব্রবা

ময়াগী লৈবাক অসিদা শাগৎলসিরা য়ুম অমতং ? রাখল অসিনি। ঐহাক কোক ঙাউরমই।

ঐবু খঙলব্রা নঙ ? খঙদে ? খঙব্রবদি ঐহাক ওঝানি। লরায়গী এদেদ হায় স্কুল অমগী ওঝা। তলব থাদা লুপা ১৪০ দং ফংবা মসিনা করি তৌনগনি ভাবনা অমুক্তা শাগৎলু। করিবু তৌবা ঙমগনি। ইন্সাং অহাউবা অমা ফাউবা চাবা ঙমদে। ফৌন শংবাইদা লুপা ২৪। ২৫। ও, ও,............ অরাবনি।

ইচাদি মরীনি। মুপা অহুম। মুপীদি অমা। লেপ্পা হৈবা অমা হৌজিক য়াউবি। মতুনা অতোনবনি। চহী তরাহুমদোইগা শুরবা অমা। ইচামুপা অহল। খঙলবা। ঐগী মুপীগী মিং হায়ব্রা ? মাগী মমিং থাবল্লে কৌই। নৈশাবী পাখংগী হৌনবী লৌনসি নৈনসি হায়বা মরী অমতা লৈখিদে। থোৎ নৌবা মুংশি রারী অমতা লৈখিদে। মুংশি রারী অমতা শাম্নখিদে। থাজো, হায়রিবসিনি। ঐনা মাবু মুংশিডুনা লৌখিবা নত্তে। মানস্ত ঐবু মুংশিডুনা লৈখিবা নত্তে। খুদোংচাবা য়েংনডুনা লৌনখিবনি।

মাগী মশক নঙ উগ্রব্রা ? কুচু ঙৌই। মঙকশম শাংতক তৌই। লুমা'দা ভুহাউ চোমই। মমিৎতি মুংশি। লাউরপ তৌরগা পাশিংডু শাংলপ শাংলপ তৌই। চিনবান অড়ু পাতক তৌই। থোইদোকপদি মহু কুপ্পী মমাই অতু নাল্লী। নীংডু মতুম তাবগা করিগুম্বদা উগ্রব্রা ? মাগীসু মতুম তাই। ফন চোংথোকই।

ঐসি মাগী অহানবা মুপা নত্তে। ঙককমদি থোক্তে। কাম্না ময়ুম পাল্লুরে। বামোন লৈকায়দা। ঐ বামোন্নি। মাস্থনি। ঐনা আই, এ, পরীক্ষা ঙম্বগী চহীডু ঐগী পুন্সিগীদি পৃথীগী

ইতিহাসতা শোক ১৯৪২ চঙলকপদুনি। ভাব তাদ্রব্রা ? হায়বদি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউগী অৱাবদো। ইপাদি ঐনা অঙাং পীশক ওইরিবঙেদা ঐবু হুন্দোক্লম্লে। মফম কদাইদা চৎপ্রবা ? মদু খঙদে। শিঙ্গ্রে। ঐনা ভাব তারকপদা ইমাগা ঐগতা মঙায়রম্মী। হায়রিবা আই. এ. থাবগী চহীসিদা পু থাংবা ঙমদ্রমাল্লে ইমাবুসু মখোরি মেৎথাইগ্রে। কনানা ? অশিবনা। অৱা অনানা। অমং য়াইথোংগী লম্বেন্দা চৎগ্রে। মদুদগীদি ইতোমতা ঙায়হৌ-রবনি। ইতোমতা।

ঐখোয়গী হিঙ্গোন লৈজদে। মীগীদা তাংদুনা লৈরকই। ঐহাক য়ুমদা হঞ্জিনবদা সুংঙাইফম খঙদবা অমা কল্লা ফাউরকই। অমুক সরক্তুল থোকই সুংঙাইগদবোই নীংদুনা। চৎফম খঙদে। ঙৈহাক লেপ্লি। অমুক হঞ্জিল্লকই। নঙ মদুগুম্বা অৱাবদু নপুন্সিদা থেংনগ্রব্রা ? চাক চাবগী থনফম খঙদে। পংচৎত চৎলি। অমদা অমুক ফমই। অমদা অমুক চংই। মচী অমদা ঙৈহাক লেপ্লী। মীগী ৱারী অমুক তায়। পামজদুনা তৌরিব্রা ? মদুসু খঙদে। অপাম্বগা পামদবগা থেন্নবদু খঙদে।

মতমদুদা থাবল্লেগা থেংনখি। শক শকপুদি হাম্নদগী খঙ-নরকই। অঁহৌবদু করি সুমিৎনো হায়বদু খঙদ্রে। মহাক মপু-রোয়বগা খাইনবা নৌরি। সুমিং নিনি হুম্নিদা মঙায়রি হায়। মফম মৱাং খঙদনা অহানবা উনবমক্তদা মাগা অহীং অমা লেকমিন্নখি।

সুপীসিমদি লৌরগেগা খল্লুবা লৈতে। মাসু সিমদদি লৈরগেগা খল্লমগনি নী দে। খুদোং চাবা য়েংনবদগীনি। করম্না ? অসুম অসুম ভিন্নবদগী লৌন লৈনখিবনি। অহানবা লেকমিন্নখিবা

অহীংদু মঙোন্দা করম তৌরমগবা ঐ খঙদ্রে। ঐঙোন্দদি পুন্সিগী তৌশিন্নবা ওইদবা ময়ামগী মরক্তা খৎখিবা মিৎকুপ্নি।

খুদোংচাবা য়েংনবদগীনি হায়বদি করিনো ? থাবল্লে লৌরুবদগী ঐগী লৈফম লৈরেদনা। মানা শিল্লাংদুনা লাই লাৎপা থোকচোম ইনাকখুনবখোয়দা লাইগী সেবা তৌদুনা ইবানি লৈমিন্নরেদনা। লাইগী ফৌ চহীদা ফৌপোৎ নিপান অমস্ থোকচোম্না পীরে। লাইদা কৎলবা পোৎস্ ফংই।

সিগীভুংদা করম্না পুন্সি লেল্লিবগে ? ঐনা হঞ্জিল্লকপদা মানা চাক ইন্সাং থোংদুনা থনম্বা। ইবানি চামিন্নবা। হঞ্জিল্লকপদা হরাউ হরাউ মানা ওকপা। অহী· তুম্নমদাইদা মানা ফমুং থাবা। মসি নত্তুনা করি ওইগনি ? অহীংদা ইবানি ফমুং অমতনা ফৈজুপ অমতগী মনুংদা হিপমিন্নে। মসিনি।

মাগী মতেংদগী ঐহাক বি, এ, থারে। অদুক চাউথোক্না হায়রিবদুবু করম্ননো ? মানা ঐবু য়াম্না ইনশিল্লি লাইরিক তম্নবা। পুক্লিং থোগৎলি। মতমদুস্ ঐহাক ওঝা ওইরি। এম, ই, স্কুল অমগী। ইম্ফাল কোলেজগী নাইট সেক্সন্দা মানা ঐবু নমদুনা মিং চনহলখি। হুমিদাংদা। হায়খ্রিবদুনি ঐগী লাইরিক তম্বগী থবক্তা ঐগী মুপীনা থরায় য়াম্না য়াউবী। বি, এ, উচিন নাচিন্না পাশ তৌরবা ফাউবদা মখা তমথনবা মাদি হায়বা জাৎনি। অদুবু হায়বা শাবা হায়বদু ওইখি।

মতমদুদা ঐগী মুপীগী চহী ৩০দগী হেল্লম্নগনি। চপ চাবদি নীংশিংদ্রে। অঙাংদি অহুমদা মঙাইরি।

মনীং থুংত্রবা থাবল্লেসে ? থওদে। নোংম মানা ঐঙোন্দা য়াকম অমা থাঙ্গৎলকই। ও, য়াকম অমা। তমথিরবা মিৎকুপ্পি। থাবল্লেনা হাররকই— 'ঐখোয় ইনাকী স্কুলসিগী মনাক্তা হোটেল মচা অমা ফমগে। নওনা থোকপসিদনদি কোয়বা ওমত্রে।'

পুন্সিবু করি ওইনা উবিবগে? ফজনা ? নত্রগা থিনা ? মশক ফজবা থোৎনোবা পুন্সিবু চ্যেকশিন্দবদি ইচুম চুমদবনি। ফজবা শরুক অদুনা য়াই ওইনা মীওইবদা থারগা পুন্সিবু বগন লৌহনবগী মহুত্তা থাউ য়াউহন্দবনা অনম্বনি। পুন্সি হায়বসি যুৎ কয়া চাদবনি।

ঐনা থল্লি— মানা হায়রিবসি কায়বা য়াই। করম্না ? স্কুল অসিদা এল, পী, জুনিয়ার হায় স্কুল, মুংথিল হিন্দী স্কুল। অহাওবা লৈতে। ঐনা খুমই— অং, অদুদি শঙ মচা অমদি শাবা তাইনে।

থাবল্লেনা খুমই,— "অং, ওস্থোক্লা শিৎকনি। মুমিদাংস্তু থর থর থেঙথনা কম্বদা কৈথেল কুম্বীশিংনা বোরা কাংঙৌনচিংবস্তু অতুম লৈজখিবা জাৎনি।"

ঐনা থল্লি— চুম্মী। খুঁটিগী তুংদা স্কুল মনাক্তা শঙ মচা অমা শাবিরে। থাবল্লে হোটেল ফমত্রে। করিগুম্বদা মাগী মনাক্তা ফমদুনা ঐনা মাবু শংলুই। থাবল্লেনা হোটেন্দগী হজিল্লকপসি মুমিদাংদনি। পুং ৯ তাবদা ইবানি হেক হেক। মতমদুদদি অঙাং অতোনবসি পোঙ্জি। পুক্ত লৈরি। থা কয়া ? মদুদি থওদে। পুন্সিসিমক অথওবা পোৎ নত্তে। অদুগা অমা য়াইমা মুপীমচা-সিমদি চাক থোংবা কাবক কাবক ওমলে। চহী ৮।৯ শুরবনি। অদুবু মুপীমচাদি য়াম্না থুনা থবক কাম্লে ? হোই মাল্লি, চুম্মী।

পৃথিবীগী ওৎনৈখিবগী পুংজাগা থৌদোক্কা কোন্ননা চপচান্না ইশিনবা ইতিহাসকী লমাইদগী থম্মোয়দা ইদুনা লৈহোবা ওৎনৈ-খিবগী ময়েক উদবা লাইরিকসিনা হেন্না শাথি। করম্না? অমনা মপান্দা। অমনা মনুংদা। লিশাং শিৎনা ঈ চুপ্পা। হিটলরগী মী ওৎপগী য়ারী তাবিরেদনা? মীবু শা ঙা হাৎপগুম হাৎখিবা। অদুগা নাজিশিংনা হৌনা নোকপা ফাক ফাক লাউনা। কনসেন-ট্রেসন কেম্প। ও, ও, তোক্লো। ঙাইখো, শোট দাউন। হিংনা মৈ থাবা। মতমদুদা মুমিৎনা য়েংবা ঙমদদুনা মমাই খুমজিনবা। মদুবু মফমসিদা নীংশিংলক্লিবদি করিগীনো? হা করিগীনো?

ওৎপা নৈবা হায়বসে যুৎ চাদবা থবকমক্তনি। পুন্সিগী মরমচৎনি। পুন্সি হায়বসি অশেন্বা য়ারীমক্তগীসু হেন্না শাথিবা য়াউই। অচৌবা মীনা মচাদা ওৎপদা নত্তনা করিসু লৈতবা থৌদোক্লা ফাউবা চীকপদা চেৎখাইদবা লৈতে।

কনানসু পুন্সিগী মিৎকুপ পুংজা মশীং থিবা ঙম্বগে? সিমদি থঙই— ফজপ্রবা, ফগ্রবা অদুগা মবুকচেল শেংগ্রবা পুংজা অমদি লৈখি। মদুদি কুইবা য়াবা নত্তে। করি মুমিত্তগী থাবল্লেগী কৈদা অসি হোংখিবা। মাগী কৈদা! ও, থাবল্লেগী লমচৎ। ঐবু ওৎপা। ঐবু হিংনা হাৎপা।

থাবল্লেনা হোটেন্দগী ইহন হজিল্লক্তে। করম হায়না তৌরিবা? নোং ঙানবগা কোল্লিক ফেংদোক্লগা অদুগা করিগুম্বদা, অনম্বনা, ইমুংগী থবক ইনথাং পুন্নমক লোইনা মচানুপী পিশক্তুদা নমশিল্লমগা হোটেল ফম্বনি হায়দুনা সরক্তা থোকখি। চাক চাবদং হজিল্লকই। থুনা অমুক চৎখি। হুমিদাংসু কা হেন্না থেংনা থেংনা

হঙ্জিল্লকই। ঐস্থু মা ঙাইরগা হঙ্জিনমিন্নরকপন্থু তোকখ্রে। চাক চারগা মানা মাগী ফমুংদা চংথুনা তুমখি। ঐ হঙ্জিল্লক্রব্রা ? ঐ লৈব্রা ? হন্না ফাউবা য়েংদনা মাগী ফমুংদা। ঐ অমা ইমুংদা লৈ হায়রবসি নীংশিংলমগদ্রা ? মান্দে।

থাবল্লৈনা মস্থুন্না তৌখিবসি করিগীনো ? করিনীনো ? মথু খোইদোকপা ময়েক শেংনা থঙদে। হান্নদি তৌরমদবা নত্রা ? নত্তে, তৌরমদে। হোটেল ফম্বা থোকখিবদগী হোংখি। মরম লৈত্রনে ? থঙদে। অদুবু চিংনবদি লৈ। নোংমা ইবানি খৎনখি। করি বাহৌদগী ? ইচম চম্বা মরমনি। হোটেল ফম্লিবনি হায়দুনা ইমুংগী থবক ইনখাংদি মথরাই ইয়াউ য়াউদবদুদা ঐনা ফত্তে হায়না ঙাঙলমই। লমচৎ ব্যাবহাব ইয়াউ য়াউদনা য়ৌ য়ৌ থুমই মানা। মদুদা ফুবনি। মদুনবু ফব্রনে ? রাখলসি খন্দুনা তৌকবনি। অদুবু ? হেনগৎখি।

নোংমগী গুমিদাংনি।

ঐহাক লাইরিক অমা হায়ফেং হায়ফেৎ য়েংবোই করিবোই তৌরি। কযাম থেঙলবা মতমনো ? পুং ১০ মুক তারবিদ্রা। থাবল্লৈ হঙ্জিল্লক্ত্রি। কদায়দা চৎখ্রিনোনে অস্থুক থেঙফাউবা ? হোটেন্দনিদনা। মাগী হোটেন্দা।

ঙৈহাক লৈবগা হল্লক্লে। হল্লকপগা মফিমরোল হোংদোক্লমই। লৈরম্বা চাক্তু পুথোক্তুনা চাই। চাক্তি কনানা হেক হেক থোংবগে ? মচানুপী পীশক্লা। থোংলমদ্রবদি মমানা ফুবি। অশেংব্রনে ? অশেংবনিনে ? চাক চাবা তোক্লগা ফমুংদা চঙথুনা তুমখিগে তৌই। কুইনা ওমদুনা লৈরম্লবা বোমগী মৈনা শৎখি অদুগা খামখি— ঙাইখো, বা ঙাঙনসি।

করি য়ানো ? লৈ। থাবল্লৈনা থৌশাদনা চপ লেপ্লি। মচিন্দদি য়া অমতা ঙাঙদে। অদুবু লেপ্লিবদুগী মওংদি করি য়ানো হংবনি। ঐঙোন্দগী চিংথাইদুনা মৈরি খরা খোকখি। "অসুক থেংলবকাউবা মী পোৎ লৈবা লাকপ্রা ?"

থাবল্লৈনা থৌ শুংশা শাদনা খুম্মকই— "কৈথেল কুম্মী অথেংবশিং ঙাইরকপনা থেংবনি।"

অদুদগী ফমুংদা চঙদুনা তুমখি। মাগী মওংসি করম তৌই ? পুন্সি অসিদি থাজরুনু। ঐহাক করম তৌরমগনি ? খঙনীঙব্রা ? মখা তানা য়া খরা ঙাঙসিরা খনবনি। অদুবু খংতন তনখি। খোইদৌ অসি য় য় শাউগৎলমই। মুপী লৈতবগুম্না লৈরকপসি ফনা কুইশিল্লক্লে ঐহাক। থাবল্লৈসু মপুরোইবা অমা লৈ হায়বসি মঙোন্দা নাচুংদবগুম তৌই।

মুপা অতৈগা মরী লৈনগ্রব্রনে হায়রিবসিবো ? য়াম্না কুপ্পা য়েংলমই। অকক্লবা মুপা অমতনা মাগা কা হেন্না লুনা তৌনবা উদে। অমগস্থ য়ারী শাই। অমগস্থ ফম্মিম্লৈ। চপ মাম্লনা উই।

অঙাং ইতোন তোনবসি পোক্লবা মতুংদা নোংমদি ইবাক্লিখৎনদুনা য়া য়া লাউনগ্রে। করিগীনো ? ঐনা হোটেল ফম্বা অসি তোক্লো হায়রুই। মদুদা মানা খুমই,— "ঐনা হোটেল ফম্নগা নঙগী নবুক য়েকপ্রা ? ঐনা হোটেল ফম্বসিদা নঙনা অসুক য়াম্না য়েংশিল্লিবা করিগীনো ?"

ঐনা মতুদা করি তৌখি নঙ খঙব্রা ? শাখিনা ফুখি। মপামগী মী কৌদুনা থাইনগ্রে ? থাবল্লৈগীবু কনা কনা লৈবগে ? মমাগা মচে অমগা। লুপ্রাবী মচানি। অদুদগী অদুম থাইনগ্রব্রা ? থা

অমা অনী মহাক মপামদা লৈপ্রে। অঙাংদি ? ইভোন ভোনবদুগা মচুগী মথক অদুগা পুখি। অঙাং অচোবা অনীদি লৈহৌই।

থরা লৈরগা থাবল্লেসি খোইখাগা শেৎথচুনা ফেনাৎ অমা ভোংলগা ফি শেগা ওম্থনা ইন্দুনা কোইচৎ চৎপা উরক্লে। চৎপদা ইল্লিবা ফিদু চিংই। থরদমক ইল্লি। মচুনা ভৌ ঙম্বী মানহল্লি। মাদি করি ভৌবা চৎলিবনো ? কদাইদনো ? মচু ঐ অমতা থঙদেকো। কনা কনাগদি চৎমিন্নৈ ? মতোমতা চৎপ্রা ? নত্তে। নোংমস্থু মুপা অমগা চীকথনা ঝারী শাচুনা চৎলি। নোংমনা মতোমতা চৎলি।

পুন্সি হায়বসি ভাব ইতা তাদবনি। পুক্নিং লুপশিনবা অমতা ঙমদে। করিগুম্বা অমা তৌগে থন্দুনা চৎলি। হেক কাউচুনা হল্লকই। থবক অমা তৌগে থর পায়খৎলি। য়ানিং-লক্তচুনা হেক তোকই। করিগীনো ? মচেৎ মচেৎ ভাবা মতমগী প্রজাশিংদি অস্থুম্না ভৌবা হৌনৈ।

ঐবু মুংঙাইরিব্রা ? থঙদে। ঝারিব্রা ? থঙদে। অচুদি থাবল্লে চৎখিবসি রাই থরদি শংব্রা ? থঙদে। ঝাথন্দি থর ইংব্রা ? শাপ্তি ? থঙদে। ঙৈহাকস্থু মাগী মরমদা থল্লুই। মুংঙাইবোইস্থু ভৌই। ঝাবোইস্থু ভৌই। তনবোইস্থু ভৌই। ইয়ান য়ানশিন্নৈ।

ওস্থোকপনি হে পৃথ্বি ! করি তৌরে ? নোংমা ঐনা স্কুলদগী হল্লকপদা ইচাম্নুপীনা ঐঙোন্দা ভম্মী — "পাবুঙ, ঐখোই ইমা লাক্লে।"

ঐহাক করিস্থু খুমদে। করিদি থল্লি ? করিস্থু থন্দমাল্লে নীংই। হেরা ? থনববুদি থনবা। অচুদা সিনি হায়বা অশেংবচু

তাকফম খঙদে। মচা নুপী নুপা লৈরিবনিনা মাগু অদুম পংলৈ মরৈবা।

ঐখোয় অনী কৌনদে। মানা চাক থোংলগা ঐগী অদুম খাক্লমই। মাদি অদুম ঙাইদনা চাথোকখিত্রা? নোংমন্থু ঙাইরমই। নোংমন্থু ঙাইরমদে। ঙাইরমদবনা অনম্বনি। করিগুম্বদা ঐনা থোংলবন্থু মাগী খাক্লগা ঐন্থু অদুম চাই। মান্থু চঙদুনা অদুম চাখি।

মালেমগী লম্বেলসিদা চহী চা কয়া চৎলক্লি। ঐনা অমুকন্থু হায়খ্রে। করিবো? পুন্সিবু। করি হায়বা? যুৎ চাদবনি হায়বা। করি অমুক তৌরে? ইংত্রিব্রনে?

থাবল্লৈগী মমাদু কাংচুপ্তা হোটেল ফম্লি হায়। মতুগীদা চৎখি হায়দুনা থাবল্লৈ নোংমদি লৈরমদে। থিদি থিজিল্লবোইরে? হোয়। নুমিৎ তারগা হল্লকই। ঐহাক ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে। মান্থু মানা তৌগদবা থবক অদুম তৌই। ঐন্থু।

নুমিৎ অদুদগী হৌখ্রে। করিবো? কাংচুপ্তা হোটেল ফম্বা চৎলিবনি হায়মুনা অমুক্তী চাকঙন থোংলম্লগা অমুকী পুং ৮ তাবদা বস ঙাইরগা হেক হেক চৎখি। ঐগী ব্রা অমুক ঙাইবা লৈত্রে। ঐহাকন্থু মঙোন্দা থিংলুবগী ভাব লৈতে। মান্থু বগন লৌবা। ঐন্থু বগন লৌবা।

মাগী মাগী কুশিনি। শাউররোই খল্লি। হৌজিক্তি পুন্সিসি পুনশিন্নবা ঙমদ্রে। তৌগে হায়না নীংবা থবক অমতদন্থু থরায় লুপশিন্দুনা শিত্রিফাউবা থাদবা হায়বত্থু তৌদ্রে। ব্রাশকপা! ও, ব্রাশকপা! কনানন্থু ব্রাশকপা ঙম্বগে? ব্রাশকপা ব্রাশক্কবা হায়নখিবা হায়নখিদবা চপ মান্নবনি।

থাবল্লেনা কাংচুপ্তগী হল্লকপসি নোংমনা মুমিদাংগী পুং ৭ তাবা য়াউই। নোংমনা মুমিদাংগী পুং ৯ তাখিবা য়াউই। মিদগী থেংনমু হল্লকই। ঐদি কন্নিমতা হংখোৎ তৌদ্রব্রা? নত্তে, হংলুদে। মচাশিংনা হংই — "ইমা, কন্নিগীনো অসুক থেংলক্লিবদি ?"

— অঙনবা বস ফংদত্নুনা তৌরিবনি হায়না খুমই।

নোং ভাল্লগা ফনেক মপান মোইরাংফি হৎপা অমা তপ তপ নপ্পা শেৎলি। ময়ুমদগী থোকখিবদদি ফিদোন চিংখৎলি। মপান্দদি থোইথা শেৎথরমগদ্রা মতুদি থঙদ্রে। ফিদোন চিংখৎলি হায়বদনি থবাকী মওং, শক্তী মওং, নীংতুগী মওং লোইনা ফনেক মথক্তা তাহনবগী ফনেক খুৎশেৎতি মহাক হৈ। তশেংনা টাইট ফিটিংনি। নৈ শংবা ফিতুপ অমা ইনবোই ইন্দবোই নৈপাক্তা থন্না চিংনা থোকখি। শম নাম্না হাৎলগা রাংলপ পুনথৎলগা নৈ অমা হেক্তা চিল্লি। ফেনাৎ তোংই। ক্র মতপ অমদি ইতৎ ভত্তনা চাই। অসুন্না য়ুমদগী থোকখি। অসুন্না।

নোংমসু কনাগুম্বা নহা ওইরিবা মুপা অমনা সাইকল্দা হাপ্তুনা হেক পুবি হায়নসু তায়। মরী নৈনবা জাৎলনে? মতুদি থঙদে ঐসু। হল্লকপদসু মুপা অমনা থিনবিরকপসু য়াউই হায়না তায়।

হৌজিক ঐগী থম্মোয়দা থরায় য়াউদ্রে। থরায়দো কদায়দা চৎদ্রে? থম্মোয়গা থরায়গা পুনশিল্লু য়াদ্রে। ঐগী কুচু তাইফেৎ তাইরে। অহাংবা পোলাং হায়বদো। ও, অহাংবা পোলাং।

ঐহাক মুংতিগী য়ু হাইফেৎ হাইফেৎ থক্লগা তুমশিল্লি। তুম্বদি পাক য়াদে। মানা হল্লক্লগা চাগদবা থন্না চারগা, তৌগদবা থন্না

তৌরগা মাগী ফমুংদা চঙদুনা তুমথি। হন্না ফাউবা য়েংনদে। নোংমতস্থ ঐঙোন্দা তুম্নত্রা নত্রগা চাক চারত্রা হায়না হংলমদে।

নোংমদি শোয়দে ঐগী মৈরীনা পীক থন্না ওন্না চাক্লবা মৈগী চীং অসি পোকথায়বদি। মুমিৎ অদুগীদমক ঐহাক কিজে। ও, মুমিৎ অদুগীদমক।

নোংমনি।

মুমিৎ অদু অচৌবা কনানোমগী মপোক মুমিৎনি। স্কুল ছুটিনি। থাবল্লেনা চাকঙন থোংলম্নগা মানা চাগদবা চাখ্রে। অদুগা য়াম্না কেনা কোম্বোংলোমদা থোকখি। ঐহাক মঙোন্দা য়েংঙ্রত্রা? সুকয়েংদা য়েংলরোই হায়বসিদা ঙমদবা। মীওইবসিস্থ হায়নিংঙাই লৈতনা শোনখ্রে। মানা থোকখিবা অদু উবদা শাউবু শাউনিংলুদ্রে। ইশাসি ইতন তম্থখ্রে।

বিরি মচৈ অমা চিংদুনা রাখল মুম্না খম্থনবা হোৎনরমই। ইঙম ঙমদবগুম তৌই। লাইগী আর্টিদা করি মন্ত্র থিখিবা খঙহৌদ্রে। করিগীনো? খঙদে।

মুমিৎ অদুগী মুমিদাংনি।

অহল ওইরবস্থ য়ু খরদং থক্লগা ফমুংদা বিরি মচৈ অমা কুইনা চিংদুনা লৈরমই। য়ু থকপসি মী খঙহনবদি য়াদে। মরমদি থোকচোম্না মাংই হায়দুনা তাম্বোকনি। লোম্না লোম্না থক্লিবনি। মীনবু খঙদ্রবদি লাই আর্টি কৎপদা য়ুনম রা রা নম্না কৎলবস্থ বেরা লৈতে। পুক্লিংদা করিস্থ খনবিদে। কনানস্থ করি হায়রকনি হায়বগে?

পুময়ান য়ানশিন্নরে। করিনো? ৱাখলসে অমমুক খল্লি। অমমুক খল্লি। মপুং ফানা অমতস্থু শাগৎপা ঙমদে। ঐ ইশাসি খংমাঙ মাঙবগুম তৌই। থিবা হেক হেক খঙদে। কদাইদা চৎলুদ্রুননো? খঙদে। কদাইদা লৈরুত্নুনো? খঙদে। ঐগী আম্মা কদায়দা লৈগ্রবগে? ও, কদায়দা? ঐগী থৱায়?

ফনা থেঙজিল্লক্লে। থাবল্লৈদি হল্লক্ত্রি। মুংশা থিব্রা? থিদে। করিগীনো? মাগীদি হৌনবীনি। নোংমস্থু থেংই! নোংমস্ত ঙল্লি। ঐ করিদি খল্লি? খঙদে। করিস্থু খনদে হায়-রবদি? মদুস্ত য়াই। খঙহৌদনা ফোং লাউনা থঙলকপগুমস্থু তৌই। করিবো? ঐগী লৈফম। কদায়দা ওইরম্বনো? অশেংবা খঙত্রিদা।

ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্লে। মীচিক মীরাউখোল তাখিদ্রে। নোংয়াইদি হেল্লয়গনি। -কা অমদি হেল্লে। মানা হেক হেক হল্লকপা মতমদগী হেল্লে।

মুংশা থিবা পোল্লক্লব্রা? খঙদে। ঐহাক তপ্না তপ্না য়ুমদগী থোরক্লে। লমজাউদা বিরি মচৈ অমা অনী থক্লুবা কোক্টচৎ চৎলমই। অহীং অদু থাবল ফৈ। থৱানমিচাক অমা অনীদং আকাশতা মুশি মুশি উই। মুংশিৎ শিৎতে। মী অমতা চৎখিদ্রে। করি ৱাখল খল্লিবগে? খঙদে। করিমতা খন্দবোই নীংই। করি তৌবা চৎলিবনো? খঙদে। থাবল্লৈবু ওকপ্রা? খঙদে। করিমতা খন্দবোই নীংই। মদুস্থু থোইনা নীংলুদে। হায়ফেৎতি খনখিবগুম তৌমাল্লে।

ঐনা হায়খিবদুনি পুন্সিসে য়ুৎ চাদবনি।

ঐহাক অমুক য়ুমদা হঞ্জিল্লক্লে। ফমুংদা হিপ্লে। ওম্বোকপনি অহীং অত্নমা থাবল্লৈ হল্লক্তে। অহীং অত্নমা। ঐ করি খল্লি? ভাব তাদে। খন্দবগুম তৌই।

নোংঙাল্লে।

অয়ুক ওস্তানি। চীন য়া শেংদোক্লে। ইরোইশেম্বরোমদা অস্তম চৎথরমই। করি ব্রাথল খল্লিবগে? করিস্থ খন্দবগুম তৌই। ঐ ইশাবু থিবা ফংদ্রবা করিনো অমবু তৌরিনে। কদাইদা লৈগ্রে? মত্নস্থ খঙদবগুম তৌই।

পুন্সি হায়ববু তৌরিবসিনি। মফম মরাং অমতা খঙদবনি। য়ুৎ ইচা চাদবনি। নত্রা? অং।

খুদৈবস্ব য়ৌবদা ফনদি থেংলে। অয়ুকী পুং ৮ মুক্তি তারে। পাইপ ফেক্টরিদগী খরদং চৎথরগা অরাং থংবা লমহাংদা মী খর তিল্লমই। ঐস্থ চংশিল্লি। মীনা ঙাঙনবা তায়— "হুপী অমা শিরম্লে।" ঐহাক পুক্লিংদা করিস্থ তৌদে।

হুপী অত্ন কনানো? কনানো? অং মাগ্নি। কনানোনে? থাবল্লৈনি। থাবল্লৈ! করম্না? করম্ননো? খঙদে।

মফনেক নীংথিনা শেৎলমদে। ফুরিৎ অত্ন ইফাং ফাৎতোকই। ফিদি ইল্লমদে। খরদং চৎথোক্লগা ওরাং মানা ইনখিবা ফিত্নপত্নু তারি। মফনেক্তো। ও, ভুকচৈ। অমোৎপা পকই। মশাদা ফুখিবগী দাগফম লৈতে। ঙাউরকপা কা হেল্লুবদগী শিবা ওইনা তৌই। কুচুত্ন তাইফেৎ তাইরে।

ঐহাক মীয়াম মরক্তা লেপ্তুনা ব্রা অমতা ঙাঙদনা য়েংলি। করি ব্রাথল খনবগে? খঙদে। খন্দবগুম তৌই। ঙৈহাক

লৈরগা থানা লাক্লে। ইশিন খোৎচিল্লগা হরাগাড়ীদা পোষ্ট মোর্তেমগীদমক পুক্লে।

ঐদি ? খঙদে।

বিরি মচে অমা চিংলগা তপ্না তপ্না হাইগৎলক্লমই। ইরোই-শেম্বগী য়ু য়োনকমদা চঙতুনা য়ু খুরদং থকচিল্লমই। করি বাথল থল্লিবগে ? খঙদে। করিস্তু অমতা খন্দবগুম তৌই।

পুন্সিসি য়ুৎ চাদবনি।

য়ু য়োনফমদগী খোরক্লগা সিটি বস ঙাইরি। ঙৈহাক্তং লেপ্লবা তুংদা সিটি বস হায়গৎলক্লে। বিরি মচে অমা ফুইনা চিংশিল্লগা বসতা তোংখৎলে। খর মপী অশাংবা অমতং বিরি মৈখু কামথোকপদা য়াউখিমাল্লে।

লৈচিলকী থাজ, ১৯৬৭ ইং

# শেগাইরবা কুরাংপান

শ্রীবীরেন

খোঙ মোজা নরূগা অন্দরওয়ার মোৎনা উপ্পা হৈনরিবা মী অদু শোয়দনা অতৈ অতৈ হীরমদসু মোৎপা হৈনরমগনি— লমচৎতা, রাথন্দা, পুকচেন্দা। মসি ঐগী রাধম্নি। মসিদা ঐহাক চেৎনা থাজৈ। অদুবু মাদি! মাদি হৈনৈ। মাগী মুণীনা মাগী অন্দরওয়ার শুবা মতমদা ভুক্কচনা শুগৎলি। পুম্মন মল্লবা ফাউবা, খোঙউপ মন্নুংদা থিংজিনবদা খোঙ মোজা উপ্লিবা মখোঙয়া অদু চোৎ চোৎ লাউববা ফাউবা মাদি খোঙ মোজাদু উপ্পা ঙম্মী। নপ নপ লাউবা ফাউবা উপ্পী। পাক শুদোক্তে।

ঙসাইদা মখুৎমক্তা শুদোক্লবা মোম্পাক ফিদক অঙৌবা অদুগী মথক্তা বিনোদিনীনা মফি কোম্না লোংথ্রাক লোংনা ইভিং তিংনা হিপ্লি। মানা অসুম্না করিগীদমক হিপ্লিবনো হায়রবদু মহাক মশামক্তি খঙদবগুম তৌই। কনানসু খঙনা খঙনা থবক খুদিং তৌনবগে? খঙদ্রবসু বিনোদিনীনা মদুম্না হিপ্পগী মুংঙাইবা অমা অদুগা মদুম্না তৌনিংবা অমদি মশাদা লৈ। মপুরোইবা শ্যামসু মাগী নাকন্দা হিপ্লি। অনী অসিগী মরক্তা করিগুম্বা শম্নবা য়াবা লৈই অমতসু শাংদোকপগী পাঙন্দি লৈবা উদে। শ্যামনা বিনো-দিনীদা থরায় কবিসু য়াউদনা লৈবগুম তৌই। বিনোদিনীনা অশুম্না মফি য়াম্না কোম্না মাগী নাকন্দা মাগা য়াম্না নক্না হিপ্লি

হায়বা থনবা ফাউবা থল্লুদে অমদি থগুলুদে। শ্যামসু মশানা থুগুজদে— মা মশামক কৱিগীদমক অদুম্না থওইদনা অমদি ইচিক চিক্লা লৈরিবনো হায়বা। অদুগা মা কৱি ৱাখল থল্লিবগে হায়বসু থোইনা থগুলুদে।

মপুৱোইবা কৱি তৌরিবগে, কৱি থল্লিবগে হায়বসি বিনো· দিনীনসু থল্লুদে অমদি থগুগুদে। থগুনিংবসু লৈরুদে। লৈব্রা লৈতব্রা হায়বা ফাউবা থল্লুদে। শ্যামসু মাগী মুপীগী মরমদা অমহানি।

শ্যামগী অচেৎ অকোম পুম্বা ঐনা থগুই। অৱাইবদা মহাক মেত্রিক ফেলনি। মপা শিগ্রে। মচানুপী অমা, মচানুপা অমা পোক্লে। মশামক থবক অমতা তৌদে। মমানা থাকই। অৱীংবা ইমুংগী মী নত্তে। মমা হনুবী অদু খ্বাইৱম্বন্দ কৈথেন্দা এপ্পাং য়োল্লি। মশাগী চহী ২৮।২৯ শুরে।

ঐনা শ্যামবু থাগৎলি মরমদি মহাক লাইৱিক ই। অমত্তদি ফোগুদ্রি।

বিনোদিনীগা মাগা য়াম্না মুংশিনদুনা লৌনখিবা নত্তে। মরী লৈনৱকপা হৌগৎপদা গুাইৱিগুসা লৌনা লৈনখিবনা হানখি। নোংমা অথেগুবা অহীংদা বিনোদিনীহোয়গী মনীংদা মখোয় অনী ৱারী শারিগুদা ইমুংদা থিনৱক্লুনা ৱা ৱা লাউনৱকপদগী বিনো· দিনী ইমুংদা চগুবা য়াখিদে। মুমিৎকা ইথা থানদনা, পুক· চেলগা ইৱেপ লেপ্পদনা তাঞ্জানা য়াদদুনা শ্যামদা বিনোদিনী চেনখিবনি। মদুদা চেল্লমন্ত্রবদি মখোয় অনী লৌন লৈনৱমদবসু য়াই। তশেংনমক, মখোয়না চেনবা মতম অদুদা মখোয় অনী থগুনবা থা অনী ফাবাত্রিবনি।

ঐদি পুন্নমক খঙই।

শ্যামনা মাগী মুপীবু মুংশিবা ইঙম ঙমদে। করিদগী অমদি করম্বা পুংজাদগী বিনোদিনীগী লমচৎতা শ্যাম্না চিংনরব্রা ? চিংনবা! মদু মা খঙদে। চুম্নতা ইতন তম্থরমই। বিনোদিনীবু মপামদা লৈহন্নিংই। সাবিত্রী সত্যাবান, নল-দময়ন্তী, খম্বা থোইবী লৈরিব্রদা ?

ঙসাই অযুক শ্যাম্না শিগদোরিবা মী অমগী ফোটো অমা উথি। হাৎপগী য়াথং ফংলবা ফাদোক অমগী। মতম অমদা কোঙ্গোগী প্রেমিয়ার ওইদুনা মাগী য়াথং অমদা প্রজা খুদিংনা খুৎ জুর তৌনরম্বা মিষ্টর মোইস সোম্বেবু মিলিটরীগী বিচারদা হাৎপগী দণ্ডি পীরবা তুংদা মশাগী মেড্রিড হোম ৺থাদোক্লবা তোংখৎলমদাইগী কার মনাক্তা অমুবা মচুগী শ্যুট তৌরগা মখুৎ অনী কোটকী ফুরিৎখাউদা হুমজিন্দুনা আনোক্না লোয়ননা লেপ্লগী মূর্তিনি। মাগী মমায়দা শ্যাম্না উথি—করিগুম্বা তায়ফম খঙদবা শক্তম অমা। তম্থবগী কৈদা অমা। অচীকপা অমদি নাইতোম তাবা। ও !, নাইতোম তাবগী শাথিরবা শক্তম। শ্যাম্না খনখি— ইতিহাস হায়বসে থাজবা য়াদবোইরে।

নোংমনি।

মুমিৎ অদু বিনোদিনীগী য়াম্না হৈনিংবা মুমিৎনি। করি রাথন্দগী অদুক য়াম্না খিং থাং লাউনা পুন্সিদা থরায় অদুক য়াউশিল্লুরিবা মদুদি মা মশাদি খঙজদে। মা মশানা খঙদে অমদি মরম অমা লৈরমগনি হায়বা ফাউবা খল্লুদে অমদি খঙলুদে। শ্যামদি ঙসি অসি পংশাউদা শাউনিংলমই। মানা ইবা লাইরিক

অমা ফোঙনবা সরকারদগী মতেং খরা পীবিয়ু হায়না দরখাস্ত অমা থাখিবনি। মদু য়াবিরক্তে। মা পোঃথাকম খঙলমদে। ময়ুমদা হনজিল্লরুগা মতোমতা অস্তুম শাউগৎলক্কুনা ফমুংদা চঙ-শিন্দুনা তুমশিনখি।

স্বর শাংনা শাংনা ফুইনা ফুইনা হৌল্লি। মানা লাইরিক কয়া পাজে। কনানস্থু শীংথাবীদে। মরমদি মাদি মেট্রিক ফেলনি। মহাক ইংলিশ পাবা ঙমই, অর্থ খঙই, অদুবু মীনা থাজবিদে।

মহাক পৈশা মরী থোকপা ঙমদে। মরমদি থবক অমতা পায়দে। অদুবু নোংমগীদি বেড়ী মপূন অনীদি থকই। মাগী নুপীনে, মচানে, মমানে, পুন্না থা অমদা ফৌ শ'বাই মঙাদি চায়। ফৌ শংবাইদা লুপা ৩৪।৩৫ পিরবদা। চা গিলাসতা পৈশা মরী পীরম্বনা নয়া পৈশা ১০।১৫ পীরক্লবদা। অস, খঙলে। পোৎকী মমলগী হায়রুরবদি ঙাঙলুদবনা হেন্না ফরে।

মচা অনীস্থু অস্তুম অস্তুম চাউশিল্লক্কে। লাইরিক লাইশু নিংথিনা তমহন্নিংই। যুৎ চাবা থবক অমতা ফংদে। চীংদা ওঝা ওইনবা ঙাঙনরুই। চৎলমদাইদা মেট্রিক নত্রবদি য়াদে হায়দুনা খস্তোকপিরমই। মেট্রিক নত্তবগী থবক্তি তলব য়াউদে। লুপা ৯০,১০০! ও, ও, ও, লুপা ১০০ করি তৌনগনি মসিনা। নোংমা নোংমগী মমাদগী, মাগী নুপীদগী খরচ তাল্লি। বিনোদিনীনা কনেক মচা খরা খরা শাদুনা য়োল্লি।

স্তুম খল্লুবদা শ্যাম অসি শাউনিংবা অমদি নীংবা কায়বনা মশাদু পীক থল্লি। লাইরিক লাইশু ইরিবম্নি হায়নস্থু

তৌশিল্লুরবনিনা কোঙস্থ কোঙনিংই। মৈতৈ সমাজ অসিদা শ্যামগী গতি ইরৈ লৈতবনি। পোৎথাক্ম খঙলমদে। শ্বর ফুল্লকই। কল্লি তৌগদগে হায়বা ফাউবা মা খঙজরক্কে।

অরোইবদা মতুগা মচাগা য়াউরমত্রবদি মুংঙাইগদবনি খল্লকই। মতু থিরুবসি য়াম্না লানগ্রে হায়না য়াম্না শাথিনা থাজরমই। মতু থিরমত্রবদি মচাস্থ পোক্লগ্রোই। ফুক হৌগৎলগা বিনোদিনীদা হায়—"বিনো, অঙাং পুগে হায়রবস্থ পুগ্রো, নঙ চৎলোনা।"

করিদগী রা অসি ঙসি হৌদোরক্লিবনো হায়বা বিনোদিনী খঙদে। ইতৎ তক্তনা শ্যামনা বিনোদিনীবু মপামদা লৈরুনবা হায়রম্মি। মানা হায়রিবসি থৎন-চৈনদুনা কায়নবগী রা ওইনস্থ তৌদে। চুম্না স্থম লৈরুদমক মহায়।

বিনোদিনীনা ওনশিন্দুনা চান্না হংলকই— "ঐ চৎপ্রগা নঙ মুংঙাইগদবা লৈব্রা?"

ঐ লোয়না ইখঙ খঙই।

শ্যাম্না বিনোদিনীগী রাফমদু ময়েক শেংনা খঙবা পোৎ নত্তে। মা বিনোদিনীগী রাহং অদুদা খুমক্ম খঙলমদে। তুমিন্না অমুক লৈগ্রে।

ওন্না-তৈননা শ্যাম্না হায়রকই— "নঙগী নফি চাদর অমা ফাউবা থোনবিবা ঙমদে। নমান্নবশিংনা সনাগী লিক শিরিবা নঙনা ঐগী ইনাক্তা লৈরিবসিদি মুংঙাইরমগদবা মাগ্রে।"

নোংমা বিনোদিনীনা মপুরোইবদা হায়খি—"অবোক্লা লোয়না পুবা অসি য়াম্না রাররিগনি, নঙস্থ মুপানি, থবক অমা তৌ খোৎ তৌদুনা অবোকী মতেং পাংবদি ফৈ।"

মতুদা শ্যামনা খুমখি—"ঐনা হেন্না পাংনিংলিবনি। হৌজিক্কা ঘুৎ চাবা থবক অমা হেক ফংবা ঙম্বপোৎ নত্তে। নঙনা থঙত্র-ভৌরিবনি। তৌনরিবসি ঘুৎ ইচা চাদবা জাৎনি।"

বিনোদিনীনা খল্লি— ঙসি শ্যামনা মাঙোন্দা মপাম্দা লৈরুরো হায়রিবসি মানা মপুরোইবদা থবক অমা তৌনবা হায়খিবতুগীনা। নোংমা বিনোদিনীনা অসুম্না হায়খি হায়বা ফাউবা শ্যামদি নিংশিংত্রবনি।

শ্যান্না মমানবশিংগা য়ারী শাবদা য়াম্না শাউনা শাউনা ঙাঙই। মচিন থিতুনা চৈ থাংই। অকাম্বা য়াহৈ ফাউবা য়াউনা ঙাঙই। মীনা য়া অমা হেক হোদোকপদা অমতুনা য়ারোইদবা অমা হেক্তা মানা পুথোক্নুনা য়েৎনৈ।

নোংমসু লুনা চান্নরবা মাগী মরুপ গোপালনা ফুরিৎ য়োনফম দুকান্দরা নত্রগা খোংউপ য়োনবা দুকান্দরা করিনো অমদা যাউ শিল্লো, মখোয়গী মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে হায়না শ্যামদা হায়রুবদগী মানা য়াম্না শাউনা খুমখি। মতু তৌরগা করি কান্নবা ফংগনি হায়না মানা হায়। শ্যান্না মথা চৎথনা হায়— "ইশাগী ষ্টেশুার অমা থমদবা য়াদে। শেল পামদবা কনা লৈবগে? অতু ওইরবসু ইশাগী ইজ্জৎ অমদি য়েংদবা য়াদবনি। খোংউপ য়োনবা য়াউরুরবা ইতু-ইচা, ইমানচিংবা থাকপা ওরুবা পৈশা ফংবদি য়াই মতুনা ঐঙোন্দা করি পীরগনি?"

মতুদা গোপালনা খুমখি—"মতুনা নঙোন্দা পীবা হায়রবু নঙনা হৌজিক য়ানা হিংলিবসিদি ফগনি। ইমাগী মতেংসু থরদা ওইরবসু পাংগনি।"

শ্যাম্না মখুৎ মশা য়াউনা য়াম্না মথরায় শোক্না হায়— "চুম্মী, পৈশা ফংগনি। মতুনদি ঐনা হৌজিক ফংজরিবা ইশাগী ইজ্জৎ অসিদি ফংলরোই। ঐ থবক তৌবা হৌজিকস্থু ঙম্মী। তৌরোই হায়না তৌগ্রিবনি মরমদি ইশাগী ষ্টেণ্ডার্ড মাঙগদবা লৈরবদি লৈগ্নিবা অবস্তা অসিনা হেন্না কৈ।"

মতাং অসিদা গোপাল য়া মখা তানা ঙাঙখিদ্রে। খন্দি খনখি— শ্যামগুম্না ফি চমোৎ চমোৎ মকোক মরু ইচাউ চাউনা মমাদগী ওস্তুনা চাগদবগী শরুক খোংউপ য়োনবা য়াউবনা হেন্না কৈ।

মতমদুদা শ্যাম্না খঙজখি— থবক অমা হেক তৌবা ঙম্মী হায়না মচিন্দতা মানা হায়জবনি। তশেংবদি অরাইবা নত্তে। যুৎ পাক চাবা নত্তে হায়বসি মাস্থু খঙই।

শ্যাম্না তোয়না হায়বদুমক ঙসি গোপালদা হায়— "ঐগী হায়ববু ইচা অনীসিগী থরদং খল্লি। অদুগা ইচা অনীসিবু লৈখিদুনা মচাগুম চপচানা য়োকচখিগে হায়রবদি শোইদনা য়োম্বোর্ন্নগা শিখিবা পাম্মী।"

মথাস্থু শ্যাম্না শমথৈ— "ঐগী মুপী অসি নিলাম লাউথোক্লসিরা খঙদে। বিনোদিনী অসি লৈজরগে হায়বা লৈরবদি য়োম্থোকপদা ঐ করিমতা বেরা লৈতে।"

করি মরমদগী মসি হায়রিবনো হায়বদু মা মশাদি খঙজদবগুম তৌই। তশেংনমক মানা হায়গ্রিবা য়া অদু ঙমগদ্রা হায়রবদি মা খঙদে। খনস্থু থল্লুদে। য়াফম অসি বিনোদিনীদস্থু হেক্তা হায়দোকখি। মদুদা বিনোদিনীনা মাবু করি ওইনা খল্লিগদগে

অদুগা মপুক্লিংনা হরাউরিগত্রা নত্রগা মুংঙাইজরয়োইত্রা হায়বদি শ্যাম্মা খক খল্লুদে। খঙস্ন খঙলমদে। মতাং অদুদা করিদগী শ্যাম্মা হায়রক্লিবা অদুগা মপুন্নোইবগী রাক্ষম অদুদা মা মশানা করি খঙবগে হায়বদু বিনোদিনীস্ন খঙলমদে। স্বপ্নগী মোমোন মীনোকা লোয়ননা মিৎস্না থম্বালদুদগী মশক খঙদবা অর্থনা থনবা পুন্সি অমদা যেংবা মীৎয়েংদি উখি।

বিনোদিনীনা মপুবোইববু শাউই— মী ওইদে হায়দুনা। অদুবু করি হায়রুনি। চেঙ তাঙলবা মতমদা চরা হেল্লি, তন চাই। চাক্তম অঙাংবা থক্লগা লেনবস্ন য়াউই। মপুরোয়ববু থাদোক্লনা চৎপা পামদে। মসিবুস্ন মুংশিবদগীবা? নত্রগা?

শ্যামসি তৌফম ইথঙ খঙদে— মশাসি ইঙাউ ঙাউনা উই। নোংমস্ন কস্থি থোক্লা শাউদুনা পংঙাঙদা ঙাঙই। নোংমনা হঞ্জিন হঞ্জিন চা লোনহন্দুনা অরৈবা চা চিনি মথৈ থক্তোকই। নোংমনা মচী অমদা ক্ষমদুনা হনবা হৈতনা রারী শাই। নোংমনা কোয়খি-বদগী চাগনি থকনি খঙদনা কোয়।

উ রা, থা-থরানমিচাক, তিন-কাং, নূং, উকক-রাকক, উচেক! আ। পৃথিবী লম্বেলসিদা হন্না হন্না মশীং থিঙমদনা চৎলি। থেংনদুনতা লৈরবা, খঙনরবা মুংতিগী উনরবা ময়াম মরক অসিদা থিরিবসিবু করিনো?

নোংমনা মুপী ওক্তবীগী রারী তারগা খোইদৌ শাউগৎলি। অদুগা ওক্তবী মুপীগস্ন সঙ্গ ওই। নোংমনা সহর ময়ায়দা থাংনা থিন্দৎতুনা ঈ অর অর তাবমথৈ পাখং অমা হাৎলম্বগী রারী তাই।

করি রাখল থল্লিবগে হায়বা মশানা ফাউবা খঙজদনা তুমিন্না লৈরম্বদগী শ্যাম্না মাগী নাকন্দা মফি কোম্না হিপ্লিবা বিনোদিনীবু উরকই, ঙসাইমখৈ উদবগুম্না লৈরুবদগী। লৈরম্লিবা মাগী মুপীগী ফিভম অদুদা মা থংতন তম্থরম্মী। অদুগা হায়রকই— "বিনো, নঙনা অদুম্না হিপ্লিবা করিগীনো ?"

বিনোদিনীসু মশামক থিবা ফংলুদ্রবগুম করিমতা খঙজদনা লৈরম্বদগী জ্ঞান থংতা তারক্লুনা মফি লোইশন খোমজিল্লম্মী।

বিনোদিনীনা মাবু মুংশিরমগন্দ্রা হায়না শ্যাম্না কান্নদবদা মুন্না খম্থনবা হোৎনরম্মী। মুংশিরগা কবি কান্নগদৌরিবা ? মুংশিবা হায়বসিবু ইশাগী অশোনবা হেনগৎহনবা নত্রা ? মুংশিবা হায়বসিবু ইশাগী ওইজবা থিবা নত্রা ? অদুদি লৈরাংদা করিগী লৈনম হাপ্লম্মী ? বিনোদিনীনা মপুরোয়ববু ইমুংদি মুংশিদনা মপুরোয়বনা হায়বদা ইন্দুনা লৈবা ওইরম্লবদি ? হোয়, মদুসু য়াদবা নত্তে। মদুসু মুংশিবা মান্দবা নত্তে। মদুনদি করি মাঙবা লৈবগে পুন্সিদা ? লৈমিন্নবদা অকায়বা লৈত্তে। ঈংনা তপ্না মুংঙাইনা লৈমিন্নবা য়াই। অদুদি করিদি কায় ? করিসু কায়দে। অসিনচিংবা খল্লি।

নোংমা শ্যাম্না থেঙনখি বিনোদিনীনা লৈশারিঙৈদা মাবু নীংবা মুপা অমনা পীরকপা চিঠি অমথক। মদু পারুবদগী খঙবা ঙম্বদি বিনোদিনীগা মুপা অদুগা লৈনরিবা মরী অদু হায়ফেৎ হক-শিন্নবে। বিনোদিনীনা মমাংগী উনবদা নত্রগা চিঠিদা হায়খিবা মুংশি রাহৈ থরগী পাউথুম মুপা অদুনা পীরি। অদুগা মমাংগী থোদোক্তা মুপাদুনা কাৎহেন্না থবক তৌখিবা অদু শাউগনু হায়রি।

চিঠি অসি পাববদগী শ্যামগী পুন্সিদা মশক খঙদবা পুন্সি অমদি চেনশিনখিৱ্রা খল্লি। মসি ঐতনা খঙই। ঐনা হায়খি-বদুনি ঐদি লোয়না খঙই হায়না। মা মশাদি শঙজদবনি। বিনো-দিনীবু ইথা থাজদনা উই। তৌরিবসিবু করি তৌনগদৌরিবনো? ম্নাহং অসি শ্যাম্না হেক হেক খল্লি। খঙবদি শুকঙম ঙমখিদে।

অহিং ওইরে।

মহৈ মহৈ লোইনা তুম্নখ্রে। বিনোদিনীদি তুম্বা ইয়া য়ারমদে। করি ম্নাখল খন্দুনা তুম্বা য়াদ্রিবনো হায়বদি মশানা খঙজদে। য়াম্না থেংলক্লে। খোঞ্জেল অমা ঘাউবা তাখিদ্রে। মতম অসিদা বিনো-দিনীগী খৱায়দা করিগুম্বা মখোন অমনা কন্না য়ৈরবি। খোঞ্জেল অদুদা বিনোদিনীনা তশেংনা কিবদি পোকই। করিগুম্বা অমা চপথাই মেৎখায়দুনা পোকখায়বগী মখোগ্নি। করি মখোগ্নো হায-বদি বিনোদিনীনা খঙদে। অহিং অদু য়াম্না কিরম্মী।

নোংঙাল্লে।

ফনা থেংলে। অযুক্কী পুং ৮ তারে। হৌজিক ফাউবা শ্যাম হৌগত্রি। শ্যামগী মমানা দুপামচা মুপামচা হায়না কৌদুনা হৌদোক্লি। থুম্নক্তে। অস্থুক থেংলবা ফাউবা তুম্বা হৌগত্তে হায়না মমানা শাউনা ঙাঙই। করিগী শ্যাম্না অস্থুক থেংলবা ফাউবা তুম্নিবনো হায়বদি মমানা খঙদে।

বিনোদিনীনা কাংথন হাইদোক্তুনা মপুৱোয়ববু হেৈদোক্লম্মী—তারিব্রা? তারিব্রা?

থুম্নক্তে।

মপুরোয়বনা থৌশাদবদুদা হৌদোকপা তোক্লুনা বিনো-দিনীদো ইমুংগী থবক অমুক নোমখি। মহোশাস্থ শ্যাম য়াহৌ য়াম্না থেংই। বিনোদিনীনা থবক নোয়ুবা হঞ্জিল্লকপদা অমুক চংশিন্দুনা হৌদোকই। মশা পায়দুনা নোম্লমই।

মদু ফাউবদা খুম্লক্তে।

হৌদোকপবু স্থংতা তাদে, পুম্বু পুম্নত্রা হায়না বিনোদিনীনা মুকম মুকম শোল্লি। হন্না হন্না হৌদোকপদা তামল্লক্তবা অদুদা য়াম্না জ্ঞান তানা বিনোদিনীনা মচা অহন্দা হায়,—"ইবেম্মা, নপাসি হৌদোকপা স্থংতা তাদে, অবোক্তা হায়যু।"

মহৈ মহৈ চঙদুনা হৌদোক্লম্মী। যুমলোম্নবা ময়ামস্থ চঙলক্লে। শ্যাম শিরম্লে। অহিংদা শ্যাম শিবম্লে। ও, শিরম্লে।

বিনোদিনীস্থ করি অমতা কপ্তে। য়াম্না জ্ঞান তাই। তুমিন্না লৈ। মানা তৌগদবা থবক অদু অদুম ইংনা তপ্না তৌই ! শ্যামগী মমানা মচাগী মমিং কৌদুনা শিথ্র শিথনা কপ্লি।

লৈচিললক্পী থাজ, ১৯৬৭ ইং

# মীচঙ লৈজদ্রবা তোল্লবা জীব

শ্রীবীরেন

রোহেম্না অহিং তুম্বা ইয়া য়ারক্তবসি মুমিৎ কনা ময়াম-শিল্লক্লে। কমুংদা চঙলগা কাংখল মমুংদা ইতুম তুমদনা থরো থরো ওন্দুনা লৈ। মরক মরক্তা খ্বর মপী চাউনা চাউনা হোল্লকই। য়াম্না খেঙলকান্দা তুমথরকপনি। তুমথরিবনি হায়দুনা তৌরিবদুস্থ মঙওই হাওই জ্ঞান ইতা তাদে। মিৎতা জাৎ জাৎ পংউদা উই। কৈকৈনো জাৎ জাৎ মথোং খঙদনা পংউদা উই, মরী অমতা লৈনদে ....................।

অয়ুক্লি। মুমিৎ মঙাম্না মেঙনা থোৎনা তরং তরং থোরকই। মহৌশাগী পোৎ পুম্বা ইনৌ নৌনা উই। থোংবম ইনাকখুনবগী থোঙ্গান্দা মী য়াম্না তিল্লি।

"পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা থোংবম তাইবুংঙো ঈশৈ-হনবগী থোঙ্গান্দা থনম্লে।"

"হিংলিব্রা শিরব্রা ?"

"শিদদি কৈনোনে। পোকপগা হেক্তা থনম্লবজাৎনি।"

"অস! ওম্নোক্লা কনগ্রেদা থম্মোয়দো। করম্বা মমা মপা ওইরিগদগে ?"

"কদায়দগী মকম খঙবা অঙাংদি ওইরুগদগে!"

মকৈ মকৈ রারী শানৈ। মহৌশাগী শক্তম অসিগা চূংশিন্নবা ঙমজ্রবা থৌওং কয়া থোরকপসি হন্দক মরকসি তোয়খংলক্লি। মসিগা লোয়ননা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংবু ফদি ফরানা য়োম-শিল্লগা হন্দক মরক তোয়না হুন্দোক্লরক্লে। ঙহানসু লম্ফেন্দা ফদি ফরানা য়োমশিন্দুনা ঈ মতুমগী অঙাং অমা হুন্দোক্লম্মী। মীওইবগী মফমদা মী সুংশিবদগী কয়স্থা তমথীরবা লাইচৎ অমা লাক্ল-বনো খঙদে।

"অঙাং অদু মশকপু ওস্থোক্লা ফজখ্রেনে। ঙৌরোক ঙৌনা পুপ পুপ হেক লাউই; চাউথ্রোক চাউরদুনা মশম্না মুঙুক হেক মুনা জম জম কয়া য়ামখ্রে; ওস্থোক্লা পাম্মুখ্রে।"

কুনানোমনা ঙাঙ ঙাঙদুনা চৎখিবদু রোহেন্না মাগী লাইরিক পাফম কাদা ফমদুনা রাখল খল্লিঙৈদা তাই। রাখল থনবা হায়-বমক্তি য়াদে। চপ চাবা অকক্লবা রাখল অমা থনবদি নত্তে।

তাক্লুবদগী অযুক পুং তরা তাবগীদুরাইদা থানা অনী অহুম লাক্লুনা য়েংলৈ। এস, আই, নহা অমনা কৈনো খরা ইশিনখি। "লোইশিনবা য়ারনি" হায়না থানানা হায়বদগী রোহেন্নচিংবা থোংবমগী সুপা সুপী অনী অহুম থোবক্লুনা অঙাং অদু লোইশিনখ্রে।

রে'হেনগী মপুক্লিং অসি তয়াং তশোই। করিগুম্বা অমা ইচিৎ চিৎথবগুম, বরিগুম্বা অমা ইরাৎ রাৎপগুম মপুরিংদা তোয়না ফাউই। হন্দক মরকসি রা ইঙাঙ ঙাঙনিংদে। য়েংখিবা অমদগী মমায়দু ইরৈ লৈথোকপা ঙমদনা তুমিন্না অহুম য়েংদুনা লৈ।

মণিপুরদা চেঙ য়াম্না তাঙলে, ফৌ শংবাইদা লুপা কুনথ্রামঙা য়ৌখিবা ঙসি থামুক হেল্লক্লে। তাথরকপগী রাদি হায়রুম্মু, নোংমা

নিনিদি নিংকু য়ৌবনু য়াউরুরে হায়না তায়। মীশিং অসি চরা য়াম্বা হেন্নরে; য়াঙ-পাদবা কাংবুতনা খঙবীদবনি হিংবদা পুন্সিসি মতিক চাশিল্লক্কে হায়না খন্নরবনি।

বিলাশিনীখোযগী ইমুংস্তু চরা য়াম্না হেল্লে। ঙসিমক স্কুল কারম্ব্রিবা অসি চরা অনী হেল্লবা মতুং ফাউবদা মবুক্তা কৈস্নমতা তাদনা কাররুবনি। মহাক তম্বাসনা গার্লস হায়ার সেকেন্দরী স্কুলদা ক্লাস টেন তম্লি। মাবু উবা মীশিংনা খন্নে নায়ব্রা কৈনো কুচু কুমেন তাইফেৎ তাইরম্রুনা ইহৈ কৈনিংদনা ইচোক চোকথনা উই। মনাউমুপী অমনা তেরা গার্লস হায় স্কুলদা ক্লাস সভেন তম্লি, মপুবা অমনা তেরা বোইজ জুনিয়ার হায স্কুলদা ক্লাস সিক্স তমলি। পৈশা থোকপা অহলদি মুমিদাং মুমিদাং তেবা কৈথেন্দা য়েন্সাং নাপী য়োনকম ফম্লিবী মমা লুখ্রাবী অদুগা থাদা লুপা ৮০ ফংদুনা অবাং দুকানগী শুকম্বার মনাক্তা পঞ্জাবী অমগী হার্দ রায়ার য়োনবা য়াউরিবা মবুং অদুগতনি। মমাদুস্তু ললোনশেন পুথোক্লবা লুপা ৫দং লৈতদুনা পোৎ য়োনবা ঙসি মরীম্নি ফাজিল্লক্লে। মবুংদুস্তু ঙরাং অয়ুকস্তু মুংদাংস্তু চাদ্রগা ঙসি অয়ুকস্তু চাখিদে পোৎ য়োনবা চৎখ্রিবদু।

য়ারস্তু য়ানা, নংলবস্তু নংনা বিলাশিনী মুংতিগী লাইরিক তম্বা কাই। মহৈ চারমদাই য়োরে তোকপা য়াদে খল্লি মমানা। য়াবগী হায়রুরবদি ফেৎ ফেৎ হাইনা থাংলে। অয়ুক মুংথিল মুমিদাং রোহেম্না বিলাসিনীবু প্রাইভেৎ তম্বী। মরী মতা থোক্লবদি নত্তে। বিলাশিনীখোয়গী মরী মতা অমগী মতেংদগী নোংমা রোহেন বিলাশিনীখোয়দা চঙখি। লুপা তন্না পুথোক, কুন পুথোক তৌদুনা

বিলাশিনীগী মমাদা চেঙ্ঙ ব্রানহল্লি। মতুদা বিলাশিনীগী মমানা "ইবুংঙো, নঙনা তৌব্রিবসি ইমাখোয়না করম্না লমন শিংগদগে থঙদ্রে" হায়না ইকাই ইকাইনা অপী খুদিংগীদি লৌদবা ঙমদে। মমানা মখা তাই— "ইমাবুদি চাব্রবসু য়াই, নচনগা ননাউশিংসিদি অঙাংনিদো, ইবুংঙোনা তৌবিব্রিবসিগী মহৈ শোয়দনা কংগনি।" বিলাশিনীদু লৈফম খঙদনা ইকাই। করিগুম্বদসু বিলাশিনীগী মোন মখাদা লুপা থনম্বসু য়াউই।

য়োহেন্না তোনশিনগ্রবা লমন শিংঙো হায়না নোংমতা থৌরুবা লৈতে। বিলাশিনীগী মবুংসু য়োহেন্না ইমুংসিদা তৌরিবা পুম্নমক থঙডি। মচন নুপীগী ফমুংদা য়োহেন্না মরম চাদনা হিগু্না লৈবা উরগা থুনা য়াংনা চৎথোক্কনা অপনবা পীদনবা হোৎনৈ। ব্রা ঙাঙ-লুবগী মহুত্তা মথরায়গা হকচাংগা -পুল্লপ থম্বা হৌজিক ফাউবা ঙম-লিবসিগী লমন্দুম য়োহেনগী মফমদা তোনশিল্লে খল্লি। হৌজিক হৌজিক্কী তমথিরবা লৈত লাইরগী ঈ চুপথোকল্লবা ব্রাখল অসিনা তুংগী পুন্সিগী মরমদা খম্বরুবা ঙমদে। হৌজিক হৌজিক্তা হিংনবা হোৎনবা তাই।

য়োহেনগা বিলাশিনীগা ফমুংদা লৈমিন্নবা উরগা মমানা খল্লি— য়োহেনগী মফমদা তোনশিল্লিবা লমন অদুদি শিংদি শিংলেদনা। অদুবু খবাক্তা ফুনগৎলকপা খ্বর মপী অমা অনীদি শাংনা হোম্বরকই।

নোংমা থেংলবা অহীং অমদা বিলাশিনীনা তোল্লিবা লমন শিংখি। মুমিৎ কয়ানিগী চাবা থাকখিবগী লমন য়োহেনগী মফমদা শিংখি। নোংমা, মুমিৎ তাথিবদগী অদুম মুমিৎ থোকখিদ্রে।

বিলাশিনীগী মবুংনা নোংমা থেংলবা অহিংদা ফদি করানা য়োমশিন্দুনা য়োহেনখোয়গীদা থিল্লকখি।

মসিদা মাগী মরাল করিনো? মীচঙ লৈজৱবা কনানসু সুংশিবিত্রবা তোল্লবা জীব অদুগী মরাল করিনো? মরাল করিনো? মী ওইরক্লবগী রাইট ফাউবা মখোয়না নমদুনা মুনবিরিবসি কন্নি মতৌনো? অদুবু থেংলবা অহীং অহীংদা নুপী অমতংদি থম্মোয় শোক্লা তেংথাখি।

চরা হেল্লবফাউবা নোংমতা ফুল কাবা লেপল্লক্রিবী বিলাশিনী ফুল কাদবা ওসি ওৱানিমুক হেনথরে।

ৱাখল, (১০শুবা মশীং), ১৯৭০ ইং

# সরকারগী চাকরী

হিজম গুণ সিংহ

মখুদাংদা ঘড়ী শিত্রবস্ত চাউভোন হেক্তা খঙই পুংক্ষম অহু পুং মরী হেনগ্রে। মরীমথায় তারক্কদৌরে হায়বা। পুং ১০দগী মিকুপ নাহুম য়েংদুনা ফম্বনি থোঙজিন অদুদা কাগী মনুংদগী মন্দিলা খিঙলকপা তাদুনা, হেক খিঙলকপগা চঙগদৌরিবনি কাগী মনুংদা। করিগুম্বদা হায়রকই মঙোন্দা, হোঙবা অদু কৌক, চাউবা অদু থিরু, করিগুম্বদা থোদাই ফাইল অসি পীকচো তোম্বদুদা চাউবহুদা। অসোমদা মন্দিলা খিঙলকপা থজিক্তুং রাইশংবদা বাবুশিং অমনা "তাদা চা খিত্তা কৌবীরু," "কা মতপ অমত্তা লৈবিরু," "চে অসিমা বাবু অদুদা পীক," অসিনচিংবা ঠ পৃথিবীনা মিৎকুপ অমা ফাউবা লেপ্তুনা সুমিৎকী অকোয়বদা লৈরি হায়বসি থাজদবা মীশক অমা চাউতোনস্থ ওইরমই। অঙাং ওইরিঙৈদা মমায়বা স্কুলদা তম্বশিংনা রা অসি হায়বা তাবদা মহাক নোক্লিং-লমই। মহাক্না খরদং তমজবা মাগী পারাদা য়াউরবা ফাউবদা মহাক সুপথা থাজরমদে। অদুবু থাজরম্লে হৌজিক্তি রা অসি। পৃথিবীনা চুমিৎকী অকোয়মদা মিকুপ অমা ফাউবা লেপ্তুনা লৈরিঁ হায়বসি মহাক্না উরুবা নত্তে— মাগী পুন্সিদা থেংনরিবা, মাগী পুন্সিদা লৈরিবা অসিদগীনি।

হায়না হায়না পুং মরী মথায় তাশিল্লক্রে, ঙসিদি মাবু কৌবা মন্দিলাহ্ল পংতোই তোইনা খিংলক্তে, অদুবু মহাক মুংশা থীরকই। মরমদি অসুম্না খরা লৎনা খিঙবা মুমিৎসিদি মাগী সাহেবকী থবক খক লোইগন্দে, করিগুম্বা লায়বকথীবা মুমিত্তদি মহাক দশা ভাগল্লি।

পুং মরী মথায় থক্তিক্তং হেল্লকপা অদুদা মন্ত্রিলা খিঙলকই কাগী মন্নুংদগী। চাউতোন চঙশিল্লে মাগী সাহেবকী কা মনুংদা, লেপউরে পাক চাউরবা টেবলগী মাংদা, সাহেবকী মাংমক্তদা থারিবা। সাহেবনা হায়রকই,

"ঙসিদি অথুবগী অথুবা ঙাক্তা খরা থেঙবা তারে। হেড ক্লার্কতা টাইপিষ্ট অমগা কুমথিবা য়াদে হায়রুচো।"

"ফনি স্যার।"

সাহেবনা হায়বহ্নমক হায়রুরে হেড ক্লার্কতা। চহী হায়কেৎ লৈশিল্লরুবা হেড ক্লার্কনা চাউতোনবু মুম্না য়েংলগা হায়রকই,

"খঙত্রেনে চাউতোন নখোয়গী সাহেবকী থবক অসে, মীগী অফিস পুম্নমক মীচিক মীরাউখোন তানথিত্রে, ঐখোয়গী অসিদা মঙায়রে। ঐগীদি ইথৌ লেল্লক্রে— য়ুমদা কুমপ্রবস্থ ফুংনাক পান্দা কয়্রগদবনি, য়ুম হায়রা ইনক নকই, নখোয়দি রাবা তারেদা। রাঙ্গোয়দা নত্রা নঙগী য়ুম্বু?"

"মানি বাবু। রাঙ্গোই হায়বহুস্থ মচিন অসিরাইদা নত্তে অা খুন্দোন পাৎকা হেক্তা তাইনরবনি।"

"অদুদি কমদৌনি নহাক্তি অম্নুপ অম্নুপ থেঙনা কুন্নিবসিদি। নচা কয়া চাউবা লৈরবগেনে নঙবু?"

চাউতোন্দ্ হায়কেৎ ইকায়রপ তৌই, হেড ক্লার্কস্ থঙলিবনি মহাক লুহোংবা পংকুই কুইখিদ্রি অদুবু মরাইবক ফবগী মচা অমা ফংজখিবা কুইদ্রি হায়বা। মাগী মতৌদু উবদা হেড ক্লার্কনা হায়রকই, "ইহে ঐদি ইকাউবু কাউরুরে, নঙগী নচাগী ষষ্ঠী পূজাগী বার্ত্তন্দু ইকুই কুইখিদ্রিনা? অহানবা ওইরিনিনে অদুনা।"

"মানি বাবু।"

"চান-থরুবা তাঙলিবা মতাঙ অসিদা কোন্নবা ঙমলিব্রা নঙগী তলব অদুনা?"

"কদায়দগী কোন্নগদগে! পাবনা ফৌ থরা খায়বীবা অসিগা উরোন সারোন হোৎনরিবনি। মীগী মশেনস্ য়াম্না তোল্লি ননাই ঐদি— লুহোংবদা পুৎথখিবা পৈশাস্ শিংবা লোইদ্রি।"

"হোয় থরা য়ানা হোৎনবা তারেদনা। থবক অসিবুদি লৌ উবনদুম কান্নগত্রা খল্লি ঐদি, ঐখোয়দবু থবক তৌরকপা চহী ২৮। ২৯ শুজিল্লরুবগী খাঙলবনি! নপাঙ্গল ফরিবা নখোয়দি নোম্বা য়াম্না য়ারি।"

"ঐস্ থঞ্জরিবনি বাবু অদুবু ঐখোয়গী অহল অসিনা মীরক তিনবা কৌই হায়দুনা শিনবীখিবনি। তৌবগীদি বাবু ঐনা লৌজরিবা নুপী অসিস্ সরকারগী থবক অসিমা তৌই হায়বদগী পীবিরকপনি। য়াম্না ইনাক খুনবা ইমুংগী মচানি, ইম্ফালদা থাজগনি হায়না মপানা তমজবনি?"

চিঙৈদা সাহেবকী মন্দিলা অমুক খিংলক্রে, চাউতোন সাহেবকী মনাক তান্না চেনখ্রে। চঙঙ্বদা অসুম্না তাকপীরকই—

"চাউতোম ওসিদি নহাক ঐখোয়গীদা ম্নোক্লদবা ম্নাত্রে। ঐদি কাউথোকউরে শীং থরা খাইরুগদবা লৈহৌরি।"

চাউতোন তুমিল্লা অতুম লেপ্লি। সাহেবনা মঙোল্লোমদা য়েংখৎলকই, মতু উবদা চাউতোন ফনি হায়না হায়রকই। সাহেবনা মথা তাথরকই,

"মা অমত্তং হায়বদা হরাউ হরাউ থক খুমদবসিবু করিগীনো উতোন? ঐহাক অসে নঙবু............।"

"অদুগী নচ্চদে— ননাই ঐগী লমসিনা থরা লাপ্পসিদা!"

"থবক চৎলমদাইদদি য়ুম থাপই হায়বসি থক খলহৌ-দবরা নঙবো?"

"চাউতোন পাউখুম পীফম থঙদে। অচুম্বনি মহাক লম থাপ্পা নকপগী মাসি খলহৌদবমক্নি। মাগী চঙক্লবা মতৌতু উবদা সাহেবনা নমহং হংজিল্লকই,

"খলহৌবরা খলহৌদবরা হায়য়ুনে চাউতোন?"

খোজেন হায়ফেৎ মাংনা হায়রকই, চাউতোন পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, মাগী অশোনবা মফমদা কিৎ নমদুনা হংলকপা সাহেবকী মাহংনি, মদুগী জবাব পীবা ঙমফম থোক্ত্রে খুঙ্গংগী অচম্বা পিয়ন অমনা।

"ঐহাক থঙই নহাক মুমিৎচুপ্পা থবক অমত্তং হায়বদা মরৈ তৌই তুকাদা থিদুনা লৈ হায়বা। মসিগী ফল করিনো হায়বদু খঙহনবা ফাউবা মায়বনি। ঐহাক মীগী মাঙনবা তৌনিংদে। অদুমকপু মসিমদি খঙঙু অসিগুম্বা ব্যাবহার লৈতবা হৌন-লোনচৎ খঙদবা, নথক্তা লৈবা মীনা থোদাবদা নিংঙাই চাউবা ঐহাক হৈনদে।"

চাউতোন মরু লুকথুখিবদগী মকোক হাইগৎপা ঙমদ্রে। মমায়বা মুক্তা কাংজে শায়বদা মনম লৈপাক তারক্ত্রবা চাউতোনদু উতিংবগুম চপ লেপ্তুনা অদুম মরৈরে। চহী কয়াগী চাকরীগী ফল মহাক ফংলে, শিকার তম্বীরবা শায় ওইরে।

সুমিদাং মযুমদা হল্লকপদা মাগী সুপীদং নত্তুনা পুম্নমক চাবা থকপা লোইনবমতুনা তুম্ন-হিপ্নরম্লে। মাগী সুপীনা তুম্নমদবা উবদা মাবু ঙাইরিবমাম্লে হায়না মপুক্লিং খজিক্তুং সুংঙাই, অদুবু মঙোন্দা মখোল য়াক্লপা হায়রকই,

"তলব হেক ফংবগী নোংমা নিনিসিদি য়ুম অমা লৈহৌরি হায়বসি নিংশিংদ্রেদনকো। ঐনা কুম্মৈ তৌরক্লবদি ফজরোইকো।"

চাউতোন তৌফম খঙদ্রে।

"অফিস কারিবনি পিয়ন ওইরবনি হায়তুনা চাক লোইবা ঙাইঙমদবা মথৈ চেঙ্গা চাতুনা চেনখ্রে, আদা থোঙ্গাই শত্তুনা ফম্বমথৈ ফম্মুরে, থোকলক্লগা ইম্ফালগী মমায় নানবী, পোৎকম ফম্বীশিংগী লোকমাই মতোন্দা ফম্বা মথৈ ফম্লগা নোংয়াই মতুং য়ৌরগা য়ুমদা লাকপা! তলব ফংইবনি হায়তুনা গপ্না তৌজবা শারিবা য়ুমদদি লুপা তরাদসু ফানা পীদে। ইপামদগী হোনবদা ঐবু উরগা কিনরে ইবুং ইপুবা পুম্নমক্লা।"

কাংথল মনুংদগী পোৎথা পোৎথা শমথরকই চাউতোনগী সুপীনা। ঙাংলিবতু তারগা চাউতোন্দু নোক্লিংবতুম পোক্লক্লে। মফি হোংনা হোংনা মচিন মথা কৈরেং তুরেং চিংলে। মানা অফিসতা তৌরুবতুগা মাগী সুপীনা শাগৎলিবা অতুগা খল্লুবদগীনি। অমুকসু নীংশিংলকই মাগী থাগী তলবকী হিসাব— তলব চারকপদগী ঙসি

ফাউবদা শোত্তুনা চাবতনা মাগী মথৌ ওইরকই। অফিসকী বাবুশিংগী কর্ম্মগী পোৎপাং চিংথবা নত্তে মহাকস্থ, পোৎপাং মতমদদি তৌমিন্নন্নিবনি হায়দুনা বার্ত্তণ থক চিংথবিদে; মাগী থোক-পদনা ইকাইদুনা তাক্তে, তৌকরে অমা অনী নত্তুনা পাংবীরকপা নত্তে মথোয়গী পোৎপাং হিসাব লৈবা নত্তে।

মীগী মচাগী ষষ্ঠী পূজাদদি অহিং অথেংবা চাবা থকপা লোইবা ফাউবা সেবা অসিদং য়াউবিযু হায়দুনা হেক্তা মহায়ঙ্গিল্লকই, য়াদ্রে ব্যবহার থোক্তে। মাগীদদি বাবুশিংদি লরাই অরাপ্পদা চৎপা খুদোং চাদে— লাকপীবা নত্তে। অফিসতা সাহেবশিং বাবুশিং চা কপ অমত্তা ওইরবস্থু লঞ্চ মতমদা থকনৈ চানৈ, মহাকস্থ মীনি, মুপা অমনি থক্লিংই চানী লকই, থকই। চনী ৫। ৬ সি থক্লকপদগী চাগী নেশা চুরে হৌজিক্তি, নোংমগী কপ অনী অহুম থক্তবা কৈন-রক্তে। কনাগুম্বা মবেং মমান্নবশিংনা কৈথেল পোৎফম চঙতুনা ফাগী যোগাই তৌবা মাস্থ য়াউকই, জীবনিনা। তলবকী রাদি কনাস্থ হংনদে— থোক্লবক্লগদি মী অমা ওইবগী চাংদা ওন্নে, মাস্থ মীনি আয় ব্যায়গী হিসাবতা ঙাওবা মীস্থ নত্তে মাদি, ঙাওনিংঙাই হিসাবস্থ লৈতে। ময়ুমদা হায়রে তলব চারবনি হায়দুনা মপানা তোঙান্না পীজরে, লৈকাইগী শিংঙেল শেল, শেম্বাং মানা পীম্নে, খুলগী কুম্মৈগী শেন্থাং মাগী শরুক তম্লে।

মহৌশা হিসাব শুদবা চাউতোন হিসাব অমুক্তং শুরুই ঙাইহাক অতুদা। করিমত্তা লেমদ্রে মাগী তলবতু। থবকী থল্লুরগা নোক্লিংলকই। অমুক্তা হেন্না। খোঙ্গ্রাইশৎপনি হায়রি মাগী থবক্তু। অরাম খোৱাংবা পুন্নমক কোকগ্রে। মুমিদাংগী চাক

চাদনা মাগী ফম্মুংদা চুমথ্রিং অদুম চঙথ্রে। মানা তৌরিবদু উই মাগী মুপী তথোংনা। চাউতোম্না লময়াইদা কুইরেমথৈ নোকমি তৌনা লেপখিবা অদুদগী ফম্মুংদা চুমথ্রিং চঙখিবদু উরগা ভিং শোক্লবমাল্লে হিপ্লম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা চৈরকই—

"মীনা হায়বগা তৌগে মতাগুম নোকমি নোকমি তৌদুনা ফম্মুংদদুম চঙখিবা শারি। লমশা বনাগী রাখলদা নোকচবা শারিবনো, ইম্ফাল মুপী মায়নানবী কনাগীদা লুক হারকপগে ইমুংগী চাক-কা চানীংদ্রিবো? লাউ কায়রোই য়ুমদা থিল্লোরাউ।"

চোংথোরক্লে তথোং ফম্মুংদগী যুগোং রায়য়োং চাত্রবা অফোংপা মফি ফনেক্তু, শেমভিক্লদুনা মাগী ভিং শোকপা মতাং থোক্লরমাল্লে। মাগী মতৌদু উবদা চাউতোন হেন্নদুম নোক্লিংলক্লে। শাউনিংবদি লায়রদুনা। অদুবু নোকপা য়াবা মতাং নত্রে হায়বদি মাস্থ খঙলে— মরমদি তথোং চুম্না ফম্মাংদা চোংথোরকপদগী হেন্দুনা মাগী ভিদানমচা অদুদা খল্লিবা কাংখলনচিংবদু তনফোই ফোইদংলে। ইশি শিনা তুমজরিবা পিক্লিবা অঙাংদু মশা শাগন লাক্লুনা চিংখংলগা মনঙন্দা হুঙ্গংপোইমা পোখংলে। অসিদসু নত্তে তথোং মশা অদু চেঙথৈবগুম নীক্লে, হায়নি লায়রোই খঙদনা মপুরোয়ববু চৈবা হোরক্লে।

চাউতোন মতৌদু উরগা তপ্না হায়রকই, "ঙাইথোনে তথোং করিনো নঙনা তৌরিবদুবু, ঙাওরব্রা নহাকপু!" ঐনা হায়রিবসি অমুক্তা তাখো হায়মি। মীগী পোংথোঙদা ফম্মুবদি লায়রদুনা য়ুমদা য়ৌরক্লিবসিফাউ ওম্থোক্লা রানা য়ৌরক্লবনি, হায়দোক্কদৌববু ইকাই নঙোন্দ্রে। ইমাথোয় পাজিথোয় তারগা ঐথোয়বু য়ান্না

লোক্লরগনি। ঐনা হায়বসে ভাখো। চুম্মি নঙনা হায়বদো অয়ুক্তা চাক চেঞ্জা চাদুনা চেল্লি হায়ৱিবা, চেন্দবা য়াদদুনা তৌৱিবনি হায়-ৱোকপদা ইকাই, ঐখোয়গী সাহেবকী মচা অদু ফুলদা থিনবা নংলোই হায়দুনা চেল্লিবনিনে। তলবকী পৈশা নিংথিনা পুশিল্লক্তে হায়বদু হৌজিক্কী মতমদা লুপা ১১০রোম অসিনা করি কোল্লগনি। ষষ্ঠী পূজা অদুদা কয়া য়াম্না চঙথি, নহাক্কী লাইকল্লবদা কয়া পুৎথখি। চহী চুপ্পা অসি মীঙোন্দগী শোং লংদুনা পুশিন্দুনা চাৱক্লে মীগী মমাংদা ইকাইদুনা পাজিনা ফৌ খরা খায়বী অদুপ হায়বদনি নঙনা হেম্না খঙলিবদুনি।' নঙগী ইম্নফি অমত্তা লৈশি হায়নৱকইবসি কয়া কুইরে! অদুগনে ঐনা তৌৱিবা থবক অসে অফিসকী থবক্তি পংৱা ৱাবা নত্তে, চে-স্নুং খরা চৎপতনি অদুগা ঐখোয়গী সাহেবতুগী মরল্লাইগী থবক হোৎনবদা লোইরবনি। ঙসিস্থ শীং মন অহুম হোজিল্লগা খাঁয়রল্লিবনি, থাজদ্রগা য়েংউসে ঐগী খুবাক অসি অদুগা ঐগী লেংজুমদা উ শীং হোনবগী দাগ লৈরিবসি।"

চাউতোল্লা লালটেল থাউমৈদু পুশিল্লক্লুনা তথোৎকী মমাংদা মখুং খুবাক্তু তিংথোক্লকই। হায়গুল্লদুনা চাউতোনগী মখুবাক অদু ইঙাঙ ঙাঙনা পোকথোকপা উরে। তথোৎ মপুরোইববু হুংশিদবা নত্তে মিকাবগী ৱারৌজবনি— মাগী কনা নত্তবা লমলানবা অমদা মহাক্লা অসুম্না শাউক্লবা মতিক লৈত্ত্রা? মথং মথং ওইনা চাউতোল্লা মফুরীৎ লোথোক্লুনা মাগী য়েৎকী লেংবান্দা শীং পুৱকপগী তঙাং তঙাং পোমথা হৈথাননা লৈৱিবদুসু উহল্লি। তথোৎ ৱা ঙাংথিত্রে ভুমিন লেপ্তুনা লৈত্রে।

"থৌদৌ অসে নিনিদা কাংবা নত্তে ওসিনা শীং থায়রে, হয়েংনা মাগী মুম মিরাং কম্থরম্মু হায়রকপা য়াই, লৌরোক পাম্থাদা কৌ য়ৈবা, পেকপা হোনবা য়াওরক্কনি। অদুবু ঐম্থু মুপা অমনিনা নথোয়বু খওহনগদবফাউ ইকাই। নঙোন্দা ফাউবা ইকাইখ্রবা ঐগী থবক মতা অসিদা অতোপ্পা কনাদা ঐনা ইকাইরোইদৌরিবনো? ঐহাক নহাক্না থোংলম্বা চাকসি চানীংদবশ্রী নত্তে, রামনহুনা ঙাইহাক্কুং পোথাগে খল্লম্বনি।"

তথোৎ তৌকম খওদনা চৈয়ুং উয়ুংবগুম চপ লেপ্তুনা লৈরে, মপুরোয়বগী পোকথোক্লবা মখুবাক তঙাং তঙাং পোথা হৈথানয়বা মরেংজুম উরে মহাকম্থু। তুম্বা থুগায়বদগী শাউরবা অঙাং অদুনা মনঙ্গন্দা তিং শোক্লা কপ্লি, মাগী মমাঙদা মখুৎনা ফোইদৎলুবা কাংখল পুল্লপ তাদুনা লৈরি। পুম্নমক খওদ্রবগুম তথোৎ উয়ুংবগুম রা লান অমগা ঙাঙখিদ্রে। অহোয়নদুম মখিক্তগী মপি শিম্থরক্রে। চাউতোনম্থ রা মথা অমুক তারক্রে, চপ লেপ্তুনা মমায় লৈথা ওম্থদুনা অদুম মরৈরে। ঙাইহাক লৈবগা তথোৎনা হংলকই,

"অদুবু নহাক্না তৌরিবা থবক্তুবু সরকারগী থবক্কি হায়বদাইনে। নথোয়গী সাহেবতুগী মীনাইমক্তি নত্তেদনা—নচিন অদুপ লুপ্লিববু করিগীনো?"

চাউতোন মঙক্কমক হাই পাউখুম অমত্তা পীরক্তে অদুবু মহাক তথোৎনা হায়বিবতুদি খওদবা নত্তে।

কিজঙ মরুমদা, ১৯৬৯ ইং

# ৱা-তান্ন-মন

## হিজম গুণ সিংহ

চহী মীয়াই চনশিল্লব্রবা হুপা অমা মঙ্গুনরবা ফিজোন শেৎ-চারহুনা কোর্ট অমদগী অমদা কনাগুম্বা অমা থিবগুম কোইচৎ চৎলমই। অমুবা ফিজোন শেৎ-চারবা, মশা নাল্লবা নহারোল অমস্থং অহল্লোন উকিলশিংগী মনাক্তা হেক হেক চঙলমই মখোয়গা কেশ থোকপা মীওইশিংগা ৱাতান হৈদাম্নবদু হেক হেক তারুই অদুবু মথোয় অদুগী মফমদা মহাক্না ৱা অমা হংলুবা তৌরমদে। মঙালি তৱানি উরুত্রবস্থু অহল অসি নোংমা নত্রগা নোংমা অমদা অমুক হেক্তা থোক্লরমই। কোর্ট অমদা করিগুম্বা কেশ অমা থোকপগী মওংস্থ মান্দে, নোংমতা মাগী মমিং পান্দুনা কোর্টকী মী কৌরিবা মীওইশিংনা মহাকপু অমুক্তা কৌশিনখিত্রি। নোংমদি প্রিচার লোইশংগী মপান্দা অহাংবা লম্বাংগী মচি অমদা মাগা চহী লেঙ্গা ওইবা উকিল অমদা অহল মতম ওইরব্রবা মীওই অমনা মখোঙ হেক শোকপমখৈ খুরুম্বা মহাক্না উরমই। মদু হেক উবদা মহাক মায়কৈ অদোমদা অঙাওবগুম্না প্রপ প্রপ চঙশিনখিরমই। মহাক্না হেক চঙশিনখিবদা উকিল অদুনা নোক্লদুনা হায়রক্লমই মাবু খুরুমখিবা অহল অদুদা, 'ভাদা নচান্নুপাদু খাদোক্লক্লরিগনি!' অহল অদুনা 'ননাইহু খাদোক্লক্লে সাহেব! করিনা লমন শিংগদবনো খঙদে ইপা ইচাবু অমুক পোকপীরবা হায়বহুনি সাহেবনা।' মথুৎ

খুবাম অনীমক লোয়বুনা অমুম্না পাউখুম পীবদু মহাক মুন্না য়েং-লমই। মথা অমুক তারমদ্রে উকিল সাহেব, চোয়ফোন মনাগী মচু শংলবা মু-ব্রাউনবা অচৌবা কার অদুগী মমুংদা চঙশিন্দুনা ফমথদ্রে, মহাক্না হেক ফমথখিবগা গাড়ীদু অদুম থোৌখিরমই। মহাক অদুনা মাগী মনাক তান্না চেনশিল্লকপা অহন্দু গাড়ী থোৌখিবা অদোমদা মুন্না য়েংদুনা অদুম লৈহৌরমই। য়েংবমথৈ য়েংলম্নগা উকিল সাহেবতা খুরুমখিবা অহল অদুগী মনাক তান্না চঙশিল্লক্লুনা য়াম্না চেকশিন্না রাহৈ অমনিদং হংজৈ, উকিল সাহেবকী পরিচয়, করি মমিং কৌবগে, কদাইরাইদা লৈবনো অসিনচিংবা। মহাক্না খঙ-নীঙবদু ঙম্না তাকপীরমই। মথা তানা অমুক্না হংলমই— 'কয়ম তৌবা কেশ মতানো তাদগী ইচানুপাগী কেশ অদুবু ?' 'ইচানুপা ওক্তবা পোকপগী লোইরবনি ইয়াম্বা। মহাক্নদি খঙদে মীমনি খঙদে ফুন-চৈনবদগী পাখঙ অমা শিদ্রে। ঐগী মুপামচা অদুসু থৎনবা অদুদা য়াউই হায়রগী চহী অনীরোম শুরে জেন্দা লৈখিবা অদুবু উকিল সাহেব অসিগী কৃপাদগী ঙরাং নহাল অদু জামীন্দা থাদোকপীরে। কেশ মপুংদি লোইদ্রি। চৎলুখিবা তারি ময়ুমদা মথা করম তৌগদগে হংলুনবা।

'হৌজিকমক, লেংবা তারিব্রা সাহেবকীদা ?'

'উম হৌজিকমক, হায়নখিবা রা শোয়নবা য়াদে উকিল অসিদি।'

'মদুনি ঐনা পামজরিবসু, জবান শোয়নদবা।'

'ঐখোয়না পুবা ঙমদবগী রানি মাগীদি মানা হায়ব্রবদি শোয়বা লৈদ্রে।'

'অদুদি তাদনা হৌজিক লেংবদা ননাই ঐস্ম অমুক্তা য়াউজগে, যুম অমুক্তা খঙজগে।'

'কেশ থোকইবরা নহাকপু ? তৌদবা য়ারবদি তৌরুগন্নুবা ইবুংঙো, চহী অনীসি থবক্তা মনা অমত্তা ওবা ঙমদ্রবনি কেশ অসিগী হাক্তক্তগী।'

সুপা অদুনা মথা পাউখুম অমুক পীরক্লমদে, পাউখুমগী মহুত্তা মহাক্না মথা রাহং অমা অনী হংলমই—

'তাদা কদি কবা উকিল্লা সাহেব অসিবো ?'

'কৈ হায়নৈ রাথোক লাম্বোকপা মীশিংনা, ঐস্ম অদুপ মুন্না খঙ্গলমদে অহানবদা, হন্দকী নচা অসিগী কেশ অসি খ্বায়না, থরা লুই হায়নবনি ; মহাকস্ম হায় লুই হায়ববুদি অদুবু ঙস্বা য়াই হায়না তাকপী। জামীন থাবা ঙম্বরমদ্রবনি উকিল অতৈনা। অদুবু মানা লেপ্পীবদগী জামীন থারে। মানা লেপ্পা কেশ মতাসি ঐনা অস্থম উবদা মীহাৎ-মীপুনগুম্বা শেল সম্ফত্তি য়াম্না য়াম্বা অদুগুম্বগী কেশ ঙাক্তা ওইনা তৌই, মীনস্ম য়াম্না তাম্নৈ, কবা তাইয়ে।'

রারী শান্ন শান্নলা লাকপনা উকিল সাহেবকী মযুম য়োরক্লমই। সুমিৎ ময়ুম চঙগ্রবা মতুংনি। মীঙায়ফম কা তাম্না মখোয় অনীমক চঙলক্লমই, উকিলবু ঙায়নবা মীনা মফম অতু পুমথন থল্লম্নে। মন্নুংগী কাদা লৈরি উকিল সাহেব, মী অমমম অনীনি চঙখিবা থোক্লকপা য়েংহনা লৈনৈ মখোয় পুম্নমক। সুমিদাং কনা য়াম্না থেংজিল্লয়গনি মীয়াম অদুগী রা ঙাংনবা লোইখিবা। মাবু উম্নগে হায়দুনা মীগী মতুং ইন্দুনা লাকপা অহল অদুমত্তা মঙায়হৌরে, মাবু লমজিং-বীরকপা অহল অদুস্ম হনগ্রবনি। মী পুম্নমক চৎনগ্রবা মতুং অদুদা

কা অদোমদা থোকলক্লমই উকিল সাহেব। পুমহাং হাংলবা কা অদুদা, অশাংবা বেঞ্চ অমদা মথক্তা কয়িবা অহল অদুনা উকিলযু হেক উবমক্তদা মকোক নৈপাক শোক্লা খুক্লমই।

'ননাই ঐবু সাহেবকী মকমদা কয়িগুম্বা অমতং হঙ্গচ্ছনীংজুনা লাকচবনি।'

'নঙগী মীংবু নৈগ্রবরা, ঐবু হায়া নেকগ্রবরা?'

'নেকচখিগ্রি।'

'ঐগী কীদি য়াম্না চাউই—।'

'কী হায়বদি সাহেব?'

'ঐঙোন্দা পীগদবা শেলবু হায়বা।'

'কয়া ওইরবনো?'

'চুম্নগী য়া ভায়বা ওইরবদি চনীদনগু য়াগনি।'

'অহল অদুনা য়া মথা অমুক ভায়মদনা মাগী কিরৈদগী ভম্বা-চংগী মপুন অমা পুথোক্লকুম্না লুপা চনীথক ভনথি খিদোক্লগা সাহেবকী মাংদা থম্লমই। কী কংলবদা সুপা অদুগা মপুংগী কা মপুং-লোমদা মথোয় অনীমক চঙশিনমিন্নরমই।

সাহেবনা হংবীরমই, 'করি য়াকপ্লো ভাসি হায়যু!'

'ননাই ঐগী য়াসি ওম্মোক্লা ইকাইবা য়ানি, হৌবদগী কেক্তা লীজহগে— ননাই ঐগী সুপী অদু অহানবা অমা শিগ্রবা মতুংদা লৌনা খিজবনি। ঐদি চীংদা দোকান মচা অমা কমজে। কনাগুম্বা নহা পাখং অমনা ইতৎ ভত্তনা শোম্নবীজুনা—।'

উকিল সাহেব মমিৎ মনা চপ মুংলমই, মাগী টেবল মথক্তা থিম্নিবা অন্মৌ অনৌরবী কনাগুবী অমগী ফোটো অদোমদা শংগ্রিক

য়েংলম্লগা অপাকপা টেবল অদুদা মথুঙ য়েংনা তপ লাউনা খনথিন থিল্লগা খংলাউ লাউরমই, 'হৌজিক ফাউবা মুপা অদুগী মথৱাম্ব লৌত্রিবরা? অদুগুম্বা কেশকীদমক্তি ঐহাক পৈশা অমত্তা লৌরোই।'

অহল অদু খংপ্রেক থংলমই।

'নহাক্কী মুপীদু ম্বারকউ, তারিবরা মুপা। মুপী অদুগী দোষনা ওইরবদি মহাকপু অমুক ঙাকপীনবগী মরম লৈতে। নহাক চৎপা ম্বারগনি।' হায়রম্লগা উকিল সাহেব হৌগৎখিদুনা কা মনুংদা কাৎলিবা থোঙ অমা তম্না চঙশিনখিরমই। মুংঙাইবা কুম্মৈগুম মমিৎ ওন্দনা য়েংলম্বা অহল অদু তুমিন্না ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা মপাল্লোম থংবা থোঙ অদোমদা লাক্লমই। থোঙজিন মপান য়োম্রকপদা অমুক কাগী মনুংদা য়েংশিল্লমই, অদুবু কুইত্রে মহাক মপান অদুম থোকখিরমই।

উখিত্রে মতুং অসিদগীদি অহল অদু কোর্টতা লাকপা। নোংমা থেংলবা মীচিক মীৱাউখোল তাত্রবা অহিং অমদা উকিল সাহেবকী য়ুমদা কনানো অমা লাক্তুনা সাহেবকী থোঙদা হন্না হন্না থিল্লক্লমই। মচা মনাইশিংনা য়েংউবদা মুপা অমথক লেপ্তুনা লৈরম্বা থেংনরমই। মহাক্লা হায়রমই, 'ঐহাক সাহেবপু অমুক্তা উন্নজগে লাকচবনি, উন্নবা য়াররোইদ্রা?' সাহেব তুমখিবদা ঙাইরি হায়দুনা মচা মনাইশিংনা খঙহল্লবদা মুপা অদুনা হায়রমই, "অদুদি সাহেবনা হৌগৎলকপদা পাউ অসিমত্তং তম্বীয়ু। ঙসিদগী থা অনীরোমগী মমাংদা হুপা অমথক্লা মাগী লৌম্নী য়ুমফম কাদা মীনা হেজিল্লকপগী ৱাতান্নবা লাক্লম্বা অদু সাহেবনা তাকপীখিবা মতুংইন্না থবক অদু

মখুৎমক্সা পাংথোকউরে হায়না। মহাক মশাদি থানাদা চৎলগনি হায়না চৎগ্রে হায়বীয়ু। অসিগুম্বা কেশকীদি সাহেবনা পৈশা লৌরোই তাকপীথিবনি অদুমকপু লুপা চনী অসিমগা থমজন্নমগে সাহেবতা পীবীয়ু। ঐগী কেশ অসিগীদমক শেম শাবীয়ু হায়বীয়ু।'

লুপা চনীগী নোট মপুন্দু পুখো য়াদনা অদুম থনম্লগা মুপাদু থুনা য়াংনা চৎখিরমই। মথংগী মুমিক্তা উকিল সাহেবকী মখুত্তা লুপা চনীসি য়ৌরমই। মুপাদুনা হায়রম্বা পুম্নমক অমত্তা চিথদনা তম্লমই মনাইশিংনা। পাউদু তারগা মহাক করি অমত্তা হায়রমদে, মাগী টেবলদা গিল্লিবা তসবীর অদুতদা ময়েংলমই। মহাক্না মাগী মীৎয়েং, লৈথোক্লকপদা মাগী মনাক্তা মমায় মমিৎ পুমঙাং ঙাংলবা য়াইমনা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উরমই উকিল সাহেবনা ইঙক ঙক্লা হংলক্লমই, 'করি তৌরে য়াইমা ?'

'ঐথোয়গী সাহেব—।'

'করি তৌরবা ?'

'ঙসি অহিং লৈত্রে।'

'হা— ঐগী ইচাহুপা—

কমদৌনা, করি ওইনা অশুক থুনা ?'

'মীগা থৎন-চৈনবা ওইরমাল্লে, মীনা থাংনা য়ানবা ওইরমাল্লে। মীগী ইখোলমুংদনি। অথেংবা অহিংদনি মশক থঙদবা মুপা অমনা তাক্লে সাহেবকী কাটরদা লাক্লুনা। ঐনা চৎখিবদা সাহেবতি— ঐহাক থানাগী গাড়ীদা লাকচবনি, সাহেবকী হকচাং ডাক্তরখানা য়ৌগ্রে।'

উকিল সাহেব চৌকিদা অচুম তুশিনপ্রে, পাউদম্রবা মুপা অচুনা চেনশিন্দুনা উকিল সাহেবপু কোনথংলগা মচা মনাইশিংবু কোইকৌ কৌরমই।

কিজাও নকমদা, ১৯৬৯ ইং

# ইতাওনা শাবিবা ফৌগুখোঙ

এলাংবম দীনমণি সিংহ

ফৌগুখোঙ অমা শাদে হায়দুনা ঐগী শ্রীমতীনা শাওব'সি করিনো, মাগী মচা মপুরোইবা কাদা ঐনা লোইরঙ শীখোং শারুবা 'সিমঙাই। অযুক ফংই ফি কি সুমিদাং তৌই ঙেং-ঙেং। ফৌগু-শঙগী মরমদা মা উন্নগনি ঙাঙলকনি খনবদা ঙাবৌ চাগনপ্রবা ঐনি অদুবু সুমিদাং নিউয়োর্ককী ফিল্ম অমা য়েংলুরগা খেংলপ কল্লকপা অয়েনবা য়াম-না হৌবা তলজাও চজিক অদু ঙারেল হৌরম্লবা হঙ্গাম অথাবী মহৌদা লুপ্ল লুপ্ল চাববু 'হায় নঙগী'সিবু ঙা-কা অমত্তা লৈত্রবা জাৎলা' হায়বা য়ৌনা হংলুদ্রে, ঙম্না ঙম্নবা খুৎয়াইনা খরা নমশিন, ঈশিং অঙৈংবনা খরা নমথ য়াংলেন্দা লুমাং কাবমথৈ য়োৎচরবনি। অদুমক্তদা শ্রীমতী ঙাঙবা তোক্তে। ঐ অসি খাঙবা কন্দ লাক্তবা নুপা নত্তে। লানফমমক্তদা ফজ ফজবা চিঠি ইখিবা নেপোলিয়ন বোনাপার্টকী আশাদা অমদি খাক-লাউবা তারবা মতুংদা মাগী মবেম্মগী চরনামৃতগী নোংহৌনা মশা অদু মহাস্নান তৌখিবা গ্রীককী সোক্রেটিসকী থাজবদা ঐ খাঙখি।

খল্দবদি নত্তে থল্লিকো। মুংঙাইতবসু ফাউরিবনি মুংশি-জগ্রবী পামজগ্রবী মাগী অরাবা খুদোঙচাদবা উবদা ঐসু মুংঙাই-ত্রিবনি। মাঙ্গোন্দা গুরিঙৈ ফরম্মী, চাকশঙ অদুদা গুজিল্লকপ'দু ফাউবা থাঙলম্মী, মান্না মথৌনা করিবসু ঐখোয়গী কাদা ঐগী মেজ

ময়াদা শুম্বল অশাংবা অডু থাংজিল্লগা ডাঙ ডাঙ তৌশিল্লকই। ঙাঙলুবস্থ ম্নাদ, খিংলুবস্থ কিতক চা য়ুমলোন কৈরোম্নবগী মাঙদা চাং থৱদি থম্লিং। মনিংলোমদা ফাওৱগা শম্বল চোংড়ুনা থোক্লকপা অনী অহমলক শুরে। অসি য়োরক্লবা অডুদদি ঐস্থ পীক্কে পীকউ চাউগে চাউ, য়ুম অমগী মকোক, দেশ অমগী মন্ত্রী মকোক্লিদো। পাংকুই কুইবা ৱাস্থ নক্সি ফৌশুখোঙ তেকখিবা, লৈরম্লিবনি চহী ভরেৎ নিপান্দা মঙাইরি। অডুগীস্থ মথক্তা শুকম লৈতে করি শুংনাংফম লৈ, মথাগী ইবাই থম্বোখোয়গী অচৌবা শঙ্গোই লৈরি, লাপ্লপোৎস্থ নত্তে, লৈরক অনী লৈকাই অমা লানববু করি ইকাইবা! লৈশারিঙৈদদি ঐঙোন্দা মতম, মতাং, তাঞ্জা পীনবা, ৱা অমা অনী ঙাঙলক্লবা তাঞ্জা পীনবা ঈশিং শোকপনি হায়ড়ুনা সনাবুল য়েপ্লগা সুংত্তিগী মাইল তরুক তরুক্লি চৎলিবা।

নোংমদি ঙাঙমল্লবড়ুদা থাঙবা ঙমদ্রড়ুনা অডু মঙাইরে তৌৱগে মী নেক্ল ৱগে হায়ড়ুনা থোক্লক্লে। অডু ইপু তোঞ্জাউ নেকসিরা? মখুৎপুদি মনাল্লি হায়ববু শেল পীয়ুদা হায়গনবা অসিনা বোইনানা হেন্দ্রিবমথৈ লোই। তাঙাং শেলুংবদা তৌহল্ল গে। অডুদা মাগীনা কুইগনবসিনবু, তোম্বা নাথাগী মুপীনা মীৱোন্দ্রিঙৈদগী শাগৎলকপা চাবোকশঙ অডু অঙাং অড়ুনা পোক্লড়ুনা মপোকথা হেল্লক্লবা ফাউবদা হুমদাংদা ময়াল্লি। অডুদা ঐগীদি ম্নারবদি, ম্নামবদা হাপ্তা ফাহম্লিংদে। অডুদি মখুৎস্থ চেৎপা কুইনস্থ চঙদবা শেল থুমদস্থ অডুক হাক্লা, চোপথদবা থুৱা শুলাপ্তা হেক্তা হায়ৱগে। লৈরক মচিন্দা চৎকদবগী গাড়ী হেক তোংখৎপগী মভাং অডুমক্তদা তুংলোমদগী লাপ্লপ্না— 'ইতাও!' কৌৱকপা তাখি।

ঐনা খঙবা খোনফম্নি খন্না লৈদ্রুনা য়েংখি। ইতাও কালা অদু ভরঙ অমুবা মচা অমা য়াল্লহনা মখা মায়কৈ অদু পুম্নম মন্নহনা লৈরম্লে। অঙাং ওইরিবৈদগী চারে চামিন্না, থক্লে থকমিন্না, খারে খামিন্না তৌরম্বদগী মতা অমা চাখিদবদগী মুপী চিংলুই হায়, মুপীনা ফাবনি হায় মরাং মরাং তৌনখিবদগী চহী মাপল্লোম ফানিং-চিৎ কায়নরুরবা ইতাও ইখঙ খঙহৌদনা ফুঙ কাউরকপা অদুদদি কনাগী ফৌগুখোঙদি লাইরি গাড়ী পায়রি হায়বা য়ৌনা কাউই। চেনশিন্দুনা কোম্নবা অদু উরগা মীপুম তিংনা কপ্পরমগদবনি লীলাদা ওইরম্নবদি, অদুবু অশেংবা পুন্সি ওইবনিনা লুকমাই পান্বী মৈতৈ ইমা অম'দু ফাওবা মোমোন তৌবদগী খরা হন্দোকখি।

মুমিদাং অদুদা চামিন্নরে, থকমিন্নরে, খারী শামিন্নরে মুং-ঙাইনৈ। চহী কয়াগী মতুংদা উন্নবা মরুপ্নি মুংশিনগ্রবা। চুবাগী শমদা অঙোবা অনী মরী কাপ্লক্লবা ঐখোয় অনীগী থম্মোয়দা নোনা হৌরকখিবা প্রেম, হমুরৈ মশা অতেকপদা য়েনিং লাকপ'দু মঙাই। ঐখোয় অনী পুন্না ফম্মিন্নখিবা ফরকী মরমদা নিংশিং নিংশিং খারী শামিন্নরবা মতুংদা ঐনা হংখি—

ভাইখো অতৈ লাইরি ইতাও, নঙনা লাক্লিববু কদায় চক্লোইনো, মওংদি বৃন্দাবন যাত্রা মাল্লদনা?

মানা চৎকদবগী লাক্লিবা থবক মতা অদুগা উবগা নোক্লকপদা মম্না ঙৌবা কুচু মতা অদুগা ঐখোয় মুপীদি খাঙবা য়াত্রমাল্লে অতুম্না অঙাংদা করিনো অমা হায়জিল্লগা ফাক ফাক নোক্লক্লে। মা হেক লাকপদা মুম্বিৎ চপ য়ুংবা কালেনগী মুংশাদা হরিনোঞ্জাং পরেং পরেং খোংথৎনরকপা মতা অদুনা য়াম্না নংলে কালা পাহাড়দা কোয়লা পেক্কুনা লৈরুরগে হায়ররে।

ঙসাই ঐনা মুংথিল হোবে হোবে গাড়ী তোংখত্তুনা চৎক-দখগী তৌরম্লিবা অদুগী মরম হংলরদুনা তাক্লবদা মানা হায়রকই—

— হেরা, অদুদি ঐ শাবিরমগে। শঙ মচাদুগীদমক মী নেকউদৌরিবা ; ঐ শাগে।

— নঙবু হৈত্রনে ?

— হে রাধে পেনা, পে-না। পেনাদি খরবু লুরি ভারতকী প্লান শেম্বমুক লাই।

— ইমাই! ভাবতকী প্লান শেম্বদি কদায়দা লাইরিবা? মীগী ক্রোড ৫০ | ১০০ মনীং থুংনবা শেম্লিবা মহা প্লানবো !

— হে-রা অপঙবা! নঙনবুদি মুপীনা ঙমদবদি, ভারত মহাসাগরদা রৌ ঙা লাখ ক্রোড়, লাখ য়াথৈ থাদবা, চহী মঙাগী মতুংদা অমদা লুপা চামা চামা শিৎলবদি পৈশা কয়া য়ান্নে। মুংশিৎ মাইরমদা লুপা লাখ ১৯ গী লশিং কাপথোকপা ভারত্তা ঙম্লিবমথৈ শীজিন্নরগা অরেম্বা অদু অমেরিকাদা য়োনবা। ওক মচিন্দা পান লুপা ক্রোড় ১০৮ গী থাবা, অথোকপা অদু চীনী শুংবা চীনী অদুনা ভারতনা কে, জীদা নয়া ১২ গী হিংদা শীজিন্নবা অদুনা জাপান্দা গ্রাম ৫০ য়েন ২৮। ২৮ দা য়োম্থোকপা ; পৈশা অদু রুসিয়াদা পুথোকপা শেন্দোয় অদুনা ডিপার্টমেন্ট খুদিংদা তলব হেনগৎলু হায়রিবসি মখোয়না পাম্লিবা অদুগী শরূক ৫ | ৫ হেনগৎহনবা....................।

—এ করে নঙগীদু মী তাগ্রবদি হিংবগী টৈক্স লৌররনি। অদুবু নঙবু শাববু হৈত্রনে ?

— নঙোন্দবু মিনিস্টরসু নঙনা ওইদবা ঙাওই হায়বনে ? হয়েং শারগা খঙগনি, মুমিৎ কয়ামিদা লোইযুগে ?

ঐ থাজরে। করে তানবু য়াম্না চানরে। মী খিরুখা'ঙনবগা লাইনা শীল্লকপ'সিদি তাইবঙগী ফজবতা শীমর্বনি। ঙাঙনরে, শাবদা অমদি শামিল্লবদা লেপ্লে। মী অতৈ নেকজুম্রবসু ঐনা মতেং হেক্তা পাংবা মানা শাবা মসিদা লেপ্লরে। লোইবগী য়াফি চাউবা, শাংবা, পাকপা, য়াংবগী তাব অমা ইতা তাক্রিতৈদনী নোংমদা লোইগেবু হায়। চপচাবা য়ুম অদুগী মওং খঙলম্লবদা হায়রককই—

— এ করে। ঐদি য়াম্না চাউবা ওইরবোই নীংই, ঐখোয় খোঙবু ময়ামদো হংচিৎ চৎমিন্নসি হায়দুনা লেপ্পখিবনি টিকেট লৌরম্রগনি। য়ুম চাউরবদি অতৈ কনাগীসু নত্তে চৎত্রগা চত্তু খল্লম্লনি। পঙচাউশু চাউত্রবদি হয়েং লোইরগা হয়েংমক্তি নংলরোই শঙ্গাবা, শঙ্গাবনা হংচিৎ অতু নখোয় কাহৌবা, ঐনা অয়ুক চৎপ্রগে। মপোং-মচৈদি অরাংপা লৈরোইদনা হা?

— কনদি য়াম্না লৈরে, অতুবু চপচাবদি খঙদবনিনা—।

— ই, য়া, পৈয়া— লৈরব নথত্রো?

— খরদি লৈরে, কয়া য়াম্না চঙগদবনো খঙদবনিনা— ওকপা য়াইদি খল্লি।

— এ! নঙনা খন্দুনা তৌরিবনি ওক্লগনি। ওক্তুবসু অরৈবা খরা অদুনা ওক্লবা শাবা হায়বদ্রুনি। কদায় নঙগী ইচন্দি তুমত্রবয়া?

— মা'কাসু হৌদোক্তুনা তাম্নরে। মওং য়ানর্রে। খরবা লোইরগা হিপ্পরবা মতমদা মানা ঐখোয় সুপীদা হায়রককই,— "সে ইবেম্মা ইথুঙ য়া হায়রগে, হয়েং অনিমদি খঙত্রে হংচিং শঙ্গাবগী কৌ অদুদি ইথুঙনা শাখিরম্বা শঙ অদুদা ঙগদবনি তাব তাকত্রা?"

"ভাজয়ে ভাদা।"

মথংগী ছুমিৎ অদু নোংঙান্দ্রি, ঐখোয় হৌগৎলে। মশা মঙগা কবনে মপাঙ্গলগা কনবনিনা উখুল কুম্ভ্রামুক অদু ঐনা চুরুট অহুম শুনা থকপা হৌগৎত্রিঙৈদা লোইখরে। মানা তৌরম্বা অকোনবগী উখুল মতা অদুগী লৈপাক কোৎখোকপা লোইদ্রিঙৈদা মানা কনাগী সনাযুম্বী, লুপাযুম্বী, জাত্রা পাবা, মথং চৎপা, খোম-দোনলংবা, অমত্তা চিৎথদনা ককপা হেক লোই। পৈয়া ঈশিংদা ভিংলুবা হল্লকপদা তেঙ্গা লোইনা শেম্বা লোইরম্মী। ঐখোয়' তোম্ব মমানা অয়ুক্কী চা পুথোকলকপগী অদুদা মখোঙ লোইনা হেক্তা লেপ্পী। চা-কা থকউ য়াদে, শুক অনী পায়দুনা উখোঙ অদু তং তং হেক্তা শুই। ঐনা ইমুংদা ঙসিদি থবক চৎলরোই হায়দুনা ছুটি নিবগী চিঠি মচা অমত্তং খোৎলুরিঙৈদা হুমদাং য়ানবা পুমলোই লোইরম্মে। অরাংগী ইচাশিং অমদা চিঠি অদু পীরুচো থারুবা হল্লকপগী অদুদা ইথা থানবা রাচেৎ ঙাইদুনা চিন্তা তৌদুনা ফমলম্মে। তীংলবা পৈয়া হঙ্গৎহন্দা লোথোরবা চঙবদা ইমুং লময়াই অদু সাহারা মরুভূমিদা হৌবা উকুলদু মঙাই। কায়পোৎ নত্তে হায়দুনা লোইনা পুথোক্লগা পুখ্রি অদু থনকোক তৌনা থাদরে। ঐখোয় মুপীদা এঙ্খাং হংবা ওইনা পুখ্রি মপান্দা রারী ঙাইহাক শারুবদা মথক্তগী হায়না মংজত্নুনা লৈরবা নোং অদু থাক্লকই — "করিনো করিনো! ঙসি নৎত্রবদি লৈত্রবরো? হয়েং নোংমাইজিংনে পেন্নবা শাহৌরো, ঙাইরে পৈয়া। ই লংখৎলক্রো খুৎ লেপ্লে। হৌজিক্তা করি করিনো? মপোৎ রাৎলে, খেঙলে।"

ইমাই। ঐবু করিম্নুংগীনো হায়বত্ন য়ৌই। শয়েং লেঙবা য়াদ্রে, কাইগন চৎপদা নম নমদুনা চৎত্রবদি তুগদৌরে, খুবাক অসিস্থ মৈ অচাকপা পায়রুবদৌনা পোকখোক্লে। ঐবু ওফিসতগী কৌবা লাক্লে হায়দুনা চৎপ্রসিন্না হায়বা ফাউবা থল্লক্লে। অদুবু য়ামত্রবদা ঐগী থবক্লিদো। মশাগী নত্তবা মানা কাওবা শ্বর ফাওবা ফুইরপ হোন্দে, ঐদি করিগী থাঙবা ঙমদনি! তৌগে। লংখৎলি। ঈরুজরুবা কারকপী ঐথোয় শ্রীমতীদা কালানা হায়রকই—।

— ইবেম্মা করি করি মথেল পীজগদৌরি ঐঙোন্দা ?

— তাদা ঙা মচা অমগা ইরোনবা অমগা ............।

— ফরে, ফরে। ব্রায়বস্থ উতিথোংবা অমত্তদি য়াওহল্লু, ইবুঙনা পামজবা হায়বদু অদুদনি, হয়েং দেশতা চৎপ্রগা উতি চারোই খনবদা ঙরাং ঐবু গাড়ীদগী চোংথহৌরসিরা হায়না খনবনি।

— ফনি তাদা চগেম হেক্তা. তৌরগেকো।

— মদুনি, পাকানি, নবুঙনা পাম্বস্থ অদুমক্নি। থড়ী নমলপ মোরোক অদু মেৎত্রবস্থ থরা শারপ থাকও ............ অদুগা নঙগী ফৌগুখোঙ অসি নঙগী লাইবক ফরবদি হোরেল মুমিদাংরাই ফৌগুবা য়াগদৌরি। চৎলো, কাঙৌ মচা অমত্তংগা ঙৌশল্লু, মৈ থরা কন্না থাও— বাইলো কালেন বাইলো খেলা যুবা কালে ........।

মুংশা শাগৎলকপা মতাং অদুদা খোনপোপ্তা হিকথরদুনা মানা ফগৎলকপা থাবল অসি ঐগী লরাইলেম্ফদনি লৈনা ঙৌনা শাৎপ্রে রাবনা। ই রাৎলে ........ পৈয়া, পৈয়া, রাচেৎ পীরকও শাংমল্লে শাংমল্লে, ইহে তেনমনপ্রে ............ অমা পীরকও— অস্থন্না মানা হায়রগা ঐনা পীবগা লৌবগা ঙাইহাক্তা কাওবা 'পোৎথাসি হায়বা

য়াদে। ঐদি মরক ময়ক্তবু পোৎথাই, মাদি হেক হৌখিবদগী চুরুট মচৈ অমা করিগকা থকপা কাওবা কুমথরক্তে। অকংবা মৈ চাকপ'সিমঙাই লৈজবী থাদুনা হোৎনবসি থাগৎনিঙ্ঙাইনি। ঐনা মাবু মশক মুম্না থঙই। মাগী মহোশানি থবক অসি হেক তৌখিত্রবদি তৌথিত্রে অদুগা হৌদোক্লরুবদি হিংচাবগী হিংচাবনি। অদুদা মাগী হায়ববু পঙনা তৌ হায়বা য়াগদে। তৌবু তৌত্রবদি লোইত্রিকাওবা থাদে।

অসুম্না কম্না শায়কপমা চাকচা মাঙদা খোক লোইশিল্লে। মুপীনা চাক ভাকপা খোল্লকপদা মাদি মাঙোলগী ফমফমফক্তা চাকঙাই উয়োরোগদা মিকপ অমী ওল্লম্মে। মাদি হায়জরম্মী চাক ঙাইবা ওইনা ফল্লাং থাজিনসি হায়না। অদুদা ঐনা মপোৎ পীথা ঙমদতুনা ফল্লাং অসিদি ঐ পোৎথা পোৎথা থাজকৌয়গে হায়। অদুমকপু মাদি অনকপদা য়োল্লবদি শীংমিৎ অদু লৈরকউ মথাজিনসি হায়। ঐনা শিরগেমথৈ য়াত্রবতুদা পোৎথাত্রে।

চেকশিন্না হৈনিংনা খোংলম্মাল্লে ঐখোয় মহোই মমাগী চাক; এল্লাং অদু ময়েক শেংনা হাউই। ঐনা হেক থাগৎপদি মুংঙাইত্রদুনা ইতাওনা খজিক্তং কাখোল্লকপা ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা মাঙ্গু মীনিনা অদুম্বদি কোঙদোক্লকই—।

—ঙসি ইচমগী চাক-এল্লাং অসি হাউই। ফৌঙওনা অসি কুইন চৎলরগনি। হয়েংমুক অমগা অল্লাং শঙোই ওইনা শাদি ঐ খোল্লরুগা। হাওত্রে উতি'চু খুজিনমুক্তা থাদরকউ।

ঐসু ঐনা হায়নিংবা কম্না যুম্নগা খজিক্তং থাগৎলি। মা য়াঙরমত্রবদি ঐখোয় অনীদা ওইরম্লবদি অমুক থাগৎ, খয় লংনা তৌদুনা

মেরুক মরী লিখোয়ী চনবা কোর্ং অদুগী চাক লোইনমক ইথত্তা গুমশিন্নমগনবনি। অদুবু করে মথং চামরক লৈরি। অস্লগা হাউরকপা লাই খুরুমসি।

পেন্নবা অমদি পে-নবা চারে। শঙ্খাবা হায়বা অদুমক তৌরে। লৈতা-না কমদুনা চাবসি কজনা চারে। হেঙ্গিমা চারে। মমৈখংদা পুখম হেক উবদা থোইদৌ মথক-মথা ওল্লকপগী মতাং অদুরাইদা হরিনাম্না সিংহনাদ লাউরদুনা ঐনা খুজাই, মানা চাইশেল পায়দুনা মনীংথোঙলোমদদি থোক্তদুনা মমাঙলোমদা চিন তেংবা থোল্লক্লে। য়েনথা ডারীদা খব্রাং লেপ্লগা ঐখোয় অনী চপ মান্নবা প্রুক-প্রুক— রু.।

হেক কাম্বদা ফৌগুখোঙ অদু য়েং-ওইননা হায়রপ লৈরম্লগা, অক্রুরনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মচিন-মনাও কাংদা হাপ্লগা মথুরা তপ্না থৌখিবমক্তা ইবেম্মা রাধিকানা মশম-মনা-ও লৈমায়দা হাইথরকপগুম্ন সোরো........ রোৎ-সর থম। ঐখোয় অনী মূল্লা য়েংনৈ। মঙোম্দা য়েংথোকখিবদা মানা মোমোন তৌরগা মিৎচী থাক থাক থৎলকখি।

খল্লবী, ১৯৭০ ইং

# মোরাম্বী অঙাওবী

এলাংবম নীলমণি সিংহ

লুংখিল হল্লকপগী ওহাক পোৎথারিঙৈদা জামকী পরপ পরপ তঙলকই। মেজদা লৈরিবা ঐগী বেগ অদু ফাল্লে। করিগীনো হংলুবদা খুয়কই—

— হো, নচাম্বুপী অঙাওবীসিনা খেচি, লৈহল্লুনেয়ে।

— করিগী? বিস্কুট টিন অমা কুইত্রিদাইনে লৈরকপা, খোঁচি, চাবা..................

— মাই নত্তে, কদাইদৈনো মোরাম্বী অঙাওবীদো চাক শীজনে' হায়দুনা পুশিল্লকএ। হৌজিকপু ঐজ্জা তোম্বদা চাক খোংউচোয়ে, নচাম্বুপীনা হায়রিবা। অচোইবা য়াওত্ত্রবো মখায়-মুক্তা শীয়ু।

মোরাম্বী অঙাওবী! তাবদা, ইয়াং য়াংনা পোৎথাগে হোৎনবম্বা ঐগী পুক্লিং খঙলুম লুমথরকই। করিনো হায়বা খঙদনা রাখলগী ঈথক কয়া হোরকই। শেল লৌরগা থোকখিবা ঐগী মুপীবু মুন্না য়েংনা য়েংনা উহৌদে। লৌথোক্কুনা চমগে থল্লম্বনি চুরুপ উপুত্তুদা মুন্না য়েংলগা লৈখি। কয়াম কুইনা লৈখিবনো খঙদে, মপাল্লোম্মদগী অঙাং ময়াম বা বা নোকপগী মখোল তারকই। ঐহ থোক্কুনা য়েংনীংবা ফাউরকই।

মোরাঙ্গী অঙাওবী। মখিং অসি সহর অসিদা য়াম্না তোরবা তানররক্লবা মখিংনি। চহী মরী মঙা অসি তারকই। অঙাংশিংনা লৈরক খুনক্তা লক্লবা তায় — "মোরাঙ্গী অঙাওবী, নচা পোবীগে, জগোই শাউ। ঈশৈ অমা শকউ মোরাঙ্গী অঙাং শুম্মু মোরাঙ্গী লৈশা পীগে।" অঙাংনবু হায়রদি মানা য়াদবা অমত্তা য়াউদে হায়, মুংশা মরক্তা জগোই শাই, উফুল মরক্তা মোরাঙ্গী শুম্মী, নাউশুম ঈশৈ খোনপোপ্তা লাউনা শকই। মুপামচাশিংনা নোংমা মমঙ্গনদগী মোরাঙ্গী অদু লাক্লগা চেনখিবদা লাউ থোংতুনা কপ্লগ্ম তামৈ। মানা তেংথা তেংথা কপ্লদু তাবা মুংঙাই হায়দুনা অঙাং শিংনা তথি তথি তনা-তনা লক্লবীরম্মী। মরক অমদি মনাক্তা অঙাং চঙবা য়ারমদে তায়। অদুবু কুইদে অঙাং অমনা কৌশি-নুবদা য়াম্না চুংশিনা মোমোন তৌদুনা চঙলকই। জগোই শারৈ, ঈশৈ শক্লে। অঙাওবীগী মথম্মোয়দা করম্বা মমতা অমা লৈক্লি-বনো— পুন্নমক্লা ঙক্লে।

মাদি এরেঙোন্দা লমলানবা নত্তে। এখোয়গা মুমলোরনা লৈরম্মি, লুপ্রাবী মচানি। মবুং-মোপ্যা, মচেম-মনেম কনাসু লৈত্রে, মমা মচানা লোইরে। য়াম্বা লাম্না মথুম্না অমদি কদায়দনো লৈ হায়বা তায়। অঙাং ওইরিঙৈ শাম্নবা মতাংদা, শাউনরকপা খুদিংদা হেক হেক পম্মি। মমাম্না লুকমায় পান্দুনা মমা মচাদা ফুংঙাইনা পাম্নম্মি। মাম্না চাউরম্লবা লৈশাবী কারক্লবা কাউবদা, মমা কৈথেল কাপ্রিরৈঙা অয়াম্বা মতমদা এখোয়দা লৈ। লাইহিক্তি মন্নেক্তনি চৎপা, অদুগা লৌশিংদি মমাম্নবা অতৈদগী মাম্না তাকা হেন্নি হায়না থাজে। মশক মতৌ ফজে। হৌজিক ফাওবা কজরি

হায়বা তাৱ। ঐনা থাদা থজিত্তনি হনবা, মিঙ্গোকপ্না য়াদহ্নুনা মানা থুগ্লামচা কৌই। ইচন ইচেগা লৈজদবগা পাজীনা মাবু য়াম্না লুনা তৌই। ঐনদি ইমায়বা ওই, ইচল ওই, অমুক্তা হেন্না লুনা তৌই।

মেট্রিক পাস তৌরগা মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলি। অসুম্না মপান্দা চহী তরেৎ লৈখি। বি, এ, লোইরকপগী অদুদা অমুক্তমক থোরক্লম্মি। ঐগী পরীক্ষা মনুংদা মা লুহোংগ্রে হায়বা পাউ তাখি। মাগী লুহোংবা ফাওবদি য়াউনীংলম্বনি। ইচন অশেংবা ওইরবদি য়াম্নগ্রবদা ঐবু ঙাইরমগদবনি, থোরকদবসু মঙানি তরানিদা ঙায়-রবনি হায়না খল্লুই। ইমাগ্রবশিংগা য়াবী শাবদা ইচন অমা লৈরগী মঙংদা শারুবদ্রু মতম অদুদা পুক্লিং থরা সুংশিরকই। অসুক লুনা তৌরিববু মাসু নংহোৎরোইদোবগুম হায়দুনা কায়ফেৎ শাউ-নীংবা পোক্লকই। অশেংবদি মা শুকথঙ থঙজদবনি। মা লুহোং-বগী মতাংদা ঐথোয় পাজীসু য়াম্না শাউনা লৈরম্মি। লুহোংবা ফাউবা চঙদে হায়। অদুম্নদি ওইরগা পাজীনা অয়াম্বা তৌথি। লুহোংবগী পোৎচঙ চৈজঙ। অশেংবদি মমাসু মথরাইদা থোয়দাবা হায়ব'হু থোক্লমদে। লাপ্না লৈ হায়বা মাগী মথুরা অদুনা শীঞ্জিন্দুনা তৌবা ওইরম্মে।

ঐনা থুংলবগী সুমিদাং অদুনা ইমাদা মাগী মরমদা হংল্লুই—

— লখিনা ( লক্ষী ) ওঙগ্রিবদি করি লৈকায়দনো ?

— ঐসু থঙদে, খিনবা চৎলুদে। খায়দকা নত্তে।

— কদায়দনো— ?

বাঙ্লা ওইরমাল্লে—।

— মাঙ্গৈ মুপাহুদি করি থবক তৌয়েগে ?

— মথোঙ থঙদে, থানাদা তৌইস্নু হায়নৈ, করি করিনো তৌরুবদগী থবক লৌথোক্লেস্নু হায় মথোঙ থঙদে।

ইমাদগী থোইনা থঙবা ঙমদে, পাজৌদি সুকথঙ থঙদে হায়, থঙবদি মাল্লি। মমাদা হংবদস্নু মমুৎ তানা তাক্লে। "বিজয়, নচনগী মবাইবক থীবা হায়বদুনি" হায়বদমক হায়রকখি। ঐ চত্তুনা উন্নরুসিরা খনবনি, মফম মরাংগা তাংদাংবা থঙদবগা ঙসি-ঙসি, হয়েং-হয়েং য়ৈথোকপগা পরীক্ষা হায়দোক্লুনা লো-গী মিং চনবা অতুম চৎলে। ঐনা হেক চৎখিবা নোংঙাল্লগা ঐগা উন্নবা লাকখি হায়রকই, ইমানা চিঠিদা। নোংমতং পস্থরন্নবদি হায়ঙনা নীংঙম্মক্লে। মাস্নু চিঠি অমত্তা থারক্লে হায়নস্নু মরক মরক্তা য়ারোরুই। তৌবগীদি ঐস্নু থাখিদে। খন্দবদি নক্লে মফম মরাং থঙনদবননি।

য়ুনিভর্সিটিগী অরোইবা পরীক্ষা থারন্নগা থোক্লকপা মুমিৎকী অহীংনি। য়াম্না থেঙনা থুংলে। তুন্নগে তৌরকপগী মতাং অদুদা লখিথোয়রোমদা লাউনবা তায়। থোক্লুনা য়েংলুগে তৌবদা ইমানা হায়রকখি—

— বিজয় থোকখিস্নু।

– লখিথোয়দা নত্রা লাউনরিবসে ?

— মানি, মী' মতৈ-মনাও থৎনজবনি, চঙলুস্নু।

— লখি 'সি লৈব্রো ?

— কুইরে লৈরবা—।

— মতৈন্নু ?

— নৈতে। হেক হেক লাক্লগা তৌরম্নিবসিনি। য়ু ডাও-ন্নরিবসিনি। ফুবিবনা কৈনো য়েংহৈব্রপোৎনি। মরাইবক থীবা হায়দুনি। থোকখিন্নু।

লখিবু ফুবী তাবদা ঐ পীং লাউই। পাজীগী লীচৈ অদু পায়রগা থোকসিরা খল্লি। ইমানা "মী মতৈ-মনাও খৎনজররগা নঙনা অও-পা শারুদু" হায়দুনা কল্লা য়াদবদগী, চুম্মাল্লে খন্দুনা ত্তোকএ। খরগা ন্নারকপগা তুম্বা পাক য়াদে। ফনা থেঙবা ফাউবা ঙঙ-ঙঙ তৌনবা তায়।

অয়ুক মী থাদুনা কৌহল্লই। খুরামচা লাকএ তাবদা মা ত্তফি-ত্তফি চেল্লকখি। মশম মনা ফাউবা হাৎলক্কে। ইমাঙদা চপ লেপ্লগা ওস্তোক্লা হরাওনা মোমোন তৌরে। বা ডাঙদে। অদুঙৈগী মতমদা ঐনা মাগী চেগী হি অমা শাবীন্নিঙৈদা মানা চাকখুম থাদো-ক্লগা ঙহাক চেল্লক্লুনা য়েংলবদু নীংশিংলকই। ঙসিন্নু ওস্তোক্লা হৈনীংনা মোমোন তৌদুনা য়েংলৈ হান্নগুম। থেন্নবা হায়নবু ঙসিগী মোমোন্দা থিংঙমদ্রবা পিরাংনা মীৎলু অদু খগ্না উই। চুরুপ মতেক অদু মুথৎ মুথৎনা হংখি—

— কৈনো, হি শাবীয়ু, লাইখি শাবীয়ু হায়রিরো ?

— মোন্নাগী অমা নৈজরে ন্নারনি।

— কনানা শাবীবা।-

তাবদা খজিক ইকাইরপ নোকফেৎ তৌই। মতল্লা মাগী খুরামচাবু ইকোই কোইরম্মে। অঙকপনি পুন্সি। ঐগী ন্নাহংনা অনীরক হন্দ্রিঙৈদা মানা ঐগী অচোবা তুরুং অদুদা য়েংলগা

হংলকখি, "খুন্নামচা ঐগী করি লৈরকই ?" মাগী বাদি থম্লত্রবনা, নীংশিংলুদবনা কৈস্থ তম্মক্তে। মাস্থ থঙই। ঐনা লকক তৌনা হংখি—

— করি লৈরক্লমগ্রদবা মাল্লি, হায়রু।

— লোইনা লৈবক্লমগনি!

ইমাগীনি হায়না লৈরকপা শাল অমা পুথোক্লনা পীরে। লৌ হায়বা য়াদে নমদুনা ইনশিনবিবদগী য়াবে। অতুমকপু লৌথোক্কে হোৎনৈ, ঐনা ফুগে তৌবদগী লৌথোক্তে। ঙহাক কম্মিরবা অতুদা ঐনা রাহং কয়ামকম হংনীংখি। মখল য়াম্বা রাহংনি। অতুবু শম্না অমত্তদা পুনশিল্লগা হংখি।

— লখি নঙ মুংঙাইরিকো ?

ঙহাক খুমদে। শকফম হজিন্দুনা খর মতেক অমা শাংনা হোম্থরগা তপ্না হায়রকখি—

— মুংঙাইরি। মুংঙাইবা হায়ববু 'সি মঙাইরে, 'সিদগী হেন্না মুংঙাইবা মতাং লাকখিদ্রা খঙদে।

ওকথাক মুংঙাইরম্বা য়াবগী শামিন খরা ঙরাং অহীং তাপ্র-বনি। কয়া য়াম্না মুংঙাইবগে হায়বগী পাউখুম মুমিৎ অদুদা পীবা শংখিদে নৎত্রগা অশেংবা পাউখুম পীবদা খরা হঙ্গোইরপ চাখিবনা পীরমদে। শুম্লম্বা থাদকি অঙাং অদু হোৎরক্লতুনা মা চৎপ্রে। মঙানি তরানি লৈরগা নোংমা হুংখিল অমা তম্লকখি—

— য়ু থকচিন্দুনা লাক্লগা ফুবসিনা, ফুবসিনা। তৌগ্রিবা চক্রিশিনা চাক ঙম্না থোংই ঙাঙই, থেঙনা থোংলে চৈ, ফি শুরে ঙাঙই, শুত্রে ফুই ; ঐস্থ ফনা কম্না খাঙবনি ঙমদতুনা লাক্লবসিনি।

ঐদি চাম্লনা থাইনবগী ৱাথন্দা লাকচরবনি। 'সিদসু মানা লাক-লাক্লুনা নৈরিবসি খাঙবা ঙম্মোইদৌরি। ঐশিংদা চোংথদুনা শিরসির'ফাও খল্লবনি।

— কমদৌরিজাৎনো 'ডুবো, নঙনা কন্নি লাল্লুরবা ?

— লাল্লি-লান্দে মরোল খঙদে। ভাব তানা হংলুরবসু ইনমদা মাডুনা তোকই। সুকঙাঙদা ঙাঙজত্রবনি অদুসু ঙাঙদে খুমদে উশিৎত্রিবনি হায়দুনা হেন্না ফুই। ঐসু তৌফম খঙদে।

— থবক্তি কন্নি তৌরি ?

— কৈসু তৌদে। বুইরে থানাগী থবক অমা তৌরম্মি। লুহোংবা মতুংদা থা মরীরোম লৈরগা শেল চাকবদগী তাম্মো-রক্লবনি। জেল চঙলমদোবা খজিক্তা ঙাই। ইপুবোক্না কন্না হোৎনবিদনা চঙদি চঙহৌদ্রে। চঙলম্বনা ফরমগদ্রা থন্নখিবনি।

— অদুদি শেল থোক্লবদি কন্নি তৌবি ? লৌ-শীং খরা লৈব্রা ?

— কদায় লৌ-শীং লায়রে। য়ুমডুদা অরংবা হায়বা পোৎ অমত্তা লৈহৌদে। হন্দক লাকপা মুপীদুনা খরা পুজরকপা উপু কাংথোল কনাগী মনাদগী সনা অকপ্পদু ফাউবা থাদোকত্রে লায়বা তায়।

— মুপী অমমুক লৌব্রবা ?

— অমত্তা নত্তে, ঐ লৈরিঙৈদা অনী অমসু পুশীল্লক্লবনি। অমদি নহা লৈশার্ব নি। অনীমক তাম্মোকপ্রগা অমমুক পুরক্লে হায়না তায়। অসুমদা তৌদুনা লৈরবনি।

— নঙগদি থাইনরবা নৎত্রো ?

— ঐনদি অদুগী ৱাৎন্দা লাক্লবনি। হেক হেক লাক্লুনা ঙৎলরিবসিনি। হেক লাকপগা পৈশা পীয়ু চাক চাগে হায়রে।

য়াত্ৰগা অঙাং অসি পুথ্ৰনি হায়ডুনা হেক্তা তৌই। ঐস্তু নোংমদি পুজথ্ৰসমু হায়ডুনা পীথোকউরবনি। অদুবু মপোক থা লানবদা ভায়রিবা অঙাং অসি পমগে য়াদে, কল্লি হায়ডুনা থোঙান্দগী কুবা হৌবডুনা অচৎ-অওক পুন্নমক্তা থবাক য়ৈ-য়ৈডুনা য়েংনয়রবনি। মচানি মানা থোকপা তৌরসমু খন্দুনা হন্না য়েংলোই শল্লুবনি। কীনিনা অদুসু হেক ওমদে। অহীং অদু তুম্বদি লায়রডুনা হিপকনি হায়বা নীংশিংদে। ফুঙ্গা মনাক্তা কল্লগা হেক কপ্পনা নোংঙাল্লগা ইমানা চত্তুনা লৌরুই। ইমানসু মাগী মচিংদু কাওলক্তুনা নোংমদি শীংজও পায়ডুনা তাল্লবনি। অদুসু অতুম মচেল্লি। ইকাইবনা খওত্রিবসু নীনি হুল্লি নৈরগা হাইরং হাইরং হেক্তা চওলকই। শিঙ্গরগে হায়বসু ওমদা থোঙ-খুং কক্তুনা চোঙ নৈরিপিনি।

মাগী রারী তারগা ঐ স্বর শাংনা হোম্ববা নত্তুনা অতৈ তৌবা ওমখিদে। খোয়দৌ শীক্ল শীক্লবা রাকম কয়া তাবদা নত্তুনা অথেঙবা অহীংদা মীচিক মীরাওখোল্ল তাদবা মতমদা তোইরপ উবা ফংলকখি। মুপী অনীখক্তা নৈবা ইমুং অদুদা মানা নিংথৌ শারডুনা লাউ খোঙডুনা ওৎলবা নৈরবা অদু উবদা ঐ থাঙকম খঙখিদে। অদুবু মিৎ উইশিন্দুনা নাকোং মেনশিন্দুনা থাঙবা তাখি। খুৎ থোক্লগে হায়না থাঙ্গৎলগা থোঙফম, ইমানা রাকম অমা হায়বদগী হঙ্জিনবা তাখি। নোংমা লখিনা কপ্লকপা তাবদা লীচৈ পায়ডুনা থোকে তৌরকপদা ইমানা থোঙদা লেপ্লগা খামখি।

— বিজয় নঙ থোক' য়াদে।

— করি রানোনে ইমা নৈকায় খৎনববু খামহৈজ্রো ?

— খামহৈ। নঙনা খাম্বদি য়াদে; নঙ চঙখিবা য়াদে অতৈনা থামজখিনি মরাইনা।

— ঐদি কৈরদোদনা, সে চৎলুগে।

— লখিনা নঙবু লুনা তৌবা, নঙবুদা শোন্দুনা লৈবদুদা মবুংমক্তি নত্তবনিনা যুগা থক, শাহীং ঙাহীঙ্গা চাবনিনা পঙাঙ হেক ঙাঙ-শকপনি।

— অদুদি চমথোক্কদবা যাদ্রে।

— নঙবু কনানা চমথোকপীয়ু হায়বগে। নঙ চঙলুরগা লখি মনম নাগদোদনি। নঙনা নপাঙ্গল থোকপা য়াবা মফমসু নত্তবদা ঙাব তা-না ঙাঙনবা য়াবা মীনি হায়' খনব্রো? চৎখি লাকখিসু। অসুমদা তৌ লৈরবনি।

সুমিৎ অদুদগী ঐসু কঙ্গোইরপ থোকখি। থরায়সু নুংঙাইতে। অসুম্না চহীমুক থৈয়ায়ননা লেনখি। „নীনি খুদিং হুম্নি খুদিংগী ঙাওদুনা লাকপা, লাউরবা, খৎনরবা থেংনৈ। লাপ্না থোংবা হুই অঙাওবনি খন্দোক্তে হোৎনখি। কনা কুইনা ঙমখি অদুবু নোংমদি নোংঙাল্লমদায়দা লীচৈ অকোনবীদু পায়রগা চেনশিল্লুই।

সুমিৎ অদু ঐ য়াম্না থেঙনা হল্লকখি। হয়েং লেপ্নগদবা কেশকী লাইরিক পাবদা নোংয়াই মতুং পুং অহুমলোম তাখিবা খঙহৌদে। ঙহাক পোৎথাগে হায়দুনা কমুং কাবদা মঙাইরি মখোয়গী অসোমদা ঙঙ্নবা তায়। থৌশাক্কদে, তুমথগে লাক্নৈ। উরোরোন তৌরকপগী অদুদা য়াম্না পাখৎনা সুংশা থীনা লাউরকপা তাখি— “হাৎলে হাৎলে অঙাং হাৎলে।”

লখিগী খোঞ্জেলনি। অদুক পাখৎপা খেনকম ঐ অমুক্তা তাদ্রি। মথরায় ফুক্কুনা লাউরকপা তাবদা ঐ খঙহৌদে, চৈ তাপ

পায়রগা চেপ্তোরকই। ঐনা চঙখিবদা শুমাং মতোন্দা স্থপা অদুনা লখিবু মশম মখুৎ নামনা ফোয়দুনা চিংলগা মখুৎ অমনা মনঙ্গন্দগী অঙাং অদু মশা লাক্লুনা শৎকদবগী কন্না হোৎনরম্মি। অঙাং মমা-মচানা কপ্পদা লৈকায়গী মী থরম্ব চেনশিন্নরকই। নোংঙাল্লমদায়গী থা মঙাল অদুদা চুরিদা তারিবা থুগ্রী অদু উই। চেনশিন্দুনা ময়াঙলেন অদুদা হায়থরসিন্না হায়না থল্লি। অদুবু মদুমক্তি থাক্লগে হায়দুনা চঙখিদুনা চিংনরিবদু খামলুই। স্থপা অদুনা লখিগী মশম অদু রাপন্দগী অয়ানবা রাপুম অমা চিংবগুম্না থঙচিং চিংলগা হায়রকই—।

— নঙ চঙলকম্মু, নথৌ লৈতে। ইতৈ'নাও খৎনজবনি লৈকায় দরকার লৈতে।

— ঐখোয় স্বাইদা লাউনবিরম্মু তুম্বা কায়নে।

— অদুনবু পুজগ্রগে তোল্লিবনি, ইখুৎ পায়গম্মু।

— ইরেম্মা পুখো, অস্তুম্না শানা লাকপদোনা পুবদি য়ারোই খঙলব্রা, লৈকায় পান্দবোই নীংলবদি নথরায় মাঙগনি, থাদোকউ।

— নঙ লৈবদগী চৎসি য়াব্রবা নৎব্রা। নথৌ লৈতে চঙলকম্মু, লৈকায়সি নথ-ভুরা ?

মাগী রাঙাও তাবদা ঐ তপথবা শুমখিদে। শুমাঙ অদুদা নৎলমদ্রবদি থঙলমগদবনি। লখিগী মশম চিংলিবা মখুৎ অদু লৈথেক্লুনা মুক্লিডৈদা লীচৈ তাগ্রে। মরেংবান্দা মুক্লগা লৈথেকপদা থরা থরা কোল্লক্লে। নাহোংদগী অঙাংদি শৎগ্রে। ফাগে লাক্ল-ক্লিডৈদা য়েৎথুংবা মখোঙ অদুনা লখিদা কাওথিবনা লখি তুলসি-বোংগী চপুতোরাদা তুশিনখি। মী অম-নী নানখোক্লুনা চেনখিবা

খুপা অদুগী নময়াংদা লীচৈ অদু তাপ খুল্লগা লৈজবী থাডুনা অহুম-মরীরক্তং শাম্বা কংহোই। অঙাং অদু পুরদুনা চেনগ্রে। কংনবা তানগে তৌবনি তুলশিবোংদা য়ং-য়া তৌনরকপদগী ঐস্ন চঙ-শিল্লই। লখিগী মমা ইন্দোল অদুনা মচা শোক্লবদি হায়দুনা চুরিদা তারিবা খুগ্রী অদু খুল্লগা চেনখোরকই। ময়াম চঙদুনা খামহোই।

মুমিৎ উখোঙ য়ৌবা কাওবা জ্ঞান তাদনা উতুপ তাবগুম লৈখি। চপুতোরাদা লুখন্না য়ৈশিনখিবনা ফনা শাংনা লুনা কায়রে। মশন্না কনবগী থরা শাফরম্বনি নৎত্রবদি য়াম্না শাথী-রমগদবনি। মাইবা অমদি ডাক্তর কৌদুনা কন্না লাক্লবদগী বুদ্ধি তারকখি। বুদ্ধি হেক তারকপগী অদুদা 'মোরাস্থীদি' হায়দুনা ফুক হোগৎলকই। মতাং আসিমক্তদা পুখিবা অঙাং অদু কপ্পদগী রাস্থ-রিডৈদা অমুক্তা ফুজিল্লদুনা রাস্থখিবদগী হনগৎলক্তরে হায়না পাউ লাকখি। পাউ তন্নবী মুপী অদুনগা তহা তহা তন্নবগা ময়াম অদুনা যে যে ভাঙনরকপগা লখি লেপ্না লেপ্না হাইথরকখি। মচাগী কাংথোল অহাইবী অদুগী মখোঙদা লুখন্না অমুক্তা য়ৈদুনা তুখিবদগী ফনা কুইনা মমিৎ পাঙখিদে।

মুমিৎ অদুদগী থা অহুম-মন্নী লখি মপান থোকলকখিদে। ঐস্ন পাউদি মুমিৎ থুদিংগী লৌরবস্নু লায়য়েংবগী মতেং কয়ামুক পাংলবস্নু শুকচঙ চঙলুদরে। পুন্সিগী ওইনা চঙলয়োই হায়বা কাউবা থনখি।

নোংমা অহীং অমা অথেঙবদা নাউশুম ঈশৈ নীংখিজনা লাউনা শক্লকপা তায়। রেকোর্ডতগী শক্লকপা ওইরমগ্রে। পাম্বা

লাইথ্রিক অদু থম্লগা খোঙনাউ হাংদোক্লুনা য়েংখিবদা লখিনা শুমাং মতোন্দা য়াম্না হয়াওনা জগোই শা-শাদুনা লৈরম্বা উবদা ঐ ঙকখি। থাবল মরক অদুদা মমা অহন অদুনা মখুং-মশা পায়দুনা চিংশিনবা লাক্লরি। লখি মাদুংদে, মচাগী মোন মচা অদু অমুক চোং, অমুক চুপ, ফৈবম অমুক পম, অমুক পো তৌদুনা শান্নরি। মমা'না মোন অদু মুন্দুনা পুশিনখিবদা খেক্লা নৌনা জগোই শারম্বা অদুদগী চপ তিংখৎলদুনা মমীৎ মনা ইলঙ লঙনা ইমুংলোমদা পাইশিনখিবদু ঙসি কাওবা শং শং উরি।

খরা লৈরগা য়ুম ইখোল য়োম্হোংক্লম্লগা মমা মচা চৎখ্রে। সহরদগী য়াম্না থাপ্পী হায়বদি খঙই, কদাইরাইদনো কনাগীদনো হায়বদি অদুম খঙখিদরে।

* * * * * *

ঐনা খোকখিবদা মচা চাক ইনবা লোইরদুনা পোখৎলগা মমা চাগদবগী তৌরম্লে। মচা ইনবগী অম্বেম্বা পুন্নমক খোমজিল্লগা চখোম চখোম তারে। ঈশিং লোদুনা আচমন খিত্তং তৌরগা মনঙ্গন্দা মমায় মমিৎ থুমজিন্দুনা পোগ্রবা মোরাঙ্গী অদুদা লৈখণ্ড্না দুংশিনা য়েংলম্লগা চখোম অমা থাঙ্গৎলে। হুকলমদাইদা মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লগা তপ্না লাউরকই, "মোরাঙ্গী, ইমাগী মোরাঙ্গী, ইমা চারে।"

অঙাং ময়াম য়া নোকই। খঙহৌদনা তক-তরুবা মমিৎ অনীদুদা পিগী ঈয়া চেল্লকখি। অঙাং ময়াম য়া নোকপা অদুদা মাস্ত মমিৎ মনা তথক তথকই, ময়া ইঙৌ ঙৌনা তয়াং-তয়াংনা নোক্লকই। মতৌ উবদা অঙাং ময়াম অদু অমুক্কা নোকই— য়া লাউনা।

"হাই ! লোকন্নু, মী চাখিসঞ্জু" হায়না খাম্বদগী অঙাংশিং অদু লেপখ্রে। ঐনা শাউরপ ঙাঙবা তাবদা চখোম পাম্নথৎলম্বা মখুৎ অদুনা মনঙ্গন্দগী অঙাং অদু লামদুনা কোনশিল্লগা ঐঙোনলোমদা য়েংখৎলকই। শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ঐনা "চাও চাও কৈক্নু তৌরোই ওক্লবা চাও অমুকস্থ লৈহল্লু খিনি ওক্তি্রফাও চাও" হায়না খেম্বদু মুম্না য়েংদুনা তারমগা তপ্না ম্নরু লুকথরগা মখুৎ ওইনা চাগ্রে, য়েং অদুদি অঙাং কোনবা থাদোক্তে। ঙহাক চারে, মিপাইবা কপ্রবগুম তৌরকপা মতাংদা ঐনা হংখি তপ্না—

— লখি, নঙ ঐবু খঙব্রা ?

চখোম উম্নগা শৎ য়েংখৎলকই। মঙক পৈরপ শংত্রিক য়েংলকখি। চখোম অদু ঙহাক অমুক শায়, য়েংলি। ঙহাক য়েং-লম্নগা লুকথঞ্জুনা চাখি। অমুক হংখি—

— নঙ ঐবু খঙলিবরা ?

"উকিল নৎত্রা নঙবো ?" খুম্নকই, মমায়দি হাইগন্তে।

"মানি, কনাই য়ুম্নো খঙব্রা সে ?" ঐনা'মুক হংখি।

— চাউবা আম্মিনগীনি ঐ খঙই।

ঐস্থ ঙক্তবা ঙমদে। মম্নিং পনবদি হায়ৱক্নু পাজীনা কৌবদা খুমজবা ঙমদবী মানি। ঙসিদি ওস্তোক্না চম্না ওস্তোক্না লায়না হায়রকখি। পুম্নমক থাক অমগী ওইপ্রবা মঙংনি চপ মান্নপ্রবা অমত্তা ওইপ্রবা মীৎকমদা য়েংলক্লগা ঐঙোন্দা হংলকই—

— নঙনা বিজয় উকিল নৎত্রা ?

— মানি।

— নঙগী নচা ঙাক্তম্না মোরাম্বীশিংসে ?

— অঙাংশিং অমুক নোকই। মাসু য়াওশিল্লি। ঐগী পাউ-খুম ঙাইরমদে, হৌগৎলগা মনঙনগী অঙাং অদু কি খজিক্কং হাই-দোক্লগা পৈথরদুনা হায়রকই—

— ঐগীসু অমা লৈ, ভো, চাউদ্রি।

— এ, কনা চাউরেদনা।

— পীকইদা। ঐগীসু খুরামচাগী সিমুক চাউরনি, লৈরদি। ঐগা লৈমিন্নজরদি নহাক্না'সুম চাউরনি।

ঐ ঙক্লপ তৌই। হংখি মখা—

— কনাগা লৈগ্রবা?

— মপানা পুম্রগা শিগ্রে। কপকন্দবনি। কপ্পী হায়দুনা ফুবদগী শিগ্রে। হীজম' পুথ্রি মপান্দা ফুমগ্রে। ঐনা থিরুবদদি হুইনা হাম্না খোত্তোক্লম্মে। হন্দমুক্তি হুইনা হানহল্লোই ঐনা হাম্না হেক্তা হন্দোকহৌগনি। য়াম্না শোকপা নত্তে হায়। লুথমদা খজিক্কনি................ ইমানা পীখ্রো হায়দুনা পীগ্রসু ফদোবা........।

ল্লোইনা তারমদ্রে, চঙলকখি। লঙনগদবগী নোকদবগী ঙাইদুনা লৈরবা অঙাং মরক অদুদা লাংদোই য়াওব্রবা পুম্নিগী তরু-তরুবা মরী অমা য়াম্না থাজনা লিহৌরি। ঙহাক লৈরগা লমজাওদা অঙাং অমনা লাউরকপা তাখি— "মোরাম্বী অঙাওবী, হো মোরাম্বী, নচা তাহৌরে.................

মোরাম্বী অঙাওবী, ১৯৭৪ ইং

## লেখকশিংগী শক্লপ্পা রারোল

ডাঃ কমল সিংহ : ইং ১৮৯৯ মার্চ তাং ৭ তা কাক্চিপুর কুন্দা পোকই। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবি অমস্থং উপন্যাসকারনি। অহানবদা লিলোংগী মাঙ্গোল স্কুল অমদগী লাইরিক তম্বা হৌই। মথং মথং চথরকপনা ইং ১৯২২ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পাস তৌই। ডিব্রুগড়গী বেরী হরাইট মেডিকেল স্কুলদা চহী মঙাগী এল, এম, বি, কোর্স লোইরবা মতুংদা ডাক্তর অমা ওইনা মণিপুর ষ্টেট মেডিকেল ডিপার্টমেণ্টতা চহী ৮ রোম থবক তৌরমই। ইং ১৯৩৫ দা য়াম্না নৌনা মশাগী চহী ৩৬ শুবদা নোঙ্গাথি। লাইরিক অনীথক কোঙলমই— শৈরেং চবুন "লৈ-পরেং" অমস্থং উপন্যাস "মাধবী"। লাইরিক অসিদা য়াউরিবা রারী মচা অসি মাগী পুন্সিদা অম-থক্তমক ইরম্বনি। থোইদোক্না ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী মরু ওইরবা অঙনবা মণিপুরী রারী মচাগী শক্তম তাক্লিবা রারী মচা অমনি।

শ্রী রাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহঃ ইং ১৯১৪ দা ইম্ফালদা পোকই। ইং ১৯৩৫ দা কলিকাটা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পরীক্ষা পাস তৌই। মণিপুরী রারী মচাগী খুৎমাবা অমস্থং লময়ানবা ওইরিবা অথোইবা লেখক অমনি। মাগী 'লৈকোলন্থুংদা' (১৯৪৬) হায়বা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা ইহান হানবা রারী মচাগী লাইরিক্নি। 'মণিপুর মতম' কৌবা পাউজেল চে কোঙবা হৌদুনা মণিপুরদা জরন্যোলীজমগী ঈহৌ পুরকপদা শরুক য়াথি। 'ললিত

মঞ্জরী পত্রিকা' অমসুং 'তরুন মণিপুর'গী সম্পাদক ওইদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা হৌখি। ৱারী মচা ইবা ওইবত নত্তনা উপন্যাসকার অমসুং কবি অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী শোইদোকপা দান লৈ। ফোঙলবা লাইরিবশিংদি— 'থাদোকপা' ( উপন্যাস ), 'ইমা' ( উপন্যাস ), 'বাল্মীকি' ( শৈরেং ), 'কেতুকী' (শৈরেং), 'লৈকোলম্পুংদা' ( ৱারী মচা ), 'লৈম্পুংশি' ( ৱারী মচা ), "শ্রীশ্রীনরোত্তোমদাসকী লালসা" "সুবাসচন্দ্রবসু", "ফ্রেণ্ডস ইংলিস টু মণিপুরী ডিক্সনারী" "বৈষ্ণব পদাবলীগী শায়োন শক্তম" অসিনচিংবা অসিনি। ইংশোক ১৯৬৭ তা ওঝা অমা ওইবগী মতিক চাবা শিন্না পাঙথোকপগী মমক ভারত সরকারনা 'নেশনেল এৱাড' পীখি। হৌজিক ৱাম লাল পাল হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরি।

শ্রীআর. কে. এলাংবম ( এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ): ইং ১৯৮৩ ফেব্রুৱারী তাং ১৭তা এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী গ্রেজুয়েট অমনি। মহাকপু মণিপুরী সাহিত্যদা কবি অমসুং ৱারী মচা ইবা অমা ওইনা শীংথানৈ। 'মিৎয়েং' 'ঈরা' 'মখল মথেল' নচিংবা চেকফোঙ কয়া ফোঙবদা শরুক য়াদুনা অমসুং সম্পাদক ওইদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা হৌই। ইংশোক ১৯৫৩ দা "মরুপ অনি" উপন্যাস ফোঙখি। ইং শোক ১৯৫৫ দা ৱারী মচা তরানা পুনশিনবা 'চৌংয়া তময়া' ফোঙই। মথংদা 'য়ুমগী মৌ' (১৯৫৮)। লেখকসঙ্ঘগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইদুনা লেখক অমসুং কবিশিংগী শৈরেংনচিংবা ইবগী অরামন কংনবা শিনখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমসুং

সংস্থান কয়াগী থবক পুই। ইংশোক ১৯৭৩-৭৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমীগী এক্সেকুটিভ বোর্দ'কী মেম্বর ওইনা থবক তৌই মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—"মরুপ অনি" (উপন্যাস), "ঐথোয়গী যোজনা (ড্রামা), 'রামরাজ্য' (ড্রামা), '৩াইনগী মণিমুক্তা" (ফুঙ্গাৱারী). মোইরাংপার্ব্ব (শৈরেং) অমিনচিংবা অমিনি। হৌজিক ডি, এম, কোলেজদা মণিপুরীগী ওঝা ওইদুনা মহৈ তম্বীরি।

শ্রীমতী এম, কে, বিনোদিনী দেবী: ইং ১৯২২ দা ঙাকোম্নুংদা পোকই। নোঙ্গাপ্রবা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহগী মচানুপীনি। মহাকপু মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা শীংথানৈ। নবদ্বীপ, কলিকাটা অমদি শান্তিনিকেতননচিংবা মফম কয়াদা মহৈ তম্লকই। মহাক গ্রেজুয়েট অমনি। মণিপুরগী মপান্দা মতম কুইনা লৈরুবা মরম্না মণিপুরী সাহিত্য শক থঙনদ্রিৱৈদা বাংলা সাহিত্যগা হান্না শক থঙনখি। অদুবু হায়স্কুল তম্রিৱৈদগী হৌনা ৱারী মচা ইবা হৌখি। ইং ১৯৬৬ তা মহাক্না ইবা "নুঙ্গাইয়রক্তা চন্দ্রমুখী" হায়বা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'যামিনী সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল গোলড মেডল" পীখি। সাহিত্যদ নত্তনা চিত্রকলাগী লমদম্সু পুক্লিং চঙবী কলাকার অমনি। ঙৈশেন্সু ই অদুগা মরক মরক্তা বাংলাদগী ৱারী মচা, নাটকনচিংবা অনুবাদ তৌই। মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি— "নুঙ্গাইয়রক্তা চন্দ্রমুখী" (ৱারী মচা), অমসুং "অশংবা নোংজাবী" অনী অসিনি। হৌজিক জে, এন, ডান্স একাডেমীগী সেক্রেটরী ওইরি।

খুমন্থেম প্রকাশ, সিংহঃ ইং ১৯৩২ গী মার্চ থাদা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা পোকই। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, কম, নি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা বারী মচা ইবা অমা ওইনা হৌরকই। ইং ১৯৬৫ দা "ইচেগী শম" হায়বা বারী মচাগী লাইরিক অসি কোঙলকপদা মচিন থৌরবা বারী মচা ইবা অমা ওইনা শীংথানবা হৌখি। বারী মচা ইবত নত্তনা রেডিওগী ঈশৈ ইবদস্ সু খুৎমাবা অমনি। 'সাহিত্য' 'ঋতু' 'রাখল' 'মীৎয়েংনচিংবা চেকোঙ কয়াদা বারী, শৈরেং, রেডিও নাটকনচিংবা ফোঙই। ইং ১৯৬৬ তগী কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী জেনেরেল সেক্রেটরী অমদি ইং ১৯৬৮-৭০ দা "ঋতু"গী সম্পাদক ওইনা থবক পুখি। হৌজিক আকাশবানী ইম্ফালদা প্রড্যুসর ওইরি।

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহঃ ইংশোক ১৯৩৫ দা কাছাড়গী পালারবন্দ কৌবা খুঙ্গং অমগী লৌউ শিংউবা ইমুং অমদা পোকই। মতম অদুদা কাছাড়দা লাইরিক লাইশু তম্মকই। অদুগা ইবস্ বাংলাদা লবা হৌখি। য়াম্না নহা ওইনা "আশা" কৌবা খুৎনা ইবা মেগাজিন অমা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙবা হৌখি। মথংদা "পঞ্জেন" কৌবা সাহিত্য পত্রিকা অমসু স্কুল অমসুং কোলেজগী পুন্সিদা ছাপা তৌদুনা ফোঙলম্মী। কাছাড়দা মৈতৈরোলনা লাইরিক-লাইশু তম্বা হৌরকপগী অহানবা মতাংদা মরু ওইনা থৌদাং লৌখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কাছাড় মশা লিংথৎপা মতমদা মহাকপু মশা অসিগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা থনখি। ইংশোক ১৯৬২ দা মণিপুরদা লাক্লবা মংতুদা

"ঈয়া" অমসুং "য়াথল"— সাহিত্য পত্রিকাশিং অসি কোঙবদা মরু ওইবা থৌদাং য়াথি। হৌজিকসু "মৈরিক" কৌবা য়ারীমচাতগী ওইবা চেকোঙ অমগী সম্পাদক ওইরি। ইংশোক ১৯৭৪দা মহাক্কী লাইরিক "ইলিশা অমগী মহাও" হায়বা য়ারী মচাগী লাইরিক অসিদা সাহিত্য একাডেমী মনা পীথি। লেখক অসিগী লাইরিক-শিংগী মনুংদা "চেনখিত্রবা ঈচেল" অমসুং "ইলিশা অমগীমহাও" অনীমক য়ারী মচাগী নাচোমনি। লেখক অসি হৌজিক মণিপুর কোলেজ ইম্ফালদা অর্থশাস্ত্রগী ওঝা মকোক ওইরি।

শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী : ইং ১৯২৭কী ওক্টোবর তাং ২৮ দা ব্রহ্মপুর ভাগবতী লৈকাইদা পোকই। মহিং চৎলবা কবি অমসুং য়ারীমচা ঈবা অমনি। ইং ১৯৪৭ তা আসাম সংস্কৃত বোর্ডকী "শাস্ত্রী" পরীক্ষা পাস তৌই। মতুংদা রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতিগী য়াথাংগী "রাষ্ট্রভাষা রত্ন" পাস তৌই। তুংদা য়ম্নাই হোৎনজগুনা বনারস হিন্দু বিশ্ববিত্যালয়গী এডমিশন (মেত্রিক) পাস তৌই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুরী হিন্দি পরিষদ শ্রীশ্রীগোবিন্দজী-নর্ত্তনালয়নচিংবা সংস্থা কয়াগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা সাহিত্য অমসুং কালাগী সেবা তৌরকই। অখিল ভারতীয় হিন্দী সংস্থা সঙ্ঘ, দিল্লিগী কার্য্যকারীগী সদস্য ওইখি অমসুং সাহিত্য একাডমী দিল্লিনা শেম্বা মণিপুরী লোলগী এডভাইজরী বোর্ডকী মেম্বর ওইরি। বিশ্ব হিন্দু পরিষদ অমসুং গীতা মণ্ডলনচিংবা ধর্ম সংস্থা কয়াগী সদস্য ওইনা থবক পুরকই। য়াম্না নহা ওইনা 'ভসি' "জ্যোতি" নিংথৌ়রেংনচিংবা পত্রিকাশিংদা শৈরেংনচিংবা কোঙবা

হৌখি। মহাক্কী "ঈথক ইপোম" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা ইং ১৯৭৩গী ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "যামিনী সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল গোল্ড মেডল" পীখি। হৌজিক কাওবদা ফোঙলবা লাইরিকশিংদি— "অহিং-লিক্লা" ( শৈরেং ), "খোংজোম তীর্থ" ( খণ্ড কাব্য ), "বসন্তী-চরোং" ( য়ারী মচা ) অসিনচিংবা অসিনি। হৌজিক আনন্দ সিংহ একাডমীদা ওঝা ওইরি।

শ্রীবীরেন ( নোংথোম্বম বীরেন সিংহ ) : ইং ১৯৪৬ কী ওক্টোবর থাদা উরিপোক অচোম লৈকাইদা পোকই। ইং ১৯৬৪ দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পাস তৌই। মণিপুরী নহারোল কাওবুগী লুচিংবা ওইরিবা আধুনিক কবি অমসুং য়ারী মচা ইবা অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবা-খোৎপা অমদি সাহিত্য পামজবা অমা ওইনা হৌরকই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি লিংখৎপদা শরুক য়ারকপা অচৌবা মেম্বর অমনি। সমিতি অসিগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইনা কয়া থবক তৌখি। ইং ১৯৭৩ দা মহাক্না ইবা "তোল্লবা শা-ডুগী য়াথল" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা সাহিত্যগী মণিপুর ষ্টেট কালা একডেমী এৱার্ড পীখি। "য়াথল" 'সাহিত্য'নচিংবা চেফোঙ কুয়াগী সম্পাদক মণ্ডলদ য়াওদুনা য়ারেং, শৈরেংনচিংবা ফোঙই। মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি— "লৈচিল্লকী থাজ" (য়ারীমচা), "হল্লকপা" ( ড্রামা ) অসিনচিংবা অসিনি। হৌজিক ডি. এম. কোলেজদা মণিপুরীগী ওঝা ওইরি।

**শ্রীহিজম গুণ সিংহ :** ইং ১৯২৩ ফেব্রুৱারীগী তাং ১ দা কৈশামপাৎ খোকচোম লৈকাইদা পোকই। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী গ্রেজুয়েট অমনি। মণিপুরগী মমিং চৎলবা উপন্যাসকার অমসুং ৱারীমচা ইবা অমনি। ইং ১৯৬৪-৬৬ তা 'ঋতু' গী সম্পাদক ওই অদুগা ইং ১৯৬৫-৬৬ তদি কলচরেল ফোরমগী সভাপতি ওইখি। ইং ১৯৭২-৭৩ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাডমীগী জেনেরেল অমসুং একজেক্যুটীভ কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরি। ইং ১৯৬৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী উপন্যাস "খুদোল"দা "যামিনী সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল গোলড মেডল" পীখি। মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি— "লমন" (উপন্যাস), 'ঐথোয়' তাদা (উপন্যাস), "কিজং মরুমদা" ( ৱারী মচা) অসিনচিংবা অসিনি। হৌজক ডিষ্ট্রিক অমসুং সেসন কোর্টকী শেরিষ্ট্রদার ওইরি।

**শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহ :** ইং ১৯৪০ গী ডিসেম্বর তাং ১৪ দা এলাংখাংপোকপী হায়বা খুল অদুদা পোকই। ৱারী মচা ইবা অমসুং সমালোচক অমনি। ইং ১৯৬৩ দা গৌহাটি বিশ্ব-বিদ্যালয়গী বি, এ, পাস তৌই। ইং ১৯৬৪ দা কেন্দ্রিয় হিন্দী সংস্থান, আগ্রাদগী হিন্দী শিক্ষণ পারাঙ্গত ( বি, টি ) পাস তৌরবা মতুংদা ইং ১৯৬৬ তা আগ্রা বিশ্ববিদ্যালয়গী হিন্দী সাহিত্যদা এম, এ, পাস তৌই। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা পীক্লিবৈদগী থল্লাই য়াওরকপা মীওইনি। উপন্যাস, ৱারীমচা,

শৈরেং, শিবন্ধ আলোচনা, লীলামচানচিংবা সাহিত্যগী মথল কয়াদা থুহ্ থারক্লি। রেডিও, সাহিত্যগী চেকোং কয়াদা রারেং-শৈরেং তত্তুনা কোঙই। সাহিত্যগী সেমিনার কয়াদা অইবা চে কয়া পাদুনা শকক রাই। মহাক্কী কোঙলবা লাইরিকশিংদি— "মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার (আলোচনা), "থরুবী" (রারী মচা) "ত্যাগ পত্র" (হিন্দী উপন্যাস অমগী অনুবাদ), "খ্বাইরাকপম চাউবা" (আলোচনা), "চোইজাইনরবা" (শৈরেং), "মোরাম্বী অঙাওবী" (রারীমচা) অসিনি। হৌজিক জবাহরলাল নেহরু য়ুনিভসিটি, সেন্টর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজ, কাঞ্চীপুরদা মণিপুরী বিভাগতা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইনা থবক তৌরি।

